থোঙজবী—
**শ্রীমতী ইবেমচা দেবী**
**থাংমৈবন্দ, খোয়াথোং,**
ইম্ফাল, মণিপুর।

**অহানবা খুৎনম**
১৯৭৩ ইং

ব্লক শাবা—
মিতম্‌শঙ্‌ প্রোসেস্‌ এনগ্রেভস
ইম্ফাল।

ছাপা—
শ্রীকোইজম অচৌবী সিংহ-না
ফ্রেণ্ডস্‌ ইউনিয়ন প্রেস, ইম্ফালদা
ছাপা তৌবা।

ঐবু পোকপা

স্বর্গীয় রাজকুমার গুণেন্দ্রজিৎ সিংহ

( ইম্ফাল লাকপা )

গী

স্মৃতিদা

# ৱাহৌদোক

চহী খুদিংগী আগষ্ট থাগী তাং ১৩ দা মণিপুর অমসুং মণিপুরগী মপানদা লৈরিবা মণিপুরীশিংনা টেকেন্দ্রজিৎ দিবস পালন তৌরি হুমিৎ অসিগী মণিপুরী লোন্দা ফোঙ্বা অখন্নবা চেফোঙ্শিংদা বীর টেকেন্দ্রজিৎ সিংহগী তেল্লবা অমদি মমল য়াম্লবা পুন্সিগী মতাং মতাং নৈনদুনা লাক্লি। হৌজিক ফাওবা বীর টেকেন্দ্রজিৎ সিংহগী মপুং ফাবা জীবনী অমতা থোকত্রি। অসিগুম্বা অৱাংবা অসিমতং মেনশিনজবা ঙমগদ্রা হায়দুনা হোৎনজবসি মথিক নেম্বনা থা লাম্বগুম্বনি। ঐহাক্না অসিগুম্বা লাইরিক অমা পুথোকচগে হোৎনজরকপা অসি ১৯৪৮ ইংদগীনি। মতম অদুগী মণিপুর ষ্টেট কাউন্সিলগী ফাইনেন্স মিনিষ্টর ওইবিরম্বা শ্রীযুক্ত সিনাম কৃষ্ণমোহন সিংহ, এম, এ, বি, এল না মতম অদুগী মণিপুরদা লৈবা ডোমিনিয়ন এজেন্ট শ্রীযুক্ত দেবেশ্বর শর্ম্মাদা চিঠি ইবিদুনা ডোমিনিয়ন এজেন্টনা চানবিদুনা বীর টেকেন্দ্রজিৎকা মরী লৈনবা ফোঙ্দ্রিবা থুৎইনা ইবা সরকারগী রেকোর্ড কয়া কয়া নৈনজবগী খুদোং চাবা পিবিখি। চিঠিশিং অদুগী ফটোষ্ট্যাট কপি লাইরিক অসিদা হাপচরি। ঐহাক্না হোৎনজে হায়বদুমঙাই, পুকচেল চাওরবা ভদ্রলোক অনি অসিনা অসিগুম্বা খুদোংচাবা অসি পিবিরমদ্রবদি মপুং ফাবা লাইরিক অমা ওইনা ঙসি ফাওবা ফোঙদোকপা ঙমজখিরোইদবনি। মসিগী দমক্তা ভদ্রলোক অনি অসিগী মফমদা শিংদং ঙম্লরোইদবা লমন তোঞ্জরবনি। লাইরিক অসি হৈবগী মতাং মতাংদা ঐগী ছাত্র জীবনদগী হৌনা লোইনদুনা লাক্লবা অমসুং মণিপুরগী ইতিহাস অমসুং সংস্কৃতিগী মরমদা নৈনদুনা লাকমিন্নরবা চান্নরবা মরুপ পণ্ডিত শ্রীসিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহনা ঐগী ইতেং য়াম্না পাংবি। মরুপ অসিগী মফমদা ঐহাক্না তৌবিমল খঙ্বা উৎচরি। মণিপুরদা ফোঙ্খিবা অমসুং ফোঙ্লিবা— ঙসি, জন্মভূমি, প্রজাতন্ত্র, সীমান্ত পত্রিকা, পম্বহৈনচিংবা পাউজেল-চেশিং

অসিনা টেকেন্দ্রজিৎকী অথম্বা চেকোঙ্‌শিংদা টেকেন্দ্রজিৎকী মরমদা ঐহাকপু প্রবন্ধ ইহনবিদুনা হীরম অসিদা থিজিন হুমজিনবা ওম্মনবা থৌনা হাপ্পিবগী দমক্তা ঐহাক্না থাগৎচরি ঐগী তুংশিজরবা মরুপ পণ্ডিত শ্রীওইনাম ভোগেশ্বর সিংহনা লাইরিক অসি ফোঙ্‌নবা হোৎনবদা অরাবা শরুক কয়া য়াবিখি। মসিগী দমক্তা ঐহাক ভদ্রলোক অসিবুস্তু থাগৎচরি। লাইরিক অসি ছাপা নম্বগী মতাংদা ফ্রেণ্ডস্‌ ইউনিয়ন প্রেসকী হৌজিক ম্যানেজর ওইবিরিবা শ্রীকোইজম অচোবী সিংহনা থরায় য়াওনা হোৎনবিবদগী মতম চানা অমস্তুং মওং তানা লাইরিক অসি পুথোকচবে ঙমখ্রি। ভদ্রলোক অসিবুস্তু হন্না হন্না থাগৎচরি।

লাইরিক অসি ইরৈবাক মচাশিংদা লাম্লোকচরি। অশোই-অঙাম য়াওবা খিবিক লৈবাক্তী অহৈ অশিং খিবিক্ত, তাকপিরক্রবদি হরাওজগনি অমস্তুং মথংগী খুৎনমদা চুং থোকচনবা হোৎনজগনি।

মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগনা লাইরিক অসি ফোঙ্‌বা ওম্মনবা শেলগী মতেং পা বিরকপদগী লাইরিক অসি থুনা ফোঙদোকচবা ঙমজরিবনি। মসিমক নৎলমদ্রবদি লাইরিক অসি হৌজিক ফাওবা ফোঙ্‌দোকচবা ঙমজখিরোইদবনি। মসিগী দমক্তা শিক্ষা বিভাগকী কর্তৃপক্ষগী মফমদা লমন তোঞ্জরবনি।

থাংমৈবন্দ, ইম্ফাল
১।১।১৯৭৩ ইং

রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ

# হীরম-লামাই

# বীর টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ



ধনাপ জেনরেল

# বীর টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ



ল ইনিক লেংবা

রাজকুমার শ্রীরাকল সিংহ বি-কম

# বীর টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ

## অহানবা পন্দুপ

## বীর টেকেন্দ্রজিৎ সিংহনা অঙাং ওইরিবৈ

মরৈবাকী অমসুং মজাতিগী দমক্তা বৃটিশকী যাসিগী শগাইদা কাদুনা মথরাই কৎখিবা বীর টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ শকাব্দ ১৭৭৭ পৌষ কৃষ্ণা ষষ্ঠি, ১৮৫৫ ইংগী ডিসেম্বর থাগী তাং ২৯ থাংজা নুমিৎতা সিংহ রাশিদা পোকই। টেকেন্দ্রজিৎ চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মরিশুবা মচাইবুংঙোনি, চোংথাম চনু কৌশেশ্বরীনা পোকপনি। পোকপগী মতাং অসি চৈথারোল কুম্বাবগী লামাই ৩২৬-৩২৯ দা তস্সুন্না ইরি "সেকমাই দেবান্দগী কুম শক ১৭৭৭ × × × × × × × পোইনু থা নিংথৌকাবনা হল্লে। × × × × × ২১নি থাংজদা থৌরানি চোংথাম চনু মচা ইবুংঙো পোকএ।" যুবরাজনা মশানা সহি তৌবদা "টেকেন্দ্রজিৎ বীরসিং" হায়না মিংগী অহৈবা মহৈক 'টে"না হৌবসিদি সিংহ রাশি উত্তর ফল্গুনী নক্ষত্রগী অহানবা পাদদা পোকপা মীগী মিংগী অহৌবদা হৌই। নুমিৎ অসিগী দণ্ড ৩৮ পল ৪৩ ফাউবদি পূর্ব্ব ফল্গুনী নক্ষত্রগী পুং লৈরি। অদুনা যুবরাজ অসি নুমিৎ অদুগী নুমিৎ থোকপদগী দণ্ড ৩৮ পল ৪৩ হৌখ্রগা নু মদাং উত্তর ফল্গুনী নক্ষত্রগী অহানবা পাদগী পুংফম লৈরিবৈদা পোকফম থোকই।

টেকেন্দ্রজিৎনা যণ শারকপা মতমদা অথুম-অহাউগা খুৎলাইগা লৈবা উবদা অথুম-অহাউ অদু হুজেক্লগা খুৎশু-খুৎলাই অদু পায়গদবগী কোয়তান তান্নে। মতৌ অসি উবদা মপাবুং চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা অঙাং অসিনা চাউরক্লগা করি থোক্লগবা হায়বদু রাখল তৌরম্মী।

অঙাংদি নিংথৌদা খঙই হায়বা অদুনি। কনানা খঙবা ঙমগনি, অসিগুম্বা অঙাং অসিনা চাউরক্লগা নোংমা মথৌনা মরিংজেল উত্তুনা মণিপুর মাতাগী সেবা তৌরগনি ? টেকেন্দ্রজিৎকী অঙাং ওইরিঙৈদা হৈ-শিংবা মতৌ অসি উবদা মপাবুং মহারাজনা পেল্লম্মী অমসুং অতৈ অতৈ মচিন-মনাওশিংদগী মহাকপুনা হেন্না লুনা তৌরম্মী। টেকেন্দ্র-জিৎনা চহি ১২ রোম শুরকপা মতমদা শগোলগী ওঝা বেদাম সিংহনা মহাকপু শগোল তোংবা তম্বিরম্মী। মহাক্না তোংদবা কোনুংদা মপাবুংগী শগোল অমতা লৈরমদে, মহাক্না শগোল তোংবদা হৈ শিংবা অদু উরগা অউবা মী পুম্নমক্না ঙক্লম্মী। মহাকপু তম্বিবা ওজা ফাওবদা ঙক্না থোক্লম্মী। থাঙ-টাদা মমিং চৎলবা য়েংখোইবা চাউবনা টেকেন্দ্রজিৎপু থাঙ-টা তম্বিরম্মী। মশাগী পীথোরকপা য়াওবনা টেকেন্দ্রজিৎনা নহা ওইনা শগোল তোংবা অমসুং থাঙ-টা শিজিন্নবা নিঙথিনা হৈখি। বাঙ্গালা, মণিপুরী অমসুং হিন্দি তম্বিনবা পণ্ডিত ঘনশ্যাম ওক্সে ঘনেশ্বর সিংহদা শিন্নরম্মী। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা হায়জবদগী মতম অদুগী পলিটিকেল এজেন্ট মেকলক সাহেবনা টেকেন্দ্রজিৎপু ইংরেজী তম্বি-রম্মী। মতৌ অসুম্না টেকেন্দ্রজিৎনা হায়রিবা হিরমশিং অসি থরা থরা ইশু শুনা হৈখি।

টেকেন্দ্রজিৎ নহা ওইনা থাঙ-টা য়াম্না হৈরম্মী, তেন অমসুং নোংমৈ কাপ্পদা মপা লৈরমদে। মহাক্না অয়াম্বা মতমদা উমংদা শা-উচেক, কৈনচিংবা শিকার তৌবা য়াম্না পাম্লমই। শিকারগী মতমদা কৈনচিংবা লমগী শাবু মশা বঞ্জনবা খুদোংচাবা পীদনা থক হাৎলমদে।

---

## ২শুবা পন্দুপ

# টেকেন্দ্রজিৎ বীরসিংহ অমসুং পাকাসনা মচিন-মনাও য়েংথিনবা

বীর টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ অমসুং পাকাসনা মচিন-মনাও অনি করি মরমদগী য়েংথিনখিবা অমদি য়েংথিনখিবা অদুনা মরম ওইদুনা মণিপুরনা কদায় ফাওবা মরায় চায়থখিবা—মণিপুর ইতিহাসকী মতাং অসি পুথোকচদুনা খরদং নৈনজগে।

চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী রাণী ভবানিথোই নৈরম্মী, রাণী তরুকনা মচাইবুংঙো তরামাথোই পোক্লম্মী। অতৈ রাণী তককি শোইনাইদে।

### চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী রাণীশিং অমসুং মচাইবুংঙোশিং

১। অঙোম চনু লুকেশ্বরী— ১। সুরচন্দ্র ২। থম্মৌসনা (কেশরজিৎ)
৩। পাকাসনা (ভৈরবজিৎ)
৪। গোপালসনা (পদ্মলোচন)।

২। ওইনাম চনু ভীমেশ্বরী— ১। ফৈজউসনা (ঝলকীর্ত্তি সিংহ)
২। সায়াইমা

৩। লোংজম চনু হরিমঞ্জরী— শোইনাইদে।

৪। চোংথাম চনু কৌশেশ্বরী— টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ

৫। চোংথাম চনু লুকেশ্বরী— ১। কুলচন্দ্রধ্বজ সিংহ ২। গন্ধারসিংহ

৬। হাউবম চনু রূপবতী— ১। অঙৌসনা (ভুবনসিংহ)

৭। কোংখাম চনু চন্দ্রাবলি— শোইনাইদে।

৮। অকোইজম চনু খগুালেখী— ১। জিলাঙম্বা (লক্ষ্মী নারায়ণ)

৯। চিংশুবম চনু মুখেশশী শোইনাইদে।
১০। থোকচোম চনু চন্দ্রমুখী "
১১। হৈখাম চনু যুবতী "
১২। উশম চনু দুলবী "

মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ ১৮৮৬ ইংগী মেগী তাং ২০ দা নোঙ্গাখি। মহারাজ অসিনা থুপ্লমদাইদা মজাইবুংঙো অহল সুরচন্দ্রদা[১] নিংথৌ খুভম শিন্নরমই, অনিশুবা মজা ইবুংঙো কুলচন্দ্রধ্বজ[২] সিংহবু যুবরাজ হাপ্লম্মী অদুগা অতৈ অতৈ মজাইবুংঙোশিংদসু মাগী মাগী মতিক চাবা ফম পিরম্মী—

(১) সুরচন্দ্রসিংহ ( মহারাজ ) ২ কুলচন্দ্রধ্বজ ( যুবরাজ ) (৩) টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ (সেনাপতি) (৪ থম্বৌসনা (শামুহঞ্জবা) (৫) অঙৌসনা (দোলাইরোই হঞ্জবা) (৬ গোপালসনা ( ফুঙ্গানাই শঙলাকপা ) (৭) পাকাসনা (শগোলহঞ্জবা) (৮) জিলাঙম্বা (নহা ওইরি, ফম নাইদ্রি)

---

১ শ্রীযুৎ সুরচন্দ্র মহারাজ মণিপুরাব্দ ১০৬৪ শক ১৭৭৪। ১। ২৮। ৫। ১১ অসিদা পোকপনি। শ্রীযুৎ অসিগী চহি ২৫ দগীনা ৩১ কাউবা অসিগী চহি ৬ রবিগী দশানি, মহাক্না আংস্থাম্বা লৈবনা দশাপতি অমসুং কারকী ভাবপতি শনিনা দশাপতিগী ব্যয়স্থাম্বা লৈবনা চহি ৩১ কাউবা নিংথৌ ওইখিদে। চহি ৩১ দগী ৪৬ কাউবা চন্দ্রগী দশা চাহি ২৫ নি, মতাং অসিদা নিংথৌ ওইখি।

—পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু শর্ম্মা বিদ্যারত্ন: অষ্টোত্তরী দশা পা: ৪০—৪১

২ শ্রীযুৎ কুলচন্দ্রধ্বজ মহারাজ অসি মণিপুরাব্দ ১০৬৬ শক ১৭৭৫।১০। ১৫। ২৬। ৩০ দা পোকই।

—পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু শর্ম্মা বিদ্যারত্ন: অষ্টোত্তরী দশা

## মচিন-মনাওশিং য়েংথিনবগী মরম

১। মমা তিন্নদবা মচা নুংঙাইনদবা, নুংশিনদবা, কল্লকবা অমসুং য়েংথিনবা হায়বা অসি থোইদোক্না নিংথৌমচাশিংগী মনুংদদি মহৌশানি। মমা তিন্নদবা মচা নুংশিনবা অমসুং লুনা তেনবা হায়বসি অতাওবনি। টেকেন্দ্রজিৎসিংহ অমসুং পাকাসনা মমা তিন্নদে। মপাঙ্গল ফবা, মবৌশিং লৈবা মীবু য়েংশিনবা অমসুং কল্লক মীহৌবা হায়বা অসিসু হৌনশানি। মপাঙ্গল ফবা অমসুং মথৌনা মরৌশিং লৈবা টেকেন্দ্রজিৎ সিংহবু মমা তিন্নদবা মনাও পাকাসনাদি থল্লদুনা মমা তিন্নবা পোকমিন্নবা মচিন-মনাও ফাওবনা কল্লক-য়েংথিনবদা থোইনা ঙক্লিংঙাই লৈতে।

২। নিংথৌমচাশিংগী মাগী মাগী মনাই য়াম্না লৈরমই। মী অয়াম্বনসু মনাই ওইজগে হায়দুনা নিংথৌমচাশিং থন্নরম্মী। মনাই মশেল খৎনা-চৈনবগা নিংথৌমচা মশেল মাগী মাগী মনাইনী মীচঙ্ চঙ্নরমই।

(ক) নোংমা পাকাসনাগী মনাই খরগা টেকেন্দ্রজিৎ সিংহগী মনাই খরগা খুন্নু তুনরম্মী। খুন্নু তুনবদগী খৎনরক্তুনা খুৎ ফাউবা থোক্লখি। নুমিৎ অদু পাকাসনাগী মনাই খরা য়ামখিবনা টেকেন্দ্রজিৎ সিংহগী মনাইশিং অদুবু খবা থিনা য়ৎতুনা ইকাইবা পিখি। মনাইশিং অসিনা ব্রাকৎলরবদা টেকেন্দ্রজিৎ সিংহনা বিচার তৌরম্মী। বিচারদা পাকাসনাগী মনাইশিংগী তাংদাংবা দোষনি হায়বা উরদুনা মখোয়বু দণ্ডি পীখি। পাকাসনানা মনাইশিংবু টেকেন্দ্রজিৎ সিংহনা নত্তবা মরাল পীশিন্দুনা মনাইশিংগী মীচঙ চঙদুনা দণ্ডি পীশিল্লীবনি হায়না মপুক্লিংদা ব্রাগৌরম্মী।

(খ) নোংমা পাকাসনাগী মনাই অনিনা টেকেন্দ্রজিৎসিংহগী ফজরবা শগোল অমা হূরগা লোত্তুনা থম্নম্মী। কোয়থি-থিবদা শগোল ফংলক্লবদা পাকাসনাগী মনাই হূরানবা অনি অদুবু মতিক চাবা দণ্ডি তৌখি। মনাই অনিবু টেকেন্দ্রজিৎনা দণ্ডি পীখিবা অসিদা পাকাসনানা টেকেন্দ্রজিৎপু ব্রারৌবগী মথক্তা থোইনা হেন্না ব্রারৌরম্মী।

৩। মহারাজ সুরচন্দ্রনা মমা অমতনা পোকপা মনাও পাকাসনাবু য়াম্না হেজিন্না লুনা তৌরম্মী অদুগা মমা তিন্নদবা টেকেন্দ্রজিৎপুনা খরা লায়খোল্লা তৌরম্মী। শগোলহঞ্জবা পাকাসনা শগোলগী পাশ পীবগী থবক তৌদুনতা লৈবা কয়া পাল্লমদে। পাকাসনাগী মনিলাল দে অমসুং রসরাজ শর্ম্মা ( ইবেচাউবী শর্ম্মা ) কৌবা মনাই তৌবাওম্বা শঙলাকপা অনি লৈরম্মী। মখোয় অনি অসিগা তিন্নদুনা অহানবদা পাকাসানা হরাউ-কুম্মৈ অমসুং ঈশৈ-নোংমাইদা মতম লেল্লুবনা মমৈদদি শেল চিল্লকখি। শঙলাকপা অনি অসিনা ঈনশিন্দুনা শেল থানদুনা শান্নবদা মীগী শেল ফাওবা তোনশিল্লকখি। শেল চিনবনা মরম ওইদুনা পাকাসানানা যুবরাজ কুলচন্দ্রগী বিচারগী থবক্তা খুৎ থিংজিল্লম্মী। খুৎ থিংজিনবা য়ানবগীদমক্তা পাকাসনানা মতম অদুগী পলিটিকেল এজেন্ট মিঃ গ্রিমউড-তা চঙলম্মী। পাকাসনানা পলিটিকেল এজেন্টতা মৈতৈ য়োন তম্বিরম্মী অদুগা পলিটিকেল এজেন্টনা পাকাসনাদা ইংরেজী তম্বিরম্মী। মখোয় অনি অম্বুক্কী মতিক চান্নরম্মী মাদুদি হেক উনবদা "মাই ডিয়ার ফ্রেণ্ড" য়ৌনখরে। পাকাসনানা যুবরাজ কুলচন্দ্রগী বিচারগী দোষ থিরম্মী। বৃটিশ প্রজা অমগা মৈতৈ অমগগী রাথোক্তা যুবরাজগী বিচার মতৌদা পলিটিকেল এজেন্টনা কয়া পেল্লমদে। বিচারদা পেন্দবা উরদুনা সাহেবনা মহারাজদা হায়দুনা বিচারপতিগী অনৌবা ফম অমা শেল্লে। পাকাসনানা অনৌবা ফম অসিদা কাদুনা যুবরাজদগী বিচারগী থবক খরা লৌশিল্লম্মী অমসুং তোপ গারোৎতা ফমদুনা বিচার তৌরম্মী।[৩] মহারাজ সুরচন্দ্রনা পাকাসনাগী মীচঙ চঙবা, কুলচন্দ্র যুবরাজবু ইকায়বা পীবা অসিদা টেকেন্দ্রজিৎ য়াম্না শাউরম্মী। পাকাসনাগী মনাই অনিনা মহাক্না তৌবা বিচারদা চুম্নদা মতেং পাংবা নত্তনা মমৈদদি বিচারপতিগী থবক ফাউবা পায়শিল্লক্লে। পাকাসনানা নোংমা কৈ ফাবা চৎগ্রিভৈদা মনাই মনিলাল দেনা ব্রাহ্মণ অমবু থিনা তৌবিবা উবদা টেকেন্দ্রজিৎ সিংহনা মতাং চারে খন্দুনা মনিলাল

৩ Manmohon Ghosh ; Did the Manipur princes obtain a fair trial ? (London) 1891

দেবু জেল পীখি অমসুং বিচারপতি ওইবা শীদোকখি। মসিনসু মচিন-মনাও অনি সুংঙাইনদবগী মরম অমনি।

৪। জিলাঙম্বা সুরচন্দ্রনা রাজগদ্দিদা লেঙখৎপা মতমদা চহি ১৭ লোমদা মঙাইরি, নহা ওইরি হায়দুনা মতম অদুদদি ফম্নাইদরি। মতম অদুগী চৎনবী মতুংইন্না নিংথৌনা কোনুংদগী মপাল থোক্লমদাইদা তোপ থানৈ। অতৈ অতৈ ফম্নাইবা নিংথৌগী মচাশিংনা কোনুংদগী মপাল থোরকপদা বেংগুন খোংনৈ। নোংমা কৈ পাউ লাক্লবদা টেকেন্দ্রজিৎ হকচাং ঙমদবা মতাং থোক্তুনা মনাও অতোম্বা জিলাঙম্ববু কৈ ফাবা থারম্মী। জিলাঙম্বনা বেংগুন খোংদুনা লাকপদা পাকাসনানা নিংথৌগী মচা ওইরবসু ফম্নাইদ্রিমখৈগীদি বেংগুন খোংবা য়াদে হায়দুনা থিংলম্মী অদুগা বেংগুন মুল্লম্মী। কৈ ফাবা হায়বা অসি মতম অদুগী চৎনবী মতুং ইন্না সেনাপতি নব্রগা ফম্নাইবা মীওইশিং নত্তনা অতোপ্পা মীনা ফাবা য়ারমদে। কনাগুম্বনা লম হেন্দুনা ফারম্লবদি দণ্ডি ফংনৈ। ফম্নাইদ্রিবা জিলাঙম্ববু টেকেন্দ্রজিৎসিংহনা বেংগুন খোংহন্দুনা কৈ ফাবা থাবা, মদুদা পাকাসনানা য়েৎপা মরম অসিদগীসু টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ অমসুং পাকাসনা মচিন-মনাও সুংঙাইনখিদে।

৫। নোংমা কোনুংদা টেকেন্দ্রজিৎসিংহনা মহারাজ ফমজাউদা চেপ্পিমাল্লে খন্দুনা হৌনবী ব্যবহার তৌরম্মী। মায় হাইদোক্লকপদি ব্যবহার তৌরুরিবা মীশক অদু মহারাজ ওইরমদ্রে, মহারাজগী অচানবা মোইরাং নিংথৌ শঙলাকপা ওইরমলে। মহারাজনা চাল্লবসু মহারাজগী ফমজাউমক্তদা শঙলাকপনা কাখৎপদি হৌনদবা শাজৎনি খন্দুনা টেকেন্দ্রজিৎ সিংহনা মোইরাং নিংথৌগী মশম পায়দুনা ফমজাউদগী চিংথরে অদুগা খোঙপাম্না কাওদুনা মভিকচাবা দণ্ডি পীরম্মী। মহারাজনা তাঞ্জা অসিদা লেঙশিল্লক্তুনা টেকেন্দ্রজিৎপু খামখি। অচানবা মনাইনা টেকেন্দ্রজিৎকী মখুত্তা ইকাইবা নংবা অসিদা মহারাজ মপুক্তা য়াম্না সুংঙাইরমদে অমসুং থোক্লিবা থৌদোক অসিগী মরীদা টেকেন্দ্রজিৎ সিংহবু বারৌরম্মী। সুরচন্দ্রগা পাকাসনাগা অনি অসিদি মমা অমতগী মচানি,

মশা অমতনি অদুনা মহারাজনা টেকেন্দ্রজিৎপু শাউবদগী হায়দগী শাউদুনা লৈরিবা পাকাসনানা টেকেন্দ্রজিৎপু থোইনা হেন্না শাউরমই।

৬। সুরচন্দ্র মহারাজনা পোকপা চহি তরাদা ভায়রিবা মচানিপানা ফত্তরা মী থরনা ইনশিনবিবদগী নোংমা যুবরাজগী ফম্ফমদা ফম্নগা মহাক মশামক যুবরাজনি লাউথোকলম্মী। যুবরাজ কুলচন্দ্র অমসুং সেনাপতি টেকেন্দ্রজিৎ মমা মমা পোকমিন্নবনি, ময়াম্বুং কুলচন্দ্রবু ইকায়বা পীবনি হায়না টেকেন্দ্রজিৎনা লৌরম্মী। তৌরিবা থবক অসি পাকাসনাগী খুজিন্দগীনি হায়দুনা টেকেন্দ্রজিৎনা পাকাসনাবু য়াম্না শাউরম্মী অমসুং ময়াম্বুং কুলচন্দ্র যুবরাজগী মীচঙদা লেপ্লম্মী। মসিসু টেকেন্দ্রজিৎ অমসুং পাকাসনা অনিগী য়েংথিনবগী মরম অমনি।

৭। ১৮৯১ ইংগী কাঙজৈদা মহারাজ সুরচন্দ্রগী কাঙবুনা থোইরম্মী। অপোবা টেকেন্দ্রজিৎকী কাঙবুবু পাকাসনানা ইনশিন্দুনা লঙনহনখি। মসিদগী মচিন-মনাও অনি কয়া সুংঙাইনখিদে।

৮। পলিটিকেল এজেণ্টকী মেম সাহেবনা শিলংদা লৈথ্রিঙৈ ১৮৯০ ইংগী আগষ্ট থাদা রেসিডেন্সি বাংলা মমাঙগী পুখ্রিদা হি অনি, অমদা সাহেব অদুগা অমদনা টেকেন্দ্রজিৎ অমসুং জগোইশাবী খরা য়াওনা হি তোংদুনা শান্নখি। সাহেবকা পাকাসনাগা খাইবুং খাইবুং তৌনরকপা অদুগা টেকেন্দ্রজিৎকা সাহেবকা নকশিন্নরকপা অসিদা পাকাসনা য়াম্না শাউখি। অদুনা মখোয় মশেল য়েংথিনবা হেঙ্গৎখি। পলিটিকেল এজেণ্ট মিঃ গ্রিমউডনা থৌদোক অমদা বাংলাদা সুপী খরগী ফটো লৌরম্মী। পাকাসনানা পাউ অসি তারদুনা সুপীশিং অসিনা থোরকপদা মনাই রসরাজ শর্ম্মা (ইবেচাউবী শর্ম্মা) বু থারক্নুনা কোম্থোং-দা ফাহল্লে। সুপীশিং অদু বাংলাদা চেনশিনখ্রে। সাহেবনা সুপীশিং অদু চাপ্রাসী অমগা লোয়ননা সেনাপতি টেকেন্দ্রজিৎ তাম্না থারকখি। টেকেন্দ্রজিৎ সিংহগা গ্রিমউড সাহেবকা অমতা ওইখ্রে হায়না পাকাসনাগী মপুক খোয়রাঙলম্মী। টেকেন্দ্রজিৎনা মহাক্না তৌবা থবক্তা পাকাসনানা য়েৎতুনতা লৈ হায়না খন্দুনা য়াম্না শাউরম্মী।

৯। কোম্মুং ময়াদা মশক মতৌ ফজবী, মশম-মনা ফবী মায়-পাকপী কৌবী লৈশাবী অমা লৈরম্মী। হায়রিবা মায়পাক্কপী হায়বী অসিগী রাহৌদগীস্তু টেকেন্দ্রজিৎ অমস্তুং পাকাসনা মচিন-মনাও অনি অসি কয়া মুংঙাইনখিদে।

য়েংথিনবা অসিনা মরম ওইদুনা মচিন-মনাও—মমা তিন্নবা মরি, মমা তিন্নদবা মরি—নাকপাক-নাকপাক তানখি।

মমা তিন্নবা মচিন-মনাও মরি

১। সুরচন্দ্র—মহারাজ

২। পাকাসনা (ভৈরবজিৎ)—শগোলহঞ্জবা

৩। থম্বোস্না (কেশরজিৎ)—শামুহঞ্জবা

৪। গোপালসনা (পদ্মলোচন)— ফুঙ্গানাই শঙলাকপা

মমা তিন্নদবা মচিন-মনাও মরি -

১। কুলচন্দ্রধ্বজ সিংহ—যুবরাজ

২ কোইরেং (টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ)—সেনাপতি

৩। অঙৌসনা (ভুবন সিংহ)— দোলাইরোইহঞ্জবা

৪। জিলাঙম্বা (লক্ষ্মী নারায়ণ)

---

### তশুবা পন্দুপ

# বীর টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ অমস্তুং ১৮৯০ ইংগী সেপ্টেম্বরগী লালহৌ

টেকেন্দ্রজিৎকা পাকাসনাগা য়েংথিনবনা মরম ওইদুনা মণিপুরগী রাজনীতিগী অতিয়াদা লৈবাক কায়বগী নোং-মুংশিৎ শিৎপা হৌরক্লে। মণিপুরগী মতম অদুগী পলিটিকেল এজেন্ট মিঃ গ্রিমউড সাহেবনা

আসামগী চিফ সেক্রেটরীদা ১৮৯০ ইং সেপ্টেম্বর তাং ২৫ গী অইবা চিঠি নম্বর ২৪৫ শুবদা অসুম্না ময়েক শেংনা হায়রি—"পাকাসনানা হিরম খুদিংমক্তা ময়াম্বুং টেকেন্দ্রজিৎকী অমসুং মহাক্কী মীচঙদা লেপ্লা মীশিংগী শাওননবতা হোৎনরম্মী অদুগা মহারাজ সুরচন্দ্রনসু পাকাসনাগী মীচঙদা চঙদুনা লৈরকই। অদুম ওইনমক প্রজাশিংনদি পাকাসনাবু মুংশিরমদে। সেনাপতি টেকেন্দ্রজিৎপুদি মণিপুরী প্রজাদা নত্তনা মণিপুরদা লৈবা মপানগী প্রজাশিংনফাওবা য়ারম্মী।" মচিন মনাও খম থেংনা মুংঙাইনরক্লবা অসিনা ১৮৯০ ই গী সেপ্টেম্বরগী তা· ২২ অহিংদা জিলাঙম্বা অমসুং অঙৌম্বা দোলাইরোইহল্লবা অনিনা সুরচন্দ্র মহারাজগী মথক্তা লাল হৌরম্মী। লাল খঙহৌ হৌরকপা অসিগী মরমদি পাকাসনানা ময়াম্বুং মহারাজগী মথক্তা অঙৌসনানা লালহৌবগী শরৌ শিল্লি হায়না অরানবা ব্রাকম অমা হঙৎলুবদগী মহারাজনা ব্রাকম অদুগী অচুম-চুমদ ইথি-থিদনা মহাকপু অমসুং জিলাঙম্ববা সেপ্টেম-বরগী তাং ২৩ গী অয়ুক্তা ফাননবা হুকুম তৌরম্মী। পাউ অসি তাবদা নিংথৌ মচা অনি অসি য়াম্না শাউখি অমসুং ফাহন্দুনা ইকায়বা নংগদবগী শরুক্তা মবুধৌশিংগী সিংহাসন মমাংদা লাল শোক্লদুনা শিখিবনা হেন্না ফৈ শন্দুনা মখোয় অনিনা লাল হৌখিবনি। হন্দক্কী লালহৌ অসি সেনাপতি টেকেন্দ্রজিৎ সিংহনা ইনশিনবদগী থোকখিবনি হায়না মণিপুর পলিটিকেল এজেন্সীগী ১৮৯১—৯২ ই গী এডমিনিষ্ট্রেসন রিপোর্টতা অসুম্না ইরি—"**In September the Maharaja Surachandra Singh was driven from his palace by the two younger brothers at the instigation of the Senapati Tikendrajit Singh.**" অসিগুম্বা তা· ২১গী লালহৌ[১] অহিংদা যুবরাজ কুলচন্দ্র অমসুং সেনাপতিগী নোংমৈ পায়বা বোডি গার্ড

[১] Manmohon Ghosh : Did the Manipur princes obtain a fair trial? London, 1891.

সিফাই ৩০০, সেনাপতিগী সিফাই ২০১, দোলাইরোইহঞ্জবগী ৮০ অদুগা শগোলহঞ্জবগীনা ৬০ অদ্রি শগোলনা লৈরম্মী। অহিং অদুদা মখোয়না জেলগী থোঙ হাঙদোকুনা বন্দি ৪০০ রোম থাদোকল্লম্মী অমসু মখোয়দা খুৎলাই পীরম্মী২ অদুগা থাদোকখিবা বন্দিশিং অদুনা মখোয়গী মতে পাংলম্মী।

মহারাজনা চেপ্পলবদগী নো মৈ মখোল হেক ত:বদা পোকমিল্লদবা মচিন-মনাওশি না লাল হৌরক্লে হায়বা খঙলদুনা মনিঙলোমদা থোক্কনা রেসিডেন্সি তাম্না লেংখি।

সেনাপতি টৈকেন্দ্রজিৎসু লালহৌবা অদুদা য়াওশিল্লরে অদুগা সুরচন্দ্রনা কোম্মুংদা অমুক হন্না চংলকপা ঙমদনবা সনা কোম্মুং চোকশিন্না ঙাকখি। মহারাজ সুরচন্দ্রনা কোম্মুং থাদোক্কনা লেংপ্রবদা অঙৌসনা অমসু জিলাঙম্বনা জয় ওইরে হায়দুনা প্রজাশিংনা খঙনলবা তোপ ৫ রক থাখি। কম্বাল৩ কোইরেংনা সেনাপতি ওইরে, শক্তি য়াম্না পায়রে হায়বা তাব্রবদা মতম অমদা মণিপুরগী পলিটিকেল এজেণ্ট ওইরম্বা সার জেমস জনষ্টোন-না মীরৈবাক্তা লৈনা লৈনা নোংমদি মহাক্না ময়াম্বুং মহারাজবু তাম্থোক্লবা শোয়দ্রে হায়না খনখি। ৪) ময়াম্বুং যুবরাজ কুলচন্দ্রদি অমসু অমসু য়াওজরোই হায়দুনা মাইল ৮ হাইথরগা ফোইজ্জি তাম্না লেংখি।

মহারাজ সুরচন্দ্রনা শঙ্গেম্থোংলোমদা লেঙথোক্লকপদা মনাও ইবুংঙো লেফটেনেণ্ট জেনেরেল পাকাসনাগা মহাক্কী কেরাণী মনিলাল দেগা সিফাই ৮০ গা লোয়ননা কোম্মু কনগে লাকপদা শঙ্গেম্থোং ময়াদা থেংনরে। থেংলবা অমসুং মমবা অহিং অদুদা কনানা য়েক্লবনো কনানা

২ জানকীনাথ বসাক: মণিপুর প্রহেলিকা, কলিকাতা, ১২৯৮, পৃঃ ৭১

৩ জানকীনাথ বসাক: মণিপুর প্রহেলিকা, কলিকাতা, ১২৯৮ পৃঃ ৫৩

৪ Sir James Johnstone : My Experiences in Manipur and the Naga Hills, London P. 275

মীচঙ্‌নো হায়বা খন্দোকপা। ঙন্নোইদৌবনা মহারাজ সুরচন্দ্র পাকাসনা-নচিংবনা থৌগল তৌদুনা অহিং নোংয়াই মতুং পু ২ রোম তাবদা বৃটিশ রেসিডেন্সি য়ৌথি।

কোনুংলোমদা নোংমৈ কাপ্লবগী মখোল অসিনা পলিটিকেল এজেন্ট মিঃ গ্রিমউডপু মিকপ খংথোক থোকহল্লম্মী। কোনুংদা ইরাং থোকপগী পাউ অসি পলিটিকেল এজেন্টকী মফমদা পাউ ইহাল হাল্লা পীখিবা মীশক্তি মণিপুরী বেণ্ড মাষ্টর ডুম্ব্রসিংহনি। মৈতৈ সিফাইশিংনা কোনুং মনুংদা "দুর্গা মাইকী জয়", "দুর্গা মাইকী জয়" অদুগা "সেনাপতি ফতে হুৱা", সেনাপতিনা জয় ওইরে হায়বা খোল্লাউনা ইনিন্‌ নিন্দুনা ইরাং হৈরম্মী।

ঙহাক লৈরগা মহারাজ সুরচন্দ্রগী মনাও ইবুংঙো অনিসু রেসি-ডেন্সিদা থুংলরে। পলিটিকেল এজেন্টনসু মহারাজনা লেংশিল্লবা দরবারগী কা অদু শংদোকহল্লে।

নোংঙাল্লগা পলিটিকেল এজেন্টনা পাউ ফংখি মদুদি সেনাপতি টেকেন্দ্রজিৎ, দোলাইরোইহঞ্জবা অমসুং জিলাঙম্বা হায়বা মহারাজ সুরচন্দ্রগী মমা তিল্লদবা মচিন মনাও অহুম অসি কোনুংদা চংশিনখ্রে অদুগা তোপচাউ মরি, নোংমৈ অমসুং নোংমৈ মরুনচিংবা থম্লা মফম অদু মখোয়গী মখুৎ চনখ্রে অদুগা নীলমনি সিংহ আয়াপুরেল মেজরসু টেকেন্দ্রজিৎকী মীচঙদা লেপখ্রে। অয়ুক অদুদা রেসিডেন্সিদা লাকপা মহারাজগী মীচঙদা লেপ্পা মীওইশিংগী মনুংদা শামুহঞ্জবা গোপালসনা, কর্ণেল শামু সিংহ, মেজর জম্বুবান অমসুং থঙ্গাল জেনরেলগী মমিং পনবা য়াই।

অসিগুম্বা লালহৌবগী পাউ অসি লাংথবাল য়ৌবগা লাংথবান্দগী রাইফল পায়বা সিফাই ২৫ গা লোয়ননা বৃটিশ অফিসার বার্কলী ( Ber-keley ) সু ইম্ফালদা থুংলরে অদুগা রেসিডেন্সি চ্যেকশিন্না ঙাকখি। সুমিৎ য়ুংবা মতুং অদুরাইদা রেসিডেন্সিদা মী য়াম্না তিল্লরে। মখোয়গী মনুংদা খুৎলাই পায়বা মী য়াম্না য়াওরম্মী। তিল্লিবা মীয়াম অদুনা অহিং

ফাওবা অদুম লৈথরবদি নোংমৈ কাপ্পরক্লুনা খুদোংথিবা কয়া থোক্লবা য়াই হায়বা বার্কলীগী পাউতাক মতুংইন্না মীয়াম অদু তাম্থোকখি। মুমিৎ অদুগী মুমিৎদাংবাইরমদা আসামগী চিফ কমিশনরদগী টেলিগ্রাম অমা পলিটিকেল এজেণ্টতা থুংলৈ। মরোলদি—"নাকল অনিমক্ত তাইশিন্নবা য়ানবা হোৎনৌ"—হায়বা অসিনি।

মতাং অসিদা পনবা য়াবা অমনা সুরচন্দ্র মহারাজনা ১৮৯০ ইংগী নভেম্বরগী তাং ১৪দা আসামগী চিফ কমিশনরদা ইবা চিঠিদা পলিটিকেল এজেণ্ট গ্রিমউড সাহেবনা মীচঙ চঙবা ওইনা টেকেন্দ্রজিৎকী মরাল অমুম্না শীরি—পলিটিকেল এজেণ্টতা মতেং পাংবিয়ু, পাউতাক পীবিয়ু অমসুং য়েক্লবগা লাল থেংনগে হায়জববু চিফ কমিশনরগী হুকুম য়াওদ্রবদি য়ারোই হায়না খামখি। মতম অসিদা মুসলমান ফটোগ্রাফর দস্থ সর্দার কৌবা অমনা কোনুংদগী চিঠি অমা পুদুনা লাক্লগা পলিটিকেল এজেণ্টকা লোম্না রারী শানখি।

মদুদগী হুইকলগা মহারাজগী মতেং পাংগে লাকপা নোংমৈ পায়বা সিফাইশিংদা বৃটিশ সিফাই থাজিন্দুনা নোংমৈ মুলহনখি, থবক অসিদা পলিটিকেল এজেণ্ট মশামকস্থ য়াওশিল্লম্মী হায়রম্মী।

পলিটিকেল এজেণ্ট মিঃ গ্রিমউডকী রিপোর্টতগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্মী মদুদি মথংগী লৈপাকপোকপা মুমিৎকী অয়ুক্তা মহারাজ সুরচন্দ্রনা পলিটিকেল এজেণ্টতা মণিপুর থাদোক্লগে, তীর্থ চৎলগে অমসুং বৃন্দাবন্দা বাস তৌরগে হায়বা আশা ফোঙদোক্লম্মী। মহারাজ সুরচন্দ্র বৃন্দাবন লেংলগনি, মদুগী বন্দোবস্ত তৌনবা কোম্মুংদা লৈরিবা মনাও-ইবুংঙোশিংদা চিঠি থারম্মী।

মসিদা সেনাপতি টেকেন্দ্রজিৎ অমসুং মচিন-মনাও পুম্নমক য়াম্না হরাউরম্মী অদুগা মহারাজনা তীর্থদা লেংননবগী বন্দোবস্ত পুম্নমক সেনাপতিনা তৌগনি হায়না য়াখি।

মহারাজ সুরচন্দ্রনা মণিপুর থাদোক্লনা তীর্থদা লেংলগনি হায়বা পাউ অসিনা হেক শন্দোকখিবদা অনকপা অমসুং অথাপ্পদা লৈরিবা

প্রজাশিং কারক্ত্না রেসিডেন্সিদা তিন্নরে, অদুগা মখোয় মখোয়গী লৈজবা শেল কৎলখি। পলিটিকেল এজেন্টকী মত-তা সুরচন্দ্র প্রজানা য়াম্না য়াবা নিংথৌ অমনি হায়না লৌরম্মী। অদুগা মহারাজনা তীর্থদা লেংগ্রানি হায়বসি তাবদা মী খুদিংমক মথন্নাই মুংঙাইনরমদে। মহারাজনা তীর্থ লেংবগী থৌগনগীদমক্তা পাকাসনা অমসুং অতোপ্পা মচিন-মনাও অনি শামুহজবা অমসুং গোপালসনাগা লোয়ননা অতৈ অতৈ মনাই মশল, থৌগল-লাঙ্গল ঙম্নমক্তা মী ৬০ রোম শেম-শাদুনা লৈরম্মী।

মনিপুরগী সিংহাসন থাদোক্লমবগী মশক ওইনা মহারাজগী লুপাগী খুৎশু-থাঙ অদু কোন্নুংদা পিরক্লে অমসুং সিংহাসন থাদোকপগী রারোল ইবা চিঠি অমসু সেনাপতিদা থারক্লে।[a]

মহারাজ সুরচন্দ্রনা মনাও ইবুংঙোশিংগা মনাই-মশলগা লোয়ননা মুমিৎ অদুগী মুমিদাং পুং ৭.৩০ রোম তাবদা মনিপুর থাদোক্লুনা লেংখি। মতাং অসিদা দশাগী রাফমগা চানবা তারবদি দেব সেনাপতি ভাতৃকারক মঙ্গল গ্রহনা মচিন-মনাওগী মফমদা লৈদুনা দশাপতি চন্দ্রবু পীড়িত তৌবা মরম্না মহাক্কী সেনাপতি মনাও ইবুংঙো বীর টেকেন্দ্রজিৎকী প্রতাপনা সিংহাসন থাদোক্লুনা চেনখ্রিবনি।[b] মসিদা মণিপুরগী পলিটিকেল এজেন্টনা মহারাজগী অশোয় অঙাম য়েংনবা ৪৪ শুবা লাইট ইনফেন্ট্রিগী রাইফল পায়বা সিফাই ৭৫ না কাছাড় ফাওবা মহারাজগী থৌগল ইলহনখি

মহারাজ সুরচন্দ্র মনাই-মশলনা থৌগল তৌদুনা ওক্টোবরগী তাং ৩ দা শিলচরদা থুংখি। শিলচর হেক য়ৌবগা পলিটিকেল এজেন্টনা পীরকপা পাশ অদু ফাক্তোক্লুনা য়েংলুবদা মহারাজ সুরচন্দ্র রাজগাদি থাদোক্লমলবনি হায়বা রাফম থেংনরুরে। ওক্টোবরগী তাং ৬ তা মহারাজ সুরচন্দ্রনা রাফম অসিগী মরীদা শিলংদা আসামগী চিফ

---

a Administration Report of the Manipur Political Agency for 1891-92.

b পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু শর্মা বিভারত্ন : অহৌবগী দশা লাঃ ৪৪



মহারাজ সুরচন্দ্র সিংহ



যুবরাজ কুলচন্দ্র সিংহ ( তুংদা মণিপুরগী মহারাজ ওইখিবা )



ইংরেজ কেরাণী রসিকলাল কুণ্ড



রাজ কেরাণী বামণ চরণ মুখোপাধ্যায়

কমিশনরদা রাজগাদি থাদোক্লবনি হায়বসি পুন্নান লানবনি, পলিটিকেল এজেন্টনা লান্না লৌবনি হায়না টেলিগ্রাম অমা তৌখি।[৭]

অসুম্না মহারাজনা শিলচরদা থুংলবদা শিলচরগী পুলিস ইন্স-পেক্টর অমনা সুরচন্দ্র মহারাজ অমসুং লোয়নরকপা মী পুম্নমক অদু কলিকাতা তান্না থিল্লম্মী। কলিকাতা য়ৌরগা মহারাজ সুরচন্দ্র মানিকতলা রোড, কাঁকরগাছিদা মহারাণী স্বর্ণময়ীগীদা লৈরম্মী। কলি-কাতাদা থুংবগা মহারাজ সুরচন্দ্রনা মণিপুর নিংথৌ খুবম হন্জিলহনবিয়ু হায়না গবর্ণর-জেনরেলদা দরখাস্ত অমা থাখি।[৮]

মহারাজ সুরচন্দ্রনা বৃন্দাবন্দা বাস তৌনিংঙি হায়বা রাক্ষম অসিগী মরীদা পলিটিকেল এজেন্ট মিঃ গ্রিমউডনা হায়র্বদি মহারাজ সুরচন্দ্রনা বৃন্দাবন্দা বাস তৌনিংবগী রাক্ষম অসিদি হন্দক্কী লালহৌবসিগী মমাংদগী হৌনা হায়রক্লবনি, অদুগা মহারাজ সুরচন্দ্রনা আসামগী চিফ কমিশনরদা ইবা চিঠি অদুগী মতুং ইল্লবদি মহারাজ সুরচন্দ্রনা য়েক্লবগী মখুত্তগী লাম্থোকপা য়াননবগীদমক্তা লাল তৌররোই, বৃন্দাবন্দা চৎপদা মতেং পাংবিয়ু হায়না টেকেন্দ্রজিৎতা ইখিবা চিঠি অদুদা সহি তৌখিবনি হায়বা রাক্ষম অসিনি

১৮৯০ ইং সেপ্টেম্বর থাগী তাং ২৩ নৈপাকপোকপা নুমিত্তা মহারাজ কুলচন্দ্রধ্বজ সিংহনা মণিপুরগী সিংহাসন্দা লেংখৎখি।[৮] মহারাজগী মীচঙদা লৈবা মনাও ইবুংঙোশিং অহুমসু মথং মথং ফমথোল

---

৭ Telegram dated the 6th October, 1890 from Maharaja Surachandra Singh, Silchar to the Chief Commissioner of Assam, Shillong: "Just now opening Political Agents pass learn that I abdicated. Wholly untrue. Political Agent misunderstood me"

৮। সুরচন্দ্রনা কোন্নং থাদোক্লুনা হাওঁ বাক্‌লাদা হৈংখ্রবদা অমসুং জেণ্টিলকণ্ট হায়বা য়াত্রবদা বীর টেকেন্দ্রজিৎ মশানা নিংথৌ ওইদনা ৺কুলচন্দ্র মহারাজবু কোইজিংদগী কৈকহনা নিংথৌ হাপ্নি।— শ্রীলাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ: যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ সিংহগী জীবন্দা থোৎলোক থর—ডসি, ১৩। ০। ৫৬ ইং

কাখৎখি— (১) কুলচন্দ্রধ্বজ সিংহ—মহারাজ (২) কোইরেং (টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ) য়ুবরাজ (৩) অঙৌসনা (ভুবন সিংহ)—সেনাপতি (৪) জিলাঙম্বা (লক্ষীনারায়ণ)— শামু হঞবা। থঙ্গাল জেনরেল-নচিংবা অঙম-অথৌশিং কোন্নুংদা চংদুনা কুলচন্দ্র মহারাজগী সনা থৌগল তৌখি।

ভারত সরকারনা সুরচন্দ্র মহারাজগী দরখাস্ত অদু খন্নবদা লৈবাক নিংথিনা ঙাকপা। ঙমদ্রে হায়বা খঙলবা অসিদা মহাকপু অমুক হন্না বলৎকারনা নিংথৌ খুবম হঞ্জিনহল্লবদি প্রজাগী শান্তি অমদি মণিপুরগী মঙ্গল ওইবা ঙম্লরোই হায়না ভারত সরকারনা লৌরম্মী।[৯]

মহারাজ কুলচন্দ্র ধ্বজ সিংহ হৈশিংলবা মনাও ইবুংঙো টেকেন্দ্রজিৎকী মখুৎতা ইচম চম্বা খুৎলাই অমা ওইনা লৈরম্মী, লৈবাকী থাঙ্গৈশোংবা শক্তিদি টেকেন্দ্রজিৎকী মখুৎনা পায়রম্মী।[১০] মহাকী মগুন্না লান্মী পুন্নমক শুন্নাৎলম্মী, প্রজাশিংনসু মহাকী য়াথং হিক্তোকপা ঙম্নমদে। প্রজাশিংনা মহাকপু মুংশিবগী মতিক কীরম্মী।[১১] মতিক-মগুণ অমসুং

---

৯ Sir William Lee-Warner : The Native States of India London, 1910.

১০ The Bengali ( Calcutta ) June 5, 1911.

আসামগী চিফ কমিশনার মিঃ কুইন্টন শিন্দুবা মতুংদা মহাক্কী মহুৎ শিনবিবা মিঃ ডবলিউ ই, বার্ড আই-সি-এস (মতুংদা স্যার উইলিয়ম বার্ড, কে, সি, এস আই) না ১৮৯১ ইংগী জুনাইগী তাং ৬ তা ইরবা চেদগী ঐথোয়না খঙবা ঙমই মতমদি সুরচন্দ্র মহারাজদি মমিংতা ঙাইবা নিংথৌ ওইবদগী হেল্লংদে। ১৮৮৬ ইংদগী হোৎচনা মতম পুন্নমক্তা বৃটিশকী থৌরবদা লেপ্তুনা লাক্লবা সেনাপতি টেকেন্দ্রজিৎনা থাঙ্গৈশোংবা নিংথৌ হায়বত্ত ওইদুনা লাকনি।

Sir Robert Reid : History of the Frontier, Bordering on Assam, 1942, P. 55.

(১১) শ্রীপ্রিয়নাথ মুখোপাধ্যায়ঃ মণিপুরের সেনাপতি (দ্বিতীয় অংশ) দারোগার দপ্তর, ১০৬ সংখ্যা, দ্বাদশ বর্ষ, শ্রাবণ।

মথৌনা উবদা মী পুম্নমক ঙক্লম্মী। মহাক নিংথৌমজ্জি ওইরমদে হায়ববু লৈবাক ঙাকপা হায়বত্নদি ওইরম্মী।

মণিপুরগী সেপ্টেম্বরগী লালহৌ অদুদা ভারত সরকারনা খুৎ থিংজিনবা পাম্লম্মী। মখোয়না কুলচন্দ্রধ্বজ সিংহবু মণিপুরগী মহারাজনি হায়না য়ারগা টেকেন্দ্রজিৎ সিংহবু মশা কঞ্জনবা খুদোং চাবা পীদনা, করি অমুক হায়গনি, মহাক্কী হায়নিংবা করি লৈ হায়বদু ফাওবা হায়হন্দনা, মদু ফাওবা খঙনিংদনা, মদুগী মরমদা মহারাজগী মতম্থ লৌদনা অমসুং পলিটিকেল এজেন্ট মিঃ গ্রিমউড ফাওবগী মতম্থ লৌদনা টেকেন্দ্রজিৎনা সেপ্টেম্বর তাং ২১ গী লালহৌ অদুগী দাম্নিনি, মহাকপুদা মণিপুরদগী তাম্থোক্লগা লোইরে হায়না থন্দুনা মদুগী থবক পাঙথোকহনবনা আসামগী চিফ কমিশনরবু মণিপুরদা থারকপগী উদ্দেশ্যনি[১২]। থৌরাং অসি রাখল য়াম্না থেনবদগী থোকপনি অমসুং মসিনা মমৈদা তমথিরবা ইরাং অমা লৈবাক অসিদা থোকহনখি।[১৩] অদুগা ভারত সরকারনা অতৈ অতৈ স্টেটশিংদা ঙাকশেন্দুনা লৈবগুম্না মণিপুরদসু ভারত সরকারনা কনাগুম্বা নিপা অমবু মহাক্না লৈবদা অকায়বা ওইগনি হায়না খল্লবদি মহাকপু লৈবাক অসিদগী তাম্থোকপগী রাহং অমুক হংনিংঙাই লৈতবা অদুগুম্বা অধিকার অদু ভারত সরকারগী লৈ হায়না লৌরম্মী।[১৪]

মতাং অসি লৌখত্তুনা ফাওরবা ঐতিহাসিক ডাঃ রমেশচন্দ্র মজুমদারনা মহাক্কী **British Paramountcy And Indian Renaissance** কৌবা লাইরিক্কী লামায় ৭১৭ তা অস্নুম্না ইরি—
"ভারত সরকারগী রারেপ অসি য়াম্না হন্থনা হায়রবদা য়াম্না ঙক্লিং-ঙাইনি। সরকার অসিনা লালহৌবা অসিবু মপুংফানা পাঙথোকপ্রবা থবক্কি হায়না লৌরম্মী অমসুং মদুদগী খ্বাইদগী হেন্না কান্নবা ফংখিবা

১২ হেমেন্দ্র প্রসাদ ঘোষ—মণিপুর—শারদীয়া বসুমতী, ১৩৫১

১৩ বীর টেকেন্দ্রজিত অমসুং মণিপুর স্বাধীনতাঃ সোনর অসম (ডিব্রুগড়) ২য়বছর, ১৯৬৭ সন।

১৪ Sir William Lee-Warner: The Native States of India, London, 1910.

নিপা ( কুলচন্দ্রধ্বজ সিংহ ) অদুবু ঙাকপিথ্রে, তৌইগুম্বসুং অতোপ্পা অমা ( টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ ) বু লালহৌবা অদুদা তশেংনা য়াওখি হায়বা অদু ফাওবা খঙদনা অমদি মতিক চাবা প্রমাণ অমতসু লৈতনা লালহৌবা অদুগী লুচিংবনি হায়না লৌরগা মপান্দা থাদোক্লবা হোৎনখি।"

---

## ৪শুবা শন্দুপ

## বীর টেকেন্দ্রজিৎ ফানবা থৌরাং

সুরচন্দ্র মহারাজনা কলিকাতাদা গবর্ণর জেনরেলদা রাকৎপনা মরম ওইদুনা আসামগী চিফ কমিশনর মিঃ জে, ডবলিউ, কুইণ্টন গবর্ণর-জেনরেলগী হুকুম পুদুনা মণিপুর তম্না ১৮৯১ ইংগী ফেব্রুয়ারীগী তাং ২০ দা কলিকাতাদগী খোঙশাল্লকলে। গোলাঘাটতা থুংলগা মদুদগী মার্চ্চগী তাং ৭ তা খোঙশাল্লকপনা তাং ২২ দা মণিপুরদা থুংলৈ[১]। ৪২শুবা গুর্খা রেজিমেণ্টকী সিফাই ২০০ অদুগা ৪৪শুবা রেজিমেণ্টকী সিফাই ২০০ পুম্না সিফাই ৪০০ কর্ণেল স্কীন্না লুচিংদুনা চিফ কমিশনরগা লোয়নরকই। সিফাইশিং অদু অথাম্বনা নহাঙাক্লা ওইনা তৌই। মখোয় পুম্নমক স্নিদর রাইফল পায়রম্মী, মখোয় খুদিংমক্তা নোংমৈ মরু নিফু-নিফু য়াওরম্মী, বিজার্ভ নোংমৈ মরুদি য়াওরক্তে।

আসামগী চিফ কমিশনরনা খোঙশাল্লমদা ইদা ইম্ফালগী কনাগুম্বা মণিপুরী কেরাণী অমদগী চোকশিন্নবা টেলিগ্রাম অমা কংখি, মরোলদি—"মণিপুরদা কৈজাউ অমা হাৎকনি।" চোকশিন্নবা তৌখিবা টেলিগ্রাম অসিবু ফাগী তাখোক্লুনা থৌশাদনা আসামগী চিফ কমিশনর অমসুং মহাকী কাঙবু অদু সিফাই ৪০০তগা লোয়ননা মণিপুর তাম্না খোঙশাল্লকখি।[২]

---

[১] Correspondence relating to Manipur No 4, London, 1891, P. 23

[২] A private telegram had already been received, said to have been sent by a Loyal Manipuri clerk in the Imphal office, to the effect that "a large tiger was to be killed in Manipur."

The warning was laughed at and the columns marched out. —History of the Rifles, P. 176

১৮৯১ ইংগী মার্চ্চকী তাং ২১দা আসামগী চিফ কমিশনর অমসুং মহাকী কাণ্ডবু সেকমাইদা থুংলৈ। মখোয়বু ওকপা মণিপুরগী পলিটিকেল এজেণ্ট মিঃ গ্রিমউড সেকমাই তান্না চৎলি সেকমাইদা মিঃ কুইণ্টন, মিঃ স্কীন, মিঃ কসিন্স অমসুং মিঃ গ্রিমউড মখোয় মরিনা টেকেন্দ্রজিৎপু মতৌ করম্না ফাগদগে হায়বা ৱা তান্নরম্মী। দরবারদা টেকেন্দ্রজিৎপু ফাবা হায়না লেপ্পরম্মী।[৩] ৱাফম অসি চিফ কমিশনর মিঃ কুইণ্টন্না য়াম্না থাজনা থম্বা মিঃ গর্ডনদা হায়দোক্লম্মী।[৪] ১৮৯১ ইংগী মার্চ্চ থাগী তাং ২২ নি। পঞ্জিকা য়েংবিরবদি নপ্রগা হোত্নুনা পুথোকপিরবদি মুমিৎ অদু নোংমাইজিংনি হায়বা হেক্তা খঙবিগনি। তিথিনা দ্বাদশী থোক্লম্মী। হায়রিবা মুমিৎ অসিগী অয়ুক পুং ১০ রোম তাবা কান্দা আসামগী চিফ কমিশনর মিঃ জে. ডবলিউ, কুইণ্টন, কর্ণেল স্কীন, মেজর টি, বইলু, কেপ্টেন বুটচর, চ্যাটরটন, গর্ডন, লেফটেনেণ্ট ব্রকেনবরী, সিম্পসন, কসিন্স, কেপ্তেন উডস্, গুর্খা সিফাই ৪০০গা লোয়ননা ইম্ফালদা থুংলৈ। মখোয়গা লোয়নরকই লাইয়েংনবা ডাক্তর কর্ণেল শিবরাম বর্মা অমসুং লম্বীথোং য়েংননবা একজিকুটিভ ইঞ্জিনিয়ার কলিনারায়ণ বর্মা।[৫]

চিফ কমিশনর থুংবগা কোন্নুং মন্নুংদগী তোপ ১১ রক কাপ্নুনা চিফ কমিশনরদা ইকাই খুম্নবা উৎখি।[৬] চৈথারোল কুম্বাবদদি "তোপ ১৩রক কাপএ" হায়না ইরি। চৈথারোল কুম্বাবগী লামায় ৪৮২দা

---

৩ টেকেন্দ্রজিৎপু দরবারদা ফাননবা হোৎনকপা অসি য়াম্না লানবনি অমসুং খিংনমবগী যুবরাজদা মতাম কোইশঙ্ই মরম অমা পিবে হায়না মহারাণী ভিক্টোরিয়ানা ১৮৯১ ইংগী আগষ্টকী তাং ১১দা মিঃ ক্রসতা অসুম্না ইখি— "The seizure in Darbar was wrong and gave the Jubraj an excuse for resistance."

৪ Sir Robert Reid : History of the Frontier Areas bordering on Assam ( Shillong ), 1942. P. 62

৫ শ্রীবেদ্যধর শর্ম্মা: যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ .সনাপতি ( ভুবনীপ, গুয়াহাটি ) পৃঃ ১৭।

৬ জানকীনাথ বসাক মণিপুর প্রহেলিকা ( ১২৯৮ সন ) পৃঃ ৭৯

অসুম্নসু ইরি—"কমেশোন সাহেপনি হায়বা খঙনবা লমথোং খুদিং লফু, চু, থাউমৈ থান্দুনা মঙ্গল তৌএ।" মুমিৎয়ুংবা মতমদা দরবার তৌগনি, মহারাজসু টেকেন্দ্রজিৎ সিংহগা লোয়ননা দরবার য়াওবিরগদবনি হায়না নিংশিংলম্মী। হন্দকী দরবার অসিবু মহারাজ কুলচন্দ্র, যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ অমসুং মণিপুর দরবারগী অঙম-অথৌশিংনা য়াম্না চিংনরম্মী। মরমদি—

(১) চিফ কমিশনরনা সিফাই য়াম্না লোয়নরকপা।

(২) নোংমাইজিং মুমিৎতা দরবার তৌবা তাবা।

(৩) চিফ কমিশনরনা হেক থুংলবগা দরবার তৌবা তাবা।

(৪) কোন্নুংগী দরবার হোলদা নত্তনা রেসিডেন্সিদা দরবার তৌগদবা।

মথক্কী ৱাফম অসিদনি চিংনরিবা অদুগা হন্দক আসামগী চিফ কমিশনরনা ইম্ফালদা থুংলবগা তথু তথুনা তৌগদৌরিবা দরবার অসিগী উদ্দেশ্যদি গবর্ণর-জেনরেলগী হুকুম হায়দোকপনি, মদুদি:—

(১) কুলচন্দ্রধ্বজ সিংহনা নিংথৌ ওইবা। (২) টেকেন্দ্রজিৎ সিংহবু মণিপুরগী মপান্দা থাদোকপা।[৭]

করিগীদমক্তা সুরচন্দ্র মহারাজবু নিংথৌ মফম হল্লিলহনগদৌরিবনো অমসুং করিগীদমক্তা যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎপু মণিপুরগী মপান্দা থাদোক্ক দৌরিবনো হায়বা ৱাহং অমা মতাং অসিদা লাকই। মদুগী পাউখুমদি অসিনি—সুরচন্দ্র মহারাজবু ভারত সরকারনা নমদুনা নিংথৌ মফম হল্লিলহল্লিংলমদে, হল্লিলহল্লগা প্রজাশিংগী শান্তি নত্রগা মণিপুরগী মঙ ওইরোই, নিংথৌ ওইরিবৈ-ফাওবা লৈবাক ঙাকপগী থবক নিংথি পাঙথোকপা ঙমখিদে। মরম অসিনা যুবরাজ কুলচন্দ্র সিংহবু মণিপুরগী নিংথৌনি হায়না লৌগনি হায়না ভারত সরকারনা লেপখি। অমরোমদনা ১৮৯০ ইংগী সেপ্টেম্বরগী লালহৌ অদু ভারত সরকারনা তুমিন্না থাঙহুনা লৈথোকপা ঙম্নমদে অমসু লালহৌবা অদুগী লুচিংবদি টেকেন্দ্রজিৎ সিংহনি হায়না লৌহুনা মহাকপু মণিপুরগী মপান্দা থাদোকপা

---

৭। A despatch signed by Lord Lansdowne, Sir F. Roberts and General Chesney The Englishman June 5, 1891.

হায়বা ৱাক্ষম অসি তঙাইফদবনি হায়দুনা ভারত সরকারনা টেকেন্দ্রজিৎ সিংহবু ফাননবা হুকুম তৌখিবনি।

মতাং অসিদা মণিপুরগী পলিটিকেল এজেন্ট ওইরম্বা সার জেমস্ জনষ্টোনগী মতভি অসিনি—"সুরচন্দ্র মহারাজবু নিংথৌ ওবম হন্জিনহল্লম-গদবনি অদুগা বৃটিশ সরকারগী ইকায়বা পীবগীদমক্তা নিংথৌ খুবম নমদুনা মুলহৌবা অদুবু দণ্ডি পিরমগদবনি। সেনাপতিবুনা মপান্দা থাদোক্লম-গদবনি। লৌশিং অদুক য়াম্না থেনখিবা অসি ভারত সরকারনা হুকুম তৌকবা অদুনা ওইগদ্রা নত্রগা আসামগী চিফ কমিশনরনা হুকুম অদু ইল্লুবনা ওইগদ্রা হায়বা লুই।"[৮]

মহারাজ সুরচন্দ্রনা কলিকাতাদা গবর্ণর-জেনরেলদা টেকেন্দ্রজিৎ-নচিংবা মচিন-মনাওনা মহাকপু মণিপুরগী সিংহাসন্দগী তাম্ভোকপিরে হায়না ৱাকৎলুবদগী আসামগী চিফ কমিশনার মিঃ জে, ডবলিউ, কুইন্টন গবর্ণর জেনরেলগী য়াথং পুদুনা মণিপুরদা লাকপনি।

লেফটেনেন্ট পি, আর, গর্ডন (Lieutenant P. R Gordon) চিফ কমিশনরগী লময়ানবা ওইনা মার্চকী তাং ১৫ দা ইম্ফালদা থুংলৈ পলিটিকেল এজেন্ট মিঃ গ্রিমউড সাহেবকা অরোনবা ৱারী শারবদা সরকারনা পায়খৎকদৌরিবা থবক মতা অসি মখাগী মরম কয়ামরুম অসি লৈবা মরম্না পলিটিকেল এজেন্ট মিঃ গ্রিমউড সাহেবনা গর্ডন সাহেবতা য়ানিংদবা ( ংদোক্লম্মী -

(১) সেনাপতিনা মণিপুরগী মমুংদা খ্বাইদগী মপাঙ্গল কনবা অমসুং খ্বাইদগী মীনা য়াবা : শরি। সেনাপতিবু লৈবাক অসিদগী পুথোকখিবা তারবদি খুদে ৈবা খরা থোকনি হায়না গ্রিমউডনা ঈঙ্গিৎ তৌরমই।

(২) সেনাপতিবু মপান্দা থাদোকপা তারবদি লৈবাক অসি পুবিনবা মী অমত্তা লৈররোই, থঙ্গাল নত্তনা অতৈ মন্ত্রিশিংদি মতিক

[৮] Sir James Johnstone : My Experience in Manipur and Naga Hills, London, P. 278

চাদে অমসুং প্রজাশিংবু লাকপা ঙমদে। থঙ্গাল মেজরদি চহি ৮০ শুরবনিনা মতম কুইনা থবক তৌথবা ঙম্লরোই।

(৩) হৌখিবা লালহৌ অদু পাকাসনানা সেনাপতি টেকেন্দ্রজিৎপু নমদুনা থোকহনখিবনি। সেনাপতিনা তাম্থোকনিংবদি হায়া ওইরম্বা মহারাজ অদুবু নত্তে, পাকাসনাবুনি। হায়গী মহারাজ অদুদি কীদুনা কোৎংদগী রেসিডেন্সিদা চেনখরে অমসুং কীবদগী সিংহাসন থাদোক্লমগা থবক মখা চৎথখি। সেনাপতিনা তাম্থোকনিংলম্বদি পাকাসনাদনি, অতৈ কনা অমবু নত্তে। মরম অসিদগী মিঃ গ্রিমউডনা হায়গী মদুদি লালহৌবদা য়াওকুবা মহাক্কী থৌদাং অদুগীদমক্তা মচৌন্দা থৌজাল হৈবা লমচৎ চৎপিগদবনি।

(৪) মিঃ গ্রিমউডনা হায়রম্মী মদুদি সেনাপতিবু হিংনা ফাবা ঙম্লোই, মহাক্না মথরাইব মমল তাংনা য়োনগনি অমসুং সরকারনা "মহাক্কী অশিবা মশা" ওইনা ফংগনি। মসি মিঃ গ্রিমউডকী ৱাহৈমরি হায়না মিঃ গর্ডননা ইরম্মী।[১]

সুমিৎ য়ুংশিল্লকলে। মহারাজ কুলচন্দ্র মনাও ইবুংহোশিং অমসুং থঙ্গাল জেনরেলনচিংবা অহুম-অথৌ পুম্নমক রেসিডেন্সিদা লেংঙকলে। বীর টেকেন্দ্রজিৎ সিংহস্ শগোল তোংদুনা মনাই মশল খরনা থৌগল তৌদুনা রেসিডেন্সি চাম্না লেংঙক্লে। চিফ কমিশনর লাকপগী থবক শীন্দোক-শীজিল তৌরুবগা অদুগী মথক্তা ঙরাংগী সুমিৎতা একাদশীগী ব্রতগা কৎলুবগা যুবরাজগী সনা হকচাং য়াম্না চোকথরম্মী। দরবার শেম শাবা লোইদ্রি হায়দুনা শন্ত্রিনা টেকেন্দ্রজিৎ সিংহব রেসিডেন্সি মমুংদা চংহল্লমদে। মতম অসিদা দরবারদা লাউথোক্নদবা ভারত সরকারগী হুকুম অদু শাংমনবনা ইংরেজীদগী মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা অদু লোইদ্রি। ইংরেজ কেরাণী রসিকলাল কুণ্ডুনে, কেরাণী অমনে অদুগা বর্মীজ ইন্টরপ্রিটর অহুম অসিনা ৱারোল অদু ইংরেজীদগী মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লম্মী। মখোয়বু হায়মনা ৱারোল অদুগী ৱাহৈ অমা ফাওবা

[১] Disturbance at Manipur ( 1891 )

কনাগুম্বা অমদা হায়দোক্লোই হায়না রাশকঙল্লম্মী। কেরাণী খুদিংমক শক্তি অমমম্না শঙলম্মী।[১০] মতম অমুক কুইবসি রেসিডেন্সি চংবা থিংলকত্রগা ঙসি খংথিং থিংবা অসিদা যুবরাজগী সনা পুকনিংদা রারোরম্মী। সুমিৎ চপ্যুংবদা সুংশা মরক্তা চংফম পীদনা অসুম ঙাইদুনা লৈবা য়াবা মীশক টেকেন্দ্রজিৎ ওইরমদে। অদুনা টেকেন্দ্রজিৎনা রেসিডেন্সি মমুংদা লৈরিবা লাম্মী পুম্নমক চান থক্লবা মতম অসিদা চাবা-থকপগী করিগুম্বা থৌরাং অমতা ইতৌ ভৌদনা মাগী মাগী ফৌনবী পোষাক শেত্নুনা নোংমৈ পাযদুনা সাজন ভৌদুনা হুকুম ঙাইদুনা লেপ্তুনা লৈবগী মও অদু শগোল মথক্ত উরম্মী। দরবার ভৌগনি হায়রগা ভৌরম্নিবা মতৌ অদু উবদা টেকেন্দ্রজিৎ সিংহনা মাবু ফাগদবগী থৌরাং ওইরমাল্লে হায়না পুক্লিংদা যাম্না চিংনবম্মী। অদুবু অওইবা অমতং খঙলকউ হায়দুনা টেকেন্দ্রজিৎ সিংহনা মনাই অচানবা দম্থ সর্দারবু কোয়য়েংয়েংহল্লম্মী। মনাই সদ্দারনা রেসিডেন্সিগী অকোয়বদা লাম্মী মপৈ মপৈ পৈদুনা লৈরে হায়না যুবরাজদা হঙ্গৎলৈ।

দরবার অদুদা টেকেন্দ্রজিৎ সিংহবু ফাননবা থৌরাংনি অসুম্না শীল্লম্মী—দরবার ভৌগদবা কা অদুগী নিংথৌমচাশিংনা চংলক্কদবা থোঙজাউ অদু নত্তনা অতৈ থোঙজাউ পুম্নমক শো লোনশিল্লম্মী অমসুং থংনবা কাশিং অদু সিফাইশিংনা শংলম্মী। রেসিডেন্সিগী অকোয়বা অমসুং বারান্দা পুম্নমকসু সিফাইশিংনা শংলম্মী। টেকেন্দ্রজিৎ দরবারদগী নাম্থোকখিদনবা অদুমক্কী থৌরাংনি।[১১] থৌবাং অসি উবদা মিঃ গ্রিমউড মথরাই য়াম্না সুংঙাইবমদে, মবমদি যুবরাজগা মহাক্কা য়াম্না চাম্নরম্মী। গ্রিমউডকী মেম সাহেবনা মণিপুরদগী চেনগ্রগা ইবা **My three years in Manipur and escape from the re-**

১০ Mrs Ethel Grimwood : My three years in Manipur and escape from the recent Mutiny, London, 1892, P 182

১১ Page 182 Ibid

cent Mutiny ( London )' কৌবা লাইরিক্তা তৌরিবা থৌরাং অসি উরগা মহাক্না অস্থম্না পেন্দবা ফোঙ্দোক্লমই—

"Whether such a course of action was honourable or not ?"

যুবরাজ ফানবগী থৌরাং মতৌ অসি পন্দুনা সার রিচার্ড টেম্পলনা বৃটিশ পার্লামেণ্টা হায়খি—"সেনাপতিবু দরবারদা ফাগে হায়না নিংলম্বরা ? নিংলম্বা থোক্লবদি মদু লান্দবরা ? ঐহাক মুংঙাইতে। মদুগী পাউখুমদি হোয় হায়না পিবা তাই।" মহাক্না হায়খিবদুমক অসিনি—"Was it intended to arrest the Senapati in the Durbar, and, if so, was such intention wrong ? I am sorry to be compelled to answer then in the affirmative."

মমিং চৎলবা সাংবাদিক মিস্টর ষ্টেডকী "Review of Reviews" কৌবা থাগী চেফোঙ অদুদা যুবরাজবু ফাননবা শীনখিবা থৌরাং অদুবু 'de facto ruler' বু ফজবা ব্রাৎহনবা. পেন্নঙাই ওইদবা থৌরাংনি হায়না অস্থম্না হায়রম্মী—"A plan which savoured whatsome disagreeably of treachery against a 'de facto' ruler whose hospitality we were enjoying."

অসিগুম্বা মতম অসিদা হকচাংনগা চোকথবনে, রেসিডেন্সিদা চংহন্দদুনা মপান্দা কুইনা ঙাইহনবগী ইকায়বনে অমস্থং ফাগদৌরিবরা হায়বগী চিংনবনে, মথা কৌশিল্লকপা ঙাইবা তৌদনা যুবরাজ শঙ্গাই তাম্না লেংলক্রে।

মহারাজ কুলচন্দ্রধ্বজ সিংহদি রেসিডেন্সিদা লৈহৌরি। টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ য়াওদ্রবদি দরবারদা বৃটিশ গবর্ণমেণ্টকী হুকুম ফোঙদোকপা কান্নদে হায়দুনা চিফ কমিশনর সাহেব অদু মহারাজগা ফাওবা উনখিদে। মরোল পুন্নমক মণিপুরগী পলিটিকেল এজেণ্ট মিঃ গ্রিমউড সাহেবকা ফাওদোক্লরম্মী, অদুনা তাং ২৩ নিংথৌকাবা মুমিৎকী অয়ুক পুং ৮ তাবদা দরবার য়ৈথোকপ্রে। য়ৈথোকখ্রিবা দরবার মুমিৎ অদুস্থ যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ হকচাং কম্না ইরে, অদুনা দরবার য়াওবা ঙম্নরোই হায়দুনা কোমুংদগী পাউ লাক্রে।

তশেংবনি, যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ সনা হকচাং য়াম্না সুংঙাইরমদে। কোম্মুদা যুবরাজ ডনরম্না অদুদগী রেসিডেন্সিদা হল্লক্লগা মিঃ গ্রিমউড-না মিসেস গ্রিমউডদা হায়ে মদুদি যুবরাজ নারে হায়রবা রাফম অসিদা থোইনা চিংনিংঙাই লৈতে, মরমদি মতম অদুদা যুবরাজ লাইহৌ কয়া হৌরম্মী।[১২] অদুনা দরবার অদু সুমিৎ অদুগী সুমিৎ য়ুংবা মতুং পুং অমা থাবদা অমুক্না হৌখ্রে।

যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ সিংহনা দরবারগী য়েথোক য়েথোক্লা দরবার ময়া ওরদ্রবা অসিদা দরবার হন্না হয়য় য়েথোকপা কান্নদ্রে খন্দুনা মিঃ সিম্পসনগা লোয়-নননা কেন্দ্রদা কুংথিল পুং মথাবদ মিঃ গ্রিমউডপু যুবরাজ উনবা থারম্মী। মিঃ গ্রিমউডনা মহারাজ কুলচন্দ্রধ্বজ সিংহদা বৃটিশ গবর্ণমেণ্টকী হুকুম ফোঙনা খঙহল্লে অমসুং টেকেন্দ্রজিৎ সিংহবু আত্ম-সমর্পণ তৌহন-গদবনি হায়রম্মী। মতম অদুদা যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ হকচাং কয়া ইরম্মী। যুবরাজ লাইহৌ কয়া হেৎনা তশেংবনি হায়না পলিটিকেল এজেণ্ট গ্রিমউড সাহেবনা হায়রি।[১৩] মহারাজনা রাফম অসিদা য়াম্না লুনা অমসুং শিংনা পাউখুম পীরম্মী— "মসিগী মরমদা লৈবাক্কী অঙম অথৌশিংগা দরবার তৌরগা মরী থারগা হঙহল্লক্কনি।" রাফম অসি সুমিদাং-বাইরমদ মহারাজনা পাউ থাখরে। পলিটিকেল এজেণ্ট মিঃ গ্রিমউড সাহেবনা আত্ম-সমর্পণ তৌ হায়রবা অদু টেকেন্দ্রজিৎ সিংহনা য়ারমদে অমসুং মহারাজ কুলচন্দ্রধ্বজ সিংহনা টেকেন্দ্রজিৎপু ফাবা ঙম্লোই হায়রম্মী।[১৪] মথংদা আসামগী চিফ কমিশনর মিঃ জে, ডবলিউ, কুইণ্টন, কর্ণেল স্কীন অমসুং মণিপুরগী পলিটিকেল এজেণ্ট মিঃ গ্রিমউড অহুম্না টেকেন্দ্রজিৎপু ফমদুনা ফাননবগী মরমদা লোম্না রা তানরে।

১২ Mrs. Ethel St. Clair Grimwood : My three years in Manipur and escape from the recent Mutiny ( 1891 ). London, P. 192

১৩ Ibid P. 192

১৪ Administration Report of the Manipur Political Agency for 1891-92

গ্রিমউড সাহেবনা টেকেন্দ্রজিৎপু নমদুনা কাবা হায়বা রাকম অসিগী মতাংদা খরা য়েৎখি। টেকেন্দ্রজিৎপু হিংনা নমদুনা কাবদি ওইখোক্তবনি হায়খি। চিফ কমিশনর সাহেবনা গ্রিমউডকী মরা খোইনা লৌখিদে। মহাত্মা তৌগে নিংলিবা থবক অদু পাঙখোকে হায়না চপ্ য়ুংনা নিংখি। তাং ২৪ গী নোংঙাল্লমদাইদা য়ুম কোয়শিন্দুনা টেকেন্দ্রজিৎ সিংহবু নমদুনা কাবদা তাখি।

তাং ২৪ গী অয়ুক্তা চিফ-কমিশনর তুমু চৎকনি, কুলি ১০০ পীয়ু হায়রম্বা তোকখোক্লুনা মহারাজদা কোহিমা চৎলগনি, কুলি ৪০০ পীয়ু হায়রম্মী। মহারাজনা শিন্‌বা মতুংইন্না তাং ২৩ গী অহিং পুং ১০ রোম তাবা মতমদা রেসিডেন্সি মনাক্তা কুলি ৪০০ থুংলদুনা লৈরম্মী। তাং ২৩ গী নুমিদাং পুং ৮ তাবদা চিফ কমিশনরনা রাস য়েংখিগনি হায়দুনা মহারাজনা রাস য়াওগদৌবা মীওইশিং অদু রেসিডেন্সিদা থারম্মী। চিফ কমিশনর রাস য়েংলরোই হায়দুনা ময়াম অদু হন্নখি।[১৫] মতুংদদি টেকেন্দ্রজিৎপু তুম্লিঙৈদা অহিংদা নমদুনা কাগে হায়না থৌরাংলম্মী। মপাম্থোংদনা কোহিমা চৎলগনি, রাস য়েংখিগনি হায়দুনা ময়ামদা উৎ চাইরম্মী।

তাং ২৩ গী অহিংদা চাবা থকপা লোইরগা কর্ণেল স্কীন্না বৃটিশ অফিসার পুম্নমকপু রেসিডেন্সিদা রা তাননবা কৌশিল্লম্মী।

তাং ২৪ গী নোংঙাল্লমদাইদা কনাগুম্বা অমতা খঙহন্দনা য়ুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎকী য়ুম কোয়শিনগদবনি অমসুং টেকেন্দ্রজিৎপু নমদুনা কাগদবনি হায়বসি বৃটিশ অফিসারশিংনা অহিং অদুদা খঙখি। লেফটেনেণ্ট সিম্পসন্না লাল চংগদৌরিবা মকম অদুগী প্লান অমা শেম্লম্মী। শেম্লিবা প্লান অদু তিল্লিবা বৃটিশ অফিসারশিং অদুদা য়েংহল্লম্মী। কর্ণেল স্কীন্না য়ুবরাজগী শঙ্গায়দা চংগদৌরিবা লাঙং মওং অদু ময়াম অদুদা

১৫ জানকীনাথ বসাক : মণিপুর প্রহেলিকা ( .২৯৮ সন ), পৃঃ ৮৩

Mrs. Ethel Grimwood : My three years in Manipur and escape from the recent Mutiny, (1891), P. 1৮81

শুগাইনা ভারম্মী। লেফটেনেন্ট ব্রকেনবরীবু ৪৪শুবা গুর্খাগী সিফাই ৩০ পুম্বনা নোংঙাল্লমদাইদা অরাংলোমদগী ইহান হান্না চংউ হায়রম্মী। মসি অরাংলোমদা টেকেন্দ্রজিৎ চেম্থোকখিদনবগী থৌরাংনি। লেফটেনেন্ট ব্রকেনবরীনা চৎখিবা খরা লৈরগা ক্যাপ্তেন বুটচরনা ৪২শুবা গুর্খা সিফাই ৭০ পুম্বনা নোংচুপ থংবা থাঙ্গপাৎ লানগদবনি হায়রম্মী। লেফটেনেন্ট লুগার্ডপু ৪২শুবা গুর্খা রাইফলস্‌গী সিফাই ২০ অমম্বুং ৪৪শুবা গুর্খা রাইফলস্‌গী সিফাই ২০ পুন্না ৪০ পুম্বনা ক্যাপ্তেন বুটচরগী মতেং পাংগদবনি হায়রম্মী। লেফটেনেন্ট চ্যাটরটনবু সিফাই ৫০ পুম্বনা নোংচুপ-খোঙ পায়রনবা য়াথং পীরম্মী। হন্দক যুবরাজ কাবদা শিজিন্নগদৌরিবা সিফাইশিং অসি স্নিদর রাইফল পায়বা ৪২শুবা অমম্বুং ৪৪শুবা গুর্খা রাইকলস্‌গী সিফাই ঙাক্তনি।

চিক কমিশনরগী হুকুম পাঙথোক্লবা কর্ণেল স্কীনগী মখাদা লৈবা লাম্মী মশীং মখাদা উৎলি[১৬]—

| বৃটিশ অফিসার | | ভারত-মচা অফিসার | | অতৈ রেঙ্ক |
|---|---|---|---|---|
| ৪২শুবা | গুর্খা | ৫ | ৫ | ২০৩ |
| ৪৩ ,, | ,, | ১ | ২ | ১০৪ |
| ৪৪ ,, | ,, | ২ | ৪ | ২০১ |
| | | ৮ | ১১ | ৫০৮ |

মথক্তা উৎলিবা লাম্মী মশীং অসিগী মনুংদা ৪৩শুবা গুর্খা রাইফলসকী ভারত মচা অফিসার অমা অমম্বুং সিফাই ৩৫ দি লাংথবান্দা লৈরম্মী। ৪২শুবা গুর্খা রাইফলসকী সিফাই ১০ অমম্বুং ৪৪শুবা গুর্খা রাইফলসকী সিফাই ১০ দি মাল-চাংগা লোইননা সেকমাইদা লৈহোরে অদুগা ৪৩শুবা গুর্খা রাইফলসকী সিফাই ১১দি কাছাড় লম্বীদা বন্দি অমা থিনবা থাখরে।

অদুনা; টেকেন্দ্রজিৎ কাবগী মতাং অসিদদি কর্ণেল স্কীনগী মখাদা লৈবা সিফাইশিং ৪৪০ দা মঙাইরে। ৪২শুবা অমম্বুং ৪৪শুবা

১৬ Manipur compiled from the columns of the Pioneer, 1891

গুর্খা রাইফলসকী সিফাইশিংদি স্নিদর রাইফল পায়রম্মী অদুগা ৪৩শুবা গুর্খাগী সিফাই অমস্তুং রেসিডেন্সি ওাল্লিবা সিফাইশিংদি মার্টিনি নোংমৈ পায়রম্মী। চিফ কমিশনরগী কোহিমাদগী লোয়নরকপা ৪.শুবা, অমস্তুং ৪৪শুবা গুর্খা সিফাইশিং অদু রেসিডেন্সিগী কম্পাউণ্ডগী অরাংদা কাঙজৈবুংগী জাইনবা মফম অদুদা ক্যেম্প শাদুনা লৈরম্মী। পলিটিকেল এজেন্টপু শংলিবা সিফাইশি অদুদি রেসিডেন্সি কম্পাউণ্ড মমুং অদুদা অদুম লৈরম্মী।

মতম অদুদা কোমুংলোমদনা করম তৌরি? চিংনদবা য়াদবা মতাং লাক্লদুনা বীর টেকেন্দ্রজিৎ সিংহনা মথুংমক্লা থবক খুদিংমক শীল্লম্মী অদুগ্না লাম্মী পুম্নমক কোমুংদা কৌখত্তুনা পৈরম্মী। মৈতৈ লাম্মী তরা তরা, কুন কুন তুমিন-তুনিন্না কোমুংদা চংবা সাহেবশিংনা উরম্মী। সন্ধ্যা য়াচঙবদা কোমুং মমুংদা পৈরম্বা মৈতৈ লাম্মীগী মশীং অসি চাউরাক্লা ৫০০০ দগীনা ৬০০০ ফাউবগী মমুংদা ওইগনি। যুবরাজগী শঙ্গায়দা মৈতৈ লাম্মী ৪০০/৫০০ লৈরম্মী। বৃটিশনা মাবু ফাননবা হোৎনরকপদা শিজিন্নরকপা ফোর্স পুম্নমক কোমুং মমুংদা লৈরিবা মৈতৈ লাম্মীশিং অদু শিজিন্নদুনা থিংনবা হোৎনবম্মী। লান্দা টেকেন্দ্রজিৎ অমস্তুং মহাক্কী লাম্মীশিংনা শোয়দনা জয় ওইগনি হায়না খল্লম্মী। মনমদি মৈতৈগী তোপ অচৌবা মরি লৈরম্মী. খুৎশু-খুৎলাই মশীং লাকহৌমদনা পৈরম্মী। রেসিডেন্সিদা লৈরিবা লাম্মীশিং অদুগীদি তোপসু লৈরমদে অদুগা খুৎশু-খুৎলাইসু মরাং কায়রমদে।

মতম অদুদা মৈতৈগীদি এনফিলড রাইফল ১০০০ রোম, স্মুথ-বোরগন ২০০০/৩০০০ লোম অদুগা ম্যাচলোক য়াম্না লৈরম্মী। মতম অসিদা মৈতৈ লাম্মীশিংগী স্নিদর লৈত্রি, বৃটিশ সরকারনা মণিপুর মহারাজদা রাইফল পীরক্লগনিদি হায়রগা থারক্লিবননি।

তাং ২৪ শগোলশেল মুমিৎকী নোংঙাল্লমদাইনি। কর্নেল স্কীন্না টেকেন্দ্রজিৎ ফারুনবা সিফাই .০০ রোম থৌরাং তৌরে। মহাক্না সিফাইশিং অদুদা হুকুম পীরম্মী—মখোয়দা নোংমৈ কাপ্লকত্রিবমখৈ

কাপ্লী য়াদে।" মখোয়গী মথৌ হায়বদু টেকেন্দ্রজিৎপু ফরিগা রেসি-ডেন্সিদা পুরকপা অসিতনি।

নোংছাল্লমদাই পুং ৪ মিঃ ৪৫ তাবা মতমদা লেফটেনেণ্ট ব্রকেনবরী সিফাই ৩০ পুদুনা যাত্রা তৌরে। মিনিট ১৫ রোম লৈরগা ক্যাপ্তেন বুটচর সিফাই ৭০ পুদুনা যাত্রা তৌখরে। খরা লৈরগা লেফটেনেণ্ট লুগার্ডনা সিফাই ৪০ পুদুনা বুটচরগী মতেং পাংবা চৎখ্রে। বৃটিশ লান্মীশিংনা নোংচুপ সথোঙ লানখিবা অসি সথোঙ পুরিবা শন্ত্রীশিং অদুনা উহৌদরে। নোংচুপ সথোঙ লান্দুনা চংখিবা অসি লেফটেনেন্ট ব্রকেনবরী অমসুং মহাক্কী সিফাইশিংনি। ক্যাপ্তেন বুটচর অমসুং মাগী সিফাইশিংদি কৈরাক থাদুনা লৈপল কারম্মী। লাল হৌরে, নোংমৈ কাপ্লরে। মহা ওইরিবা ক্যাপ্তেন ব্রকেনবরী অয়ুক ঙন্তাদা মোংমৈ গুলিনা পাল্লে। গুলিনা পান্দুনা মহাক্কী মখোঙ অনি অমসুং মপাম্বোম অনি অদু তেক্লম্মী। মশা অদুদা অশোকপা য়াম্না য়াঙরম্মী।[১৭] মহাক্কী সুবদার হীমচাঁদ অমসুং হাবিলদার অমসু নোংমৈনা পান্দুনা শিরে। অতৈ মহাক্কী সিফাই ১০ মকম্না কেম্পা তম্না হনখরে।

ক্যাপ্তেন বুটচরগী কাঙবু অদুদি টেকেন্দ্রজিৎ ফারকপা ঙমদ্রবসু জয় ওইখি হায়না লৌবা য়াই। অসুম তকশিল্লকপনা অয়ুক ঙন্নাতুদা মৈতৈ অগা পুখ্রিগ, ঈশি শোকপা থেংনরে। চেনগে হেক তৌবদা নিপা অ নোংমৈনা ক পত্রে। বৃটিশকী লান্মীনা টেকেন্দ্রজিৎকী শঙ্গায় তম্না নোংমৈ কাপশিল্লকলে।[১৮] মৈতৈ লান্মীসু বৃটিশ লান্মী তম্না

[১৭] Mrs. Ethel St. Clair Grimwood: My three years in Manipur and escape from the recent Mutiny, 220 P. (1891)

[১৮] মণিপুর নীংতম নিংথৌ পানবা লৈবাক অমনি অমসুং ইংলণ্ডগী মহারাণীগা হকগা শম্নবা এশিয়াগী নিংথৌ পানবা মীংখা তবা লৈবাক অমনি হায়না কলিকাতা হাই কোর্টনা ১৮৬৪ ইংদা মণিপুর নিংথৌগী মায়োক্তা পাল-হৌই হায়দুনা কাদুনা বিচার তৌখিবা লৈবা। মসংঈগী বিচারগী কলিকাতা হাই কোর্টনা থাউথোকখি। মতাং অসি ব্যারিষ্টার মনমোহন ঘোষনা টকেন্দ্রজিৎকী

নোংমৈ কাপ্লম্লে। মতম অসিদা লেফটেনেণ্ট লুগার্ডতি সিকাই ৪০ গা লোয়ননা ক্যাপ্তেন বুটচরগী মতেং পাংনবা হোৎচিল্লকখি। পার্টি অনি অসিনা যুবরাজগী শঙ্গায় তম্না প্রপ্-প্রপ্ হোৎচিল্লকপদা মৈতৈগা থেংনরে, শঙ্গিম্মা থিম্মরে। শঙ্গিম্মা থিন্দুনা মৈতৈ ল মী য়াম্মা শিরে। বৃটিশ লাম্মীনা ওয়ন্তুনা টৈকেন্দ্রজিৎনা সেবা চৎলিবা বৃন্দাবনচন্দ্রগী মন্দির অমত্তুং যুবরাজগী শঙ্গায় চংলে। ভৌইগুম্বত্তুং টৈকেন্দ্রজিৎতি লৈরমদ্রে। চিফ কমিশনরগী লাম্মা সাহেবকী ভেঙ্গোলনা তম্পাকয়ুম লৌগ্রে, কোম্নুং চংগদৌবগী পাউনম ঈরেন তান্না সিকাই খরা লাকপা টৈকেন্দ্রজিৎ তারে। লৈপল অয়াংবদা কাখৎলগা লেপ্তুনা সিকাইনা পাকথত্তুনা চংশিল্লকপা অত্তুদা নোংমৈ য়াম্মা কাপলে। যুবরাজ লেপ্লদগী লেংদে। লৈপন্দগী লেংথদে, সাহেবকী সিকাই খরা শি, কোম্নু' চ'বা ওমখিদে।[১৫] অয়াংলোমদা নোংমৈ কাপ্লখিবদি তাখি অত্তুবু লেফটেনেণ্ট ব্রকেন-বরীগী কাওবু অত্তু হৌজিক কাওবা থেংনত্রি। ক্যাপ্তেন বুটচরনা অশোকপা মী মন্দির মথক্তা সিকাই খর অমা কাখৎহন্দুনা কোম্নুং তম্না নোংমৈ কাপশিলহল্লম্মী। যুবরাজগী ইংখোল অত্তু দখল তৌরে, সিকাই ১০০ রোম্না কোয়রে। লেফটেনেণ্ট চ্যাটরটনসু নোংচুপ থংবা খোঙ অত্তু পায়রম্মী। ম্নখোঙ পুরম্বা মৈতৈ লাম্মীশি' অত্তু খরনা কাম্বুনা পুরম্মী অত্তুগা খরনা নোংমৈনা কাপথুরম্মী। লেফটেনেণ্ট চ্যাটরটন্না খোঙজাউ অত্তু থুদেক্লগা কর্ণেল স্কীনগা উনখি।

নোংঙারে। টৈকেন্দ্রজিৎকী ইংখোলদা ক্যাপ্তেন বুটচর অমত্তুং ক্যাপ্তেন লুগার্ড লৈরম্মী। কোম্নুং মমুংদগী মৈতৈ লাম্মী য়াম্মা তুরেললোমদা

---

খাগীদগী মতমদা থৰখি। টৈকেন্দ্রজিৎকী শক্তাখদা মাবু কাননবগীদবক মতুংদা চংলম্মা। লাম্বাৰ্দ বৃটিশকী হক তাগনৈ নৈতবনি হায়না লাওবা ঐতিহাসিক রমেশচন্দ্র মজুমদারনা মহাকী লাইরিক British Paramountcy and Indian Renaissance কী লামাই ৭২৮ দা ইরি।

১৫ শ্রীলাইরেনমবম ইবুংহোল সিংহ : যুবরাজ টৈকেন্দ্রজিৎকী জীবনী পৌরাণিক কথা—ওসি, তাং ১৩।৮।৫৬ ইং

হোৎতোকখিবা মখোয়না উখি। মখোয়শিং অদু চেনশ্রবনি খন্দুনা খোইনা খৌশারুদরে। অদুবু মৈতৈ লান্মীশিং অদুদি চেনবদি নৎলমদ্রে, নোংপোক থংবদা লৈরিবা জঙ্গল অদুদা হাইজিল্লগা বৃটিশ লান্মীনা লৈরিবা মায়কৈ অদোমদা নোংমৈ কাপশিল্লক্লে। বৃটিশকী লান্মীসু মৈতৈ লান্মী তঙ্গা নোংমৈ কাপ্লে। যুবরাজনা তোপ অচৌবা মরি পুখোক্লুনা যুবরাজগী শঙ্গায় অমসুং মন্দির ওন্দুনা বৃটিশ লান্মী তঙ্গা কাপশিল্লক্লে। যুদ্ধদি য়াম্না খনজিনখিবা মরম্না তোপ কাপ্লকলিবা মকম অদু বৃটিশ লান্মীশিংনা খঙবা ঙম্মদে। কর্ণেল স্কীন সিফাই ৫০ পুদুনা মন্দির তাম্না লাক্লে। মিঃ গ্রিমউডসু লোয়নরকই। লেফটেনেন্ট লুগার্ডনা লম্বী চিংলম্মী। কর্ণেল স্কীন মন্দির মথক্তা কাখৎলম্মী অদুগা ফিভম অদু মুম্না য়েংলম্মী। নোংপোকলোমদগী নোংমৈ ইভৎ-তন্তনা কাপ্লকখি। লেফটেনেন্ট সিম্পসনবু সিফাই ৫০ পুহন্দুনা নোংপোকী জঙ্গলদা থুগু্না নোংমৈ কাপ্লকলিবা মৈতৈ লান্মীশিং অদু তকখোক্লবা থারম্মী। নোংমৈ মচাক য়েংনরুবদা রাৎনা খোক্লম্মী। মরম অসিদগী লেফটেনেন্ট সিম্পসনবু থবক মখা চৎথরুরম্নু হায়না কৌরে। কর্ণেল স্কীন অদু রেসিডেন্সিদা হল্লগা চিফ কমিশনরগা মখা চৎথনবা মওং তাম্নগে হায়না খল্লম্মী। লেফটেনেন্ট সিম্পসন মিঃ গ্রিমউড অমসুং লেফটেনেন্ট লুগার্ডকা সিফাই খরগা লোয়নদুনা কেম্প তাম্না হল্লকলে। অমুকী পুং ১১ তাশিনখরে।

বৃটিশনা ইখঙ খঙহৌদনা হিংসাগী শাজৎ চত্তুনা লান্দারকপা অসিদা মণিপুরী প্রজাশিংনা য়াম্না শাউরম্মী অমসুং মদুগী লম্মন খুম্নবগী-দমক্তা বৃটিশ রেসিডেন্সিদা লান্দাবা তাখি।[২০]

সুমিৎ য়ুংদোরক্লে। বীর টৈকেন্দ্রজিৎকী লাল্লোং হোংলে। ঙসাই-মথৈদি ঙাকখোক্লবদা হোৎনরম্মী। হৌজিক্তি লাকশিন্নবা হোৎনরক্লে। চিফ কমিশনরগা কর্ণেল স্কীনগা রেসিডেন্সিদা লোম্না রা তাম্নরি।

২০ বীর টৈকেন্দ্রজিৎ অমসুং মণিপুরগী স্বাধীনতা : লোনম অনম ( ডিক্রূগড় ) ১ম বছর, ১৩৬৭ সন

মতম অসিদা রেসিডেন্সিদা নোংমৈ কয়া কাপশিল্লকলে । রেসিডেন্সিদা লান্দাররকপা অসি মী ৪০০।৫০০ রোম ওইগনি অমসুং মখোয় অসি খাংথোরাকপনা লুচিংলকই।[২১] তোরক্লিবা ফিবম অদু মখোয় অনিদা য়াম্না ওক্লা থোক্লম্মী, মরমদি মৈতৈ লাম্মীশিংনা মতৌ অদুম্না লান্দাররকনি হায়রবসি মখোয়না শুকথা খাজরমদে। টেকেন্দ্রজিৎনা য়ুম অমসুং মন্দির থাগোকহনগে হায়রম্নীদমক্তা বৃটিশ লাম্মীশিংদু রেসিডেন্সিদা পুশিন-খিনবা হায়রদুনা রেসিডেন্সিদা নোংমৈ কাপশিল্লকপনি। কর্ণেল স্কীনগী য়াথং লৌদুনা বৃটিশ লাম্মীন, মৈতৈ লাম্মীরোমদা নোংমৈ কাপ্লশিল্লম্মী মৈতৈনা রেসিডেন্সি তম্লক্লবদা কর্ণেল স্কীননা ক্যাপ্তেন বুটচরবু মন্দির অমসুং য়ুবরাজগী শঙ্গায় থাদোক্কনা মাগী লৈজবা লাম্মী পুদুনা রেসি-ডেন্সিদা হল্লকউ হায়না য়াথং পিরম্মী।

মৈতৈ লাম্মীনা হাইজিল্লকপা ওমদনবা য়ুবরাজগী শঙ্গায়দগী বৃটিশ লাম্মীনা নোংমৈ কাপথোক্লকই। সিফাই থরনা লেফটেনেণ্ট ব্রকেনবরীবু কোয়থি থিরকই। মখোয়না অসুম থিরকপদা লেফটেনেণ্ট ব্রকেনবরীদি ইম্ফাল তুরেলগী নোংচুপ থংবা তোর্বাদা নোংমৈনা পান্দুনা তুদুনা লৈরম্বা থেংনরুরে। থিবম্বা মীশক্তি নাইক সিংঘিয়া লামা, সিফাই জয়মনি থাপা ( ৪২শুবা গুর্খা ) অমসুং হাবিলদার ধুর্চপাদ ( ৪৪শুবা গুর্খা ) নি। নাইক সিংঘিয়া লামানা মথক্লাই থুবাক্তা হাপ্তুনা মখ্বা দা থোৱাী থুরগ তুরেল মপান্দগী লেফটেনেণ্ট ব্রকেনবরীবু চিংলক্লে। মৈতৈ লাম্মীনা উগ্রবদি হিংলরোই খন্দুনা মঙক অমুক হাইগৎ অমুক নোপ্ত তৌদুনা অসুম চিংলকপনা মন্দির য়ৌরক্লে। মফম অদুদগী জয়মনি থাপানা কল্লবা লাল্লক অদুদা লেফটেনেণ্ট ব্রকেনবরীবু মরেংবান্দা থোঙৎ-তুনা রেসিডেন্সি তাম্না পুরকখি।[২২] লেফটেনেণ্ট ব্রকেনবরীগী মশাগী মফম মঙাদা গুলীনা পাল্লম্মী। ক্যাপ্তেন বুটচরগী মতেং পাংনবা

২১ Manipur compiled from the columns of the Pioneer, 1891

২২ জন্মভূমি ( কলিকাতা ) ১ম ভাগ, চৈত্র ১২৯৭, ৪র্থ সংখ্যা

হোৎনবদা মখুকউদা নোংমৈ গুলিনা পানখিবনি হায়না হোসপিতাল য়ৌরনা মহাক্না মরামদা তমখি। হন্নকউ হায়বা কর্ণেল স্কীনগী য়াৎং কৎবগা মতৈ অশোকপশিং অমত্থু পুনবগীদমক্তা রাগী শগাই শায়ে অত্থুগা অশোকপশিং হায়বদি জমাদার অমা, হাবিলদার অমা অমস্থুং সিকাই তরেৎ দোলাইদা হাপকৎতুনা রেসিডেন্সিদা হন্নকলে।

মুংখিলগী পুং ৪ তারে। বৃটিশকী লৈজবা লাম্মী পুম্নমক রেসিডেন্সি কম্পাউণ্ডা লোইনা পৈশিন্নে, কেম্পীং গ্রাউণ্ডস্থ থাদোক্লয়ে। মৈতৈগী লাম্মীশিংনা জয়গী আশা উরদুনা ল্যাল কল্লা শোক্লরম্মী। পুং ৫ দগী পুং ৮ কাউবা কোম্মুংলোমদগী রেসিডেন্সি তম্না নোংমৈ কল্লা কাপশিল-লম্মী। রেসিডেন্সিগী শগোলশঙদা কাপশিল্লকখিবনা শগোলশিংস্থ অমকাওবা হিংহৌদে।

মিসেস্ গ্রিমউডনা লৈনরিবা কাদা নোংমৈ মরু পোকখায়রে। সিড়ি কাপখায়রে। পুং ৩ লোম শোক্লবা লাল অসিদা কর্ণেল স্কীন ঙাকথোকপদা থংলম্মী। অহিং ওইরে। মৈতৈ লাম্মীশিংনা খুৎশু-খুৎলাই য়াম্না লৈবগী মতিক অতৎ-অথম লৈতনা নোংমৈ কাপ্লম্মী। জয়গী আশা উত্রদুনা বৃটিশ অফিসারশিং অমস্থুং বৃটিশ লাম্মীশিং অত্থু নিঙহন্নরম্মী। লেফটেনেন্ট গর্ডনগী রিপোর্টতকী ঐখোয়না খঙবা ঙম্মী—বৃটিশকী নোংমৈ গুলি মতিক চানা লৈরমদে। রেসিডেন্সি থাদোক্লগা লম্বাংদা পোজিসন লৌবনা হেন্না ফগনি হায়না মুমিদাং পুং ৭ তাবা মতম অত্থুরাইদা চিফ কমিশনর সাহেবকা কর্ণেল স্কীনগা রা তান্নরম্মী। য়ারবদি সন্ধি তৌনবনা কৈ খন্দুনা চিফ কমিশনর সাহেবনা লাল লেপ্নসি হায়না চিঠি অমা ইরগা মহারাজদা পিরুনবা কোম্মুং তাম্না মৈতৈ অমা থাখি। চিঠি অসি থাখিবগা লোয়ননা লাল লেপ্লগী বেংগুন বৃটিশ রেসিডেন্সিদগী মুমিদাং পুং ৮ তাবদা খোংলে। থোইমা পংকুই কুইদে, কোম্মুংলোমদগীস্থ লাল লেপ্লগী শেনবুং হৌনা য়ৈরক্লে, অদুদগী লাল লেপ্লে।[২৩]

---

২৩ **Manipur compiled from the columns of the Pioneer Disturbances at Manipur ( 1891 )**

তাং ২৪ গী লাল অদুদা বৃটিশকী মায়কৈদা শিখিবনা ৪৪ শুবা গুর্খা রাইফলস্‌কী লেফটেনেণ্ট ব্রকেনবরী, সুবেদার ধুপচাঁদ, হাবিলদার অমা অদুগা সিফাই অমনি, শোকখিবনা বৃটিশ অফিসার লেফটেনেণ্ট লুগার্ড অদুগা সিফাই ১৪ নি।[২৪] হন্দক টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ কাননবা বৃটিশনা লোন্না লান্দারকপা অসিদা মৈতৈগী মী কয়া শিখিবা অমসুং শোকখিবা, মাংখি-খোৎখিবনা করি করিনো অমসুং কয়ামো হায়রক অদু মহারাজ কুলচন্দ্রধ্বজ সিংহনা তাং ১৫।৩।১৮৯১ ইংদা ভারতকী গবর্ণর-জেনরেল লর্ড ল্যান্সডাউন্দা ইখিবা চিঠিদগী খঙবা ঙম্মী।[২৫] চিঠি অদুদা ভারতকী গবর্ণর-জেনরেলবু মণিপুরগী মহারাজনা 'My honourable most beloved friend' হায়না কৌখি

## বৃটিশ লান্মীনা যুবরাজগী শঙ্গায়দা লোংমৈনা কাপ্তুনা হাৎখিবশিং

| | | |
|---|---|---|
| ১। | খোংবান্তাবম সনাহল | — ১ |
| ২। | কাংঙবা চাউবা | — ১ |
| ৩। | হৈখা চাউবা | — ১ |
| ৪। | লমাবম মচা | — ১ |
| ৫। | অঙোম মচা | — ১ |
| ৬। | নিপামচা | — ৪ |
| ৭। | লাই সেবা ভৌবা বামন | — ১ |
| ৮। | মুপীমচা | — ২ |
| ৯। | লাইশ্রবা ভোম্বু হাবিলদার | — ১ |
| ১০। | রাহেংবা কুৎ | — ১ |
| ১১। | ঙাইরাংবা কুৎ | — ১ |
| ১২। | লাইশ্রবা কুৎ | — ১ |
| | | ১৬ |

২৪ Administration Report of the Manipur Political Agency for 1891-92

২৫ Correspondence relating to Manipur, No. 3 (1891)

পুথয়রকপা মশীং ১৬

| | | |
|---|---|---|
| ১৩। | পুব্রম্বা | — ১ |
| ১৪। | নহারাকপা | — ১ |
| ১৫। | তেরা মো-খোংবা | — ১ |
| ১৬। | নিংঙোম্বা | — ১ |

অপুনবা মশীং ২০

বৃন্দাবনচন্দ্রগী মন্দির মাংথোক্লুনা মন্দির মনুংদা লৈরিবা বৃন্দাবন-চন্দ্রগী মূর্ত্তি অমসুং অতৈ অতৈ পোৎ-চৈ চায়থাইরম্মী। অসিদা নত্তুনা অশোকপশিং থরগী মিংসু মথাদা পীরি—

| | | |
|---|---|---|
| হিজবা | খুৎলাইনা শোকপা | — ১ |
| য়াহেংবা চাউবা | ,, ,, | — ১ |
| সেনাপতিগী শঙ্গায়শংবা নোংমৈ গুলিনা পানবা | | — ১ |
| শামুহজবগী শঙ্গায়দা | ,, ,, ,, | ১ |
| দস্থু সর্দ্দার ( মুসলমান ফটোগ্রাফর ) | | |
| অহানবদা মথোঙ-মখুৎ করুগা মমৈদা | | |
| মকোক কক্লুনা হাৎখিবা | | — ১ |
| দস্থু সর্দ্দারগী মুপী | | — ১ |
| দস্থু সর্দ্দারগী মচামুপী | | — ১ |
| ” ” ” | | — ১ |
| ” ” মচামুপী অনি মশম-মশম | | |
| পুনশিন্নরগা মৈনুংদা লংশিন্দুনা হাৎখিবা | | — ২ |
| কীদুনা লমজাউদা চেজবী মুপী মখুৎকা | | |
| মনাগা ককখিবী | | — ১ |
| মৈ মুথৎকে হায়না হোৎচিল্লুবদা | | |
| নোংমৈনা কাপ্পুনা হাৎখিবা | | — ১ |

অপুনবা মশীং ১২

## মৈ থাথিবা য়ুমশিং

| | |
|---|---|
| তোলেনগী য়ুম — — — | ১ |
| য়েনশেম্বমগী য়ুম — — — | ১ |
| নোংমাইথেমগী য়ুম — — — | ১ |
| মোইরাংথেমগী য়ুম — — — | ১ |
| সাইখোমগী য়ুম — — — | ১ |
| কোংব্রাইলাৎপমগী লাইশং (লাই য়াওনা)— | ১ |
| অতোপ্পা সাইখোমগী য়ুম — — | ১ |
| অবুংবগী য়ুম — — — | ১ |
| অপুনবা মশীং | ৮ |
| কোন্মুংগী অফিস — — — | ১ |

পলিটিকেল এজেন্টকী কেরাণী রসিকলাল কুণ্ডুনা[২৩] আসামগী চিফ সেক্রেটরীদা ১৮৯১ ইংগী এপ্রিলগী তাং ৪ দা ইথিবা চিঠিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্মী—বৃটিশ অফিসার খরগা সিফাই ২০০ রোমগা যুবরাজগী শঙ্গায় কোয়শিল্লম্মী, নোংমৈ কাপ্লম্মী, মী ২৪ হাৎলম্মী। অতৈ সিফাই কাঙবু অমনা হোৎচিল্লকলগা মী খরা অমগা হাৎখি। অহানবগী কাঙবু অহুনা বৃন্দাবনচন্দ্রগী মন্দির চংলগা মূর্ত্তিশিং অহু থুগাইরম্মী, মন্দির মাংথোক্লম্মী, মন্দির মথক্তা কাখৎলম্মী অমসুং মুপী অঙাং খরা হাৎলম্মী।

মুপী অঙা· হাৎখিবা অসিগী মরীদা পাউজেল-চেশিংনা লাউনরক্ল-বদা মণিপুরগী চিফ পলিটিকেল অফিসার ম্যাক্সওয়েল সাহেবনা তদন্ত তৌখি। ৪৩ শুবা গুর্খা লাইট ইনফেন্ট্রিগী ক্যাপ্তেন বুটচরনা ১৮৯১গী মেগী তাং ১ দা হায়খি—অয়ুকী পুং ৪ দগী মুংথিলগী পুং ৩ মিনিট ৩০ কাওবগী মমুংদা হায়বদি মানা চংলুবা মণ্ডপদা যুবরাজগী ইংখোলদা মুপী অঙাং অমতা মখোয়না শোকহনখিবা লৈতে, হাৎখিবা লৈতে। করিগুম্বা মুপী অঙাং খরা গুলিনা শোকখিবা লৈরবস্থ মখোয়গী দোষ

২৩ রসিকলাল কুণ্ডু, অশোকপদ সিং কেদারনাথ কুণ্ডু, দৈনন্দ—শ্রীরামপুর

নত্তে। নোংমৈ পংকাগু কাপ্পবিবনিনা মৈতৈ মশেনস্থ মখোয়গী নোং-মৈনা পংপাল পাল্লমগনি হায়খি।

মখকী জবান অসি যুবরাজগী শক্তায়দা লান্দাবদা য়াওরুবা ৪২ শুবা গুর্খা লাইট ইনফেন্ত্রিগী লেফটেনেন্ট ব্রুগার্ড, সার্জন কলভর্ট, স্থবেদার মহেশ থাপাদা পাথোকই অমস্তুং মখোয়শিং অসিনস্থ মুপী অঙাং অমত্তবু শোকখিবা হাৎখিবা খওদে হায়খি। পেন্সন কংলবা স্থবেদার পার্থ সিংহনা২৭ হায়খি—যুবরাজগী মুপী অঙাংদি শোকখিবা অমস্তুং হাৎ-খিবা য়াওদে। পাংগল মুপী অমখক্তি নোংমৈনা পানখি, অঙাং অনি অহুমগা নোংমৈনা পানখি।

বৃটিশকী সিকাইশিংগী নোংমৈ গুলি লোইথোকখিবত্থ মরম ওইনা এপ্রিলগী তাং ২৪ মুমিদাং পুং ৮ তাবদা লাল লেপ্পসি হায়বা বৃটিশকী রাকমগী মতুং ইন্না লাল লেপ্পবদা মহারাজ কুলচন্দ্রধ্বজনা চিফ কমি-শনরদা চিঠি অমা থাখি, মরোল্দি মহাক্না মহারাণীগী মায়য়োক্তা লাল-হৌবা পাল্লুবা নত্তে। বৃটিশনা হান্না লাল হৌরক্লবা অতুদা মশা তাক-থোক্লবা হোৎনরুবত্তনি হায়বা অসিনি। চিঠি পুরকপা নিপা অতুদা পলিটিকেল এজেন্ট মিঃ গ্রিমউডনা চিফ কমিশনর অমদি মহাকী মীশিংগা লোয়ননা কোন্নুংদা চত্নুনা যুবরাজগা উনবদা খুদোং থিবা থোকদরা থোক্রোইদরা হায়না হংলম্মী, মতুদা নিপা অতুনা খুমখি—'ঐখোয়না নখোয়গী মাংননবা করি তৌগদগে ?" য়া অসি তাবদগী পলিটিকেল এজেন্ট মিঃ গ্রিমউড, কর্ণেল স্কীন, লেফটেনেন্ট সিম্পসন অমস্তুং কসিল্লকা লোয়ননা চিফ কমিশনর মিঃ কুইন্টন কোন্নুং তান্না করিগুম্বা য়ানবা মওং অমতং পুররুবগীদমক্তা বেংগুন থোংবা নিপা অমতংদগা লোয়ননা কোন্নুংগী দরবার শঙ মনাক

২৭ কবো ভ্যালি মিলিটারী পুলিশ ব্যাটালিয়নগী রিটায়ার্ড স্থবেদার পার্থ সিংহ, অলোকপগী সিং অর্জুন সিংহ. পেন্সন কংলবা মতুংদা পার্থ সিংহ যুবরাজ টৈকেন্দ্রজিৎ সিংহগী মথাক্তা ড্রিল ইনষ্ট্রক্টর ওইরম্মী, মখৈদা পাকাঙনাগী মথাক্তা থবক তৌরম্মী। যুবরাজ টৈকেন্দ্রজিৎকী বিচারদা মহাক বো-ডাযাগী থবক তৌরম্মী।

য়োরকখি। মখোয়না গেট থেক লানশিল্লকপা মতম অদুদা মৈতৈ অঙম-অথৌ অমনা নহা ওইরিবা কর্ণেল স্কীন অমসুং বেংগুন খোংবা সিকাই অদুদা ওনশিল্লগা অসুম্না হায়রম্মী, "চংলকসু, মকম অসিদা অঙাং নখোয়গী দরকার লৈতে" মতম অসিদা যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎতি তোপ গারোৎতা হিপ্তুনা লৈরম্মী। মতম অসিদা চিফ কমিশনরনচিংবা সাহেবশিং কোন্নুংদা লাকই হায়বা তাবদা যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ সিংহসু চিফ কমিশনর উননবগীদমক লেংথোরকখি। সুমিদাং ওইবদগী দরবার শঙ অদু থোঙ লোল্লম্বা মরম্বা দরবার শঙদগী গজ কয়ামরুম চৎথোক্লগা অহাঙবা মফমদা সাহেবশিংগা যুবরাজগা অমসুং লৈবাকী অঙম-অথৌশিংগা উনখি। কমখিবা দরবার অদুদা য়াওরম্বা মীশিংদি ( ১ ) থঙাল জেনরেল (২) আয়া পুরেল (৩) অঙোমনিংথৌ গিরিধারী) ( ৪ ) হাউবম দেৱান ( ৫ ) মেজর শামু সিংহ লুৱাং নিংথৌ ( ৬ ) যাত্রাসিংহ ( কৌরুংবা ) অসিনি। অদুগা দরবারগী মপান্দসু মী য়াম্না তিল্লম্মী। সুমিদাংগী পুং ৯ লোম তাশিল্লক্লে অদুবু দরবার অদুদা য়ানবা মওংগী করিগুম্বা ৱাফম অমতা লেপ্পবা ঙম্মখিদ্রে। মপান্দা তিল্লম্লিবা মীয়ামগী মরক্তা মশক নাইবা মীওইশিংদি ( ১ ) মিয় সিংহ ( ২ ) কালি মুহোদার (৩) লৈশং যাত্রা (৪) বোরাচাউবা (৫) যুম্নাম চাউবানচিংবা যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ সিংহগী মীওই কয়ানি।[২৮] অসুম্না মপান্দা তৌরিবা দরবার অদুদা যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎসিংহনা চিফ কমিশনরদা খঙহনখি মদুদি বৃটিশপু অমুক থাজবা লৈত্রে অদুগা বৃটিশনা খুৎলাই পুমথা থাদোক্লবতদা য়ানগদবা মঙাইদ্রে। অসুম্না পুংখায় অমরোম ঙাংনরবা কাওবদা বারোল অমতা মেন-মান তানবা ঙম্মখিদ্রে। অদুদগী সাহেবশিংনা চৎলগে হায়দুনা ফুক ফুক হৌগৎলক্লবদা মপান্দা তিল্লিবা প্রজাশিং অদুনা "হাৎলো, হাৎলো" হায়না য়াম্না কয়া কাউ-খোংলরকই। মতম অসিদা মিঃ গ্রিমউডনা অঙোম নিংথৌ গিরি-ধারী সিংহদা সাহেবশিং অসি খুদোংথিবা থোক্তনবা শীনবিয়ু হায়না

[২৮] Preliminary Enquiry into the Disaster of Manipur, 1891



মিঃ জে, ডব্লিউ কুইন্টন চিফ কমিশনর, আসাম



মিঃ গ্রিমউড, পলিটিকেল এজেন্ট



মিসেস্ গ্রিমউড

হায়জরম্মী। অঙোম নিংথৌনা যুবরাজদা হঙ্গৎখি সাহেবশিংসিনা খরা থিন্দোকপিয়ু হায়জরিবসিবু থিন্দোক্দরা হায়না যুবরাজনা থিন্দোকপিরু হায়না খুমখি। সাহেবশিং অসি থিন্দোরকপা থোক্লকপদা তিন্নিন্নিবা প্রজাশিংনা মখোয় তম্না ফুজিল্লক্নে। সাহেবশিং অদু দরবার শঙ তান্না লাক্লম্মী। মীয়াম মরক্তগী অমনা লেফটেনেণ্ট সিম্পসনগী মকোক্তা থাঙনা য়ানখি অদুগা মিঃ গ্রিমউডপুনা সিড়ি কাখৎলকপদা পুপ্রম্বা ফিঙাং ( কাজাউ ) না[২৯] টানা থিল্লে অমসুং মিঃ গ্রিমউড সাহেব খুদক অদুমক্তদা শিখি। মহারাজ কুলচন্দ্রধ্বজ সিংহ অমসুং যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ সিংহগী মজা ইবুংঙোশিং, মজা ইবেম্মশিং, মচে-মচনশিং, মমা-মন্দোলশিং, মরিমতা অমসুং মনাই-মশলশিংনা ভারতকী ভাইসরয় অমসুং গবর্ণর-জেনরেলদা ১৮৯১ ইংগী জুনগী তাং ২৬ তা থাবা দরখাস্ত অদুদা থঙ্গাল জেনরেলগী ঈঙ্গিত ফংবদগী মৈতৈশিংনা সাহেবশিং অদু তম্না ফুজিল্লকখিবনি অমসুং মিঃ গ্রিমউডপু হাৎখিবনি, মিঃ সিম্পসনবু খুৎলাইনা শোকহনখিবনি হায়রি। মরম্মাই সুংঙাইনদবনা মরম ওইদুনা মতাং চারে হায়না খনবদগী থঙ্গাল জেনরেলনা ঈঙ্গিত পিদুনা পলি-টিকেল এজেণ্ট গ্রিমউড সাহেবপু ইহান হান্না হাৎহনখিবনি।[৩০] গবর্ণর জেনরেল লর্ড ল্যান্সডাউন অমসুং চিফ কমিশনর কুইণ্টনগী দোষনা পলিটিকেল এজেণ্ট মিঃ গ্রিমউড মথরাই থাখি।[৩১]

যাত্রাসিংহ ফৌরুংবনা সাহেবশিং অসি কম্মনবগীদমক দরবারগী

---

[২৯] পুপ্রম্বা ফিঙাং ওকে কাজাউ, অপোকপগী মিং চাউবা সিংহ, লৈকয় কাংঙবোং, চহি ৩৫। মিঃ গ্রিমউডপু হাৎপা মতম অদুদা মহাক ফিমুগী কোয়েং অমা থেৎলম্মী। সাহেব হাৎলবা তুংদা মহাক্না সাহেব হাৎলুবা টা অদু ময়ুম তান্না পুরগা টাখোক্না থৈ থাদোক্লম্মী অদুগা টা অদুমক্তি লৈসুংদা কুপ্নখী। মহাক মতম অদুদা অমাদার ওইরি।—Empress vs. Kajao

[৩০] Indian Historical Commission Proceedings Vol XXXXV, Part II, 1910

[৩১] জন্মভূমি (কলিকাতা) ১ম ভাগ, চৈত্র ১২৯৭, ৪র্থ সংখ্যা।

খোঙজাউ কাওখায়দুনা সাহেবশিংবু মমুংদা খাজিনখিরম্মী। দরবার শঙ অদু শো লোল্লম্মী। শো ঙাইদুনা লৈখোল্লবদি সাহেবশিং অদুগী খুদোংথীবা থোক্লগনি হায়না খনবদগী যাত্রা সিংহনা শো লৌরুরগা থোঙ অদু হাংদোকপগী রাখল তৌখিদবনি, মখোঙনা কাওখায়দুনা থোঙজাও অদু হাংদোকখিবনি।[*২] মীয়াম্না নিন্ খোংবা অদু তাবদা যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ সিংহসু মফম অদু তাম্না চংশিল্লকখি অদুগা ভিন্নম্নিবা মীয়াম অদু চৈ অমা পায়দুনা তাম্হোল্লম্মী। সেনাপতিনা খাম্বা অদু ভিন্নমলিবা মীয়াম অদুনা থোইনা থৌশারমদে, মরমদি মণিপুরদা লাজাও অমা থোকনি মদুদা য়েল্লবা মীগী ঈ অদু লাইদা ঈরাল্রবদি অমসুং মকোক মঙা অদু পুম্না ফুমজিন্দ্রবদি লান ঙম্লোই হায়বা রাকম পুরাণদা য়াওই হায়না খাজরম্মী।[**] টেকেন্দ্রজিৎ অমসুং মাগী সাক্ষীশিংগী জবান মতুংইন্না যুবরাজনা চিফ কমিশনরগা রারী ঙাইহাক শানরগা সাহেবশিং অদুবু অশোয়-অঙাম থোক্লনবা অঙোম নিংথৌদা শিন্নরমলে অদুগা লেংশিনখ্রে। অঙোম নিংথৌনা (১) ওইনা শাজৌ, ওইনাম থিংঙেল (২) ঘনসিংহ খোমদ্রা (৩) উশবা (৪) অবুংজাউ য়েনখোইবা (৫) চাউবী হিদাম মচাহল (৬) নোনি সিংহ নেপ্রা মচাহল (৭) খম্বাসিংহ লাইশ্রবা মচাহল অমসুং (৮) খজো সিংহ ময়েংবম মচাহল মখোয় নিপান্দা সাহেবশিং অদু শিন্নদুনা থম্লম্মী। চিফ কমিশনরনচিংবা সাহেবশিং অদু বন্দি ওইনা লৈরম্মী। মতাং অসি লৌখৎতুনা Mr. Labouchere হায়বা ইংরেজ অমনা Truth হায়বা ইংলণ্ডদা ফোঙবা চে অদুদা অস্মুম্না ইরম্মী, "মিঃ কুইণ্টনা বিশ্বাসঘাত তৌদুনা সেনাপতিবু ফাগে হায়না হোৎনরুবা অদুগী মহৎতা সেনাপতিনা মহাকপুদুম বিশ্বাসঘাত তৌদুনা ফাখরে।[**] কুইণ্টনচিংবনা টেকেন্দ্রজিৎপু বন্দি তৌননবগীদমক্তা থাল্লবা লাং অদুদা লাইগী নোংদমদগী মখোয় থুখি, লাংদা থুবা ঙাওবা লৈখি। মখোয়না

---

*২ কার্তিকেয় অনেদ মুখোপাধ্যায় : সেনাপতি টিকেন্দ্রজিত সিংহ
পৃঃ ২৭৯

** The Amrita Bazar Patrika 4th June, 1891.

টেকেন্দ্রজিৎপু লাংদা ফাগে খৌরাংবা অদু অয়েম্বদা তাখি। মতম অদুদা অশোকপা সাহেব অমনা ঈশিং থরদং পিথকপিয়ু হায়জবদগী যাত্রা সিংহনা সাহেব অদুবু ঈশিং পিথরম্মী। থঙ্গাল জেনরেলনা মতম অদুদা তোপ গায়োৎতা লৈবা মী মখৈ কৌথোক্লম্মী। অদুগা থঙ্গাল মশামক্না সাহেবশিংবু উশবা ওফে অরু সিংহদা৩৪ "সাহেবলোকী মচিন থুপচিল্লো" হায়রম্মী। রাকম অসিদা উশবনা থঙ্গাল জেনরেলগী হুকুম—সাহেবশিংবু হাৎতোকলো হায়বা রাকম অসি অচুম্বরা হায়বা খঙননবগীদমক যুবরাজগী মনাক তাম্না চৎলম্মী। মদুদা যুবরাজনা মদুমক থঙ্গাল জেনরেলগী হুকুম্না হায়না হংলম্মী অদুগা উশবদা মাদু তৌরুখিনু, ঐ লাকখিগে হায়রম্মী। যুবরাজগী অনৌবা হুকুম অসি তাবগা উশবনা অমুকহন্না জেনরেলদা পাউ অদু তম্লম্মী। বা অদু তাবদা থঙ্গাল জেনরেলনা খুন্না কই—"যুবরাজদি অপংবনি, সাহেব-শিংগা ঐখোয়গা তাইশিন্নবা হায়বসি শুকয়ামক য়ায়রোইদৌবনি, অদুবু যুবরাজনা হায়রিবা রাসিবু করিনো?" অস্থম্না শোল্লিঙৈদা যুবরাজহু লেংলক্লে। থঙ্গাল জেনরেলগা উমদুনা রারী ঙাইহাক শানরগা চৎনখি। ঙাইহাক লৈরগা সাহেবশিং অদু শঙলিংবদা শিন্নখয়ো হায়বা থঙ্গাল জেনরেলগী হুকুম লাকখি।

অঙম্বশিংগী হুকুম মতুংইন্না থাংজবা য়াইমা কৌবা কোন্নুংগী য়োৎশুবা অমবু মুমিদাংগী পুং ৯ মিঃ ৩০ য়োম তাবদা মী থাদুনা কৌরগা সাহেবশিংবু মখোঙদা য়োৎহ্লিং-ফলাং চনশিল্লু হায়না হায়রম্মী। মরম অদুনা পোৎশংবনা য়োৎহ্লিং-ফলাংশিং অদু পুরক্লগা সাহেবশিংগী মমাংদা থাদদুনা থম্লম্মী।

টেকেন্দ্রজিৎকী বিচারগী মতমদা থাংজবা য়াইমা৩৫ হায়বা য়োৎশুবা নিপা অসিনা পিখিবা জবান্দগী ঐখোয়না খঙবা ঙমই মদুদি

৩৪ উশবা ওফে অরু সিংহ, অশোকপগী মিং চূড়ামণি সিংহ, মৈকম কবো মৈরাই।

৩৫ থাংজবা য়াইমা য়োৎশুবা, অশোকপগী মিং শ্রীহায়, মৈকম মুতুম কিথৌ, চহি ৪২ নি।

পুশিল্লক্লিবা য়োৎহ্লিং-ফলাংশিংদু মুন্না মুন্না য়েংলগা মখোয়গী মখোঙশিং অদু তিংখোরকই অদুগা মহাক্না সাহেব মরিমক্তা বেংগুন খোংবা নিপা অদুগা মখোয় মঙামকী মখোং অদু য়োৎহ্লিং-ফলাং চনশিনখি অমসুং মখুৎশিং অদু তুংবুন্ননা পুন্নখি।[৩৬]

খরা লৈরগা উশবা অমসুং নেপ্রা মচাহল্ল ( ঘন সিংহ ) শন্ত্রি অমিনা বন্দি ওইরবা সাহেব মরি অদুগা বেংগুন খোংবা নিপা অদুগা মখোয় মঙামকপু নোংয়াই মতুং অদুরাইদা শঙলিংবদা শিন্নখি। সাহেবশিং অদু মখোঙদা য়োৎহ্লিং-ফলাং থাংলম্মী অদুগা মখুৎ তুংবুন্ননা পুন্নমী।[৩৭]

যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎকী বিচারদা সাহেব মরিগা বেংগুন খোংবগা মখোয় মঙামকপু হাৎখিবগী মরমদা সাক্ষি ওইনা পিখিবা শগোল-শেম্বা ধন সিংহগী[৩৮] জবান্দগী ঐখোয়না খঙবা ঙমই মদুদি সুমিৎ অসিগী থেংজিন্নক্লবা অহিং অদুদা ওক্রম্বগা লৈশাংথেম্বগা শঙলিংবা অনিনা লাক্লুনা মহাকপু কৌরে অদুগা মখোয় অহুম লাম্মী য়ায়রেকশঙ তান্না লাক্লম্মী। মতুং পুং ১ রোম লৈরগা য়েনখোইবা লাল্লুপচিংবা লাক্লুনা খুৎলাই পুদুনা মহাক্না লোয়ননা চৎলসি হায়রম্মী। মদুগী মতুং ইন্না তেন্দোং-থাঙ হায়বা মখোক শাংবা থাঙ অদু পুদুনা ত্রিলোক সিংহ নোংথোম্বা সম্বালগা য়েনখোইবগা লোয়ননা দরবার হোল তান্না চৎলম্মী। শন্ত্রিশিং অদুনা বেংগুন খোংবদুগা লোয়ননা সাহেব মরিমক অদু লাকথোং ( Dragon's Gate ) তান্না পুথোক্লকই। সাহেবশিং অদুগা বেংগুন খোংবগা মঙামক অসি শন্ত্রিশিং অদুনা শঙলিং-বদা অমমম্ ওইনা শিন্নরম্মী। শগোলশেম্বা ধন সিংহনা মখোয় অদু শা

---

৩৬ Manipur compiled from the columns of the Pioneer. 1891

৩৭ Antony Brett-James— Disaster in Manipur — An Imperial Episode ( History To day, London, July, 1962 )

৩৮ শগোলশেম্বা ধন সিংহ, অশোকপণী মিং খানজ্ঞায়, লৈকম খোংবাং লৈরেকপণী মখক, থাইখোম থাম্বী লৈকাই, চহি ৪৭।

মমাঙদা মঙক কক্লুনা হাৎখি।[৩৯] মণিপুরগী পলিটিকেল এজেন্ট ওইরম্বা মেজর জেনরেল স্যার জেমস্ জনস্টোন-না মহাকী লাইরিক—My Experiences in Manipur and Naga Hills (London, 1896) কৌবা লাইরিকী লামায় ২৭৮-দা কনাগী বুদ্ধি থেনখিবদগী অসিগুম্বা থৌদোক থোকখিবনো হায়বদু অমুম্না ইরি—"লৌশিং য়াম্না থেনখিবা অসি সরকারনা হুকুম পিখিবা অদুনা ওইগদ্রা নত্রগা চিফ কমিশনরনা হুকুম অদু ইল্লুবনা ওইরিগদ্রা হায়বদু লুনা থোকই।" বৃটিশ অফিসারশিং হাৎখিবা থৌদোক অসি বিলাত মহারাণী ভিক্টোরিয়ানা য়াম্না অরাবগী মশক্লি, কলিকাতাদগী ফম্নবা পাউতাক পিবদগী থোকখিবনি হায়না অমুম্না চিংনবা ফোঙদোক্লুনা ১৮৯১ ইংগী এপ্রিলগী তাং ২০ দা মারকুইস ওফ সেলিসবরীদা মথাগী টেলিগ্রাম অসি থাখি—"The Manipur disaster is a very sad thing. Fear bad advice was given from Calcutta" ভারত সরকারনা টেকেন্দ্রজিৎকী মথক্কা তাম্থোক্লবগী অকনবা দণ্ড পিননবা থৌরাং পাইখৎলমত্রবদি মণিপুরগী তুংগী ইতিহাস ঈনা মচু শংলম্লোইদবনি অমসুং অতোম্না শকফম অমা লৌরমগদবনি।[৪০] মহারাণী ভিক্টোরিয়ানা ভারত লৌশিনবা মতমদা লাউথোকখি—"এহাক্না কনাগুম্বা অমগী নৈবাক্তা খুৎ থিংজিল্লোই, ঐগী রাজকর্মচারীশিংবুসু খুৎ থিংজিলহল্লোই।" মণিপুরগী মতাংদা লর্ড ল্যান্সডাউন্না খুৎ থিংজিল্লুদুনা বিভ্রাট, বিপত্তি অমসুং সর্ব্বনাশ থোক্লরে।[৪১] শঙলিংবা নিপা অসিনা কোর্টতা হায়খি মদুদি সাহেবশিং অসি মমায় নোংচুপ ওলহল্লম্মী অদুগা মহাক মশামক্তি সাহেবশিংগী ওইরোমদা লেপ্লগা মমায় অরাং ওলম্মী। বেংগুন থোংবা নিপা অদুগা সাহেব অনিমগা মথোয় অহুমদি থাঙকক্ অমুক অমুক্তদা কল্লম্মী অতোম্না সাহেব অনিমদি থাঙকক্ অনি অনিরক্তা

৩৯ মতাং অলিগা মৈতৈ অহল-অম্বনশিংনা হায়নহুনা লাক্লিবা—"না মমাঙদা অথৌবা মকোক ভাগনি" হায়বা বাকা অদুগা চপ চানা থোকখরে।

৪০ শ্রীদীনেন্দ্রকুমার রায়: মণিপুরের শেষ স্ফুলিঙ্গ, মাসিক বসুমতী ফাল্গুন ১৩৪৫

৪১ জন্মভূমি ১ম ভাগ, চৈত্র ১২৯৭, ৪র্থ সংখ্যা

কক্‌খি। অমুম্না মখোয়শিং অসি হাৎলবা মতুংদা মাইবা অনিথক চংলক্লম্মী। অককপা মকোকশিং অদু ধন সিংহ মশামক্না পুরগা মাইবা অনিনা থিন্দুনা তাকপা মুঙ্গোইবী কৌবা মফমদা কোম অদু খুবোম অমরোম মুনা তৌরগা ফুমজিল্লম্মী। মাইবা অনি অদুনা সাহেবশিংগী মকোকশিং অদু ঈড়াৎলম্মী। হাৎখিবা সাহেবশিংগী ঈ অদু সাহেবশিং হাৎখিবা মফম অদুগী মনাক্তা লৈরিবা শা[৪২] অনি অদুগী মচিন্দা ভৈশিল্লম্মী হায়রি।[৪৩] দরবার হোল ময়াদা হাৎখিবা সাহেব অদুগী মখোঙ নত্তুমা অতৈ সাহেব মরি অমসুং বেংগুন খোংবা নিপাগা মঙামক্কী মখোঙদি য়োৎহ্লিং-ফলাং লৌথোকপদা মখোঙশিং অদু ককথৎলগা মশাশিং অদু মী তরা চংনা থাংদুনা পুরগা নাগাবস্তিদা ফুমখি[৪৪] বাংখৈ পণ্ডিত তোলেন সিংহনা[৪৫] হৌখিবা থৌদোক্কী মরীদা তৌবা তদন্তদা মতাং অসিগা মরী লৈননা অমুম্না জবান পিখি—"মার্চ্চকী তাং ২৪ গী নোংয়াই মতুংদা মী খরা লাক্তুনা তোপ গারোৎতা লাকউ হায়না পাউ পীরৈ। মাইবা হঞ্জবা মাইবা হিদংগা লোয়ননা ঐহাক তোপ গারোৎ তান্না লাক্লে। ঐখোয়না শা মমাঙ-লোমদা লাকপদা মী অশিবগী মশা খরা তাদুনা লৈবা উরম্মী, অদুগা মী ৫০/৬০ মুক্না কোয়চৎ-চৎপস্থ থেংনরম্মী। তোপ গারোৎতা হেক য়ৌবদা যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ, থঙ্গাল জেনরেল, আয়াপুরেল

---

৪২ উত্র' মমাঙদা লৈরব' শা অনি অদু নরসিংহ মহারাজ সনা হাকথকতা শা-খিবনি। মহু শাখিবগী ময়মদা ট্রেথায়োল কুপ বগী লাঃ ২৬২ অমসুং ২৬৩ দা অমুম্না ইরি—"নুবোংচামপা পত্র'সংকী কুম ১৭৬৫ × × × × বাকের দা'উ থাংশনা হলএ। × × × ১৭ নি নংমাইচিংদা উত্র' মাংতকি নোংখা ২ ম' শাপা চৌএ। × × × ইতেন থাতি শৈপাকপোকপনা হলএ। ১ নি মুমশইকপতা উত্রা মমাংকি লোয়নপু শ্রীশকযুক্ত মহারাজ (নরসিংহ) না শ্রীগোবিন্দজিত্তা বৎএ।"

৪৩ Antony Brett-James ; Disaster in Manipur—An Imperial Episode.( History To day, London, July, 1962 )

৪৪ Empress Vs. Tekendrajit Singh

৪৫ তোলেন সিংহ, বাংখৈ পণ্ডিত, লৈকম বাংখৈ লৈকাই, চহি ৬৩

মেজর লুরাং নিংথৌ কর্ণেল অমসুং অতৈ অতৈ মীওই খরা লৈরা উই। যুবরাজদা করি তৌজো হায়বগে হায়না হঙংপদা যুবরাজনা 'শিরব-নিনা হৌনবী মতুংইন্না নুঙ্গোয়রবী চনশিল্লো' হায়না সনা য়াথং তাকপগী মতু'ইন্না মাইবশিং পুন্না মী ৩০ লোম্না শা মনাকী শঙদা অশিবশিংগী মকোকশিং অসিগী কুমকমগী রা তান্নরম্মী। মতুংদা নিংঙোম্বা হঞ্জবগা সোইব্যা হিদংগা অনিনা রাংখৈ পণ্ডিত-তা মফম কদায়দা ফুমগদগে হায়বতু তাক্রম্মী অদুগা মাইবা হঞ্জবগা মাইবা হিদংগা রাংখৈ পণ্ডিতকা মখোয় লোয়নতুনা শঙ অদুদগী থোরক্রম্মী অদুগা মখোয় অহুম্না অশিবা মীগী মকোক মঙাগী ফুমফম অদু য়েংখোইবা হঞ্জবা অমসুং কমল লম্বু হিদংগা লাম্মী অনিসিদা মখোয়না থিন্দুনা তাকখি, অদুদগী মখোয় অনিনা মকোক মঙা অদু পুতুনা নুঙ্গোয়রবীদা ফুমখি।"

মতাং অসি চৌথারোল কুম্বাবদা অসুম্না ইরি—"সাহেব মঙা পেংগুন ১ গদি ৩ মা উত্রা মমা দা হাৎলে। অদুদা মাইবগী রাংখৈ পণ্ডিত ১ য়েনকোকপা অশৈবা হনবা ১ অসিনচিংবা হঞ্জবা হিদং কৌতুনা শ্রীমনাও ইবুংঙো যুবরাজনচিংবা অঙম্বা পুন্নমক্না হাইএ। পণ্ডিত নখোয়না হৌনবা তৌও হাইএ। লালুদি নুঙ্গোইবীদা চল্লে। মশাদি থাইরম্বন্দা ফুমএ।"

চিফ কমিশনরনা ইম্ফালদা থুংলবদগী হৌনা মথং মথং অশোয়গী অশোয়বামক্তা থোকখি থংন-থংননা নুমিৎ হুম্নি সেনাপতি অমসুং লালহৌবগী মরু ওইবা মীওইশিংবু রেসিডেন্সিদা দরবার য়াওরো হায়না কৌবা, মতুদা মখোয়বু ফাননবা থৌরাং তৌবা, মতু মখোয়না হান্না উবা, মতু য়াওরোইদৌবগী মরম অমনি হায় অমনি হায় পিতুনা লৈখোকপা; বৃটিশকী মায়কৈদা থবক মখা চত্থগদবদা চিংনবা পোকপা, সেনাপতিবু ফাননবা লেফটেনেণ্ট ব্রেকেনবরী অমসু সিফাইশিংবু থাবা, মখোয় নোংমৈ কাপ্পা, ব্রেকেনবরী শিবা য়ানা শোকপা, মহাকপু সিফাই অমনা লানফমদগী পুথোরকপা; লান অদুদা ক্যাপ্তেন চ্যাটরটন অমসুং

মহাক্কী সিফাইশিংনা খা থংবা স্নথোঙ লৌশিনবা, হন্দোরকউ হায়দ্রুনা হায়রকপা, মুমিদাংবাইদা কোন্সুংদা চত্তু না দরবারদা সেনা-পতিবু কৌবা, মত্তুদগী চিফ কমিশনর মিঃ কুইণ্টন, কর্ণেল স্কীন, মিঃ গ্রিমউড, মিঃ কসিন্স অমস্থুং লেফটেনেণ্ট সিম্পসন অমুক হয়া থোরক-খিদ্রবা, মৈতৈরোম্না **"চিফ কমিশনর অমুক হাপক্লরোই"** হায়না বেংগুন খোংলকপগা লোয়ন-লোয়ননা অহিং পুং ১০ মিঃ ৩০ তাবদা রেসি-ডেন্সিদা নোংমৈ কন্না কাপশিল্লকপা ; রেসিডেন্সি মৈ থাবা, মখোয় মখোয়দা য়াওরম্বা নোংমৈ গক অযাম্বা লোইথোকখ্রবা, হৈবা য়ৌদ্রিবা সিফাইশিং মহৈ মহৈ কায়নরকপা—পুন্নমক অসিনা ভারতকী ঙমখৈগী ইতিহাসতা থোকখিবা অরাবগী থৌথোকশিংগী মমুংদা থ্বাইদগী হেন্না অরাবা থৌদোক অমা ওইহনখি।[৪৬]

মার্চকী তাং ২৪ গী অহিংদা কোন্সুংলোমদা সাহেবশিং অসি হাৎন-শুনরিবৈগী চৈরক্তা মৈতৈশিংনা রেসিডেন্সিদা নোংমৈ কাপশিল্লকখি। মত্তুদা মী ১৭ লোম শোকখি, অশোকপশিং অসি মিসেস্ গ্রিমউডনা নিংথিনা সেবা তৌরম্মী[৪৭] অদুবু থাঙবা য়াশিল্লক্তবনা মিসেস গ্রিমউড নোংয়াই মতুং পুং ২ তাবদা গর্ডন-নচিংবা বৃটিশ মিলিটরী অফিসার খরগা অমস্থুং অতৈ মী ৬০ গা লোয়ননা নোংমৈনা শোকপা মী ১৭ অদু পুদুনা রেসিডেন্সি থাদোক্তুনা ভোংজৈ মরিল্লোমদা চেনখি।

বৃটিশনা রেসিডেন্সি হেক থাদোক্লম্বগা লালহৌবা মীশিংনা সরকারগী ট্রেজরি, পোষ্ট অফিস অমস্থুং রেসিডেন্সি লুট তৌরম্মী

৪৬ Col. L. W. Shakespear: History of the Assam Rifles, London, 1929, P.177-178

৪৭ রেসিডেন্সিদা নোংমৈ কাপশিল্লকপা মতমদা অশোক-অনাশিংগী সেবা তৌখিবা অমস্থুং মথৌনা নৈরনীরক মহারাণী ভিক্টোরিয়ানা ইংল্যাণ্ডকা দুগী খরতনা কৰ্বিবা গোল্ডেন ক্রস ( Golden Cross ) মিসেস্ গ্রিমউডতা পীখি।

—Surendranath Mitra : Manipur War, 1891, P. 65-66

অমস্তুং ইনা কুপ্পা রেসিডেন্সি বিলডিং মৈ থারম্মী। ট্রেজরীদগী মাং-
খিবা শেলস্তু চাউরাক্লা লুপা ১,৮৫,৭২৯ নি [৫৮]

১। ময়েক ওইনা লুপা ১,৭০,৪৪০
২। নোট ওইনা লুপা ৯,৫৬০
৩। ষ্ট্যাম্প ৫,৭২৯

অপুনবা লুপা ১, ৮৫,৭২৯.

মতম অদুদা মণিপুরদা বন্দি ওইদুনা লৈহৌবা মীওইশিংদি[৫৯]—

১। ৪২ শুবা গুর্খা রেজিমেণ্টকী জমাদার ১, সিফাই ১২ অমস্তুং মখোয়গী তুংইনবা মী ১৪

২। ৪৩ শুবা গুর্খা রেজিমেণ্টকী হাবিলদার ১, নাইক ১, বেংগুন খোংবা ১ অদুগা সিফাই ১৪

৩। ৪৪ শুবা গুর্খা রেজিমেণ্টকী হাবিলদার ২, নাইক ১ অমস্তুং সিফাই ১৯ অদুগা মখোয়গী তুংইনবা মী ৪

৪। শগোল পানবা শৈশ—৯

৫। পলিটিকেল এজেন্সীগী মী—১২

৬। চিফ কমিশনরগী অফিসকী মী—১৮

৭। ডাকঘর অমস্তুং টেলিগ্রাফকী মীওই—৩২

## বন্দিশিংগী মমিং-মথা

৪২ শুবা গুর্খা রেজিমেণ্টকী—

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| জমাদার দালু থাপা | এ | কোঃ | নং | ২৮১৫ |
| সিফাই শান্তবীর গুরুং | বি | ,, | ,, | ২৯৪৪ |
| ,, অমর সিংহ থাপা | বি | ,, | ,, | ২৮৯৬ |

---

৫৮ Administralion Report of the Manipur Political Agency for 1891—92

৫৯ The Pioneer, Tuesday, April 21, 1891

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| সিকাই | ডালিয়া ঘার্টি | বি | কোঃ | নং ৩১৮৭ |
| ,, | হরক বাহাদুর | বি | ,, | ,, ২৯৪৯ |
| ,, | পদ্ম সিংহ রাণা | সি | ,, | ,, ৩১৫৪ |
| ,, | সিংহবীর গুরুং | সি | ,, | ,, ২৯১০ |
| ,, | পুনা গুরুং | ডি | ,, | ,, ৩১৫৫ |
| ,, | মহেশ্বর গুরুং | ডি | ,, | ,, ৩৩৮৯ |
| ,, | গারা গুরুং | ডি | ,, | ,, ৩৩০৬ |
| ,, | ভিউ সিংহ থাপা | ডি | ,, | ,, ৩২১৭ |
| ,, | সুরুপজিৎ থাপা | ই | ,, | ,, ৩৪৬০ |
| ,, | অম্বর সিংহ ,, | ই | ,, | ,, ৭৫৯০ |

## তুংইনবশিং

১। পুনা ভাদরা থাপা ভিস্তি ২। মোঙ্গার হাজাম ৩। সূর্য্যধন গুরুং ফোলোয়ার ৪। নির্ঘিন শৈর্শ ৫। পশনরাম শৈশ ৬। মনিরাম শৈশ ৭ গোকুল শৈশ ৮ দুখে শজিক ফানবা ৯। মুনার (ডুলি ব্যারর) ১০ পালিকাম (ডুলি ব্যারর) ১১। ফুরসতি (ডুলি ব্যারর) ১২। গোপাল খিদমৎগর ১৩ জোখু শৈশ ১৪ খুন বাহাদুর

৪৩ শুবা গুর্খা রেজিমেন্টকী—

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ২। | হাবিলদার ধনবীর থাপা | বি | কোঃ | নং | ২৪৬০ |
| | নাইক মাইবার থাপা | ,, | ,, | ,, | ২৪৭০ |
| | বেংগুন খোংবা কোগেন্দ্রো খারাস | ,, | ,, | ,, | ২৪৭৪ |
| | সিফাই মহেশ থাপা | ,, | ,, | ,, | ১৯৪০ |
| | ,, নিহুল রাণা | ,, | ,, | ,, | ২২৬৭ |
| | ,, পুরান থাপা | ,, | ,, | ,, | ২২৭৭ |
| | ,, পুয়াটু ,, | এইচ | ,, | ,, | ১৫১১ |

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| সিফাই | ইন্দ্রবীর | থাপা | বি | কোঃ | নং | ২৫৩৮ |
| ,, | যোকী | ,, | বি | ,, | ,, | ২৬০৮ |
| ,, | সুরবীর | ,, | ,, | ,, | ,, | ২৬৬২ |
| ,, | কায়ের সিংহ | ,, | ,, | ,, | ,, | ২৬৭৭ |
| ,, | গোপী | ,, | এইচ | ,, | ,, | ২৬৩৫ |
| ,, | জিৎরাম গুরুং | | ,, | ,, | ,, | ২৬৮৪ |
| ,, | বিউ সিংহ | থাপা | বি | ,, | ,, | ২৬৯২ |
| ,, | খরগিয়া | ,, | ,, | ,, | ,, | ২৫৯৭ |
| ,, | আবদুল করিম ( সিম্পসনগী খানসামা ) | | | | | |
| ,, | ধনিরাম ( সিম্পসনগী শৈশ ) | | | | | |

৪৪শুবা গুর্খা রেজিমেণ্ট

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| হাবিলদার | নরসিং গুরুং | | ডি | কোঃ | নং | ৭১ |
| ,, | জলসিং | থাপা | সি | ,, | ,, | ২৬৬ |
| লান্স নাইক | মনবাহাদুর গুরুং | | বি | ,, | ,, | ১২৫১ |
| সিফাই | দিলু সিংহ বাহারা | | এ | ,, | ,, | ৬২৭ |
| ,, | দাল সিংহ | থাপা | এ | ,, | ,, | ১৪৮২ |
| ,, | গারা | থাপা | এ | ,, | ,, | ১৫৮২ |
| ,, | মনিরাম | থাপা | এ | ,, | ,, | ১৬৪৫ |
| ,, | উজির সিংহ পুন্ | | ি | ,, | ,, | ১৫৬৬ |
| ,, | মেহবীর | থাপা | ডি | ,, | ,, | ৯৭৫ |
| ,, | খরবীর | থাপা | ডি | ,, | ,, | ১২০৯ |
| ,, | জপার | ,, | ,, | ,, | ,, | ১২৫৯ |
| ,, | মান সিংহ | ,, | ই | ,, | ,, | ১৪৩৪ |
| ,, | কর্ণবীর | ,, | ই | ,, | ,, | ১৫৩০ |
| ,, | চন্দ্রসিংহ | | ,, | ,, | ,, | ১৬০৩ |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| সিফাই | সিতা পুন | ই কোঃ | নং | ১৮৪১ |
| ,, | আনন্দ গুরুং | ,, ,, | ,, | ১৮৬১ |
| ,, | লক্ষমণ পুন | ,, ,, | ,, | ১৮২১ |
| ,, | জৱানসিংহ গুরুং | ,, ,, | ,, | ১৭৫০ |
| ,, | গজবীর থাপা | জি ,, | ,, | ১০৪৬ |
| ,, | গজবীর রাণা | , ,, | ,, | ১৫০৫ |
| , | জিৎ বাহাদুর থাপা | ,, ,, | ,, | ১৬৯৫ |
| | ভক্তবীর থাপা ভিস্তি | × × | × × | × × |

বসন্ কুলি, বিরাই খানসামা, অর্জন শৈশ, বিহারী

**শগোলগী ৈস্ত ঃ** । যুবনসিং লামা ২। লক্ষাণ সিংহ লামা ৩। রঘুবীর মিস্ত্রি ৪। তুলসীরাম নারার ৫। ইন্দ্রবীর থাপা ৬। চুড়ামন মুণ্ডা ৭। মহেশ ঘটৱাল ৮। ভৈয়ারাম ঘটৱাল ৯। ভিকারা

**পলিটিকেল এজেন্সিগী মঃ** ১। উমেশচন্দ্র ঘোষ ২। লসমন প্রসাদ ৩ রামলাল পাল ৪। রামাধুর হাজাম ৫। শ্রীমন্ত ৬ মুলুকচাঁদ ৭। অ যা ৮। শ্যামচাঁদ ধাব ৯। প্রবাসী ১০। কাজিম ভুইয়া ১১। উমাচরণ কর্মকার ১২। বিহারী কহর

**চিফ কমিশনরগী লাকপা ঃ** ১। হরিদাস বেনার্জি কেরাণী ২। মিঃ উইলিয়মস ৩। অরবদি ৪। মিংলে ৫। দুর্যোধন ৬। রামকৃষ্ণ ৭। হনমুক খান ৮। অমির খান ৯। ফজল ১০। ভিকারি ১১। ঝারু ১২। রাম হরক ১৩। সজিৱান ১৪। ভাগু ১৫। বানা ১৬। কৃষ্ণরাম ১৭। খাসিয়াণী ১৮। লেফটেনেণ্ট গর্ভনগী শৈশ

## ডাকঘর অমসুং টেলিগ্রাফকী মীওইশিং

১। আশুতোষ মুখর্জি—পোষ্ট মাষ্টর ২। বৈকুণ্ঠনাথ দত্ত সিগ্নেলর, ৩। মোসাই ৪। সামবারু ৫। ভাতু ৬। লোকনাথ ৭। অশ্বিনী

৮ রাধাচরণ ৯। ঝুতি ১০। দোভাগু ১১। পেগা ১২ মদন সিংহ ১৩। মনিরাম ১৪। চাতিবাল ১৫। মায়ারাম ১৬। রামগুণ ১৭। ফাগুনা ১৮। সম্বারু ১৯। রতিয়া ২০ কাম্বু ২১। মঙ্গলু ২২। নারা ২৩। রাঙ্গাই ২৪। তামাল ২৫ খামাদু ২৬ নিচলু ২৭। রঞ্জিত ২৮। বিস্তু ২৯। লুকারো ৩০। দহিরাম ৩১। নহানি ৩১। নোসামী

মণিপুরদগী চেনখিবা মীওইশিংসিগা কাউলী (Cowley) না লুচিংবা ৪৩শুবা গুর্খা লাইট ইনফেন্ট্রিগী সিফাইশিংগা কাছাড রোমদগী কেম্প শিন্নবা লাকপদা লাইমতোন চীংথক্তা মার্চকী তাং ২৬ তা ওরুরম্মী।[৫০] অদুগী মতুংদা মথং মথং অসুম চৎখিদুনা মার্চ্চ থাগী তাং ৩১ দা শিলচরদা থুংখি চয়োল অমা লৈরগা কাছাড়গী ডিপুটি কমিশনরদা টেলিগ্রাম অমা থুংলৈ। টেলিগ্রমগী মরোলদি—"মিঃ গ্রিমউড অমসুং মহাকা লোয়নবা মীশিং হাংখ্রে"—হায়বা অসিনি।

অসিগুম্বা টেলিগ্রামগী পাউ কাছাড়গী ডিপুটি কমিশনরনা মিসেস গ্রিমউডতা ইহান হেক হায়া তমখি।

অসিগুম্বা মণিপুরদা থোকখিবা থৌদোক্কী পাউ অসি হেক তাবগা তুমু (বর্মা)দা লৈরম্বা লেফটেনেট গ্রান্টনা[৫১] ১২ শুবা মাদ্রাজ

[৫০] Sir Robert Reid : History of the Frontier Areas Bordering on Assam, P. 51

[৫১] লেফটেনেন্ট গ্রান্ট অসি লেফটেনেন্ট-জেনরেল ডোগলাস গ্রান্ট (Douglas Grant) কী মচানিপা অহলনি। মহাক ১৮৮২ ইংদা স্যান্ডহার্স্ট (Sandhurst দগী সফোক রেজিমেন্ট (Suffolk Regiment) তা কমিশন ফংই অমসুং ইংলণ্ড অদুগা আয়র্লণ্ডবা মথক্কী রেজিমেন্ট অসিদা লাম্নগী থবক তৌরম্মী। মহাক ভারততা লাকপদা ফৈজাবাদতা, অদুগী ৮৮৪ ইংদা মাদ্রাজ ষ্টাফ কোর্সতা থবক তৌরম্মী। ১৮৮৬ ইংদা মহাকপু মণ্ডলেদা থাখি। মহাক্না মণ্ডলেগী অকোয়বদা লৈবা ব্রহ্মদেশগী নিংথৌ থীবো (Theebaw) গী মখিং

ইনফেন্ট্রিগী সিফাই ৫০ অমসুং ৪২ শুবা গুর্খা রাইফলসকী সিফাই ৩০ গা লোয়ননা মণিপুরদা চত্তুনা বৃটিশ অফিসারশিংগী মতেং পাংলুগে অমদি মথৱাই কল্লুগে হায়না ইম্ফাল তান্না খোঙশাল্লকখি। মখোয়না থৌবান্দা হেক থুংলুবা মতমদা মৈতৈ সিফাইশিংনা মখোয়বু থিংদুনা মুমিৎ ১০ নি কোয়শিন্দুনা থম্লম্মী।

খোঙফম অসিদা লাংথবান্দা লৈরম্বা সিফাইশিং পুদুনা জমাদার বীরবল থাপানা লুচিংদুনা থৌবাল্লোমদা হন্দোকখিবদা লেফটেনেণ্ট গ্রাণ্টকা থৌবান্দা থেংনখি। মতম অসিদা ব্রহ্মদেশরোমদগী লান্মী তেঙ্গোল খোমজিল্লক্লিবফাওবা হন্দোরকখো হায়বা পাউ হেক ফংবগা মখোয় পুন্নমক হন্দোকখি। তুমু তান্না হন্দোকখিবা লান্মীশিং অদুনা মণিপুররোমদা চংশিল্লকপা লেফটেনেণ্ট গ্রাণ্টতা মতম অদুদা লাংথবান্দা ললোন-ঈতিক তৌদুনা লৈরম্বা পঞ্জাবী হাফিজ ফংে শাহনা মতেং য়াম্না পাংখি। থৌদোক মতা অদুদা মহাকী রাজভক্তি অমসুং থৌনাফবা উবদা মঙোন্দা লুপা ১০০, মণ লাবা ১২ অদুগা মপুন্সি চুপ্পা খাজনা থিদনা চাবা য়াবা একর ২০ গী লৌফম লাল্ হেক লোইবদা মনা ওইনা পিখি।[৫২]

---

চৎলবা তুংইনবা মীওইশিংবু কোয়নি-খিদুনা কা'ব। মহুদা মশাক্ত থুৎলাইনা পান্দুনা মথংগী চহি ১৮৮৯ ইংদা ইংলণ্ডা চৎখি, মথংগী চহিদা ভারতা লাকখি অদুগা ১২ শুবা মাদ্রাজ রেজিমেণ্টা য়াওখি।

লৈচিন মচা অমনা লৈচিল অচৌবা অমা ওনখিদুনা নোং-মু'শিৎ থাক-লাউবা তৌরকপদা অতিয়া শিত্‌ংনা মশিল্লকুবা মতমদা মতাম অমা কাউরকখিবদু গ্রাণ্ট সাহেব অসিনি হায়না শীংথানখি। মহাক্না মণিপুরগী লানফম অদুমদা থৌনা ফবা উৎখিবদুগীদমক ভারত সরকারনা মহোন্দা বৃটিশ আর্মিগী মেজর রুম পিখি অমসুং মহারাণী ভিক্টোরিয়ানা মহোন্দা "ভিক্টোরিয়া ক্রস" পিখি।

—Surendra Nath Mitra : The Manipur War, 1891, Calcutta, P. 56—57

৫২ Administration Report of the Manipur Political Agency for 1891-92

অসুম্না মথং মথং হন্দোকখিবনা পলেল হেক য়ৌবদা মৈতৈ সিফাই ৪০০ রোম্না লান্দারকখি। ব্রহ্মদেশতগী কর্ণেল প্রেসগ্রেভ ( Colonel Presgrave ) না লাম্নী প্দ্নুা মফম অদু য়ৌরকই। মতাং অসিদা মৈতৈ লাম্নীশিং মহৈ মহৈ লানফম থাদোক্লুনা চেন্নখি।

---

৫ শুবা পন্দুপ

## চিফ কমেশনগী লাল অমসুং মণিপুরগী তুংগী ফিরম

সাহেবশিং হাৎখিবগী পাউ অসি বৃটিশ ভারত হেক য়ৌখিবদা লম্মন খুম্নুনবগীদমক্ত গবর্ণর-জেনরেল-ইন কাউন্সিলনা মখাগী সিফাই তেঙ্গোল অহুম অসি মণিপুরদা থাননবা মঞ্জুর তৌরম্মী।[১]

১। কোহিমা তেঙ্গোল—
 (১) ৮ শুবা বেঙ্গল মাউণ্টেন ব্যাটরী
 (২) ১০ শুবা বেঙ্গল ইনফেন্ট্রি রেজিমেণ্ট
 (৩) ৩৬ শুবা বেঙ্গল ইনফেন্ট্রি শিখ রেজিমেণ্ট

২। শিলচর তেঙ্গোল—
 (১) ৮ শুবা বেঙ্গল মাউণ্টেন ব্যাটরী
 (২) কলিকাতা ভলুন্টিয়ার রাইফল কোর
  ( পাইওনিয়ার কম্পানী )
 (৩) বেঙ্গল ইনফেন্ট্রিগী ৩ শুবা রেজিমেণ্ট
 (৪) ,, ,, ১৮ শুবা রেজিমেণ্ট
  ( কম্পানী তরুক )
 (৫) ২ শুবা গুর্খা রেজিমেণ্টকী অহানবা ব্যাটালিয়ন।

---

১ গেজেটিয়ার অফ ইণ্ডিয়া, পার্টবান, ১৮৯১ ইংগী এপ্রিল তাং ১১ দা ফোর্ট্ বিবা অর্ডর নং ৩৪০

৩। তমু তেঙ্গোল—

(১) রোয়েল আর্টিলারীগী ২শুবা মাউন্টেন ব্যাটরী

(২) ওক্সফোর্ডসায়ার লাইট ইনফেন্ট্রিগী ২শুবা ব্যাটালিয়ন মী ২০০

(৩) কিংস রোয়েল রাইফল কোরগী ৪ শুবা ব্যাটালিয়ন (ব্যাটালিয়ন তঙ্গাই অমা)

(৪) ৪ শুবা গুর্খা রেজিমেণ্টকী ২ শুবা ব্যাটালিয়ন

(৫) মাদ্রাজ ইনফেন্ট্রিগী ১২ শুবা রেজিমেণ্ট (২ শুবা বর্ম্মা ব্যাটালিয়ন)

(৬) মাদ্রাজ ইনফেন্ট্রিগী ৩২ শুবা রেজিমেণ্ট ৭৭ শুবা বর্ম্মা ব্যাটালিয়ন)

তেঙ্গোল অহুম অসিগী ন মসিং পুতিংগদবা অফিসারশিং—

## কোহিমা তেঙ্গোল

কমাণ্ড তৌগদবা—ব্রিগেডিয়ার জেনরেল এইচ, কলেট, সি-বি (Brigadier-General H. Collet C. B.)

অর্ডালি অফিসার ক্যাপ্টেন এ, ই, জোন্স, (Captain A. E. Johns) ২৩ শুবা বেঙ্গল ইনফেন্টি (পাইওনিয়ার)

ডিপুটি এসিস্টাণ্ট এডজুটেণ্ট জেনরেল—মেজর এফ, এস, গ্বাটকিন (Major F. S. Gwatkin) ৩ শুবা বেঙ্গল ল্যান্সর্স

ব্রিগেডিয়ার মেজর - ক্যাপ্টেন জি, সি, কিট্সন (Captain G. C. Kitson) কিংস রোয়েল রাইফল কোর

ফিল্ড ইঞ্জিনিয়ার—ক্যাপ্টেন আর, এফ্. এলেন (Captain R. F. Allen) রোয়েল ইঞ্জিনিয়ারস

আর্মি সিগ্নেলগী সুপারিণ্টেণ্ডেণ্ট –ক্যাপ্টেন ডবলিউ, ডি, থোম্পসন (Captain W. D. Thompson) ১বা বেঙ্গল কেভেলরী

চিফ কমিশরিয়েট অফিসার --ক্যাপ্টেন সি, এম, ফিজরেল্ড

(Captain C. M Fitz rald , ষ্টাফ কোর, এসিষ্ট্যাণ্ট কমিশনার জেনরেল

এসিষ্ট্যাণ্ট কমিশরিয়েট অফিসার ক্যাপ্তেন ডি, এম, থোম্প-সন (Captain D. M. Thompson) ষ্টাফ কোর, ডিপুটি এসি-ষ্ট্যাণ্ট কমিশনার-জেনরেল

চিফ ট্রান্সপোর্ট অফিসার—ক্যাপ্তেন জে উইলকোক্স—ডি, এস, ও, লেইষ্টর রেজিমেণ্ট, ষ্টেশন ষ্টাফ অফিসার, দিল্লী

প্রিন্সিপাল মেডিকেল অফিসার ডিপুটি সার্জন জেনেরেল সি, পি, কষ্টেল্লো (Deputy Surgeon-General C. P. Costello) ইন্দিয়ান মেডিকেল সার্ভিস, এডমিনিষ্ট্রেটিভ মেডিকেল অফিসার, আসাম

ভেটরিনারী সার্জন এস, এম্ স্মিথ Veterinary Sureon S. M. Smith) আর্ম্মি ভেটরিনারী ডিপার্টমেণ্ট

## শিলচর কোয়ার্ল

কমাণ্ড তৌগদব—লেফ্টেনেণ্ট কর্ণেল আর, এইচ, এফ, রেনিক (Lieutenant Colonel R. H. F. Rebnick) ১৮ শুবা বেঙ্গল ইনফেন্টি্র

অর্ডালি অফিসার—ক্যাপ্তেন জি, এফ, উইলস্, (Captain G. F. Wills) ১৫ শুবা বেঙ্গল লেগুফোর্স, এডজুটেণ্ট, সুর্ম্মা ভ্যালি লাইট ফোর্স

ডিপুটি এসিষ্ট্যাণ্ট কার্টর-মাষ্টর, জেনরেল—ক্যাপ্তেন ই, ডবলিউ, ডন্ ডি-এস-ও (Captain E. W. Dun D. S. O.) ৩৮ শুবা বেঙ্গল ইনফেন্টি্র (ডিপুটি এসিষ্ট্যাণ্ট কার্টর-মাষ্টর জেনরেল, আর্ম্মি হেড ক[illegible]র্)

এসিষ্ট্যাণ্ট ফিল্ড ইঞ্জিনিয়ার - লেফটেনেণ্ট পি, এইচ, ডু, পি, কাসগ্রেন, রোয়েল ইঞ্জিনিয়ার্স্

কমিশরিয়েট অফিসার—ক্যাপ্তেন সি, ভি, ডবলিউ, উইলিয়মসন Captain C. V. W. Williamson ) ষ্টাফ কোর এসিষ্ট্যাণ্ট কমিশরি-জেনরেল

## তুমু তেঙ্গোল

কমাণ্ড তৌগদবা—ব্রিগেডিয়ার জেনরেল টি, গ্রাহাম, সি-বি ( Brigadier-General T. Graham C. B. ) রোয়েল আর্টিল্যারী

অর্ডালি অফিসার—সেকেণ্ড লেফটেনেণ্ট সি, জে, সেকভিল, ওয়েষ্ট Second Lieutenant C. J. Sackville West ) কিংস রোয়েল রাইফল কোরস্

এসিষ্ট্যাণ্ট এডজুটেণ্ট-জেনরেল লেফটেনেণ্ট কর্ণেল এ, জি, বি, টরনান ( Lieutenant Colonel A. G. B. Turnan ৪৪ শুবা বেঙ্গল ইনফেন্টি্র

কমিশরিয়েট অফিসার- লেফটেনেণ্ট এফ, এইচ, এস, টমাস ( Lieutenant F. H. S. Thomas ) ১৫ শুবা মাদ্রাজ ইনফেন্টি্র ( ডিপুটি এসিষ্ট্যাণ্ট কমিশনার-জেনরেল )

ট্রান্সপোর্ট অফিসার লেফটেনেণ্ট বি, ডবলিউ, মারলো (Lieutenant B W. Marlow ) ২৩ শুবা মাদ্রাজ ইনফেন্টি্র ( ডিপুটি এসিষ্ট্যাণ্ট কমিশনার-জেনরেল )

আর্ম্মি সিগ্নেলী'নী সুপারিণ্টেণ্ডেণ্ট সেকেণ্ড লেফটেনেণ্ট আর, সি, আর, ওয়েন ( Second Lieutenant R. C. R. Owen ) ওক্সফোর্ড ফায়ার ইট ইনফেন্টি্র

প্রিন্সিপাল মেডিকেল অফিসার—সার্জন মেজর পি, এন, মুখর্জী ( Surgeon Major P. N. Mukherjee ) ইণ্ডিয়ান মেডিকেল সার্ভিস, মাদ্রাজ

মণিপুরগী মথক্তা লম্মন খুম্বা ওইনা বৃটিশকী লাম্মীশিং অমি কোহিমা, কাছাড় অমসুং ব্রহ্মদেশ মায়কৈ অহুমদগী থাজিললক্লবা থৌরাং তৌখ্রে।[২]

কোহিমাগী তেঙ্গোলনা এপ্রিলগী তাং ২০ দা, কাছাড়রোমগী তেঙ্গোলনা এপ্রিলগী তাং ৫ দা অদুগা ব্রহ্মদেশরোমগী তেঙ্গোলনা এপ্রিলগী তাং ২৩ দা মখোয় মখোয়গী লাম্মী-লৈফমশিংদগী মণিপুর তম্না খোংশাল্লকলে।[৩]

কোহিমারোমদগী চংলকপা তেঙ্গোলগী লুচিংলকপদি মণিপুর ফিল্ড ফোর্সকী তেঙ্গোল অহুমবু কমাণ্ড তৌবা ব্রিগেডিয়ার-জেনরেল এইচ, কোলেট ( Brigadier-General H. Collet ) নি।

কাছাড় মায়কৈরোমগী লুচিংলকপদি লেফটেনেণ্ট কর্ণেল আর, এইচ, এফ, রেনিক (Lieutenant Colonel R.H.F. Reinck) নি।

ব্রহ্মদেশকী মায়কৈরোমদগী লাকপা তেঙ্গোলগী লুচিংলকপনা ব্রিগেডিয়ার-জেনরেল, টি, গ্রাহাম, সি, বি ( Brigadier-General T. Graham ) নি।

মথক্কী কমাণ্ড তৌদুনা লাক্লিবা বৃটিশ অফিসার অহুমসিনা মণিপুরদা করম্না লান শোক্লখিবগে হায়বদুগী মরীদা রিপোর্ট কোহিমারোমগী লুচিংবা ব্রিগেডিয়ার-জেনরেল এইচ, কোলেটনা এডজুটেণ্ট-জেনরেলদা মেগী তাং ২ দা পিখি অদুগা কাছাড় মায়কৈরোমগী লুচিংবা লেফটেনেণ্ট কর্ণেল আর, এইচ, এফ, রেনিক্লা মে থাগী তাং ২ দা মণিপুর ফিল্ড ফোর্সকী এসিষ্ট্যাণ্ট এডজুটেণ্ট জেনরেলদা অদুগা ব্রহ্মদেশরোমগী লুচিংবা ব্রিগেডিয়ার-জেনরেল টি, গ্রাহামনা এপ্রিলগী তাং ২৯ দা

---

২ হোম ডিপার্টমেণ্ট নোটিফিকেসন্ নং ৭২৫ তাং ১৩।৪।১৮৯১ ইং—

**The Governor General in Council has taken the necessary steps to exact full and signal retribution for this atrocious outrage, and troops are now concorging on Manipur from Burma, Cachar and Kohima with this object.**

৩ **Gazetteer of India, Part I, March 7, 1891**

মাদা মানা শোক্নবা লালগী বারম ইদুনা মখোয়গী রিপোর্ট পিখৎনরকই। মখোয়গী রিপোর্টতগী ঐখোয়না খণ্ডবা ওন্মী— ।

## কোহিমারোমদগী লাকপা লান্মীশিংগা থেংনখিবা লালগী লালঙ্ং

কোহিমারোমদগী লাকপা তেঙ্গোন্দা য়াওরকপদি :—

(১) ক্যাপ্তেন এ, এইচ, সি. বীর্চ আর, এ ( Captain A H.C. Birch R. A. ) গী মখাদা ৮শুবা বেঙ্গল মাউণ্টেন ব্যাটরীগী নোংমৈ অচৌবা অহুম

(২) লেফটেনেণ্ট এ, সিলেস (Lieutenant A. Ciles) গী মখাদা ১৩ শুবা বেঙ্গল ইনফেন্ট্রিগী রাইফল পায়বা সিফাই ১০০

(৩) ৪৪শুবা গুর্খা রাইফলস্কী ক্যাপ্তেন এইচ, ডবলিউ, প্রিসলী ( Captain H. W. Priestley ) গী মখাদা ৪২ শুবা গুর্খা রাইফলসকী রাইফল পায়বা সিফাই ২০০

(৪) কর্ণেল এইচ, এম, ইভান্স ( Colonel H. M. Evans ) কী মখাদা ৪৩ শুবা গুর্খা রাইফলগী রাইফল পায়বা সিফাই ৪০০

(৫) মেজর, আর, কে, রীজওয়ে ভি, সি, ( Major R. K. Ridge-way V. C. ) গী মখাদা ৪৪ শুবা গুর্খা রাইফলস্কী রাইফল পায়বা সিফাই ৩০০

(৬) ক্যাপ্তেন ডি, সি, এফ, মিসিণ্টায়ার ( Captain D. C. F. Macintyre ) গী মখাদা আসাম মিলিটরী পুলিশ নাগা হিলস্ ব্যাটালিয়নগী রাইফল পায়বা সিফাই ২০০

জেনরেল কোলেটনা এপ্রিলগী তাং ১৯ দা কোহিমাদগী অশুম্না লাউথোক্নখি—"মণিপুরগী খুৎলাই পায়বা লান্মীশিংনা বৃটিশ সরকার অমসুং মাগী লান্মীশিংবু থিংবা মরম্না লৈবাক অসি ভারতকী মহারাণীগী মায়োক্তা ফোঙনা লালহৌখগী মরাল লৈরে।

মহারাজ কুলচন্দ্রধ্বজ সিংহগী লৈবাক ঙাকপগী থবক লোইরে হায়না লাউথোক্লি অমসুং বৃটিশ সরকারগী হুকুম অমা ফংদ্রিবক্তা ওবা ঐহাক্না অথোইবা লৈবাক ঙাকপা অমা ওইনা ইথৈদাং পাঙথোক্কনি, অসিগীসু মথক্তা ঐহাক্না চংশিল্লকপা অসিবু থিংদনবা খঙহল্লি। কোম্বুং লৌশিন্নবা লালহৌবগী লুচিংবা নম্রগা লালহৌনবা ইনশিনবা মীওইশিংবু মতিক চাবা দণ্ডি পিননবা অমদি বৃটিশকী প্রজাশিংবু বিশ্বাসঘাত তৌদুনা হাৎখিবগা মরী লৈনবা মীওইশিংবু দণ্ডি পিননবা ঐহাক মণিপুরদা লাক্লিবনি।"[৪]

লাম্মীশিং অসি এপ্রিলগী তাং ২০ দা কোহিমা থাদোক্তুনা ইম্ফাল পাংলকখি। অন্নাংলমদা লাল ঙাকপা মতোন ইবুংঙো খ্বাইরাকপনচিংনা লাইশ্রবা জমভুবান মেজর, মাইব্যা তাম্র সুবেদার হৈগ্রু জাম্বা পোইলানচিংবা সিফাই ৮০০ চৎখি।[৫] থা অসিগী তাং ২৪ দা জেনরেল কোল্লেটনা ময়াংখাঙদগী মহারাজ কুলচন্দ্রধ্বজ সিংহদা অসুন্না চিঠি অমা ইরকই—"মণিপুরদা ফাদুনা থম্লিবা বৃটিশ প্রজা পুম্নমক খুদক্তা থাদোক্লবা হুকুম তৌরি। মীশিং অসিগী খুদোংথিবা থোক্তনবগী দায়ি নহাক্কী ওইগদবনি অমসুং মখোয়গী করিগুম্বা অমাংবা থোক্লবদি নহাক্কী নথৱাই লৌগনি অদুগা ১৮৯১ ইংগী এপ্রিলগী তাং ১৭ তা নশামক ঐঙোন্দা চংজগদবনি। নহাক নশামক্না চংজরক্লবদি নহাকপু বিচার তৌগনি তৌইগুম্বসুং নহাক্কী নথৱাই কনবিগনি হায়না ৱাশকপদি ঙম্লোই।"[৬]

লাম্মীশিং অসিনা মণিপুরদা চংলকপা মতমদা এপ্রিলগী তাং ২৪ দা সেকমাই মথক্তা লৈবা কৈথেলমানবী মনাক্তা মৈতৈ সিফাইশিংনা নোংমৈ কাপশিল্লকখি অসি নঙবা মফম অমসুং মতমদদি থোইদোকপা অপনবা লৈখিদে মখোয়না অসুন্না চংশিল্লকপদা কৈথেল-

৪ Manipur compiled from the columns of the Pioneer (1891)

৫ চৈথারোল কুম্বাবা, লং: ৪৮৯

৬ Manipur compiled from the columns of the Pioneer (1891)

ম্রান্নবীদা কেম্প শারক্না মৈতৈশিং অমতা লৈরমদ্রে, লোইনা মহৈ মহৈ চেমখ্রে।

---

## কাছাড়রোমদগী শাকপা লান্মীশিংগা থেংনখিবা লানগী লালওং

কাছাড় মায়কৈরোমগী তেঙ্গোল এপ্রিলগী তাং ৫ দা শিলচর থাদোক্লকই, মতুংদা য়াওরকপা লান্মীশিং—

| | | বৃটিশ অফিসার | | নেটিভ অফিসার | | রাইফলস্ | | ভুংইনবা |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| (১) | নং ৮ (বেঙ্গল মাউণ্টেন ব্যাটরী | ১ | — | ১ | — | ৬২ | — | ২৭ |
| (২) | ১৮ শুবা বেঙ্গল ইনফেন্ট্রি | ২ | — | ৬ | — | ৩৬৪ | — | ৫১ |
| (৩) | ৪২ শুবা রাইফলস্ | ৩ | — | ৪ | — | ৯৯ | — | ০ |
| (৪) | ৪৩ শুবা গুর্খা রাইফলস্ | ৩ | — | ৭ | — | ২৭৫ | — | ২৪ |
| (৫) | ৪৪ শুবা গুর্খা রাইফলস্ | ১ | — | ২ | — | ১১২ | — | ১৯ |
| (৬) | ১/২ শুবা গুর্খা রেজিমেণ্ট | ৯ | — | ১৫ | — | ৭০৮ | — | ৬৭ |
| (৭) | কলিকাতা ভলুণ্টিয়ার পাইওনিয়ারস্ | ২ | — | ২ | — | ৪৮ | — | ২ |
| (৮) | সুরমা ভ্যালি মিলিটরী পুলিস | ১ | — | ৫ | — | ২০২ | — | ১৮ |
| | অপুনবা মশীঙ | ২২ | — | ৪২ | — | ১,৮৭০ | — | ২১২ |

মথক্তা উৎলিবা কাছাড়রোমগী তেঙ্গোল অসিগী মতুংদা মাং-জৌনবা মণিপুর তম্না লাকখিবা লাম্মীসু য়াওরি। মখোয়না মণিপুর মায়কৈ তম্না লাকপদা ইরং তুরেন্দা শাবা লীতানথোং অদু খোংজাই-শিংনা থদৎলম্বা থেংনদুনা নোংমৈ কাপ্লবদগী খোংজাইশিং চেনখি। মতুংদা বৃটিশকী লাম্মীশিং অদুনা অসুম্না মথং মথং লাক্লুনা খৌবুম তম্পাক্কী মণিপুর তম্পাক য়ৌনবা লাকপদা মৈতৈগী তেঙ্গোল মফম অহুমদা লমতুপ লমতুপ্তা শারম্মী। নোংচুপ লমদা লান ঙাকপা মচা ইবুংঙো কালা শগোল হঞ্জবা, সনা ঙাংবা লৌরুংপুরেন, য়েনখোইবা পোইলা, লোংজাম্বা পোইলা অসিনচিংবনা সিপাই ১০০০ লোইনদুনা চৎখি।[১] মখোয়শিং অদুগা লাল শোক্লবদা বৃটিশ লাম্মী-শিংগী থোইদোকপা অশোকপা য়াওখিদে অদুগা মৈতৈ লাম্মীদি ১০ থক শিখি অদুগা মৈতৈ লাম্মী লুচিংবা অমদি নোংমৈনা পানবদগী ফাদুনা বন্দি ওইনা লৈখি।

এপ্রিল তাং ২৫ দা বৃটিশ লাম্মীশিংনা ফোইজিং তুরেলগী অকোয়বদা লৈবা খুলশিং অদুদা লাঞ্জারম্মী।

এপ্রিলগী তাং ২৬ তা মখোয় পুম্নমক ফোইজিং তাম্না হায়জিল-লকলে। কাছাড়গী লুচিংলকপা লেফটেনেণ্ট কর্ণেল রেনিক্না জেনরেল কলেটকা অমসুং জেনরেল গ্রাহামগা করিগুম্বা ঈ-পাউ অমতা ফাওনবা ঙম্নমদে। অদুম ওইনমক মথংগী সুমিৎ হায়বদি এপ্রিলগী তাং ২৭ কী অয়ুক পুং ৩ তাবদা ইম্ফাল কোম্সুং য়ৌগে খনখি। হায়বগুম্নদুনা মতম থরা শোয়নরবসু এপ্রিলগী তাং ২৭ কী অয়ুক পুং ৭ তাবদা কাছাড়-রোমগী হায়বদি তোংজৈ মরিল্লোমগী সিফাইশিংনা ইম্ফালদা য়ৌরকখি অদুগা বৃটিশ সিফাই নোলস ( Knowels ) কৌবা অমনা ইহান

---

১ চৈথারোল কুম্বাবা লাঃ ৪৮৯

হান্না সন্না কোন্নুং চংখি।[৮] হন্দক কাছাড়রোমদগী চংশিল্লকপা লান্মীশিংগী মরক্তা কাছাড়গী ডিপুটি কমিশনার মেজর এইচ, সেণ্ট. পি, ম্যাক্সওয়েলস্থ য়াওরকখি।

## ব্রহ্মদেশরোমগী লাকপা লান্মীশিংগা থেংনখিবা লানগী লানথুং

ব্রিগেডিয়ার-জেনজেল টি, গ্রাহামনা লুচিংলকপা ব্রহ্মদেশরোমদগী লাকপা লান্মী তেঙ্গোলদা য়াওরকপদি—

(১) রোয়েল আর্টিলরীগী ২ শুবা মাউণ্টেন ব্যটরীগী নোংমৈ অচৌবা ৪

(২) কিংস রোয়েল রাইফলস্কী ৪ শুবা ব্যাটালিয়ন

(৩) ২/৪ শুবা গুর্খা রেজিমেণ্ট

(৪) ১২ শুবা ( বর্ম্মা ) মাদ্রাজ ইনফেণ্ট্রি

(৫) তুমুদা রিজার্ভ ওইনা থম্নমবা ৩২ শুবা (বর্ম্মা মাদ্রাজ ইনফেণ্ট্রি

মথক্কী তেঙ্গোল অসিগী লান্মীশিং অসি তুমুদগী এপ্রিলগী তাং ২৩ দা খোংশাল্লকই অদুগা কোহিমা অমস্থং কাছাড়রোমদগী লাক্লিবা সিফাই তেঙ্গোল অদুগা এপ্রিলগী তাং ২৭ তা ইম্ফালদা থেংননবা লাকখি অস্মন্না মখোয়না তুমুদগী পলেল য়ৌরক্লবা লাকপদা করিগুম্বা অপনবা অমতা থেংনখিদে। অদুবু পলেল য়োগদবা মাইল ৬ লোম বাৎলিডৈদা মৈতৈগীশিংগী লানবল শারি হায়বা পাউ তারদুনা মৈতৈ লান্মী মশীং কয়ামুক ওইগদগে হায়বা খঙননবা লাঙ্গাবা মী থারকখি। অসিগুম্বা লাঙ্গাবা কাঙবুগী লুচিংবা ২/৪ শুবা গুর্খা রেজিমেণ্টকী ক্যাপ্তেন ড্রুরী ( Captain Drury ) লানবল শাদুনা লৈরিবা মৈতৈ

---

Trooper Knowels was the first to enter the palace enclosure on the early morning of the 27th.

—The Pioneer, Wednesday May 6, 1891

লাম্মীশিং অসি থুগাইরুগে হুকুম পিয়ু হায়রবদা ক্যাপ্তেন ড্রুরীগী ২/৪ শুবা গুর্খা রেজিমেণ্টকী রাইফল পায়বা সিফাই ১০০ অদুগা ১২ শুবা (বর্ম্মা) মাদ্রাজ ইনফেন্ট্রিগী শগোলতোংবা সিফাই ৪৪ অসিনদি মতিক চাদে খনবদগী ব্রিগেডিয়ার-জেনরেল টি. গ্রাহাম্না ক্যাপ্তেন রন্দোল (Captain Rundall) গী মখাদা ২ শুবা মাউণ্টেন ব্যাটরীগী নোংমৈ অচৌবা ২ অমসুং ২/৪ শুবা গুর্খা রেজিমেণ্টকী রাইফল পায়বা সিফাই ২০০ অমসু ক্যাপ্তেন ড্রুরীবু মতেং পাংননবা হুকুম তৌরম্মী।

ক্যাপ্তেন রান্দালনা মফম অদুদা হেক থুংবা মৈতৈগী লানবল য়োগদবা গজ ১০০০ (লিশিং অমা) রোম বাৎলিঙৈদা নোংমৈ অচৌবদু খিনখি অদুগা মৈতৈ লাম্মীশিংদা কাপশিনখি।

তাঙা অসিদা ক্যাপ্তেন ড্রুরীনা মহাক্কী মখাদা লৈবা ২/৪ শুবা গুর্খা রেজিমেণ্টকী সিফাইশিং অমসুং লেফটেনেণ্ট গ্রাণ্টনা মাগী মখাদা লৈবা ১২ শুবা (বর্ম্মা) মাদ্রাজ ইনফেন্ট্রিগী সিফাইশিং পুরগা মথং মথং মৈতৈগী তেঙ্গোল শারিবা মফম অদু তাম্না ফুজিল্লকই।

মতম অসিদা ক্যাপ্তেন কার্ণেজী (Captain Carnegy) না মহাক্কী গুর্খা সিফাইশিংগা লোয়ননা মখারোমদগী ফুজিল্লকুনা মৈতৈ লাম্মীশিংগা খুৎকা খুৎকা হকথেংননা লান শোক্লখি। এপ্রিলগী তাং ২৫ গী লান্দা লেফটেনেণ্ট গ্রাণ্ট (Lt. Grant) অমসুং লেফটেনেণ্ট কোক্স (Lt. Cox) নোংমৈনা পান্দুনা শোকখি।[৯] মদুদা মৈতৈ লাম্মীসু য়াম্না শিখি। সনা বাংখৈরাকপা মাইপাক, য়েনখোইবা মেজোরনচিংবা সিফাই ৭০০ লোয়নদুনা খৌবান্দা লাল ডাক্লমই। পাওনা মেজর, চোংথা মিয়া মেজোর অনিসু সিফাই ৪০০ পুদুনা খৌবাল তাম্না চংশিল্লকখি।[১০] খোংজোমগী লানফমদা পাওনা ব্রজবাসী সনাতন ধর্ম্ম ফংখি।

---

৯ The Pioneer, May 10, 1891

১০ চৈথারোল কুম্বাবা, লা: ৪৮৮

বৃটিশ লাশ্মী শিথিবশিং অমসুং অশোকপশিং—

**অশিবশিং**—(১) জমাদার কিরুরাম গুরুং, ২/৪ শুবা গুর্খা রেজিমেণ্ট

(২) নং ৯৩৯ শুবা সিফাই দালিয়া থাপা, ২/৪ শুবা গুর্খা রেজিমেণ্ট

**অশোকপশিং** ( বৃটিশ ওফিসার )—

(১) ক্যাপ্তেন ড্রুরী } ২/৪ শুবা গুর্খা
(২) ক্যাপ্তেন কার্ণেজী } রেজিমেণ্ট

(৩) লেফটেনেণ্ট গ্রাণ্ট } ১২ শুবা (বর্ম্মা)
(৪) ,, কোক্স } মাদ্রাজ ইনফেন্ট্রি

মথক্তা পিরিবা বৃটিশ অফিসারশিং অসি য়াম্না থীনা থীনা শোকখি।

## য়াম্না থীনা শোকখিবা বৃটিশ লাশ্মীগী ভারত মচাশিং

(১) সুবেদার মেজর কালপত্তি গুরুং, ২/৪ শুবা গুর্খা রেজিমেণ্ট।

(২) জমাদার বীরবল নাগর-কোতি, ৪৩ শুবা গুর্খা রেজিমেণ্ট

(৩) নং ১১২ শুবা হাবিলদার জিতমন্ রায়, ২/৪ শুবা গুর্খা রেজিমেণ্ট

(৪) নং ৫২৩ শুবা নাইক পৃথিধন-রায়, ২/৪ শুবা গুর্খা রেজিমেণ্ট

(৫) নং ৬৭৬ শুবা সিফাই মহাদল লিম্বু, ৩/৪ শুবা গুর্খা রেজিমেণ্ট

(৬) নং ৫৭৫ শুবা সিফাই ধনসিং চাঁদ, ২/৪ শুবা গুর্খা রেজিমেণ্ট

(৭) নং ২৯০ শুবা ধনসিংহ ছেত্রি. ২/৪ শুবা গুর্খা রেজিমেণ্ট

(৮) নং ৬৩৭ শুবা সিফাই দয়াল সিংহ, ১২ শুবা ( বর্ম্মা মাদ্রাজ ইনফেন্ট্রি

(৯) নং ২৭১ শুবা ভোলা সিংহ, ১২ শুবা ( বর্ম্মা ) মাদ্রাজ ইনফেন্ট্রি

ব্রহ্মদেশরোমদগী লাকপা বৃটিশ সিফাইশিংনা পলেলগী লম্বীরোমদা লাকপদা মৈতৈগী লানবল মমুংদা মৈতৈ লান্মী ৭৬ অদুগা লানবলগী মপান্দা ৫২ গী অশিবা মশাশিং অসি থেংনরম্মী। বৃটিশ লান্মীশিংনা অহিং অদু লানফম মনাক্তা লৈবা য়ুম মচা-মচাশিং অদুদা চংদুনা অহিং লেনখি। অসুম্না মখোয়না ইম্ফাল মায়কৈ তম্না লাকপসিদা মচি-মচি খুদিংদা মৈতৈ লান্মীশিংনা য়াম্না কন্না থিংলম্মী। পুন্নমক মায়থিবা পিদুনা অসুম লাকপনা বৃটিশ সিফাইশিংনা এপ্রিলগী তাং ২৬ কী নুমিৎ য়ুংবা মতম অদুরাইদা অরোং তুরেলগী থোং ফত্তবশিং অদু শগোলনা লানবা অমদি লান্মীশিংনা লানবা য়ানবা পুং ১ রোম চংদুনা শেম্নগা তুরেল অদু লান্দুনা থৌবান্দা থুংখি। নুমিৎ অসিগী নুমিৎয়ুংবা মতুং অমসুং অহিং অদু নোং য়াম্না কন্না চুখিবা মরম্না মখোয়না লাকপদা অপনবা অমা ওইখি।

ইংরেজ কেরাণী রসিকলাল কুণ্ডুনা মায়কৈ অহুমদা ফিরাল অঙৌবা অমমম্ পাইহন্দুনা লাল লৈত্রে, বৃটিশ লান্মীনা নোংমৈ কাপ-কাপ্তুনা চংলক্লবদি নুপী, অঙাং, ষণ, ব্রাহ্মণ শোকপা তারে হায়দুনা নিপা অহুম থাখি। মখোয় অদুগী মমিংদি (১) সেরাম তোম্বা (২) ময়াংলম্বম মুরুলী অমসুং (৩) পুখ্রম্বম পদ্ম সিংহ কৌই।

বৃটিশ লান্মীশিং অসিনা এপ্রিলগী তাং ২৭ কী অয়ুক পুং ৪॥ তাবদগী থৌবান্দগী ইম্ফাল তম্না লাকপদা লম্বীদা করিগুম্বা অপনবা অমতা থেংনখিদে, অয়ুক্কী পুং ১০ তাবদা ইম্ফাল য়ৌরকখি।

অসুম্না মায়কৈ অহুমদগী লাকপা তেঙ্গোল অহুম অসি এপ্রিলগী তাং ২৭ নিংথৌকাবা নুমিৎকী অয়ুক্কী পুং ১১ তাবদা ইম্ফালদা থেংনখি।

মণিপুরগী লান্মীগা বৃটিশকী লান্মী তেঙ্গোল অহুমগা শোরুখিবা লান অসিদা থোইদোক্না অথোকপমগী লানফমদা গুর্খা সিফাই য়াম্না শিখি।[১১]

---

১১ ১৮৬৫ ইংগী এপ্রিলগী তাং৩ তা কযখিবা গুর্খা রাইফলস্পী চহৌগী মীকম অহুদা জেনরেল মাকেনসানা পাথোকখিবা রিপোর্ট অহুদা হায়রি—গুর্খা

মায়কৈ অহুমদগী বৃটিশ লাম্মী তেঙ্গোল অহুম ফুজিল্লকপা মতাং অসিদা কোম্নুংদা অমঙ্গলগী খুদম পিখি। চৈথারোল কুম্বাবগী লামাই ৪৮৮ দা অস্নুম্না ইরি— "অহোংশাংবা দুলোবকী কুম শক ১৮১৩—৫নি নিংথৌকাবদগী শক্তিবুগী পালোক ওই। ×××× কোম্নুংদা তৌবা থৌদি ১৩ নি য়ুমশকৈশদা অয়ুক য়ুথক মতুং পুং ১/২ গী মতমদা লাইনিংথৌ পাখংবগী শম্থোং পাংবদা নোংথৌ মতোন্দগী চোং, ফিরাল য়াওনা দোলাই পাইথরকপবু লৈবাক য়েৌগদবা লমমরুমগী মমাংদা মাংখিএ। লৈবাক মীয়াম উহৌএ। অদুদা কামানিশিংনা দোলাই অমা তারকপবু নবুথৌ পাখংবগী মনাক্তা তারকএ, তম্না মাংখিএ হায়না শ্রীয়ুৎতা হঙ্গৎলে, পণ্ডিতশিং কৌদুনা হংএ। স্না য়াথং হংবদু ব্রাংখৈ পণ্ডিত না খুমএ। নবুথৌ পাখংবগী দোলাই মিয়াম্বনে ১স্নং নবুথৌ পাখংবগী খুৎলাই ৯ অসিবু কোনখু-কোল্লেন্দা তিল্লগনি। হৌজিক্তি দোলাই মিয়াম্বনা হল্লকপা থোকলে। অসিনদি লৈপাক মরা তপ্পা নিংথৌ পুনশিবা তারে। লৈপাক মুংঙাইগনি হায়না হংগৎলে। অদুদা তৌরিয়া হিদংনা খুমএ— ননাই ঐঙোন্দা থোকপদি শোক হুমদোইদদি মেনবা ঙমলরোই। অদুদা নিংথৌজাম্ব' নাহারুপ লাকপনা হাই- ননাই হিদংনা হায়বসি নয়াম্নুং সনা হাক্তক্তা ঙাংনবনি, নপা ইবুংঙোনা চহি ৪০ পানগনি হাইবা গুরে। শোক হুমদোইদা লোইরে হাইদুনা থোক্লকএ। অদু হুমিত্তা মুমিৎপু লৈচিম্না মরোল ৩ ওইনা কোইএ।"

---

মাইকলস্না থেনেয়ক্লিবা ১৮৯১ ইংগী মণিপুরগী লান, অহানবা অমমুং অনিশুবা পৃথিবীগী লাল্লাও, চীন-মা লান্দায়কপা অমসুং ক.শৌয়গী লানকম হায়রিবা লান-কমশিং অসিগী মমুংদা ব্.াইদগী হেন্না অকীবা কংনা শোক্লবিবা লানকমদি মণিপুরগী থৌবান অথোকপমদা শোক্লবিবা ১৮৯১ ইংগী লানকম অদুনি। ওর্থা সিকাই ব্.াইদগী, হেন্না শিথিবা অম্নি মণিপুরগী লানকম অসিদনি।

—দৈনিক থিয়থক্তিম, এপ্রিল ১৪, ১৯৯৫

মণিপুর হেক লৌশিল্লবা মতম অদুদা নোংমৈনচিংবা খুৎশু-খুৎলাই খোমগৎনবগী দমক্তা মণিপুর ফিল্ড ফোর্সকী লুচিংলিবা অফিসারনা মণিপুর প্রজাশিংদা মখাগী অসুম্না খঙ্হল্লি—

"মণিপুর ফিল্ড ফোর্সপু লুচিংলিবা অফিসার জেনরেল কলেটনা হান্নগী মণিপুরগী নিংথৌগী প্রজাশিংদা হুকুম অসিনা খঙহল্লি—অতে হুকুম অমা থোক্লিবফাওবা মণিপুরদা কনাগুম্বা মী অমতনা নোংমৈ অমসুং খুৎশু-খুৎলাই-থাঙশাংনচিংবা থম্বা য়ারোই, পুন্নমক অদু নোটিশ অসি তৌবগী সুমিৎ ৭ নিগী মতুংদা মণিপুরগী লানবল ( **Manipur Fort** ) দা চিফ পলিটিকেল অফিসারদা পিখৎকদবনি। হুকুম অসি তৌরবা মতুংদা কনাগুম্বনা থম্নবা থোক্লবদি মহাক অদুবু হাৎপা নত্রগা মপান্দা থাদোকপগী দণ্ডি অদু পিগনি।

বৃটিশ লান্মীশিংনা কোন্থুং মক্থুং চংলকপদা থেংনরম্বা অমসুং প্রজাশিংনা পিখৎলকপা খুৎলাইশিং মখাদা পিরি[১৩]—

(১) বৃটিশ সরকারনা মহারাজদা খুদোল-পোৎ ওইনা পিরকপা **7-Pounder 8, rifles, Muzzle Loading Guns — 4**

(২) **3-Pounder Smooth bore bronze guns—8**

(৩) **2-Pounder Muzzle-Loading bronze guns — 2**

(৪) **2-Pounder Muzzle Loading Iron guns — 4**

৫। **4½" Mortar — 1**

---

১২ "The General Officer commanding the Manipur Field Force hereby gives orders to the subjects of the Late Regent of Manipur that until further orders no person in the State of Manipur is permitted to possess fire-arms and swords, which must be produced before the Chief Political Officer at Manipur Fort within seven days of this notice. Any person found in possession after the issue of this order will be liable to punishment with death or transportation."

—The Pioneer : The Manipur Expedition, Tuesday, May 5, 1891

১৩ The Pioneer, May 5, 1891

(৬) Jinjals— মশীং য়ামই
(৭) মখল-মখা অয়াম্বগী Fire-arms—1290
(৮) সরকারনা শাবা নোংমৈমরু—২,৫০,০০০
(৯) উপুদা হাপ্পা Smooth bore balled Musket ammunition 9,40,000
(১০) উপুদা হাপ্পা Percussion caps 72,000
(১১) নোংমৈ হিদাক ড্রম—১৪০

বৃটিশ সিফাইশিংনা কোম্নুং চংদুনা পোৎ-চৈ পুমচায় চায়থাইরম্মী অমসুং মৈ থাদোক্লম্মী অদুগা লাম্মীগী খুৎলাই থম্কম শঙ্ অদু কাপথায়রম্মী। মিঃ কুইন্টন অমসুং মিঃ গ্রিমউড-নচিংবগী ফুমজিনখিবা মশাশিং অদু লৈম্নুংদগী ফুক্তোক্তুনা মপুং ফাবা লাম্মীগী সম্মানগা লোয়ননা অমুক ফুমজিল্লম্মী।[১৪] এপ্রিলগী তাং ৩০ গী মুমিদাংবাইরমদা **ক্যাপ্টেন এলেন** ( Captain Allen ) অমসুং **লেফটেনেন্ট কাসগ্রেন** ( Lt Casgrain ) রোয়েল ইঞ্জিনিয়ার অনিনা কংলা শা অনি অদুগী মচিন্দা হাৎখিবা সাহেবশিং অদুগী ঈ তৈশিল্লমই হায়বগীদমক ডিনামাইট চন্দুনা শা অনি অদু কপখায়খি।[১৫] মতাং অসি **চৈথারোল কুম্বাবগী** লাঃ ৪৯৩ দা অস্রুম্না ইরি—"ইংঙা থাদি নোংমাইজিংনা হলএ। × × × × ১৪ নি নিংথৌকাবদা × × × × উত্রা মাংদা লৈবা চেক্লা শাবা নোংশাসুং কাপথাইএ।"

১৮৯১ ইংগী ফোরেন ডিপার্টমেন্টকী আগষ্টকী তাং ২১গী নং ১৭০০ --ই শুবদা মণিপুরগী তুংগী ফিরেপকী মরীদা গবর্নর-জেনরেলগী য়াথং মতুং ইন্না সেক্রেটরী এইচ, এম, ডুরাণ্ডনা অস্রুম্না লাউথোকখি—

১৪ Antony Brett-James : Manipur Tragedy, History Today London July, 1962

১৫ Demi-official letter dated Camp Manipur, the 30th April 1891 from Major F. Gwatkin to F. C. Daukes—"Today we blow up two sphinx, whose mouths were smearged with the blood of the victims"— Disturbances at Manipur (1891 )

"ভারতকী মহারাণীগী মথক্তা মণিপুরনা খুৎলাই পায়দুনা হন্দক্তা লালহৌবা মরম্না অদুগা লালহৌবা অদুদা হৌখিবা মার্চকী তাং ২৪ দা ইম্ফালদা মহারাণীগী মহুৎশিনবা অমসুং অতৈ অফিসারশিংবু হাৎখিবা মরম্না অদুগা ১৮৯১ ইংগী এপ্রিলগী তাং ১৯ দা লাউথোকখিবা অদুনা মরম ওইদুনা মহারাজ কুলচন্দ্র সিংহগী শাসন লোইখরে হায়দুনা লাউ-থোকখিবনা অমসুং মণিপুরগী শা॰ন অসি মণিপুরদা মহারাণীগী লান্মী-শিংবু লুচিংলিবা জেনরেল অ'ফসারনা লৌশিনখিবা মরম্না খঙহল্লি মদুদিমণিপুর অসি বৃটিশ সাম্রাজ্যদা তিনশিনবগী মরাল লৈরে অমসুং করম্বা ফিবমদা লৈগদগে হায়বা অদু মহারাণীগী মখুত্তা লৈরে ;

মসিনা অমুকসু খঙহল্লি মদুদি ভারতকী মহারাণীনা মণিপুর অসিবু মহারাণীগী সাম্রাজ্যদা তিনশিনবগী রাকম অদু থাদোক্লে অমসুং গবর্ণর-জেনরেল-ইন-কাউন্সিলনা অপাম্বা মতুং ইন্না য়াবা মওংদা দেশীয় রাজ্য অমুক হন্না লিংখৎনবা পুকচেল চাউবগা লোয়ননা য়াবিরে অমসুং গবর্ণর-জেনরেল-ইন-কাউন্সিলনা খনবা নিংথৌ অদুদা থবক শিন্নগনি।

ঙাকপিহৈবগী থবক অসোমদা মহারাণীগী পুক্রিং ওল্লম্মী, থাজরম্মী মদুদি লালহৌবগী লুচিংবশিংদা পিরিবা দণ্ডি, মদুগা লোয়ননা ষ্টেট অসি অমুক হন্না পিথোকপগী মওং লেপ্পা অসিনা মহারাণীগী শক্তি মতিক চানা শিজিন্নৈ হায়বা উৎপনি।

অসিগী মতুংদদি গবর্ণর-জেনরেল-ইন-কাউন্সিলনা ষ্টেট অসি ঙাক্লনবা মীশক অখনবা অদুগী মমিং অমসুং মঙোন্দা পিগদবা শক্তি অদুগী মওং লাউথোকনি।"

---

## ঙশুবা শন্দুপ
## টেকেন্দ্রজিৎ ফাবা

বৃটিশনা মণিপুর লৌশিনবগা লোয়ন-লোয়ননা মেজর এইচ, সেণ্ট, পি, ম্যাক্সওয়েল ( **Major H. St. P. Maxwell** ) না মণিপুরগী ইহান

হানবা চিফ পলিটিকেল অফিসার ওইরে। চিফ কমিশনাররনচিংবা সাহেব মঙা হাৎখিবা মীশিংবু ফাররকপা মীশিংদা শেল ওইনা মনা পিগনি হায়না চিফ সেক্রেটরী ই, এম, সীমস্ ( E. M. Shymes ) না অসুম্না লাউথোক্লম্মী¹—

"মণিপুরগী নিংথৌনা বৃটিশ সরকারগী মথক্তা লালহৌবা মরম্না অমসুং হৌখিবা মার্চকী তাং ২৪ দা বৃটিশ অফিসার কয়ামরুম্বু বিশ্বাস-ঘাত তৌদুনা হাৎখিবা মরম্না অদুগা মথক্তা পনখ্রিবা নিংথৌ-অমসুং মহাকী অঙম-অথৌশিং, জেনরেলশিং অমসুং লালহৌবদুগা মরী লৈনবা মনাই-মশলশিং পুম্বা ফারুনবা অমসুং দণ্ডি পিরুনবা লাম্মী থাররকপা মরম্না অদুগা বৃটিশকী লান্মীনা চংলকপদা মীশিং অসিনা চেনখিবা য়াবা মরম্না খঙহল্লি মদুদি অসিগুম্বা মীওইশিং অসিনা বর্ম্মাদা লৈরবসু ফাগদবনি অমসুং খ্বাইদগী নকপা মাজিষ্ট্রেট নত্রগা পুলিস অফিসারদা পিথোক্কদবনি অমসুং মখাদা মিং পল্লিবা মীওইশিং অসি ফাবা ঙম্বা মীওইদা মনা পিগনি—

১। মণিপুরগী নিংথৌ – মনা লুপা ৫০০০৲। মীওই-মতৌ—চহি ৩৫ য়াম্না নোয়-পেল্লি, অঙাং ওইরিঙৈদা লাই থোকখিবগী খুদম লৈ. ফুট ৫ ইঞ্চি ৮ লোম রাংই। কুচু—পুলৈ-কুচুদা খররদং মুশিল্লি, কোইদি খরা তেম্না থাকই।

২। সেনাপতি—মনা লুপা ৫০০০৲। মীওই-মতৌ—চহি ৩২ রোম, মহারাজদগী খরা হেন্না রাংই, নোয়রপ তৌনা মশা তাশিল্লি। কোইদি তেল্লপ্না মতোল উরু-রু লৈশিল্লি। খদাংদসু কোই হৌই। য়ামাঙ্ অমা মতোল খজিক্তুং তেকই।

৩ দোলাইরোই হঞ্জবা—মনা লুপা ২০০০৲। মীওই-মতৌ—চহি ২৮ লোম, নোয়রপ তৌই, রাংই, কুচুদি পুলৈ কুচুনি। মকোই য়াম্না তেল্লি।

---

¹ Correspondence relating to Manipur (1891) No 3, P. 11

৪। জিলা সিংহ—মনা লুপা ২০০০৲। মীওই মীতৌ—চহি চহি ২২ রোম্, নেম্মী অমসুং মশা পায়, কুচু ঙৌই, কোই হৌদে।

৫। থঙ্গাল জেনরেল—মনা লুপা ২০০০৲। মীওই-মীতৌ—চহি ৮২ রোম, কুচু ঙৌই, নেম্মি অমসুং নোয়-পেল্লি, মশমদি পুমঙৌ ঙৌরে, ময়াঙ য়াম্না কোল্লে।

৬। নিরঞ্জন সুবেদার – মনা লুপা ১০০০৲। মীওই-মীতৌ— চহি ৩৫ রোম।

মথক্তা উৎথ্রিবা মীওইশিং অসিনা অহানবা মণিপুরদা সাহেবশিং থোমজিল্লক্কুনা অকনবা লানগী ফিবম তৌরকপা উবদা লান ঙমগনি হায়বগী আশা উরক্কবনা মণিপুরদগী ব্রহ্মদেশ তান্না চেল্লগা মহারাজ কুলচন্দ্র অমসুং মনাও ইবুংঙো যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ চশাৎ য়ৌখরে হায়বা পাউ হেক ফংবদা কিংস্ রোয়েল রাইফস্ অমসুং ১২ শুবা বর্ম্মা ইনফেন্ত্রিগী **যোহন দেবার (John Dewar)** অমসুং **ইউস্তাস (Eustace)** কৌবা লেফটেনেন্ট অনি শগোল তোংবা লান্মী ৯০ পুন্নুনা এপ্রিলগী তাং ২৮ দা চশাৎলোমদা খোঙশানখি।[২] চীন য়ৌগে খল্লম্বনি অদুবু খুদোং চাদবা মরম্না চশাৎ য়ৌরুরগা অমুক হন্না ইম্ফালদা হল্লকপা তাখি। মদুগা মতাং চানা মখোয়বু সরকারগী মীশিংনা কোয়খি থিখি। মে থাগী তাং ৮ দা মহারাজ কুলচন্দ্র ফাগৎখি।[৩] ১৮৯১ ইং মে থাগী তাং ২৩ থাংজা মুমিৎনি। সুরমা ভ্যালি পুলিস

---

২ The Pioneer, Sunday, May 2, 1891

৩। শ্রীযুৎ মহারাজ কুলচন্দ্রগী মানসিক জীবন অসিগী মরমদা রেংবা তাৱবদি নিংথৌরেল অসিনা পোকপগী মতৃদা যাওরকুবা ব্যবহারিক বুদ্ধি অমসুং সামাজি কশিষ্ট ব্যবহারনা মরম ওইদুনা সৌভাগ্যবান ওইয়ু হায়না শুক্রাচার্য্যনা পী। মরম অদুনা রাজনীতি ক্ষেত্রদা প্রজাদা সত্যযুগ লৌ হায়বা ফিরমদা মহাক নিংথৌ ওই। নিংথৌরেল অসিনা মহাকী প্রজাদা চৎলবা নীতি অদু য়েংলগা থগৎবা ঙম্মী। মহাকী সমা হাকতা মণিপুরদা সত্যযুগ হৌখি। মহাক ভগৱী থা ৯

ব্যাটালিয়নগী সুবেদার খেলেন্দ্র সিংহ অমসুং গারো হিলস পুলিস ব্যাটলিয়নগী সিফাই অনু সিংগা অনিনা শিংজমৈ থোকচোম লৈকাইদা সেনাপতি টেকেন্দ্রজিৎ লৈরে হায়বা পাউ ফংলদুনা মহাকপু ফাননবা শিংজমৈদা চৎলম্মী।[৪] বলরাম সিংহনা টেকেন্দ্রজিৎ সিংহগী বিচারগী মতমদা মার্শেল কোর্টতা পিখিবা জবান্দগী ঐখোয়না খঙনা ঙম্মী মদুদি যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ সুমিৎ নিনি মহাক্কী ময়ুমদা নাদুনা লৈরম্মী। যুবরাজনা সরকারদা তাকলু হায়বা মতুং ইন্না বলরাম সিংহনা খেলেন্দ্র সুবেদারদা তাক্লবনি। মতম অদু সুমিৎ য়ুংবা মতম্নি। খেলেন্দ্র সুবেদারনা চাক চাবা লোইবা ফাওবা ঙাইরগা বলরাম সিংহগা খেলেন্দ্র সুবেদারগা শিংজমৈদা বলরাম সিংহগী ময়ুমদা লাকমিন্নবনি অদুগা

---

লোমদা পাজম্মী, সুমিৎচুপ্পা মপানগী য়েক্লবগী বাইচিনবনা নোংমত্তম্ চুপ্পা শান্তি ওইবিরিগদরা খঙবদা অঙকপনি। নিংথৌসিনা মণিপুর থাদোক্নুনা চৎলমদাইদা ধনেশ্বরী তুরেন্দা হিথকা লেপ্নুনা ভক্তগী মুকা পয়েং হক্তোক্নুনা 'ইমা লাইবক থীবা ঐগী হাকথক্কী মীখা পোলহৌরে।' ইমাগী নকমদা নচাগী অরোইবা দাননি হায়দুনা ঔশিংদা হঙ্খ্রম্মী, মাসুপ য়াম্না থাখি।

মতম অসিদা বাঙালী ভদ্রলোক অমনা লুপাঙ্গী পাত্রদা য়েক্লোম হাপ্নুনা কৎলি অদুগা হায়রম্মী— "মহারাজ, ভাইবংপানবদা স্বাধীন নিংথৌগী মহাক্না অরোইবনি, মহাক্কী তুংদগীদি জগত্তা স্বাধীন নরপতি উররোই ......... । অদুগা নিংথৌ ওইবিবসি চহিদদি ৩৬ তা নিংথৌ ওই, ৩৭ তা তোকই। মতম অসিদা বুধগী অন্তরদা চন্দ্রনা চাবা মতমদা নিংথৌ ওই অমসুং মহুং অদুদা সিংহাসনথাদোকই। সেনাপতিদগী ৫ তবা য়ুমদা চন্দ্র লৈ। মহাক্কী নবম স্কন্ধা কারক অমসুং কারক ভাবপতি লৈ, মমম অসিনা রাজ্যগী অন্তরদা নিংথৌ ওই। নিংথৌ ওইবা তোকপগী মমদি শকাব্দ ১৮১১ গী ফাল্গুন তাং ১৫ দগীনা ১৮১২ গী ফাল্গুন ফাওবা চহি ০৬ কী মসুংদনি। মহুং অসিদা বর্ষাপটাকীদা চন্দ্রগী দশানি।—অতোম্বাপু শর্মা বিজ্ঞানরত্ন: আষ্টোত্তরী দশা: লাঃ ৪৫—৫৬

৪ মতম অসিদা সেনাপতিদি সনা হকচাং ইন্দ্রং লৈরি।

সুবেদারনা য়াম্না নোল্লুরা সেনাপতিবু সাহেবশিংগী মনাক তাম্না চৎনবা হায়নবদা সেনাপতিন' অদুদি ঙসিদি ঐগী ইপোক হুমিৎনি, ফত্তে, হয়েং চৎসি হায়না হায়বদা সুবেদারনা মদুদি য়ারয়োই, ঙসিমক চত্তবা য়াদ্রবনি হায়রুবদগী সুবেদারগা সেনাপতিগা হকচাংগা হকচাংগা হাকথেংননা নম্নবদা সুবেদারবু সেনাপতিনা ঙকথি চপখিদুনা খুদোং য়াম্না চাখিদে। অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিদা মাগা লোয়নরিবা গারো হিলস্কী পুলিস অনু-সিংনা অচোবা তেংপাক লৈতুম অমনা টেকেন্দ্রজিৎতা কম্না থাজিনখি। তেংপাক অদুনা টেকেন্দ্রজিৎকী মচিনবান্দা পান্দুনা ঙাইহাক ঙকচান-রিঙৈদা অনুসিংনা সেনাপতিবু ফাবদা মতেং পাংশিনখিবনা অমদি সেনাপতিনা অনাবগী মৈচাক্লা পাঙ্গল খরা হস্থরকপা মতম থোকখিবনা সেনাপতিবু মখোয় অনি চংদুনা ফাবা ঙমখিবনি। সেনাপতিবু মী নেক্লুনা কংলা তাম্না পোরগা পুহনখি। বন্দীবু ফাদুনা পোরকপা লমশাং অদু মণিপুরী য়াম্না তিল্লমই অমসুং মখোয়না থৌদোক অদুদা হীরক্কদবোই খল্লমই ভৌইগুম্বসুং থবক্তা মণিপুরগী নিংথৌ ওইরম্বা নিপা অদুবু কুলিনা পোদুনা পুরকপদা লম্বী চৎপা মীশিংনা থোইনা থৌশারমদে হায়না এলাহাবাদতা ফোঙ্বা Pioneer হায়বা পাউজেল-চে অদুদা অস্থম্না ইরম্মী— 'Although the roads along which the prisoner was brought were crowded with Manipuris the event seemed to excite but little interest and small attention was paid by the passers-by while the late de facto ruler of Manipur was ignonimiously carried along on a cooly's back'' মতাং অসি চৈথারোল কুম্বাবগী লাঃ ৪৯২ দা অস্থম্না ইরি—"কালেন থাদি থাংজনা হলএ। × × × × ১৫ নি থাংজদা থা শানা কংএ। অদু হুমিত্তা মনাও ইবুংঙো যুবরাজবু শিংজমৈ মথক থোকচোম দেরানগী য়ুমদগী ফারকএ।" মতম অসিদা লম্বীদা অউবা কনাগুম্বা অমতনা সাহেবশিংবু কীবনরা মণিপুরগী 'de facto ruler' টেকেন্দ্রজিৎপু মতেং পাংগে

হায়না চোংথোক্লকখিদে। মহাক্কী ভুং ইনবিখিবা অতোপ্পা য়াওখিদে।[*] মমা পোক্কবী খোকচোম নিংঙোল অমসুং মহাকপু পোকপা মবুথোগা অনি অসিদংদদি যুবরাজগী ভুং ইল্লকখি।[†] নিরঞ্জন সুবেদার '৮৯১ ইংগী মেগী তাং ২ দা, থঙ্গাল জেনরেল মেগী তাং ৭ তা, অঙৌ সেনাপতিবু মেগী তাং ১৮ দা অদুগা জিলাঙম্ববু মেগী তাং ২১ দা মথং মথং কাগৎখি।

অসুম্না কাগৎলুবা মীওইশিংদা মণিপুরগী চিফ পলিটিকেল অফিসার এইচ, পি, ম্যাক্সওয়েল সাহেবনা মনা পিনবগী লাউথোকখি-বদি লুপা ১৭,০০০৲ (লিশিং তরাতরেৎ) নি, অদুবু মনা পিবা মতমদদি কোয়দদুনা লুপা ১৮,০০০৲ (লিশিং তরানিপাল) শুনা কাবা চৎলুবা মীশিং অমসুং কানবা হোৎনবদা মতেং পাংলুবা মীশিংদা অসুম্না য়েন্থোকখি—

১। মহারাজ কুলচন্দ্রবু কাবা—

(১) Wqambfvdonyzyhorotpx তা লুপা ৪৯০০৲

(২) Lopauwvhogwyvxuvpikfs তা লুপা ১০০৲

২। যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎপু কাবা—

(১) সুবেদার খেলেন্দ্র সিংহ (সুরমা ভ্যালি পুলিশ ব্যাটালিয়ন) দা—
লুপা ৪০০০৲

(২) সিপাই ঙহুসিং (গারো হিলস্ পুলিস ব্যাটালিয়ন)দা—
লুপা ১০০০৲

৩। অঙৌ সেনাপতিবু কাবা—

(১) Brlmvfdcnyzyouz WTA দা লুপা ১৭০০৲

(২) Xanasubwvuzhyowanzx তা লুপা ২০০৲

(৩) Rpohawvhogwyuxuvkheqs তা লুপা ১০০৲

---

[*] The Pioneer, May 26, 1891

[†] The Englishman, June 5, 1891—Manipur Affairs—A Parliamentary Blue Book

৪। জিলাওম্বা কাবা—

(১) Ykonvfvdonvzvhopzvga দা লুপা ৭০০৲
(২) Twaxbdbxfqdzvrnpvxb দা লুপা ৬০০৲
(৩) Dtpszyvwbzyaouqbsx তা লুপা ৪০০৲

৫। নিরঞ্জন সুবেদার কাবা -

(১) Dhanpfvonyzhyotuga n দা লুপা ৮০০৲
(২) Haztpobwruzyhovrbty দা লুপা ২০০৲

৬ যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ অমসুং লুরাং নিংথৌনচিংবা ফাননবা হোৎনবদা মতেং পাংখিবশিং অদুগা পাউ পিখিবা মখাগী মীওইশিংদসু মনাশিং অসি পিখি। অসিগুম্বা টেকেন্দ্রজিৎপু ফানবা অরোনবা পাউ পিখিবা অমসুং অরোনবা মতেং পিখিবা—

(১) Tzamvzqhozqhozqhuvogwqhpxdtg দা লুপা ৩০০৲
(২) Zqhmgwvyzdbuvzyybxbvhotry দা লুপা ৫০০৲

৭। আয়াপুরেল মেজোরবু ফাননবা অরোনবা পাউ পিখিবা মী—

(১) Xvdmsonvhbuvzvdbhonvhuvfvdod দা লুপা ২০০৲

৮। কর্ণেল লুরাং নিংথৌ ফাননবগী অরোনবা পাউ পিখিবা অমসুং মতেং পাংখিবা -

(১) Dtavgdvxfqdzvrogmzo দা লুপা ১০০৲
(২) Zqhovtnbhokvhvdyyozhowvyzd দা লুপা ১০০৲

মনাগী শেনফম ময়াম অসি ১৮৯১ গী মে থাগী তাং ২৭ তা চিফ পলিটিকেল অফিসার মেজর ম্যাক্সওয়েলনা মথকী মীওইশিং অসিদা য়েন্থোকখি।

মহারাজা মনা ওইনা য়েন্থোকখিবা শেলশিং অসি ফংখিবা মীওইশিংগী মমুংদা সুবেদার অমা, সিপাই অমা, সরকারগী মখাগী থাক্কী কর্মচারী

অমা, সরকারগী পেন্সন ফংলবা কর্ম্মচারী অমসু য়াওরি, অতৈ মীওইশিংদি সরকারগী কর্ম্মচারী নত্তে। মহারাজ কুলচন্দ্রধ্বজ সিংহ অমসুং যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ সিংহগী মমা ইবেম্মশিং, মচল মচেমশিজশিং, রাণীশিং, শাগৈ-নাতৈ, মনাই মশল অমসুং প্রজাশিংনা ১৮৯১ ইংগী জুনগী তাং ১৬ তা ভারতকী ভাইসরয় অমসুং গবর্ণর-জেনরেলদা থাখিবা দরখাস্ত অদুদা ময়েক শেংনা হায়রি মদুদি ফাগৎলকই হায়রিবা মীশিং অসি মশা মশানা চংজরকপা ঙাক্তনি। ফাগৎলকপনি হায়জন্দুনা মনা লৌখিবনি। মতাং অসি কান্নবা অমা ওইবা মরম্না নৈননিংঙাই ওই।[৭]

যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ সিংহবু ৪৩ শুবা গুর্খা রাইফলস্‌গী কার্টর গার্ডতা থোং অমতা পানবা কা মচা অমদা খুত্তা য়োৎহিলং চন্দুনা ছো লোন্দুনা বন্দী থম্লম্মী অমসুং ৪৩ শুবা গুর্খা রাইফলসকী সিফাই-শিংনা অহিং মুংখিল অনিমক শিল্লোন-শিজিন তৌদুনা চেৎনা শংলম্মী। মতম অসিদা মুমিৎ নিনি চরা হেনখিবনা যুবরাজগী সনা হকচাং ময়েং তারম্মী। মহাক মথন্তা শিদোকখিবা য়াই হায়না চিংনবদগী য়োৎ-থাঙনচিংবা খুৎলাই অমতা যুবরাজগী মনাক্তা থমখিদে অদুগা লুক হৌরিবা পুজারী অদুবু হান্না তংহল্লবা মতুংদা যুবরাজদা চাক য়েনশাং অদু লানশিহল্লি।[৮]

মণিপুরীশিংগী মখুত্তা বন্দি লৈরুবদগী থাদোকপিখিবা বৃটিশ-মচা মিঃ উইলিয়মস্ ( Mr Williams ) না কোহিমা য়োৗরগা তমখিবা পাও অমদা মথাগী অস্তুম্না মহাক্তা যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎক উনবদা টেকেন্দ্রজিৎনা অস্তুম্না হায়খি হায়রি—

[৭] R. C. Majumdar: Rebellion in Manipur, 1891—Indian Historical Commission Proceedings Vol XXXV, Part (II), 1960

[৮] The Pioneer, June 18, 1891

"বৃটিশ সরকারনা ঐগী অশিবা হকচাংদি ফংবা য়াই তৌইগুম্বসুং ঐবু হিংনা ফংবদি ওইথোক্লরোই।"[৯]

অদুবু মতম্না খুমাঙ চাওশিন্না টেকেন্দ্রজিৎকী মায়য়োক্তা লেপখিবনা চেনফদবদগী অসুকী মতিক শিববু কৌখিদ্রবা যুবরাজ বৃটিশকী মখুক্তা হিংনা হিংনা বন্দি লৈবা তাখি।

চিফ কমিশনার মিঃ কুইন্টন্না মণিপুরদা থুংলদ্রিঙৈদা— "**মণিপুরদা কৈকু'ও অমা থুনা ফাররগনি**" হায়বা কলিকাতাদগী টেলিগ্রাম অমা মণিপুরদা থুংলখি অমসুং মদুদা লৈবাক নিংথৌ পুন্নমক চিংনবা পোকখি হায়না মতম অদুগী পলিটিকেল এজেন্ট মিঃ গ্রিমউডকী ডায়েরীদা ইরম্মী।[১০] অওইবমক ওইনা টেলিগ্রাম অদুগী মরোলগা থোকখিবা থৌদোক্কা চপ চানখরে।

---

## ৭ শুবা পন্দুপ

## টেকেন্দ্রজিৎকী বিচার

যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎকী বিচারগীদমক স্পেসিয়েল কোর্ট অমা শেমখি। মদুগী প্রেসিডেন্টনা লেফটেনেণ্ট কর্নেল সেণ্ট, যোহন, ফেনকোর্ট মিচেল (Lt. Colonel St. John Fancourt Michel) এসিষ্ট্যাণ্ট এডজুটেণ্ট জেনরেলনা ওইখি। অতৈ মেম্বর অনিদি ৪৪শুবা গুর্খা রাইফলসকী কমাণ্ডেণ্ট মেজর রিচার্ড কর্লি রিজওয়ে (Major Richard Kerly Ridgeway) অমসুং নাগা হিল্সকী ডিপুটি কমিশনার সি, এ, ডবলিউ, ডেভিস (C. A. W. Davis) নি।

---

৯ The Pioneer, Friday, the 17th April, 1891.

১০ টেলিগ্রাম অদুদা ইরিবদি অসিনি— "Big tiger is shortly to be caught in Manipur."— The Pioneer Thursday April 23, 1891

প কার্তিকেয় চরন মুখোপাধ্যায় : सेनापति टेकेन्द्रजित या मनिपुरका इतिहास ( सं १६५२ )

মুংহনলাল চৌধুরী : মণিপুর ইতিহাস, পৃঃ ১২১

টেকেন্দ্রজিৎকী বিচার অসি ১৮৯১ গী জুনগী তাং ১ দা হৌরগা থা অসিমক্কী তাং ১০ দা লোইশিনখি।

বৃটিশ সরকারগী পক্ষদা সাক্ষি ১৫ চোংথোরকখি। মখোয় অদুদি—

১। রসিকলাল কুণ্ডু ২। বামন চরণ মুখোপাধ্যায় ৩। ধুপ-চাঁদ ঠাকুর ৪। ৪২ শুবা গুর্খা রাইফলস্‌কী লেফটেনেণ্ট জে, চ্যাটরটন ৫। হাউবম দেৱান ৬। গিরিধারী সিংহ ওর্ফে অঙোম নিংথৌ ৭। যাত্রা সিংহ ৮ উরু সিংহ ওর্ফে উসবা ৯। থাংজবা য়াইমা ১০। শগোলশেম্বা ধনসিং ১১ হিদা চাউবী মচাহল ১২। ত্রিলোক সিংহ ওর্ফে নোংথোনবা সম্বাল। ১৩। সুবেদার খেলেন্দ্র সিংহ ১৪ অবুংজাউ য়েংখোইবা অমসুং ১৫। ৪২ শুবা গুর্খা রাইফলস্‌কী ক্যাপ্টেন জি, এইচ, বুটচর অসিনি।

মখোয়শিং অসিগী মনুংদা মী অনিনা বৃটিশ অফিসারনি, অনিনা বাঙ্গালীনি, তরানা মৈতৈ ঙাক্তনি অদুগা অমনা দেশৱালীনি।

## বীর টেকেন্দ্রজিৎকী পক্ষদা লেপখিবা সাক্ষিশিং

১ চাউবা সিংহ ২। অতোম্বা সিংহ, অপোকপগী মিং পূর্ণ সিংহ ৩। তোম্বু সিংহ ৪। মীচাউ সিংহ ৫। অতোম্বা, অপোক-পগী মিং গন্ধার অমসুং ৬। বলরাম সিংহ তরুক অসিনি। মখোয়শিং অসিদি মৈতৈ মচাঙাক্তনি।

ভারত সরকারগী হুকুম মতুংইন্না মণিপুরদা ফমখিবা স্পেসিয়েল কোর্টকী বিচার জুনগী তাং ১ গী অয়ুক পুং ১১ তাবদা হৌখি। অহান-বদা রসিকলাল কুণ্ডুগী জবান লোই।

১বা সাক্ষি রসিকলাল কুণ্ডু অপোকপগী মিং কেদারনাথ, লৈফম শ্রীরামপুর পলিটিকেল এজেন্সীগী হেড ক্লার্কনা রাশকুনা হায়খি—

“১৮৯১ ইংগী মার্চ্চ তাং ২২ গী অয়ুক অঙনবদা ঐহাক রেসিডেন্সিদা চৎলুই। পলিটিকেল এজেন্ট মিঃ গ্রিমউড আসামগী চিফ কমিশনার ওকপা চৎখি। চিফ কমিশনারনা সহর চংলকপদা নোংচুপ থোঙদা ঐবুসু য়াও হায়না হুকুম তৌরম্মী অমসুং মহাক্না রেসিডেন্সিদা চংত্রি-ঙৈদা মহারাজ অমসুং মনাও ইতোন তোনবা অদু ওকদোবশিংগী মরক্তগী মখোয় অনি-তমক য়াউরম্মী।

অয়ুকী পুং ১২ তাবা মতমদা দরবার ফম্নবা মতম লেপ্লকখি। ভাইসরয়গী লাউথোক্কদবা হুকুম অদুসু ঐঙোন্দা মৈতৈলোন্দা হন্দোকউ হায়রম্মী। ঐনা মদু মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লবা হোৎনবদা অয়ুকী পুং ১২ তাবা ফাওবা লোইদদুনা মুমিৎয়ুংবা মতুং পুংখাই অমা ফাওবা থেংথখি। পুং ১ নত্রগা ১গা মিনিট ১৫ রোম তাবা মতম অদুরাইদা মহারাজনে মনাও ইতোন তোনবা জিলাঙম্বনে, মন্ত্রি অনি অহুমনে দবরার শঙদা লেংশিল্লকখি অদুগা পলিটিকেল এজেন্টকা মহারাজগা ৱারী শানখি। মদুদা পলিটিকেল এজেন্টনা হায়রম্মী মদুদি যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ য়াওদ্রবদি চিফ কমিশনারনা মহারাজগা উনরোই। অদুবু মহারাজনদি ভাইসরয়গী হুকুম অদু য়াম্না শঙনিংলম্মী। তৌইগুম্বসুং পলিটিকেল এজেন্টনা মদু য়ারমদে। কনাগুম্বা চিফ কমিশনার অমনা মণিপুরদা দরবার তৌররবদি নিংথৌমচাশিং পুম্নমক তঙাই ফদনা য়াওগদবনি, অদুনা হন্দক্কী দরবার অসিদসু নিংথৌমচাশিং পুম্নমক লোইনরক্লবা মহারাজদা খঙহনগ্রবনি, অদুনা মুমিৎ য়ুংবা মতুং পুং ১॥ রোম তাবা মতমদা মহারাজনা যুবরাজবু কৌকনবা আয়াপুরেল মেজরবু থাখি। পুং ২॥০ রোম তাবা মতমদা আয়াপুরেলনা যুবরাজদি সনা হকচাং ইদুনা লৈহোরে হায়না পাউ তম্লখি। ঐনা যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ সনা হকচাং ইরে হায়বগী পাউ অসি মহারাজনা দরবারদা লেংলকপা অদুগা আয়াপুরেল মেজোরনা হেক হল্লকপগা তম্নবা অদুনা ইহান হান্না হেক তাখিবা পাউনি। মহাক্না রেসিডেন্সিগী

মনিংলোমগী মিছুৎথোঙলোমদা য়েংথোকখিধদা সিফাই থরা লেপ্পুনা লৈবদু উরম্মী। মদু মহারাজবুস্থ ঐনা য়েংহনখি। অদুগী তুংদা মহারাজনা চিফ কমিশনার উনরম্’গ, মঙোন্দা উৎকম থোকপা ব্যবহার উৎলম্লগা ঐ চৎথ্রগে হায়না পলিটিকেল এজেণ্টা হায়রুবদা পলিটিকেল এজেণ্টনা য়াখিদে অদুগা নোংঙাল্লগা তাং ২৩ গী অয়ুক পুং ৮ তাবদা দরবার তৌগনি, মদুদা যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎস্থ শোয়দনা য়াওরগদবনি হায়রকখি। য়াফম অসিদা মহারাজনা অস্থম্না সনা য়াথং তাকপিখি—"যুবরাজ নারি, মহাকপু দরবার অসি য়াওহনবা হায়বসি ঐগী হক্‌লৈতে, অদুবু ঐনা ঙম্মমধৈ হোৎনদুনা মহাকপু য়াওহন্নবা হোৎনগনি।" পুং ৩ লোম তাবা মতমদা মহারাজ লেংথ্রে।

মতুংদা পলিটিকেল এজেণ্টনা ঐখোয়দা হায়খি মদুদি অইবা চে অদুদা য়াওরিবা (ঐখোয়না মৈতৈলোন্দা ইথোকপা) অদু কনাগুম্বদা হায়দোক্কুনা খঙহন-তাহল্লবদি ঐখোয়বু থবক লৌথোকনি হায়রম্মী। চে অদুদা হায়রিবদি যুবরাজবু (কুলচন্দ্রবু) রাজগাদিদা থাঙ্গৎপা অদু হেন্না চেৎশিলহনবা অদুগা যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎপুনা মণিপুরগী মপান্দা পুথোকখিবা অসিনি। মার্চ্চ থাগী তাং ২২গী নুমিদাংবাইরমগী পুং ৫ রোম তাবা মতমদা ঐহাক মিঃ গ্রিমউড অমস্থং মিঃ সিম্পসনগা লোয়নন যুবরাজ উনবা চৎলুই ঐখোয়না যুবরাজগী শঙ্গায়গী থোঙ অদু য়ৌবদা ঐখোয় লাকই হায়বা মমুং য়োনবা পাউ পিখি। অদুবু মমুংদগী যুবরাজ সনা হকচাং য়াম্না কন্না ইরে, মপাল ফাওবা থোরকপা ঙম্মোইদৌরে হায়না পাউ পিরকই। অদুগী মতুংদা মিঃ গ্রিমউডনা যুবরাজদা পাউ অমমুক থাখি, মরোন্দি ঐখোয় যুবরাজ নারে হায়বা পাউ তাবদগী চুন্না উনবা লাকপনি। অদুবু যুবরাজনদি উনসি হায়বদু য়াখিদে।

মার্চ্চকী তাং ২৩ গী অয়ুকী পুং ৬॥ রোম তাবা মতমদা ঐহাক মিঃ গ্রিমউডকা লোয়নন যুবরাজ উননবা অমুক হন্না চৎলুই অদুবু অমুকস্থ উনহনখিদে। মিঃ গ্রিমউডনা যুবরাজদি দোলাইদা লেংথোরকপস্থ

য়াই হায়জরম্মী অদুবু যুবরাজনা মদুদসু য়াখিদে। অদুদগী ঐখোয় রেসিডেন্সিদা হল্লকখি। মতুং পুং ৮ তাবদা দরবার অদুদা কনামতা য়াওরদ্রে। ডাইহাক লৈরগা মিঃ গ্রিমউডনা ঐঙোন্দা হায়রম্মী, মহা-রাজদগী চিঠি অমা থুংলরে, মরোন্দি—"যুবরাজদি নাবনিনা দরবার য়াওবা ঙম্মরোই অদুনা ঐহাকসু দরবার য়াওবা লাক্লরোই"—হায়বা অসিনি।

মার্চ্চকী তাং ২৩ গী মুমিৎয়ুংবা মতুং পুং ১ তাবা মতমদা ঐবু যুবরাজ উননবগী দমক যুবরাজগী শঙ্গায়দা থায়, ঐ পুং ৪ তাবা কাওবা ঙাইজৈ অদুবু যুবরাজগা উনবদি ফংলক্তে অদুগা খরা লৈরগা কোম্মুং মম্মুংগী দরবার শঙদা চৎলু হায়বগী পাউ অমা মিঃ গ্রিমউডতগী ফংলম্মী। ঐনা যুবরাজগী শঙ্গায়দগী ম'য়াম্না পোৎ-চৈ হোন্দোক্লম্বদু উরম্মী। ঐহাক্না অরাংথংবা স্নথোঙলোমদা চংলকপা মতমদা যুবরাজগী থোঙ্গান্দগী গজ ৫০ রোম অরাংলোমদা চৎথোক্লগা মফম অদুদা সিফাই ময়াম পৈবা উরম্মী। ঐনা মসি য়াম্না মরু ওইবা অমনি হায়না খল্লম্মী, অদুনা ঐনা খুদোংচাবা হেক ফংবগা মিঃ গ্রিমউডতা পাউ পিরম্মী।

দরবার অদুদা আয়াপুরেল, কর্ণেল শামু অমসুং অতোপ্পা মন্ত্রী অমা মহারাজগা লোইননা য়াওরম্মী। মিঃ গ্রিমউড অমসুং মিঃ সিম্পসন দরবার অদুদা য়াওরম্মী। ঐনা থুংলুদ্রিঙৈগী মমাংদা রা খরা তাম্নবা হোৎপ্রে। ঐনা থুংলুবা মতমদা মিঃ গ্রিমউডনা হায়রম্মী মদুদি যুবরাজ টেকেন্দ্র-জিৎপু আত্মসমর্পণ তৌহনগদ্রা নত্রগা ফাহনগদ্রা হায়বা রাকম অদু নৈনবা মিনিট ৩০গী মমুংদা লোইথোকদবনি।

মহারাজনা মসিগী মমাংদসু মহাকী মন্ত্রীশিংগা তাম্নগনি অদুগা অসিগুম্বা অরুবা হিরমদদি মহাক্না হুকুম তৌথোকপা ঙমদে হায়না মশা কনথোক্লম্মী মহারাজ থুনমক কোম্মুংদা লেংশিনখি অদুগা ঐখোয়না উখি মদুদি মহারাজনা দরবার অমা কৌরম্মী, মদু য়াওবা অঙম-অথৌ পুম্নমক কোম্মুং মম্মুংদা চংনখি। ইথু থুনা ঙাইহাক্কং লৈরগা মন্ত্রী ময়ামগী মরক্তগী অঙোম নিংথৌ থোরক্লে, মী খরসু থোরক্লে অদুগা সিড়ি

মখাদা লেপ্লম্মী অমসুং মিঃ গ্রিমউডতা ঙাকপিয়ু হায়রম্মী অদুগা যুবরাজবু ফাবিগনু হায়রম্মী। ঐনা খল্লি মদুদি অঙোম নিংথৌনা দরবারগী পাউ চৎপা মীনি অমসুং মহাক্না হায়রম্মী মদুদি মখোয়না করিমতা ভৌবা ঙম্লোই; যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎপু ফাননবা মখোয়গী শক্তি লৈতে। টেকেন্দ্রজিৎকী অইবা চে পিয়ু হায়বদুসু মখোয়না মিঃ গ্রিমউডতা পিবা ঙম্লোই, মরমদি মখোয়না নিংথৌমচাসিবু কৌরম্মী।

দরবার অদু হেক লোইশিনবগা মিঃ গ্রিমউডনা মহারাজদা যুবরাজগা উননবা শীনবিয়ু হায়জরম্মী, অনিরক উনজগে হোৎনবদা উনবা ঙমখিদ্রে। মহারাজনা থুনমক মনাই সুবেদার অমা কৌশিন্দুনা পাউ অসি ভমহল্লুই, যুবরাজ মশা নাবা ফরবদি মণিপুর পলিটিকেল এজেন্ট উনৌ হায়খি। যুবরাজদগী পাউ লাক্রে মদুদি ( মিঃ গ্রিমউডকী রাকম অদু থম্লরিঙৈদা ) মহাক্না মিঃ গ্রিমউডপু পুং ৫ মিঃ ১৫ তাবদা উনগনি। ঐ, মিঃ সিম্পসন অমসুং মিঃ গ্রিমউডকা লোইননা যুবরাজ উনবা চৎলি অমসুং মিনিট ১।২ লৈরগা যুবরাজ দোলাইদা লেংথোরক্লে। মিঃ গ্রিমউডনা যুবরাজদা শন্দোক্লা হায়খি মদুদি যুবরাজনা লৈবাক অসি থাদোক্নুনা চৎপা তাবনি মদুদা যুবরাজনা মদু দরবারগী হুকুম ওইরবদি ইনগনি হায়রম্মী। যুবরাজনা এলাউয়েন্স ফংগনি অমসুং ভারতকী করিগুম্বা মকম অমদা লৈগনি, শাজৎ কজরবদি অমুক হনহল্লকনি হায়না মিঃ গ্রিমউডনা যুবরাজদা খঙহল্লম্মী। মিঃ গ্রিমউডনা রাকম অসি যুবরাজদা মরুপ অমা ওইনা হায়রম্বনি। মিঃ গ্রিমউডনা রেসি-ডেন্সি তাম্না চৎমিন্নরুসি অমসুং চিফ কমিশনার মিঃ কুইন্টন্দা চংজসি হায়রম্মী ভৌইগুম্বসুং যুবরাজনা হৌজিকমক্তি হকচাং ঙমদ্রি, থরা লৈরগা চৎলুসি হায়রম্মী, অদুদগী ঐখোয় রেসিডেন্সি তাম্না হল্লকলে। পুং ৬ তাবদা ঐহাক মিঃ গ্রিমউডকীদা চৎলম্মী অদুগা হায়রম্মী মদুদি বৃটিশনা যুবরাজবু ফারবদি বৃটিশকী মথক্তা লান্দাগনি হায়না ঙাঙনবা তাখি। চিফ কমিশনারনা থুংলদ্রিঙৈগী মমাংদা ভোকঙা অমা ঙাঙনরকই মদুদি চিফ কমিশনারসি যুবরাজবু ফাবা লাক্লিবনি। "কৈ

অমা গোরাখাঙলা নমদ্রু বা ফাগনি" হায়না লৈবাক শীনবা থুংনা ঙাঙ্ নরম্মী। ঐনা মসি হেক তাবগা মিঃ গ্রিমউডতা ভুল্মী অদুগা ঐহাকী কম্পাউণ্ড মনুংদা লৈবা য়ুম তান্না চৎলম্মী। মার্চ্চকী তাং ২৪ গী অয়ুক অঙনবদা ঐহাক নোংমৈ কাপ্পবা অদু তারম্মী। পুং ৮ তাবদা ঐহাক ইরেংবম খুন তান্না চেন্নম্মী ঐহাক মার্চ্চকী তাং ২৬ ফাওবা মফম অদুদা লৈরম্মী. মুমিৎ অসিমক্তদা দরবারনা ঐ, ঐগী ইনাও, ডাকপিয়ন অমসুং ডাক্তর লসমন প্রসাদকী মনাওগা ফাননবা মী ২০ থারকই। মার্চ্চকী তাং ২৭ কী অয়ুক্তা ঐখোয় পুন্নমকপু য়ুবরাজগী শঙ্গায়দা পুরম্মা, অৈত অৈত বাবুশিংসু লৈরম্মী। য়ুবরাজনা ঐখোয়দা মহাকী মরমদা বৃটিশ সরকারদা ফজনা ইখো নত্রবদি ঐখোয়গী থবায় মাংগনি হায়রম্মী। অদুদগী ঐখোয়বু কোয়না পুরম্মী অমসুং মহাকী মন্দিরদুগা বৃটিশ প্রজা ২০০ রোম ফাজিন্দুনা থল্লবা জেল অদুগা মতৌ করন্না থুগাইখিবগে হায়বদু উৎলম্মী। ঐখোয়না মী পুন্নমকী মফিং ইরম্মী। অদুগী মতুংদা দরবার শঙ তান্না চৎলুই. মফম অদুদা কোর্টকী মমাংদা লেপলিবা বন্দি লৈরিবা য়ুবরাজ অসিগা অঙোম নিংথৌ, আয়াপুরেল মেজর, থঙ্গাল জেনরেলনচিংবা লৈরম্মী অদুগা মীসু য়াম্না তিল্লম্মী। অদুগী তুংদা য়ুবরাজনা বন্দিশিং অদু লৈহন্নিংদবগী রাফম হায়খি, অদুনা কাছাড় নত্রগা কোহিমারোমদা চৎখিবা য়ারগনি হায়বদগী থাদোকখি। বৃটিশ সরকারগা ঈ-পাও চৎথোক-চৎশিন তৌননবা ঐহাক্তি মফম অদুদা অদুম লৈহৌরে।"

## কোর্টনা হংবদা থুম্বা

"মার্চ্চকী তাং ২৩ দা অঙাংশিং পুন্নমক ঐনা থাদোকপ্রে অদুগা রেসিডেন্সিগা চাপ্রাসিশিংগা লোইননা মখোয়গী মুপী অঙাং পুম্বসু থাদোকখি। ডাক্তর লসমন প্রসাদসু মাগী মুপী অঙাংগা থাদোকখি অদুগা রেসিডেন্সিগী অকোয়বদা লৈবা মীশিংসু মহৈ-মহৈ চৎনপ্রে; মতুংদা লান তৌনগনি হায়বগী তোকঙা অমা শন্দোক্লকখি। মিঃ

গ্রিমউডনা আসামী ওইরিবা যুবরাজগা মার্চ্চকী তাং ২৩ দা উনবা মতমদা মহাক্না আত্মসমর্পণ তৌদ্রবদি বন্দি থমগনি হায়খিদে।"

## বন্দিনা য়েৎপদা থুম্বা

"তাং ২৩ দা টা পায়বা সিফাই ২০ না ঐবু কোনুংদা পুরকখি। ঐবু য়াম্না লুনা তৌবিখি।"

জবান অসি সাক্ষিদা পাথোকখি অমসুং দো-ভাষী (ইন্টরপ্রিটর) না মৈতৈরোন্দা হন্দোকখি। চুম্মী হায়না য়াখি।

২শুবা সাক্ষি বামনচরণ মুখর্জ্জি, অপোকপগী মিং ঈশ্বরচন্দ্র মুখর্জ্জি, জাতি ব্রাহ্মণ, চহি ৩৮, মহারাজগী কেরাণীনা রাশক্লুনা হায়খি— "ঐহাক থাদা তলব লুপা ৪০ ফংদুনা ১৮৮৭ ইংগী আগষ্ট থাদগী মহারাজগী কেরাণী ওইরকই। মার্চ্চকী তাং ২২ গী অয়ুক পুং ১০ রোম তাবা মতমদা চিফ কমিশনার মণিপুরদা থুংলৈ, মথোঙদা মহারাজনা ওকখি। থুংলবা মুমিং অদুমক্তদা রেসিডেন্সিদা দরবার তৌগনি হায়না লেপ্লম্মী। মহারাজ অমসুং মচিন-মনাওশিং দরবার অদুদা য়াওরগনি হায়না আশা তৌরম্মী।

চিফ কমিশনার থুংলগদবা থা মখাই অমরোমগী মমাংদা তোকঙা অমা ঙাঙনরম্মী মদুদি ক লিকাতাদা লৈখিবা মহারাজ অদু নিংথৌ মফম হঞ্জিলহনগনি, অদুগ আসামগী চিফ কমিশনারনা সিফাই ১৮০০ পুদুনা রাজগাদিদা নমদুনা হনগনি। মসিদা মণিপুরীশিংনা য়াম্না পেল্লমদে অমসুং বৃটিশনা লাকপা অদু থিংননবা অদুগা কোনুং ঙাক্লনবা শেম শারম্মা। চিফ কমিশনারনা কোহিমাদা থুংলবগী পাউ অসি ঐখোয়সু তারম্মী অদুগা মহাক্না মহারাজগা করিগুম্বা লোইনয়ক্লবদি অঙৌসনা সিফাই ১০০০ পুদুনা মখোয়না চংলকপদু মাও থানাদা লিংগনি হায়না শেম-শারম্মী। তৌরিবা পুন্নমক অদু পলিটিকেল এজেন্টনা তারম্মী, অদুনা অদুগুম্বা থবক চৎথগমু হায়খি। মসিদা

মন্ত্রিশিংনা পলিটিকেল এজেন্টতা হায়খি মদুদি বৃটিশকী লান্মশিংগা লান শোরুনিংবগী আশা মখোয়গী লৈতে মখোয়না লান শোরু-নিংবদি হান্নগী মহারাজ অদুগনি। মহারাজগী য়াথং মতুংইন্না হান্নগী মহারাজ অদু অদুম লৈরিব্রা হায়না কলিকাতাদা লৈবা এজেন্টতা টেলিগ্রাম থাখি, অদুবু অদুম লৈরি হায়না জবাব ফংখি। মহারাজনা চিফ কমিশনারদা চিঠি অমা ইখি মদুদা হান্নগী মহারাজগা লোইননা বৃটিশ সিফাই য়াম্না পুরক্কে হায়না তায় হায়খি।

চিফ কমিশারনা খুম্নকখি—হান্নগী মহারাজ অদু লোইনরক্কে অদুগা সিফাই য়াম্না পুরকপগী মরমদি ভাইসরয়গী হুকুম হায়দোকপগী দমক্তনি।

মার্চ্চকী তাং ২১ দা চিফ কমিশনারনা সেকমাইদগী মহারাজদা চিঠি অমা ইরম্মী মদুদি মহাক মথংগী মুমিৎকী অয়ুক পূং ১০ তাবদা মণিপুরদা থুংলগনি, অদুনা মহারাজ, মহারাজগী মচিন-মনাওশিং অমসুং মন্ত্রিশিং লোইনা দরবার য়াওরগদবনি। চিফ কমিশরনা মখা তানা হায়খি মদুদি দরবার অদুদা মহাক্না ভাইসরয়না পিরকপা চিঠি অদু লাম্থোক্কনি। মহারাজ অমসুং দরবারনা মখাগী মরমশিং অসিদগী চিংনবা পোক্লম্মী—

১বা—লোইনরকপা মী মশীং য়াম্বা
২বা—নোংমাইজিংদা দরবার তৌগদবা
৩বা---হেক থুংলবগা দরবার তৌগদবা
৪বা—দরবার হোলদা নত্তুনা রেসিডেন্সিদা দরবার তৌবা তাবা।

তাং ২১ মথংগী মুমিৎতা দরবার তৌগনি হায়বা চিফ কমিশনারগী চিঠি অদু ফংবদা মহারাজনা তাং ২১ দি মণিপুরীশিংনা ধর্ম্মগী ওইবা পর্ব্বদিনগী চরা হেনবা মুমিৎ থোকই অদুগা তাং ২২ দি চিফ কমিশনার ওক্লবগী শেম-শাবদা থবক চিনগনি অদুনা তাং ২৩ দা দরবার য়ৈথোক-পিয়ু হায়না মন্ত্রিশিংনা পাউ থাখি চিফ কমিশনারগী হুকুম ওইবা মরম্না মহাক্না করিমতা তৌবা ঙম্লোই হায়না মিঃ গ্রিমউডনা হায়খি।

তাং ২২ গী অয়ুক পুং ১০ তাবা মতমদা চিফ কমিশনার থুংলরে অদুগা পুং ১২ তাবা মতমদা মহারাজ, যুবরাজ (কোর্টকী মাংদা লৈরিবা বন্দি), জিলা সিংহ অমসুং মন্ত্রিশিং রেসিডেন্সিদা দরবার তৌবা চৎলম্মী। পুংথাই অমরোমগী মতুংদা যুবরাজ হকচাং শুমদ্রে হায়না হনখি। যুবরাজনা হনখিবা অদু ঐ ইশামক উহৌই। মখোয়বু রেসিডেন্সিদা ঙাইহল্লম্মী অমসুং প্রজাশিংনা করিগীদমক্তা ওইরিগদগে হায়না হংলম্মী। পুং ৩ লোম লৈরগা মহারাজ হনগ্রে। মার্চকী তাং ২৩ গী অয়ুক্তা পলিটিকেল এজেন্সীগী হেড ক্লার্ক রসিকলাল কুণ্ডু লাক্ল ম্মী অমসুং অয়ুকী পুং ৮ দা দরবার তৌগনি হায়রম্মা মার্চগী তাং ২৩ গী পুং ১১৷৷০ রোম তাবা মতমদা মহারাজনা চিফ কমিশনারদা চিঠি অমা ইরম্মী, ভায়সরয়গী হুকুম অদু খঙনিংলম্মী অদুগা পুং ৪ মিঃ ৩০ রোম তাবা মতমদা মিঃ গ্রিমউড অমসুং লেফটেনেন্ট সিম্পসন চিফ কমিশনারগী চিঠি অমা পুদুনা দরবার হোলদা লাক্লে, মদুদা হায়রিবা ভারত সরকারগী হুকুমদি—"মহারাজবু মহারাজ ওইনা হাপ্পা অদুগা লমচৎ ফজদবগী দমক্তা যুবরাজবু মণিপুরদগী মপান্দা থাদোকপা ; মহারাজনা যুবরাজবু খুদক্তা লাম্থোকপা।" পলিটিকেল এজেন্টনা মসিগী মরমদা কয়া তক্লরম্মী অমসুং মহারাজনা লৈথোক-লৈশিন তৌদুনা খুম্মী, খরা লৈরগা কর্ণেল শামু অমসুং আয়াপুরেল লাক্লম্মী। মহারাজনা যুবরাজবু লাম্থোক্তবগী মরমদা হায়রম্মী মদুদি অসিগুম্বা অরুবা রাফমসিদদি দরবার তান্নদনা মহাক্লা শুমদে অমসুং যুবরাজবু কাননবা অইবা চে পিবা ঙম্লোই। মসিদা পলিটিকেল এজেন্টনা হিরম অসিদা তান্নৌ হায়দুনা মন্ত্রিশিংদা মিঃ ৩০ গী মতম পিরম্মী, অদুদগী মহারাজনা যুবরাজ য়াওনা মন্ত্রি পুন্নমক কৌরম্মী। চিফ কমিশনারগী চিঠি অদু এৈনা পাথোকখি, মদু শন্দোক্লসু হায়রম্মী। অদুদা মহারাজনা করিনো তৌগদবসে হায়রম্মী। যুবরাজনা হায়রখি, মসিনা থ্বাইদগী হেন্না ফৈ হায়না খল্লবদি মহাক আত্মসমর্পন তৌগনি, তৌইগুম্বসুং মন্ত্রি পুন্নমক্লদি চিফ

কমিশনারদা অহানবদা দরখাস্ত অমা হান্না থাখিবনা ফগনি হায়রম্মী। মহারাজনা অদুগী তুংদা মহাকপু মহারাজ ওইনা রাজগাদিদা থাজৎ-পিবগী দমক ওইনা থাগৎপগী চিঠি অমা ইরম্মী অদুগা যুবরাজগী মরমদদি যুবরাজনা নাবা ফরগা চিঠি অমুক ইরকে হায়রম্মী।

মন্ত্রিশিংনা পলিটিকেল এজেন্ট তান্না চৎলম্মী অদুগা চিঠি অদু মঙোন্দা পিরম্মী অমসুং মখোয়না চিফ কমিশনারদা দরখাস্ত অমতংদি থানিংই হায়রম্মী। পলিটিকেল এজেন্টনা হায়রম্মী, মহাক্না পাম্বদি যুবরাজ মশামকপুনি নত্রগা মহাক্কী মহুৎ শিনবগী অইবা হুকুম অদুবুনি। অসুন্না হায়রগা পলিটিকেল এজেন্ট মিঃ গ্রিমউড অমসুং মিঃ সিম্পসন মুমিৎয়ুংবা মতুং অদুদা চিঠি অদু পুদুনা দরবারশঙদগী থোকখ্রে। মতুংদা ঐনা মী ময়াম কোয়চৎ-চৎপদু উরম্মী। অদুনা খুদোং থিবা অমা থোক্লগদরা চিংনবা পোকখি। অদুনা মসি ঐনা মিঃ গ্রিমউডতা তম্লম্মী অমসুং মহাক্না ঐগী ইমুং মমুংগী মীশিং অদু থৈদোকখিবা কৈ হায়না হায়রকখি। অদুনা অহিং অদুগী পুং ১১ তাবা মতমদা ঐহাক ঐগী ইমুং-মমুংগা লোইননা মপাল থোক্তুনা থৈদোকপা চৎলে। অদুবু তাং ২৪ গী অয়ুক্তা ঐনা নোংমৈ কাপ্পবদু তারম্মী অমসুং খঙলম্মী মদুদি বৃটিশ লাম্মীশিংনা মণিপুরীশিংবু লানবল মমুংদা লান্দাবনি। হুমিদাং পুং ৯ অমসুং পুং ৯ মিঃ ৩০ রোম তাবা মতমদা মহারাজগী সনা অফিস্তগী নিপা অনি চিফ কমিশ-নারনা মহারাজদা ইবা চিঠি অমা পুদুনা ঐগীদা লাক্লম্মী। মদুদা অসুম হায়রম্মী –"করম্বা মওংদা ঐখোয়দা নোংমৈ কাপ্পকপা লেপকনি অদুগা ভায়সরয়গা পাউ চৎথোক-চৎশিন তৌবা অমসুং টেলিগ্রাম তৌবা য়াগনি। সহিদি চিফ কমিশনারগীনি তৌইগুম্বসুং চিঠিদুমক্তি মী অতোপ্পা অমন ইবনি। অদুবু ঐনা চিঠি অদু মৈতৈরোন্দা হন্দোক্লম্মী অমসুং পাউ পুরকপা মীওইশিংদা অমুক পিরম্মী। অহিং অদুগী পুং ১১।৩০ মিঃ রোম তাবা মতমদা অতোপ্পা নিপা অনিমা অমুক লাক্তনা চে

মচেৎ অমা পুরক্লম্মী মদুদা "ঐখোয় লাংদা থুরে, মখোয়না ঐখোয়বু খুৎলাই থাদোকহল্লিংই" হায়না ইবা চেজেৎ অসি কনা অমগী মমিংস্থু পাল্লক্তে অদুগা কনামতনস্থু সহীস্থু তৌরক্তে, মদু পেন্সিলনা ইরকই, কনাগী খুৎইনো হায়বদুস্থু ঐ হায়বা ঙমদে ; ঐনা পাউ লাকপা মীশিংদা মদু কদায়দগী ফংলকপনো হায়না হংলম্মী। মখোয়না মহারাজদগীনি, মদু সাহেবনা দরবার শঙদগী পিরকপনি হায়রম্মী। ঐনা চেজেৎ অদু মৈতৈরোন্দা হন্দোক্লম্মী অদুগা চিঠি অদু হনখি। মতম অদুদা নোংমৈ অমুক কাপ্লক্লে।

মথংগী অয়ুক অঙনবদা রেসিডেন্সি মৈ চাকখ্রে অদুগা চিফ কমিশনারনচিংবা অফিসারশিং হাৎখ্রে হায়বা পাউ তারম্মী। মার্চকী তাং ২৬ তা ঐগা যুবরাজ (কোর্টকী মমাংদা লৈরিবা আসামী) গা উনৈ, মদুদা মহাক্লা হায়রম্মী—"থবক্তি আ য়ৌখ্রে, করিনো তৌগদোবা!" অদুগা ঐনা মঙোন্দা হায়খি মদুদি গোবিন্দনা মহাকপু কনবিগনি, তৌইগুম্বস্থুং মীনদি ঙম্নরোই, অদুগী মতুংদা মহাক্লা খুদোংথিবা থোক্লিবা অসিগী মরমদা চিঠি অমা ভাইসরয়দা ইনিংই হায়রম্মী। তাং ২৭ তা কোন্নুংগী অফিস্তা থবক শুরিঙৈদা মহারাজনা ভাইসরয়দা ইবা চিঠি অমা ইংরেজীদা হন্দোকউ হায়না পিরম্মী। ঐনা মদু হন্দোক্লম্মী অমস্থুং তাং ২৯ দা চিঠিদু লক্ষ্মীপুরদা থাখি। ঐহাক মফম অসিদা তাং ২৭ তা বৃটিশনা লাকপা ফাওবা লৈরম্মী।

## কোর্টনা হংহদা থুম্বা

দরবারদা অস্থুম্না শীল্লম্মী মদুদি যুবরাজ অঙোম্না মী লিশিং অমা পুরগা চিফ কমিশনারনা চঙলকপদু মাও থানাদা থিঙনি ; দরবার অদু তোপ গারোডতা তৌরম্মী অদুগা ঐস্থু য়াওরম্মী, মদুদা যুবরাজনা প্রেসিডেন্ট ওইরম্মী। ঐনা থাজবদি দরবারনা বৃটিশকা লান শোক্ননিংলম্বা নত্তে, মখোয়না লান শোক্ননিংবদি হান্নগী মহারাজগী মীশিংগনি বৃটিশতি নাকল অনিমকী মীচং চংলোই হায়রম্মী।

মী ৪০/৫০ রোম ওইরমগনি। মৈতৈশিংগা রা ভাংনবা মতম অদুদা ঐদি সাহেবশিংগী তুংলোমদা লেপ্লম্মী।"

**অমুক্কা হন্না হংবদা খুন্না**

"ঐখোয়গী কাঙবুদা নোংমৈ কাপশিল্লক্লিবৈগী মমাংদা ঐহাক নোংমৈ কাপ্লগী মখোল অমা ফাওবা তাখিবা লৈতে।"

---

**১৮৯১ গী জুলাইগী তাং ২ অয়ুক পুং ৯ তাবদা কোর্ট হাংলে।**

৪ শুবা সাক্ষি ৪২ শুবা গুর্খা রাইফলস্‌কী **লেফটেনেণ্ট জে, চ্যাটরটননা** রাশক্তুনা হায়খি—"মার্চকী তাং ২৪ গী অয়ুক্তা ঐহাক রেসিডেন্সিদা লৈরম্মী অমসুং পুং ৫ রোম তাবা মতমদা কোন্নুংগী নোংচুপ স্নথোঙ অদু লৌশিন্নবগীদমক ঐহাকপু লাম্মী কাঙলুপ অমগা থারম্মা অমসুং মদু লৌশিন্নবা হোৎনবদা মৈতৈ খরা নোংমৈনা কাপ্লম্মী অদুগা খরা অমনা বন্দি ওইনা ফারম্মী। ক্যাপ্তেন বুটচর Captain Butcher) অমসুং লেফটেনেণ্ট ব্রকেনবরীনা লুচিংবা অতৈ লাম্মী কাঙলুপশিং অদুনা নোংমৈ কাপ্লম্মী অদুগা মৈতৈশিংনা লৈপল্লোমদা থোমজিন্দুনা ঐখোয় তন্না নোংমৈ কাপ্লকখি। ঐহাকমক্তি অহানবদা নোংমৈ কাপ্লমদে, তৌইগুম্বসুং ঐনা লানবলগী মতোল তন্না কাখৎপা মতম অদুদা ঐঙোন-লোম তন্না মৈতৈশিংনা নোংমৈ কাপশিল্লকখি। মখোয়না হুমিৎ চুপ্পা নোংচুপথংবা স্নথোঙ, ঐনা লৈবা মায়কৈরোমদা নোংমৈ মচা অমসুং অচৌবা কাপশিল্লকখি। ক্যাপ্তেন বুটচর অমসুং অতৈ লাম্মী কাঙলুপশিং অদুনা যুবরাজগী যুম থাদোক্তুনা চৎপ্রবদা ঐনা নোংচুপ থোঙ শিন্নরম্বা সুবেদার অদুসু কনা অমগী হুকুম য়াউদনা মাগী পার্টি পুদুনা চৎখিরম্মী। ঐহাক কর্ণেল স্কীনগী ষ্টাফ অফিসারনি অদুগা সুমিৎ চুপ্পা নোংচুপ থোঙ অমসুং রেসিডেন্সিগী মরক্তা লৈবা মফমশিংদা হন্নৎহন্দা চৎতুনা লৈরম্মী। পুং ৫ রোম তাবা মতমদা সুবেদারনা থোঙ অদু থাদোক্তুনা চৎখিবদা নিপা অমা নোংমৈনা পানখি।

ঐহাক্না নুমিদাংগী পুং ৮ লোম তাবা মতমদা রেসিডেন্সিদা লান লেপ্পসি হায়বগী বেংগুন খোংলকপদু ভারম্মী। ঐনা করিনো হায়দুনা চৎথোরকপদা লেফটেনেন্ট সিম্পসনগা থেংনৈ। মহাক্না ঐঙোন্দা হায়রম্মী —'ঐখোয় মৈতৈশিংগা উনদুনা বা ঙাংনখিগনি।' অদুদগী ঐহাক ট্রেজরীগী থোঙ তাম্না চৎলম্মী অদুগা মপান্দা মিঃ গ্রিমউডনা চিঠি অমা পায়দুনা লেপ্পদুম্ম উরম্মী। মহাক্না কৌবদা মৈতৈ নিপা অমা লাক্লম্মী অমসুং চিঠি অদু পুদুনা চৎখি। মরক অদুদা চিফ কমি-শনার, কর্ণেল স্কীন অমসুং মিঃ কসিন্সকা লোয়নননা ট্রেজরী তাম্না লাক্লম্মী অমসুং চিঠিগী জবাব ঙাইদুনা লৈরম্মী। মিনিট খরগী মনুংদা মৈতৈ অমা মহারাজদগী চিঠি অমা পুদুনা লাকখি, মদুদা চিফ কমিশনারগী চিঠি অদু কংলে হায়বা ৱারোল য়াওরম্মী অমসুং চিঠি অদুদা অসিমু হায়রম্মী মদুদি মহারাণীগী লাম্মীশিংগা লান শোক্লনিংবগী আশা লৈরমদে; বৃটিশনা হাম্না মহাক্কী মথক্তা লান্দারকই অমসুং মহাক্কী মীশিংনা মশা কম্থোক্লবা তৌখিবনি; কোমুংদা ইংরেজী পাবিনবা কনা অমত্থ লৈরমদে, তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না লাল লেপ্পসি হায়বদু মহাক খঙলম্মী অমসুং ঐখোয়না মিনিট অমগী মনুংদা খুৎলাই থাদোক্লবদি মহাক লান লেপনিংই। ঐনা থাজবদি চিঠি অদু বাংলাদা ইরমগনি, অদুবু মদু মিঃ কসিন্স অমসুং মিঃ গ্রিমউডনা য়াম্না তপ্না হন্দোক্লম্মী। 'সরেণ্ডর' হায়বা ৱাহৈ অসিগী বাংলাগী অর্থ নৈনরম্মী। মিঃ কসিন্সনা খুৎলাই থাদোকপা হায়বনি হায়না লৌরম্মী অদুগা মিঃ গ্রিমউডনদি মদুবু লান লেপ্পনি হায়না লৌরম্মী অদুগা ৱাহৈ অদুনা হায়রিবদি 'খুৎলাই থাদোকখো' হায়রিবনি। চিফ কমিশনারনা হায়বনা নোংচুপ থোঙদা লৈ হায়না ঐখোয়না খঙলিবা যুবরাজ (আসামী) দা ৱাহৈ অসিগী অর্থ হংসি হায়বসিনি। অদুদগী মিঃ গ্রিমউডনা চিঠি পুরকপা নিপা অদুদা চিফ কমিশনার নত্রগা মাগী কাঙবু খরগা যুবরাজ লৈ হায়না ঐনা খঙবা নোংচুপ থোঙলোমদা খুৎনা থিল্লম্মী। অদুদগী

চিফ কমিশনারনা মিঃ গ্রিমউডত্। কাঙবু অদুনা মপালথোকপা খুদোং-থিবা লৈরোইদরা হংলম্মী অমসুং মহাক্না হায়রম্মী— 'হোয়।' মহাক অসি যুবরাজগী শঙ্গায়দা য়াম্না শীংথানবা য়াবা মীশক অমা (মহাক্না যুবরাজগী পাউপুবা নিপা অদুদা খুৎনা থিল্লম্মী) ওইবা মরম্না ঐখোয়না মপান্দা থোকখিবদা খুদোংথিবা লৈরোই হায়না রাশকনি। মৈতৈ অদুনা 'নখোয়দি ঐখোয়গী লাইনি, ঐখোয়না নখোয়গী করি মাংনবা তৌগদগে হায়রম্মী। মসি মিঃ গ্রিমউডনা মিঃ কুইন্টনদা ইংরেজীদা হন্দোকলম্মী। কাঙবু অদু পুং ৮॥০ রোম তাবা মতমদ ট্রেজরী থাদোক্তনা চৎখি। কর্ণেল স্কীনা খরা চৎলুরগা মমায় অমুক লৈশিল্লক্তনা হায়রম্মী, 'চৌকি পুথোক্লকউ, ঐখোয় রেসিডেন্সিগী চিংথৈগী চিথেক্তগীনা নোংচুপ থোঙ কাওবগী লম ময়ায়মক্তদা ঐখোয় লৈগনি।' অহিং অদু থাবল য়াম্না কৈ অমসুং কাঙবু অদুনা নোংচুপ থোঙদগী গজ ১০০ রোম থাপ্না লৈবদু ঐনা উরম্মী। ৪৪ শুবা গুর্খা রাইফলস্কী বেংগুন থোংবা নিপা অমদা চৌকি অনি পুহনথরগা ঐহাক্তি ট্রেজরগী মনাক্তা লৈরম্মী। ঐনা মহাকপু মহাক্কী কাঙবুগা থোক্লগা লেপ্তনা লৈবা অদু উরম্মী, থাবল অদু অসুক্কী মতিক শেংলম্মী মদুদি থাঙ্গপাৎ রাংমদা লৈবা লানবন্দা লৈরিবা মৈতৈশিং অদু ফাওবা শেংনা উবা ঙমখি।

ঐহাক মুমিদাংগী চাক চাবা চৎলে অদুগা খরা লৈরগা তুমথরে। নোংয়াই য়ৌনিঙ য়ৌমাং তৌবগী মতম অদুবাইদা রেসিডেন্সিদা লৈবা দরবার শঙদা ঐবু উননবগীদমক ক্যাপ্তেন বোইলু (Capt. Boileau) লাক্লম্মী অদুগা ঐবু ট্রেজরী থান্না লাকউ অদুগা মপান্দা থোকখিবা কাঙবু অদু করম তৌরিবগে উরিবরা য়েংউ হায়দুনা হায়রম্মী। অদুনা ঐখোয় ট্রেজরী তান্না খোঙনা চৎলে। শেংলবা থাবল অদুদা করিগুম্বা অমত্তা উবা ফংদদুনা ঐখোয় মতম খরা ঙাইদুনা লৈরম্মী অমসুং ঐখোয়না রেসিডেন্সিগা নোংচুপ থোঙগা অনিগী মরক্তা কনাগুম্বা মী অমফাওবা লৈবা উরমদে, মতম অদুদা মৈতৈ অমথক্তংদনদি মৈতৈলোন্দা করিগুম্বা

খরা লাউরকখি, অদুবু ঐখোয়গী থুজা বন্দি লৈরিবা নিপা অমবু পোম অদু হন্দোরবা গার্ডকী শঙদগী কৌথোক্লিঙৈদা ট্রেজরীগা মায়োক্লিরিবা কোনুংগী মায়কৈদগী রেসিডেন্সিদা লৈরিবা লানগী কোম অদু তঙ্গা নোংমৈ কাপশিল্লকই, অদুগী ঐখোয় কাছাড় পাংনা অহিং অদুমক্তদা চৎলে।"

## কোর্টনা হংবগী থুখা

"ঐখোয়না হনখিবদা রেসিডেন্সিদগী মাইল ২/৩ লাপ্পা লৈবা থানা মচাদগী ঐখোয়য়োমদা নোংমৈ কাপ্লকই অদুগা বিষ্ণুপুরদগী চৎখিবদসু লৈমতাক অমসুং খোবুমদসু নোংমৈ কাপ্লকই। থানাগী মীওই অমনা তৌরকপা মিঃ গ্রিমউড অমসুং সিফাইশিংবু চৎহনখো অদুগা সাহেবশিংবুদি অমুক হনহল্লকউ হায়বা হুকুম অদু ঐহাক ফংলম্মী। চিফ কমিশনার অমসু মী খুদিংমক্তা যুবরাজনা মণিপুরগী লৈবাক ঙাকপগী মকোক্লি হায়না লৌরম্মী, মরম অসিদগীনি ঐখোয়না মহারাজগা তৌনদনা মহাক্তা পাউ ফাওদোক-ফাওজিন তৌননবা হোৎনরুরিবসি।

রেসিডেন্সিদগী মপাল থোকখিবা অফিসার পুন্নমক্তা হুকুম অমা থোকখি মদুদি যুবরাজবু ফাবদা নমজা-হাজানবাগী থবক য়াওগনু অমসুং মখোয়না কাপ্লক্লিবমখৈ নোংমৈ কাপ্লোইদৌবনি। হুকুম অসি পিবা ঐ ইশামক তাখি;"

আসামীগী মীহুৎনা সাক্ষিসিগী জবান্দা য়েৎনিংবা লৈরবদি য়েৎলু হায়বদ য়ারমদে অদুনা জবান অসি পাথোকলে অদুগা সাক্ষিনা চুমলে হায়না য়ারে।

৫ শুবা সাক্ষি হাউবম দেবান, অপোকপগী মিং লাবা সিংহ, মণিপুরী, লৈফম উরিপোক, রাশক্তনা হায়খি "ঐহাক ম্যাজিষ্ট্রেট অমনি; লান শোক্লবা মুমিৎ অদুদা হায়বদি মার্চকী তাং ২৪ দা মুমিদাংদা লাল লেপ্লম্মী, মতম অদু পুং ৮ লোম তারে। মসিগী মতুং মিঃ ২৪ য়োম লৈরগা ঐহাক হকচাং শেংদোকপা চৎলম্মী। মতম অদুদা অঙৌসনানা

হায়খি, সাহেবশিংগী মনাক্তা সর্দার অমা থাদবা য়াত্রে। মসিগী মতুংদা লাল্লুপচিংবনে, সিকাই অমনে অমসুং ঐনে রেসিডেন্সিগী খোঙ মমাংদা হৌরিবা উজাউদুগী মনাক হেক য়োবগা সহে'শিংদুগা উনরম্মী। মকম অদুদা সাহেব মঙাদু লৈরম্মী। পলিটিকেল এজেন্টনা দেৱান উবদা হায়রম্মী – 'ওঃ! লাক্লিবসি দেৱান নত্রা?' অদুদগী সাহেব মঙা অমসুং বেংগুন খোংবা নিপাদুগা কোসুংলোমদা লাক্লে, সাহেবশিং অদুনা নোংচুপ খোঙ য়োগদবা গজ ২৫ রোম য়াৎলিঙৈদা ঐনা স্নখোঙ অদু য়োরে। সাহেবশিং যাম্না তপ্না তপ্না চৎলম্মী। ঐদি খরা থুনা চৎপনি, ঐনা সাহেবশিং থুংলব পাউ অদু অঙোসনাদা তম্লই। মহাক্না (অঙোসনানা) হায়রম্মী—'ফরে'। মতম অদুদা সাহেবশিং অদু স্নখোঙগদি গজ ১০ রোমদা মরাপ্নরে, মখোয় লেপতুনা লৈরম্মী। মকম অদুদা চৌকি অমা থারম্মী, তৌই গুম্বসুং সাহেবশিং অদুদি ফম্লমদে। চৌকি অদুসু সাহেবশিংদুনা পুরকপনি।

সাহেবশিং অদুনা দরবারগী রাদি হায়রমদে। থাবলদু য়াম্না ফৎলমদে। থাদুমক্তি কোকথক্তা চপ য়ুংনা খোকলম্মী, অদুবু লৈচিন্না কৃপশিল্লম্মী।

অঙোসনানা ঐবু সাহেবশিং অদু কৌশিল্লকউ হায়রম্মী, অদুনা ঐ সাহেবশিংবু কৌননবা মপাল খোকলুই অমসুং নোংচুপ খোঙ য়োগদবা গজ ৫ রোম রাৎলিঙৈদা লেপ্তুনা লৈরম্মী। সাহেব অমদি চৌকিদা ফম্লম্মী। ঐ সাহেবশিংগী মহাক তান্না চৎলম্মী, মতুদা আয়াপুরেল মেজরনা ঐগী তুং ইল্লম্মী। আয়াপুরেল মেজর উবদুনা ঐ সাহেবশিংদু মঙোন্দা শিন্নরম্মী। অদুদগী ঐ মপাল খোক্লকলে অদুগা নোংচুপ খোঙগী মমাংদা খিল্লিবা সুং অদুগী মনাক্তা হকচাং শেংদোক্লম্মী। সাহেবশিং অদু আয়াপুরেলগা লোয়ননা স্নখোঙ অদু লানশিন্নক্লে। ঐনা হকচাং শেংদোকপা লোইরগা হন্নকপা মতমদা সাহেবশিং অদু মফুংগী কোম্ন-

শিল্লিবা ( লম্বীগী নাক-য়েৎ অনিদা ) অদুগী মনাক য়ৌশিল্লকলে, ঐস্ন সাহেবশিং অদুগী মতুং ইন্না চৎলম্মী অমস্নুং লানবন্দা চংলম্মী। অদুগা অচা-অথক খন্না চারম্মী। ঐনা সাহেবশিংগী মতুং অস্নুম ইনবদা সাহেবশিং অদু থঙ্গাল জেনরেল অমস্নুং শামু কর্ণেল ওকে নুবাং নিংথৌগা মথুৎ চিংনবা উরম্মী। নিংথৌমচাশিংদি মকম অদুদা অমতা লৈরমদে। ঐহাক সুমিদাংগী চাক চানবা থুনা চৎলে। অদুবু চাকতি লৈরমদবনা অমুক হন্নকপদা লানবল মন্নুংগী অফিস অমদা পল্লে। মকম অদুদা অহিং চুপ্পা তুম্মম্মী। অমুক হোৌগৎলকপদা সাহেবশিং অদু হাৎপ্রে হায়বা পাউ তারম্মী।

অসিদগী হেনবা ঐহাক থোইদোকপা খঙ্বা লৈতে।”

## কোর্টনা হংবদা খুম্বা

“ঐহাক্না অঙোসনাগী য়াথং মতুং ইন্না সাহেবশিং অদু উনবা চৎলুবনি। যুবরাজ (বন্দি) নোংচুপ থোঙলোমদা লৈরমদে। মার্চ্চকী তাং ২৪ গী নুমিৎ চুপ্পা অমস্নুং অহিং চুপ্পা উরমদে, ঐহাক নুমিৎ চুপ্পা লানবল মন্নুংদা লৈরম্মী। ঐহাক যুবরাজবু উরমদে।”

আসামীনা বাসিদা য়েৎখিদ্রে।

৬ শুবা সাক্ষি গিরিধারী সিংহ ওকে অঙোম নিংথৌ, অপোকপগী মিং মাধব সিংহ, লৈকম অঙোম লৈকাই, চহি ৬০ শুবনা বাশক্তুনা হায়খি—

“মার্চ্চকী তাং ২২ দা যুবরাজ, আয়াপুরেল, বাংখৈরাকপা অমস্নুং ঐ ইশামক মকম অসিদগী মাইল ৫ থাপ্পা লৈবা সেকমাইগী লম্বীদা মৈনা চাকখিবা থোং অদু কাওবা চৎলুই। চিফ কমিশনার মণিপুর-রোমদা লাকই অদুগা ঐখোয়না মাগী মতুং ইল্লম্মী। ঐখোয়না থুংলবা মতমদা তাখি মর্দুদ মহারাজ মনাওশিংগা লোয়ননা চিফ কমিশনরগা উনপ্রে অমস্নুং নুমিৎ অদুগী নুমিৎয়ুংবা মতুং পুং ১

তাবদা দরবার ফম্নবা থৌরাং তৌরম্মী। যুবরাজ অমস্থং ঐখোয়না রেসিডেন্সিগী ট্রেজরীগী কোম্থোং অদু য়ৌরকপা মতমদা ঐখোয়-দা হায়রম্মী মদুদি মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা অদু লোইদ্রি অমস্থং পুং অমা ঙাইহরগা যুবরাজনা মশা ঙমদ্রে হায়খি অদুনা ঙাইহুনা লৈবা ঙম্লরোই হায়রম্মী। সেনাপতি অঙোসনা মশা-মকস্থু হকচাং শেংদোকনিংই হায়দুনা যুবরাজগী মতুং ইনখি। ঐহাক, মহারাজ, জিলা সিংহ, থঙ্গাল জেনরেল, আয়াপুরেল, লুরাং নিংথৌগা লোয়ননা দরবার য়াওবা চৎলম্মী অমস্থং সিড়ি হেক য়ৌবগা ঐখোয়গা পলিটিকেল এজেণ্টকা উনৈ। মহাক্না যুবরাজদি কদায়দা লৈহৌরবগে হায়না হংলকখি, মদুদা ঐখোয়না খুমখি, মহাক লাকপদি লাক্লমলে তৌইগুম্বস্থং মশা ঙমদদুনা ময়ুমদা হনখ্রে। মহাক্না যুবরাজবু কৌননবা ঐখোয়দা হায়জরম্মী, ঐখোয়না খুদক্তা কৌগনি হায়রম্মী। অদুগা মরক অসিদা ঐখোয়বু ইমুং মনুংদা ফমহল্লু হায়রম্মী, মরমদি ঐখোয়বু মপান্দা লেপহনবসি য়াম্না হৌনবা খঙদবনি। অদুদগী মহাক্না ঐখোয়বু ইমুংদা চংলকউ হায়রম্মী যুবরাজবু কৌরুনবা আয়াপুরেল থারম্মী অমস্থং ঙাইহাক লৈরগা মহাক অমুক হল্লক্লম্মী অমস্থং হায়রম্মী মদুদি যুবরাজগী মশা অসি অস্নক্কী মতিক ঙংখিদ্রে অদুনা মহাক লাকপা ঙম্লরোই। মহারাজনা গবর্ণর-জেনরেলগী হুকুম অদু য়েংগে হায়রম্মী, অদুবু পলিটিকেল এজেণ্টনা মনাও ( যুবরাজ ) লাক্রুবদি য়েংবা য়ারোই হায়খি। অদুদগী ঐখোয় রেসিডেন্সিদগা কোন্থুং তাম্না হল্লকলে।

তাং ২৩ দা দরবার তৌগনি হায়বা হুকুম অমা লাক্লম্মী, তৌই-গুম্বস্থং মহারাজনা অমুক পুং ৯ তাবা মতমদা যুবরাজদি লাদুনা লৈরে, মহাকপু পুদুনা লাকপা হায়বসি ওইথোক্লরোই, মরম অসিনা মহারাজস্থু লাক্লরোই হায়না খঙহল্লকখি। পলিটিকেল এজেণ্ট মুংথিলগী পুং ৩ নক্রগা ৪ রোম তাবা মতমদা লাক্লম্মী, মদুদা ঐনা মাবু উরম্মী। মহাক্না হায়খি, যুবরাজনা দরবার য়াওবা হায়বসি তঙাইফদবনি। অদুদগী

পলিটিকেল এজেন্ট বাংলাদা হনগ্রে অমসুং হুমিদাংবাইদা চাপ্রাসী অমা লাক্লম্মী অমসুং হয়েং চৎকদবা চিফ কমিশনারগী কুলি য়াম্না চংগনি হায়রম্মী। পলিটিকেল এজেন্টকা মহারাজগসু উনখি, দরবার শঙদনি অদুবু ঐদি য়াউরুদ্রে। অহিং অদু তোপ গারোৎতা ঐহাক তুমলম্মী। মার্চকী তাং ২৪ গী অয়ুক অঙনবদা ঐহাক যুবরাজগী মায়কৈদা নোংমৈ কাপ্পা তাখি। নোংমৈ অদু রাইফলনি, অদুদগী ঐনা যুবরাজগী মীশিং অদুনা চেনশিনখিবা অমসুং লৈপন্দগী নোংমৈ কাপথোকখিবা উরম্মী; মখোয়না লানবল মহুংদগী তোপ অমা কাপ্লম্মী। ঐহাক হঙ্গৎ-হন্দা চৎলম্মী অদুগা মীশিং অদুনা লৈপল্লোমদগী নোংমৈ কাপথোকখি।

পুং ৮ লোম তাবা মতমদা 'লাল লেপ্লসি' হায়বগী বেংগুন খোং-লক্লে। অদুদগী সাহেবশিং দরবার তৌবা লাক্লে হায়বা ঐহাক তারম্মী অমসুং যুবরাজনা ঐবু দরবারদা চৎলু হায়রম্মী। যুবরাজদি মতম অদুদা তোপ গারোৎতা হিপ্তুনা লৈরম্মী। সাহেবশিং অদু দরবারগী মপান্দা লেপ্তুনা লৈরম্মী অমসুং চৌকি পুরকউ হায়দুনা হায়রম্মী, দরবার শঙ অদুগী থোঙজাউ অদু শো লোল্লম্মী। অদুদগী যুবরাজ লেংলক্লে। মফম অদুদা চিফ কমিশনার, সাহেব মরি অমসুং বেংগুন খোংবা নিপা অমা, যুবরাজ, থঙ্গাল জেনরেল, লুরাংনিংথৌ অমসুং ঐ ইশামক লৈরম্মী। সাহেব পুম্নমক চৌকিদা ফম্নম্মী অমসুং যুবরাজগা থঙ্গাল জেনরেলগা অনিস্নু ফম্নম্মী, ঐখোয় অতৈদি লেপ্তুনা লৈরম্মী, মদুগী অকোয়বদা মী য়াম্না তিল্লম্মী। যুবরাজনা হায়খি মদুদি মহাকপু আত্মসমর্পণ তৌ হায়বা বাকম অদু য়াই, অদুমদি ওইরগা ম৹াকপু ময়ুম কোয়শিন্দুনা থীনা তৌখিবা অদুগা মহাকী মীশিংবু হাৎখিবা অদুগীদমক মহাক্না প্রতিবাদ তৌরম্মী। চিফ কমিশনারনা হায়রম্মী— 'হৌখি-বগীদি হৌখরে।' অদুদগী যুবরাজনা হায়রম্মী— 'নখোয়না তৌখিবা থবক মওং অসিদা ঐখোয়না নখোয়দু পংচিংদা চিংনরে। নখোয়

খুৎলাই থাদোক্লদবনি।' চিফ কমিশনারনা খুম্নকই 'ঐখোয় খুৎলাই থাবা ওয়োই। খুৎলাইশিং অসিদি সরকারগীনি।" দরবার অহু পুং ১ রোম চুপ্পা ভৌরম্মী। রাসু য়াম্না ওাংনরম্মী ভৌইগুম্বসুং অইবদি লৈহোদে। মথংগী মুমিৎকী অয়ুক্তা দরবার ভৌগনি হায়না চিফ কমিশনারনা হায়রম্মী। সাহেবশিং অদুনা চৎলগে হায়দুনা হোগৎ-লকপা মতমদা ভিল্লমলিবা মীয়াম অদু লাউ-খোংলক্লে অমসুং পলিটিকেল এজেন্টনা মখোয়না থোক্লকপদা মখোয়গী খুদোংথবা থোক্তনবা থরা য়েংলমউ হায়রম্মী। অসুম্না মায় ওম্থোক্লখিবদা ওায়রিবা যুবরাজদা ওনসিন্দুনা ঐবু সাহেবশিংগা লোয়নদুনা চৎচৌ হায়বরা হায়না হংলম্মী। মতুদা যুবরাজনা 'হোই, চৎমিম্নৌ' হায়রম্মী।

ঐহাক মখোয়গা লোয়নরম্মী ভৌইগুম্বসুং এখোয়না দরবার ভৌকম অদুদগী গজ ৫০ রোম থাপ্পা চৎখোক্লগা লৈবা থোঙজাও অদুগী থোঙ অদু লোল্লম্মী; অদুগা অকোয়বদা লৈবা মীয়াম অদুনা সাহেবশিং অদুদা নোংমৈগী গুন্দানা গুরম্মী অমসুং অরাংবা সাহেব নকা অমদনা মাগী মকোক্তা গুন্দানা গুখি। সাহেবশিং অদুদি খুৎহনবকাওবা ওমখিদে, মরমদি থাঙ-টা পায়বা মীশিংগী খুৎলাইনা মশীং য়ামখিবননি। মখোয়গীদি খুৎলাইসু য়াওরমদে অদুনা ঐনা মখোয়বু ওাক্লা ওাক্লা দরবার শঙ অদু ভাম্না পুশিন্নকপা ভাখি। অদুদগী সাহেব অহুম সিড়ি মথক্তা কাথৎলম্মী অমসুং সাহেব অনিনা সিড়ি মথাদা চংলম্মী। সিড়ি মথাদা চংবা সাহেব অনিদুদি অমনা পলিটিকেল এজেন্টনি অদুগা অমনা অঙাং ওইনা উবা সাহেব মচা অদুনি। সিড়ি মথক্তা কাগ্রবা সাহেবশিং অহুমদুদি থোঙদা নপশিন্দুনা লেপ্লম্মী। অদুগা যাত্রা-সিংহনে, বাংথৈরাকপনে অমসুং ঐনে— ঐখোয় অহুম্না মখোয়বু শংলম্মী। যাত্রাসিংহনা থোঙজাও অদু নমৎক্লম্মী। সাহেবশিঙদা মীয়াম কুজিল্ল-কপনী ইরাং অদু যুবরাজনা হেক ভাবগা মহাক হল্লকলে অদুগা লাম্মী-শিং অদুবু চৎশ্রো হায়দুনা ভাহোক্লম্মী; মহাক চৈ অমা পায়রম্মী অদুগা

মখোয়শিং অতুবু ফুরম্মী, অতুদগী মখোয় পুম্নমক চেনখি। মহাক হল্লক্লে অতুগা সিড়ি মথক্তা কাখৎলম্মী অমসুং চিক কমিশনারদা রা খরা ত্থাংলম্মী। মহাক্না হায়খিবা রাতু করিনো হায়বদি ঐদি খণ্ড্রে, অতুদগী তোপ গারোৎ তাম্না লেংগ্রে। যুবরাজনা লেংলমদাইদা সাহেবশিং অসি ঐগোন্দা শিন্নরম্মী অমসুং বাংলাদা লৈহল্লু হায়রম্মী। যাত্রাসিংহনা থোঙজাও অতু হেক নমথেকপগা সাহেব অহুম অতু মনুংদা চংলম্মী অতুগা ঐহাক্তি সিড়ি মখাদা কুমথরম্মী অমসুং সিড়ি মখাদা শোকখিবা সাহেব অতু সিড়ি মথক্তা কাখৎপদা মতেং পাংলম্মী। পলিটিকেল এজেন্টতি মকম অতুদা শিরগা তাতুনা লৈরে অতুগা মহাকপু টানা খিন্নুনা হাৎখিবমক্তি ঐদি উহৌদে অতুবু থাজবদি যুবরাজনা হল্লক্তিকৈ অমসুং ময়াম্বু তান্থোক্তিকৈ মমাংদা হাৎখিবা ওইগনি। ঐহাক্না সাহেব অতু সিড়ি মথক্তা ইনখৎপা মতম অতুদা মাগী ময়াইবক্তা থাঙশাংনা শোক-পতু উরম্মী। সাহেব অতু রাম্না রাংই অমসুং নহা ওইনা উই· অতৈদি শোক্লমদে তৌইগুম্বসুং চিক কমিশনারনদি মপাম্বোমদা ফুখি হায়রম্মী। ঐহাক মতম খরা মখোয়গা লৈমিন্নরম্মী অমসুং দরবারগী শক্তি খরদা সাহেবশিং অতুবু চোকশিন্না য়েংননবা হায়রম্মী। ওইনা, উসবা, য়েংখোইবা, খোমত্রা হায়রিবা মীশকশিং অসি ঐনা মী খরগা লোয়ননা থারম্মা অমসুং মখোয় মী ৮/১০ রোমগা লোয়ননা থোকখিবা উরম্মী, অতুদগী ঐহাক হকচাং শেংদোকপা অমসুং ইরুজবা চৎলম্মী। অতুদগী ঐ করিগুম্বা খরা চারে। ঐহাক পুং অমা মখায়রোম অসুমতৌনা কামরম্মী। অতুদগী ঐনা হল্লকপদা সাহেবশিং অতু হাথ্রে হায়না তারম্মী, থোকখ্রিবা অসি মখোয়না কোম্নুংদা লাকপতুগী পুং ৩ লোমগী মনুংদনি। ঐনা চাক চারিবৈদা নোংমৈ কাপ্লম্মী, ঐহাক্না শক্তিশিং অতু থাদোকখিবা মতম অতুদা যুবরাজদি তোপ গারোৎকী মনিংদা লৈবা মাগী শজায়দা লৈরম্মী হায়না ঐনা থাজৈ। ঐহাক্না চাক চায়গা হল্লকপা মতম অতুদদি যুবরাজদি লৈরমত্রে। অতুদগী সাহেবশিং অতু

হাৎখ্রে হায়বা ঐহাক তাখি। যুবরাজনা ঐবু বন্দিশিং অদু হাৎননবা থয়ম্বগী মমক দণ্ড পিখিদে অদুগা শন্ত্রিশিং অদুদসু দণ্ড পিখিদে।"

## কোর্টনা হংবরা খুবা

"চিফ কমিশনার অমসুং মাগী কাওবু অদুবু ফৃজিন্নকপা মতম অদুদা যুবরাজনা মথোয়বু কল্লগে হায়না হল্লকপা মতমদা মহাকী মনাই থরা য়াওরম্মী, মন্ত্রিশিংগীদি য়াওরমদে।

ঐহাক্না তোপ গায়োৎতা হনখিবা মতমদা থঙ্গাল জেনরেল নওনা কনাগুম্বা মন্ত্রি অমতা লৈরমদ্রে।"

আসামীনা সাক্ষি অদুবু য়েৎলু হায়বা য়াখিদ্রে। জবান অসি সাক্ষিদা পাদুনা তাহল্লে অমসুং চুমই হায়না য়ারে।'

কোর্ট পুং ৫ তাবদা য়ৈথোকলে

---

৭ শুবা সাক্ষি বাত্রাসিংহ[১১], অপোকপগী মিং কাহ্নু সিংহ, লৈকম—কৈশামথোং, মণিপুরীনা রাশকুনা হায়খি— ঐহাক চহি ৪৯ শুরে। ঐহাক নিংথৌগী গুদাম পায়ে

১৮৯১ ইংগী মার্চ্চকী তাং ২৪ দা ঐহাক রাঙ্গোন পুথ্রিগী মনাক্তা লৈবা গুদামদগী চেং সিকাইশিংদা য়েল্লি। মদু অয়ুক্তনি অয়ুক অঙনবদা যুবরাজগী ইংখোলদা নোংমৈ কাপ্পা ঐ তারম্মী সুমিৎচুপ্পা নোংমৈ কাপ্নরম্মী। সুমিদাংবাইরমদা বৃটিশকী লাম্মীশিংনা রেসি-ডেন্সিদা হনখি অমসুং নোংমৈদি অদুম কাপ্নরম্মী। সুমিদাংগী পুং নিপাল মখায়রোম তাবদা নোংমৈ কাপ্পা অদু লেপখ্রে। অদুগা সাহেবশিং অদু দরবার তৌবা লাকই হায়বা ঐ তারম্মী ঐহাক দরবার তৌবদু য়েংবা চৎলম্মী। দরবার অদু দরবার শঙগী মমাংমক্তদা তৌ-রম্মী। ঐনা দরবার তৌরিবদু গজ তরায়োম থাপ্নদগী উবম্মী।

১১ রাক—নয়াইলন্

যুবরাজ, অঙোমনিংথৌ, লুৱাংনিংথৌ লৈরম্মী; ঐনা মফম অদুদা হাউবম দেৱানসু উরম্মী, মহাক লেপ্লুনা লৈরম্মী। দরবার অদুদা করিগুম্বা অমতা লেপ্পবা ঙমখিদ্রে হায়বা ঐহাক তাখি। অদুগা নাকল অনিমক ফুক্ ফুক্ হৌগৎনরম্মী। যুবরাজ তোপ গারোৎলোমদা লাক্লম্মী অদুগা সাহেবশিং অদুনা অতোপ্পা থোঙ অমরোমদা থোক্লম্মী। মখোয়না দরবার ভৌরম্বা মফম অদুদগী গজ ৫ রোম হেক চৎথোকপগা মখোয়শিং অদুবু তিল্লম্লিবা মীয়াম অদুনা ভানশিল্লকপদগী মখোয় দরবার শঙ তাল্লা লাক্লম্মী। সাহেব অহুম সিড়ি মথক্তা কাখৎলম্মী। অদুগা ঐনা মফম অদুদা অঙোমনিংথৌবু উখি। অতোপ্পা সাহেব অনিহুদি ঐদি উরমদে। ঐনা থোঙজাও অদু নমথায়দুনা হাংদোক্লবা মতুংদা অমদি সাহেব অহুম অদু মসুংদা চংহল্লবা মতমদা অতোপ্পা সাহেব অমসু উরম্মী অদুগা মিঃ গ্রিমউডপুদি উরমদে ঐনা মাবু দরবারদদি উখি। মরিশুবা সাহেব অদু মথক্তা কনানা পুখৎলম্বগে হায়বদু ঐদি খঙদে। ঐহাক দরবার শঙদা সাহেবশিংগী দমক চৌকিনচিংবা লৌরুই। যুবরাজনা তোপ গারোৎলোমদগী লেংলক্লগা মীয়াম তানখায়বা মতমদুদা সাহেবশিং অদুবু ঐহাকনে অঙোম ·নিংথৌনে অদুগা রাংথৈরাকপগা ঐখোয় অহুম্না কল্লম্মী। সাহেব অহুম অদু মতম অদুদা দরবার শঙগী থোঙজাওগী মপাললোমদা লেপ্লম্মী। যুবরাজনা ঐঙোন্দা বেংগুন খোংবা মী য়াও-বরা হংলম্মী, মদুদা ঐনা 'য়াওদে' হায়না খুল্লম্মী। দরবার শঙ অদু বেংগুন খোংবশিংগী মখুত্তা শিন্নবনি। থিংলম্বা থোঙজাও অদু ঐগী লেংবাম্না নমথায়দুনা হাংলম্বনি। ঐনা যুবরাজদা বেংগুন খোংবা মী য়াওদে হায়না খুম্বা মতমদুদা ঐঙোন্দা করিমতা হায়রক্তে। ঐ শঙ মসুংদা চংলুবা মরম্না যুবরাজ কদোমদা লেংখিবনো হায়বা ঐ খঙদ্রে। অশোকপা সাহেব অদু কা মসুংদা পুশিল্লবা মতুংদা ঈশিং পিয়ু হায়রম্মী। মহাক রাংই, ময়াঙ কংই অমসুং নহা ওইরিবা সাহেবনি। মহাকী মরাইবক্তা শোক্লম্মী। অশোকপা অদু টানা নত্রগা থাঙশাংনা শোকপা

ওইগনি অদুগা মহাকী মপাম্বোমস্থ শোক্লম্মী। মঙোন্দা ঈশিং পিরম্মী। মহাকী মপাম্বোম অদু পুনথৎচনবা ঐগী কোম্নেৎ অদু মঙোন্দা পিরম্মী, অদুগা মরাইবক্তগী ঈ অদু ঐনা চামথোকপিরম্মী। অদুদগী মথিক নেম্বা সাহেব অমনা ঐগী মিং হংলগা চে মচেৎ অমদা ইথি। ঐনা সাহেব অদুদা ঈশিং পিথকপা মতম অদুদা অঙোমনিংথৌ চংলক্লম্মী। ঐ উসবা অমসুং য়েংথোইবা মশক মুম্না থঙই। উসবা মচুংদা চং-লকই। শস্ত্রিশিং অদু মপান্দা লৈরম্মী। সাহেব হাৎননবা হুকুম পিয়ে হায়না উসবনা ঐঙোন্দা হায়থি অদুবু ঐনা কনানা পীবা হুকুম-নো হংথি। থঙ্গাল জেনেরেলনা পীবা হুকুমনি হায়না উসবনা হায়-রম্মী। অদুদগী ঐনা হায়থি — 'মসি যুবরাজগী হুকুম নত্তে, ঐখোয় চৎলসি অদুগা যুবরাজদা হংলুসি।' অদুদগী ঐগা উসবগদি যুবরাজ থিবা চৎলে। মতম অদুদা হিদা চাউবীবু শঙ মচুংদা শস্ত্রি ওইনা থম্লম্মী। ঐখোয়না নোংচুপথংবা স্নথোঙদা যুবরাজগা থেংনৈ। মহাক সিফাইশিং য়েংলম্মী। সিফাইশিং অদু নোংমৈ কাপ্লম্মী।

ঐখোয়না জেনরেলগী হুকুম অদু যুবরাজদা তম্লম্মী। ঐখোয়না মঙোন্দা অহানবা পাউ হেক তম্বা মতমদুদা মহাক করিমত্তা হায়রমদে তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না মঙোন্দা হায়থিবদু অমুক হন্না হায়বদা মহাক্না ( যুবরাজনা ) হায়থি — 'ঐখোয় চৎসি অদুগা অহল ( থঙ্গাল ) গা ন্না তান্নরুসি।' অদুদগী মহাক ঐখোয়গা লোয়ননা তোপ গারোৎতা লাকমিন্নরে। তোপ গারোৎতা যুবরাজগা থঙ্গালগা উনরে অমসুং যুবরাজনা হায়রম্মী—'করিনো হায়ন্নিবসিবো?' থঙ্গালনা খুম্লকথি—'সাহেবশিংগা মরুপ শান্নবগী পাম্বৈ উত্রে, মরম অদুনা মখোয়শিং অসি অঙাং ওলহন্নসি।' মসিদা যুবরাজনা করিস্থ খুমখিদে, অদুদগী ঐহাক্ ঐগী গুদামদা চুম্বা লাকলে। উসবদি অমুম লৈহৌরি। ঐহাক সাহেবশিং অদু অমুক হন্না য়েংবা চৎল্লুব্রে।'

## কোর্টনা হংবদা খুম্বা

"তাং ২৩ গী অহিংদা কোম্নুংদা সিফাই লিশিং অমরোম লৈরমগনি। মখোয়শিং অসি লাল শোক্লনবগী দমক কৌখৎপনি। মী অমুক য়াম্না তিল্লম্বা অসি ইচম চম্বা অমগীদি ওইরোই। অয়ুক্তা সাহেবশিং অসি হাৎখ্রে হায়না ঐহাক তাখি। উসববা লাক্লম্মী অমম্নুং সাহেবশিং অদুবু হাৎননবা হুকুম পিরে হায়রম্মী।"

## বন্দিগী মীচুৎনা য়েৎপদা খুমখিবা

"ঐহাক গুদামদা চৎলবা মতুংদা হিদাক ভাম্বক অনি থক্লম্মী অদুগা তুমথরম্মী। অহিং অদুদা সাহেব হাৎলে হায়বা ঐহাক তারমদে, অয়ুক্তদি সাহেবশিংদু হাৎখ্রে হায়বা ঐহাক তাখি।

হাৎননবা তশেংবা হুকুম অদু কনানা পিখিবনো হায়বা ঐ খঙদে। বৃন্দাবনচন্দ্রগী মূর্ত্তি অদু কোম্নুংদা পুরকপা ঐ উখি, মূর্ত্তি অদুদা য়াওবা মণি-মুক্তাশিং অদু য়াওরমদে। মূর্ত্তি অদুদা ফিরোলনচিংবা করিগুম্বা অমত্তা পক্লমদে। লাল শোক্লরম্বা মরম্না যুবরাজগী ইংখোল্দা করি থোকখিবগে হায়বদু ঐ য়েংবা চৎলুদে। বৃন্দাবনচন্দ্র গোবিন্দগী মন্দিরদা থম্লম্মী। বৃটিশকী লাম্মীনা যুবরাজগী ইংখোল থাদোক্লুনা চৎখিবসি মুংথিলগী পুং ৩।৪ রোম তারে। মূর্ত্তিদু শোক্লমদে, মণি-মুক্তাদি য়াওরমদ্রে। কনাগী হুকুম্না রেসিডেন্সি লুট তৌখিবনো হায়বা ঐ খঙদে।"

## বন্দিনা য়েৎপদা খুম্বা

"সাহেবশিং অদু হাৎলোইদবনি হায়না ঐনা যুবরাজনা হায়খিবা তাখিবা লৈতে।"

৮ শুবা শাক্ষি **অরু সিংহ গুক্কে উসবা**, অপোকপগী মিং চূড়ামনি সিংহ, লৈকম—কবো লৈকাই, চহি ৩৬ শুবনা বাশক্লুনা হায়খি—

"ঐহাক তোপ গারোৎতা লৈরম্মী, মকম অদুদা নাগা কুলিশিংগী লৈকম শীরম্মী। ম'সনি ঐহাকী থবক।

মার্চ্চকী তাং ২৪ গী অমুক্তা ঐহাক তোপ গারোৎতা লৈরম্মী। তাং ২৩গী অহিং অদু ঐহাক তোপ গারোৎতা তুম্মী। ঐহাক মহৌ-শাদি মুমদা হেক-হেক তুমই। তৌইগুম্বসুং ঐনা সাহেবশিংগী য়েংনবা জগোই অমগী থৌরাং শীনবা তাবনা অহিং অদুদি তোপ গারোৎতা তুম্বা তাখি। ঐনা মিকপ থোক্লকপদা যুবরাজগী ইংখোলদা নোংমৈ কাপ্পা তারম্মী। ঐ হৌগৎলম্মী অমসুং লাল শোক্লনবদু উরম্মী অমসুং কোন্নুং মনুংদা লৈবা মীশিংনা নোংমৈ কাপ্লম্মী, লাল অদু মুমিৎ চুপ্পা শোক্লরম্মী। মুমিদাংগী পুং ৯ লোম তাবা মতমদা "লাল লেপ্লসি" হায়বগী মরোল অদু করিনো হায়বদি ঐ খঙদে, লালদি লেপখ্রে। মসিগী মতুং পুংখায় অমরোম লৈরগা সাহেবশিং দরবার শঙগী মমাংদা দরবার তৌবা লাক্লম্মী হায়বা ঐহাক তারম্মী। ঐদি দরবারদদি চৎ-লুদে। সাহেবশিং লাকই হায়বা তাবদা অঙোমনিংথৌ অমসুং যুবরাজ তোপ গারোৎতগী দরবার তাম্না চৎলম্মী। মখোয়না তোপ গারোৎ থাদোক্লুনা চৎখিবদু ঐহাক উহৌই। মিনিট ৩০ রোম লৈরগা যুবরাজ তোপ গারোৎতা হল্লক্লে। মহাক মথন্তুনি, যুবরাজনা তোপ গারোৎ য়োবগা দরবার শঙগী মায়কৈদা য়াম্না লাউ-খোংবা তাখি অমসুং 'হাৎলো হাৎলো' হায়বা তারম্মী। ইরাং অদু মিনিট ২৫ রোমদি অসুম লাউ খোংদুনা নিল্লম্মী। ঐ তোপ গারোৎ মনুংদা লৈ-রম্মী অমসুং যুবরাজনা দরবার শঙদা লেংখিবরা লেংখিদবরা হায়বা ঐ খঙদে। মিঃ ৩০ রোম লাউ খোংলম্বদু নেমপ্রবদা অঙোম নিংথৌ তোপ গারোৎতা লাক্লম্মী অমসুং তোপ গারোৎতা লৈরম্লিবা মীশিং অদুদা সাহেবশিং অদু মখোয়গী খুদোংথিবা থোক্তনবগী শংন-নবা শক্তি থম্মু হায়না ঐনা হুকুম তৌরম্মী।

মীশিং অসিনা চৎপ্রবা মতুংদা খঙ্গাল জেনরেলনা তোপ গারোৎতা

লৈবা মীশিং অদু কৌথোক্লম্মী। অদুদগী ঐনা হংখি—'করি ওইরবনো?' অদুদগী ঐহাক মাগী কা মনুংদা চংলম্মী অমসুং মমাং-মকদা লেপ্লম্মী, অদুদগী জেনরেলনা ঐঙোন্দা হায়রম্মী— 'সাহেবলোকী মচিল থুপচিল্লো।' অদুদগী ঐহাক্না জেনরেলদা মসিবু যুবরাজগী হুকুম্না হুকুম নত্তবরা হংলম্মী। জেনরেলনা খুম্নকই— 'যুবরাজগী হুকুম্না নত্তবরা হায়না নংনা হংলিবা করিগীনো?' ঐনা খুম্নম্মী— 'যুবরাজদগী অশেংবা হুকুম ফংদ্রবদি ঐখোয় হুকুম অসি পাঙথোকপা ঙম্লোই। ঐনা জেনরেলদগী হুকুম ইল্লবদি অৱাবা নংগনি।'

জেনরেলনা অদুগী তুংদা হায়রম্মী— 'যুবরাজ তাম্না চৎলু।' অদুদগী ঐহাক যুবরাজ থিবা চৎলম্মী অমসুং তোপ গারোৎকী থোঙ-জাও অদুদা যাত্রা সিংহগা উনরম্মী। যাত্রা সিংহনা হংলম্মী— 'নহাক কদায়দা চৎলিবনো?' ঐনা খুম্নম্মী—জেনরেলনা সাহেবশিংগী মচিল থুপচিল্লো হায়না হুকুম তৌরে, অদুনা ঐহাক যুবরাজ তাম্না চৎলিবনি।' অদুদগী যাত্রা সিংহ অদু ঐগা লোয়নননা লাক্লে। অদুগা লানবনগী মোইরাং লায়জি পাংবা অদুদা যুবরাজনা লৈপল মখুন্দা নোংমৈ তোপ কাপথোক্লবা তৌরম্বদু থেংনখি। অকোয়বদা মী য়াম্না তিল্লম্মী। যুবরাজদি খারোমগী স্নথোংলোমদা লেংলম্মী। ঐনা অদুদগী জেন-রেলগী হুকুম অদু যুবরাজদা তম্লম্মী। যুবরাজনা হায়রম্মী, 'অহল (থঙ্গাল) নবু অদুম্বা হুকুম পিখ্রবরা?' অদুগা মখা তাখি— 'অদুগুম্বা থবক তৌরুখিনু, ঐ লাক্কে।' যুবরাজ খাগী স্নথোঙদা লেপ্তুনা লৈহৌই। অদুগা যাত্রা সিংহ অমসুং ঐহাক তোপ গারোৎতা হল্লকখি। ঐনা অদুদগী যুবরাজনা হায়রকপদু থঙ্গাল জেনরেলদা তম্লম্মী, মহাক্না হায়খি, 'যুবরাজদি অপংবনি, ঐখোয় সাহেবশিংগা তাইশিন্নবা হায়বসি শুপয়া য়াররোই। অসিগুম্বা ৱাঙাং ঙাংবনা করি কান্নগনি?'

ঐনা অদুদগী ঐগী শক্তিশিং অদু য়েংবা দরবার শঙ তাম্না চৎলম্মী। শক্তিশিং অদু মাগী মাগী মথৌ নিংথিনা তৌরম্মী। দরবার শঙগী

নোংপোক থংবা মায়কৈদা শক্তি অমতা লৈরমদদুনা মদুদা ঐনা শক্তি অমা থম্লম্মী, অদুদগী উ অমগী উখাদা ফম্লম্মী। ঐহাক মফম অদুদা মিনিট ৩০ রোম লৈরম্মী। অদুদগী যুবরাজ শাগী মনাক্তা লৈবা থোঙ অদোমদগী লেংলক্লে অমসুং তোপ গারোৎ তাম্না লেংগ্রে। মসিগী মতুং মিনিট ৩০ রোম লৈরগা য়েংখোইবা লালুপচিংবা লাক্লম্মী অমসুং হায়রম্মী 'সাহেবশিং অদু লান্মীদা শিম্লগ্রে। হায়না হুকুম তৌরে।'

মহাক তোপ গারোৎতগী লাকপনি। মসিগী মতুং মিনিট ৫ রোম লৈরগা সহাল নোংথোনবা অমসুং শঙলিংবা নিপা অমা লাক্লে। লাক-সহাল হায়রিবসি শঙলিংবশিংগী সর্দারনি। মখোয় কদায়দগী লাক-পনো হায়বদুদি ঐ খঙদে। শঙলিংবা অদুগী মখুত্তা থাঙশাং অমা য়াওরকই। শক্তিশিং অদুনা অদুগী তুংদা থোঙজাও অদু হাংদোক্লম্মী অমসুং সাহেবশিং অদু মপান্দা পুথোক্লম্মী। শক্তিশিং অদুনা সাহেবশিং অদুবু শা মনাক্তা লৈবা থোঙ অদু তাম্না পুরম্মী। শক্তিশিং অসিদি শঙ মনুংদা লৈরম্বা মখোয় অদুনি। সাহেবশিং অদু পুথোক্লকপা মতুংদা লাইশ্রবা নক্রগা নেপ্রানা শঙ মনুংদগী থাউমৈ অমা পুথোক্লকই। ঐনা অদুদগী সাহেব অমা দরবার শঙগী সিড়ি মখাদা শিদুনা তারিবা অদু উরম্মী। শক্তিশিংনা সাহেবশিং অদু মপান্দা লৈবা মীশিংদা শিন্নবা মতমদা শা মনাক্তা লৈবা থোঙ অদু হাংদোক্লুনা লৈরম্মী, তৌইগুম্বসুং কনাদা শিম্লখিবনো হায়বদুদি ঐ খঙদে। সাহেবশিংগী মখোঙ অদু য়োৎহিলং-ফলাং চল্লম্বরা চল্লমদবরা হায়বদু ঐহাক খঙবা ঙমদে। তৌইগুম্বসুং য়োৎহিলং মখোন্দি তারম্মী, মসি য়োৎহিলং-ফলাংগী মখোল ওইরম্বা য়াই নক্রগা শক্তিশিংগী থাঙশাংগী মখোল ওইবা য়াই, সাহেবশিং য়োৎহিলং-ফলাং চনবদি ঐ উরমদে।

ঐহাক্না তোপ গারোৎতগী সাহেবশিংবু ঙাক্লবা থাখিবা শক্তিশিংগী মমিংদি খোমদ্রা, য়েংখোইবা, ওইনা, নেপ্রা, লাইশ্রবা অমসুং ময়েংবা কৌই।"

## কোর্টনা হংবদা খুম্বা

"দরবার শঙদগী সাহেবশিং অদু পুখোক্লকপা মতমদা ময়া অদুদা মী পংয়াম য়াম্লমদে। তোপ গারোংকী থোঙ ময়া অদুদসু মী পংয়াম য়াম্না লৈরমদে। শা মনাক্কী থোঙগী মপান্দসু মী পংয়াম য়াম্না লৈরমদে অদুগা মখোয়না য়াম্না লাউ-খোংবসু তারমদে। ঐহাক তোপ গারোং তাম্না চংলম্মী।

যুবরাজ মতম অদুদা মফম অদুদা লৈরমদে।"

ফুংথিলগী পুং ৪ মিঃ ৩০ তাবদা মুমিং অদুগী কোর্ট ফম্বা লোই-শিনখ্রে।

---

## ১৮৯১ ইংগী জুনগী তাং ৩ গী অয়ুক পুং ৯ তাবদা কোর্ট অমুক হন্না ফম্লে।

বন্দিগী মীহুৎনা য়েংপদা উসবনা খুমখি—

"সাহেবশিং অদুবু শঙলিংবদা শিন্নরম্লবা মতুংদা ঐনা তোপ গারোংতা হল্লকপদা মফম অদুদা যুবরাজ লৈবা উরম্মী, অদুগী ঐ তুমখ্রে। ঐনা অয়ুক হৌগৎলকপদা যুবরাজ তোপ গারোংতা লৈরম্মী।

দরবার মতুংদা নোংমৈ অমুক কাপ্লকই। নোংমৈ কাপহল্লকপগী হুকুম তৌশিবদু কনানো হায়বা ঐ খঙদে।

ট্রেজরি অমসুং রেসিডেন্সিদা লুট তৌবা অদুদা ঐ য়াওরমদে। মদুগী মরম ঐহাক করিমতা তাখিবা লৈতে, অদুগা কনাগী হুকুম্না মদু তৌখিবনো হায়বা ঐ খঙদে।

ঐহাক দম্স দেৱানবু খঙই। মহাক্কী মচাশিংবু হাংখি হায়বা ঐ তাখিদে। অদুগা দসু হিংলিবরা নত্রগা শিখ্রবরা হায়বা ঐহাক খঙদ। মহাক্কী ময়ুম্না কদায়দা লৈবা নত্রগা ময়ুম অদু মৈনা চাকখ্রবরা নত্রগা চাকখিদবরা হায়বা ঐ খঙদে।

বৃটিশ সিফাইশিংনা বৃন্দাবনচন্দ্রগী মন্দির মথক্তগী নোংমৈ কাপ্লা অদু ঐ উরম্মী। মদুদা মৈতৈ খরা শিখি হায়বা ঐনা তাখি। তৌইগুম্বসুং অশিবা মশাশিংদি পুখিবরা পুখিদবরা ঐ উহৌদে। মফম অসিদগী মাইল ৪ লাপ্পদা লৈবা থোং মৈ থাখিবগী মরমদা ঐহাক করিস্সু খঙবা লৈতে।"

৯ শুবা সাক্ষি থাংজবা ম্যাইমা, অপোকপগী মিং শ্রীদাম, লৈফম মুতুম ফিবৌ, মণিপুরী চহি ৪২ বোম শুবনা রাশক্তনা হায়খি –

"ঐহাক মহ রাজগী য়োৎশুবনি। মার্চকী তাং ২৪ গী অয়ুক্তা ঐগী য়ুমদগী কোন্নুংগী মায়কৈদা নোংমৈ কাপ্পবা ঐ তারম্মী। ঐ চাক চারম্মী অমসুং ন্নুংথিল পুং ২ রোম তাবদা কোন্নুংদা লাক্লম্মী। ন্নুংথিল পুং ৫ রোম তাবদা ঐহাক লানবন্দা লাক্লম্মী। ঐহাক ঐগী লোয়শঙদা চৎলম্মী পাউ পুবা নিপা অমা ঐগী লোয়শঙদা লাক্লম্মী অমসুং বৃটিশকী লান্মী অহুমদা য়োৎহ্লিং-ফলাং চনশিল্লু হায়দুনা ঐবু কৌথোক্লম্মী। ঐনা সাহেবশিং অদু য়োৎহ্লিং-ফলাং চনশিল্লম্মী। ঐনা মসি হেক লোইবগা চৎলম্মী। তৌইগুম্বসুং লোয়শঙদুগী সর্দারনা ঐহাকপু থিংলম্মী। নুমিদাং পুং ৯ মিঃ ৩০ রোম তাবা মতমদা পাউ পুবা নিপা অমা লাক্লম্মী অমসুং ঐবু তোপ গারোৎতা লাকউ হায়না কৌরম্মী। ঐহাক নিপা অদু মশক খঙবা ঙমগনি। মহাক্কী মমিংদি ঐহাক খঙদ্রে। ঐনা ঐগী খুৎলাই পুদুনা পাউ পুরকপা নিপা অদুগা অতোপ্পা নিপা অনিমগা লোয়ননা তোপ গারোৎ তান্না চৎলম্মী। ঐখোয়না দরবার শঙ হেক য়োবগা পাউ পুরকপা নিপাদুগা শক্তিশিংগা রা খরা ঙাংনরম্মী অমসুং অদুদগী মহাক তোপ গারোৎ তান্না চৎখি। ঐখোয় অহুমদি দরবার শঙগী মপান্দা অদুম পন্দুনা লৈহৌই। শক্তি অমা দোলাইপাবগা লোয়ননা তোপ গারোৎ তান্না চৎখি। দোলাইপাবা অমসুং শক্তি মখোয় অনিদু হল্লক্লগা হায়রম্মী মদুদি সাহেবশিংগী মখোঙদা য়োৎহ্লিং-ফলাং চনশিল্লু হায়না হুকুম পিরে! অদুদগী ঐখোয় য়োৎহ্লিং-ফলাং চন্নবা মন্নুংদা

চংলম্মী। ঐখোয়না মসুংদা চংবা মতমদা সাহেবশিংতুগা মসুংদা লৈরম্বা শক্তি অমগা রা খরা ঙাংনরম্মী। পোৎশংবনা য়োৎহিলং-ফলাং অদু পুশিল্লকই অমসুং সাহেবশিংদুগী মমাংমক্তা লৈপাক্তা থাদরম্মী। মহাক্কা য়োংহিলং-ফলাং অদু থাদবা মতমদা সাহেবশিং অদুনা মদুদা য়েংলম্মী অদুগা মদু হাপ্পবা মখোঙ তিংথোক্লম্মী। য়োৎহিলং-ফলাংশিং অদু দরবারগী হুকুম মতুংইন্না হাপখিবনি। মফম অদুদা সাহেব মরিদুগা বেংগুন খোংবনি হায়বা সিফাই অমগা লৈরম্মী। ঐনা সাহেবশিং অমসুং বেংগুন খোংবা নিপা অদুদা য়োংহিলং-ফলাংদু চনশিল্লম্মী অদুগা ঐগী ইথৌ অদু লোইবগা ঐহাক ঐগী লোয়শঙ তাম্না চৎলম্মী, অতৈ অতৈদি ঐনা চৎত্রিঙৈগী মমাংদা লোইনা চৎনখ্রে। পোৎশংবা হায়বসি য়োৎহিলংফলাং থম্বা নিপা অদুনি। চাউডল-না পোৎশংবশিংগী মকোকনি, মহাক য়োৎহিলং-ফলাং পুরকপা নিপাদুগা লাকমিন্নবনি। ঐগী লোয়শঙদা লাক্লগা ঐহাক তুমলে অদুগা মথংগী অয়ুক্কুদা সাহেবশিং অদু হাংথ্রে হায়বা পাউ তারম্মী।"

## কোর্টনা হংবদা থুম্বা

"ঐনা দরবার শঙদা সর্দার অমত্তা উখিবা লৈতে। মী য়াম্না লম্বী অদুদা চৎথোক-চৎশিল তৌরম্মী।"

## আগামীগী মীহুৎনা য়েংপদা থুম্বা

"সাহেবশিং অদুনা শিরবা মতুংদা মখোয়গী মখোঙদগী য়োৎহিলং-ফলাংশিং অদু কনানা লৌথোকপগে ঐ খঙদে। হাৎখিবা মীশিংগী মশাদগী য়োৎহিলং-ফলাং লৌথোকপা হায়বসি ঐগী ইথৌ নত্তে।"

১০ শুবা সাক্ষি **নগোলশেম্বা বন সিংহ**, অপোকপগী মিং ওনিদ্রো সিংহ, লৈফম খোংনাং কৈদেকপি মথক, চহি ৪৭ লোম শুবনা রাশক্কুনা হায়খি – 'ঐগী ইথৌদি মীহাৎপনি। মার্চ্চকী তাং ২৪ দা ঐ ঐহাকী ইখুন্দা লৈ। সুমিৎ অদুগী সুমিদাং পুং ৯ লোম

তাবা মতমদা নিপা অনিখক্লা ঐবু কৌবা লাক্লম্মী। মশক উরবদি ঐ মখোয়বু খঙখিনি। মখোয় শঙলিংবশিংনি, অমনা ওক্রম্বা কৌই অদুগা অমনা লৈশাংথেম্বা কৌই। মখোয়না ঐঙোন্দা তৌগদবা থবক লৈরে, নহাকপু কৌরু হায়দুনা ঐখোয় লাক্লিবনি হায়রম্মী। ঐখোয় অহুম লাম্মী য়াইরেক শঙ তাম্মা লাক্লম্মী। মসিগী মতুং পুং ১ রোম লৈরগা য়েংখোইবা লালুপচিংবনা শঙ অসিদা লাক্লগা ঐবু কৌরকখি অদুগা ঐবু খুৎলাই পরকউ, মহাক্না লোয়ননা চৎসি হায়রম্মী। ঐনা থাঙশাং অদু পুরম্মী অমসুং নোংথোনবা সম্বালগা য়েংখোইবগা লোয়ননা মপাল থোক্লকই। থাঙশাং অদুগী মমিং ভেন্দোং থাঙ কৌই। অদুদগী ঐখোয় অহুম দরবার শঙ তাম্মা চৎলম্মী, অদুদগী মন্ত্রিশিং অদুনা হংলম্মী, 'মকম অদুদা মী কয়া য়াম্মা লৈ?' সম্বালনা হায়রম্মী, 'অমতনি।' অদুদগী মন্ত্রিশিংনা হায়রম্মী 'অমতনা য়ারোই।' অদুদগী সম্বাল অদু মী খরা অমুক থিবা চৎখি। সম্বালনা চৎখিবা মতম অদুদা ঐখোয়দি মকম অদুদা অদুম লেপ্তুনা লৈহৌই। সম্বাল অদু মতম কুইনা চৎখি। মহাক্না হন্লক্লিঙৈদা সাহেবশিং অদু মপান্দা পুথোরক্লে। শন্ত্রিশিং অদুনা মতম য়াম্মা থীনমনপ্রে হায়রম্মী। শন্ত্রিশিং অদুগা ঐগা অমসুং সাহেবশিংদুগা লোয়ননা শাগী মমাং তাম্মা চৎলম্মী। ঐ উসবা মশক খঙদে। শা অনি অদুগী মনাক্তা মী য়াম্মা তিল্লম্মী। মখোয় লাউ-খোংবা তৌরমদে। বাংলাদগী সাহেবশিং অদুবু পুথোরক্লগা মখোয়শিং অদুবু ঐঙোন্দা অমমম শিন্নরম্মী। মকম অদুদা তিল্লম্লিবা মীশিং অদু মৈতৈ ঙাক্তনি। সাহেব মরিগা বেংগুন খোংবা নিপা অমা হাৎননবা ঐঙোন্দা শিন্নরম্মী। ঐনা মখোয়গী মকোকশিং অদু ককথৎলম্মী। মখোয়গী মখোঙ অদুদি য়োৎহিলং-ফলাং চল্লম্মী অদুগা মখুৎতি পুল্লমদে। সাহেবশিং অদু মমায় নোংচুপ ওল্লম্মী। ঐনা মখোয়গী ওইরোমদা মায় অৱাং ওন্না লেপ্লম্মী। হাৎপা লোইরগা মাইবা অনিনা মকোকশিং অদু কুমতিন্নবা য়া ঙাংনবা ভারম্মী।

মকোকশিং অদু ফুমজিনবা ঐহাক উরম্মী, ঐহাক মাইবশিং অদুগী মশক্তি খঙদ্রে। ঐ ইশামক্না মকোকশিং অদু লৈপাক্তগী লৌখৎলম্মী অমসুং লৈম্মুংদা থাদরম্মী। মশাশিং অদু খুদক অদুমক্তদা মী ১০ না পুথোকখি অদুগা নাগাগী খুন্দা ফুমজিনখি। মতম অদুদা নোংমৈ কাপ্ন-খোৎনবা লৈতে। হাৎপা মতম অদুদসু নোংমৈ কাপ্ন-খোৎনবা লৈতে, রেসিডেন্সিদি মৈ চাক্লম্মী। য়োৎহিলং-ফলাংশিং অদু লৌ-থোক্লবগী দমক মখোয় পুন্নমকী মখোঙ অদু ককথৎলম্মী। দরবার শঙগী মনাক্তা শিখিবা সাহেবতুগী মখোঙদি ককখিদে, মকোক্তি ককখি। সাহেব অমদি তুপি উপ্লম্মী, অতৈদি উপ্লমদে। হাৎলবা মতুংদা ঐহাক থাঙশাং অদু সর্দার অমদা শিন্নরম্মী অদুগা ইরুজথোক্লগা ঐগী লোয়শঙ তান্না চৎলম্মী, হাৎলুবা অদুগী দমক ঐহাক মনা ফংখিবা লৈতে। থবক অসি তৌননবগী দমক ঐ অসি অরৈবা মীনাইনি। ঐহাক মহারাজগী অরৈবা মীনাইনি।"

## বন্দিগী মীচুৎনা য়েৎপদা খুম্না

"মহারাজ নত্তনা কনাগুম্বা মীওই অমতনা শঙলিংবা থন্নদে। ঐনা তাবদি যুবরাজ ( বন্দি ) গী হুকুম্না হাৎখিবনি। যুবরাজনা হুকুম পীরে অমসুং মহাক্না ঐবু কৌরু হায়দুনা মহাকপু থারকপনি হায়না য়েংখোইবনা ঐঙোন্দা হায়রম্মী। হাৎপা মতম অদুদদি ঐ যুবরাজবু উখিবা লৈতে। য়েংখোইবা তোপ গারোৎকী মীনি। তোপ গারোৎ হায়রিবসি যুবরাজ অমসুং মন্ত্রিশিংগী বিচার লোয়-শঙনি। ঐনা য়েংখোইববু হায়দগী মশক খঙই। য়েংখোইবা মহারাজগী মীনি। নিংথৌমচাশিংগী অসিগুম্বা মীওই লৈবরা হায়বদু ঐ খঙদে।'

## টেকেন্দ্রজিৎনা হাবু জানকীনাথ বসাক অমসুং বামাচরণ মুখর্জীবু মুক্তিয়ার ওইনা লেপ্লমবা হায়জবা

"মহামান্যবর শ্রীল শ্রীযুক্ত জন্তের্ণ সাহেব বাহাদুর প্রবল প্রতাপেষু

দরখাস্ত :— শ্রীটেকেন্দ্রজিৎ বীর সিংহ যুবরাজ মণিপুর সাহেবতা

হাইজৈ ঐগী মোকদ্দমাসি মণিপুর অসিদা উকিল লৈতে মরম অদুনা অমসুং মোকদ্দমাকি সুত্তাল তৌবাবা ওমদে লৈবাক অসিদা লাইরিক হৈবা মি শ্রীজানকি বাবু ১মসুং শ্রীবামাচরণ বাবু অনি অসিপু ঐগী মোকদ্দমা আসিতা সুত্তাল জবাব তৌনাপা বাবু আনিপু মুক্তিয়ার ওইহনলনিংডিং মাসিপু য়াবিকদি হাইনা নিংজৈ। ইতি সন ১৮৯১ ইং ৩ জুন।”

আসামীগী পক্ষদা জানকীনাথ বসাকনা লেপ্পা য়ারে। অতোপ্পা নিপা অসিমদি সাক্ষিনি অমসুং মহাকপু কোর্টনা অমুক দরকার ওইরকখিগনি।

১১ শুবা সাক্ষি **হিদা চাওবী মচাহল,** অপোকপগী মিং গঙ্গা সিংহ চহি ৩১ শুবনা রাশকুনা হায়খি—

“মার্চ্চকী তাং ২৪ দা নোংমৈ কাপ্পবা মতম অদুদা ঐহাক তোপ গারোৎতা লৈরম্মী। মুমিদাং পুং ৮ লোম তাবদা সাহেবশিংনা দরবার লাকপা মতমদা ঐদি তোপ গারোৎতা লৈরম্মী অমসুং যুবরাজগা অঙোমনিংথৌগা অনি দরবার তান্না চৎলম্মী। ঐদি দরবার অদুদদি চৎলুদে, তৌইশুম্মসুং মিনিট ২৫ রোমগী মতুংদা যুবরাজনা তোপ গারোৎতা হল্লকপা উরম্মী। দরবার অদু হেক লোইবগা অমসুং যুবরাজনা হেক হল্লকপগা লপ্তীদা য়াম্না নিন-খোংবা তারম্মী। দরবার লোইরগা মিনিট ১৫ রোম লৈরগা অঙোমনিংথৌ তোপ গারোৎতা লাক্লম্মী অমসুং সাহেবশিংনা লৈরিবা দরবার শঙ অদুদা মী ৮ শক্তি থম্মু হায়না ঐখোয়দা হায়রম্মী। ঐখোয়না তোপ গারোৎতগী মপাল খোরকপা মতমদা ঐনা যুবরাজবু উখি। ঐখোয়না দরবার শঙদা চৎলুবদা শক্তি মরি মতুংদা চংখি। ঐহাক, নেপ্পা, লাইশ্রবা অমসুং খোমত্রা মপান্দা লৈরম্মী। ঐহাক্না সাহেব

তৌইগুম্বসুং লাউ-থোংবা অমতা তারমদে, মী থরনি চিবোন-চিবোন ঙাংনরম্মী।

## বন্দিগী মীহুৎনা হেৎপগী খুন্না

"ঐনা শন্ত্রি পুরিদৈঙদা যুবরাজগা অঙোম নিংথৌগা তোপ গারোংতা লৈরম্মী। ঐ থঙ্গাল জেনরেলবুদি উখিদে। ঐনা মী হাৎপদুদগী হল্লকপদা যুবরাজবু উখি অদুগা থঙ্গাল জেনরেলনা রা ঙাংবদু তাখি। খোমদ্রানা বন্দিশিং অদু হাৎপা তারে, থঙ্গাল জেনরেলগী হুকুম্নি হায়না মহাক্না হৈঙোন্দা হায়রম্মী। তোপ গারোংতা হল্লগা ঐদি ঐগী লোয়শঙদা তুমলে অদুগা নোংঙাল্লগা যুবরাজ অমসুং অঙোম নিংথৌগা উনদ্রিবা কাওবা মসিদগী হেন্না ঐ কন্নিমতা থঙদে। ঐনা বন্দিশিংদু শঙলিংবদা শিন্নবা মতমদুদা নোংমৈ কাপ্পবা অমুক হৌরকই অমসুং হাৎলিদৈঙদগী নোংঙানবা কাওবা নোংমৈ লেপ্পনা কাপ্পম্মী। রেসিডেন্সি মৈ থাগ্রে হায়বদু ঐ খঙই, তায় অদুগা লুট তৌখিবগী রাদি ঐ খঙদে। অদুগা কনাগী হুকুম্না বাংলাদু মৈ থাখিবনো হায়বসু ঐ খঙদে।"

জবান অসি পাথোক্লে অমসুং চুম্মি হায়না য়ারে।

---

১২ শুবা সাক্ষী [illegible] সত্রা, অপোকপগী মি. কালা সিংহ, লৈফম [illegible], চহি [illegible] রোম শুবনা রাশকুনা হায়খি—

"মার্চ্চকী তাং ২৪ দা ঐ হুমিৎচুপ্পা য়াইরেকপঙদা লৈরম্মী। য়াইরেকশঙ হায়রিবসি কোম্রুং মতুংদা লৈ। ঐ [illegible] সর্দার [illegible]নি। অমুক অঙনরদা যুবরাজগী ইংথোন্দগী নোংমৈ [illegible] [illegible]। বৃটিশ সিপাইশিংনা [illegible]গী [illegible] নোংমৈ কাপ্পকখি;

নোংমৈ কাপ্পবসি মুশিদাংবাই কাওবা অতুম কাপ্পরম্মী। নোংমৈ কাপ্পবদু লেপপ্রবদা সাহেবশিং অদু দরবার তৌবা লাকই হায়বা পাউ তাখি।

অসিগী মতুংদা নোংয়াই মতুং পুং ৩ লোম তাবা মতমদা য়েংখোইবা লাকখি অদুগা শঙলিংবশিংদু পুরকউ হায়রম্মী। ঐনা মসি তাবগা শঙলিংবা অমগা য়েংখোইবগা চৎখি। শঙলিংবদুদী মমিংদি ঐ খঙদ্রে, মহাক শগোলশেম্বনি। ঐখোয় দরবার শঙ তাঙ্গা চৎলি। মফম অদুদা খোমদ্রা, ওইনা, হিদা অমসুং উসবনা হংলম্মী — 'মী কয়া য়াম্না লোয়নরকপগে?' ঐনা হায়খি — 'মী অমখক্তনি।' অদুদগী মখোয় অদুনা হায়খি 'অমনা কোম্নরোই, মী খরগা পুরকখো।' অদুদগী ঐনা শঙলিংবা খর অমুক থিবা চৎলম্মী। ঐহাক ঐগী লোয়শঙ তাঙ্গা চৎলে অদুবু শঙলিংবা অমতা থিবা খঙখিদে। ঐনা হল্লকপা মতমদদি সাহেবশিং অদু হাৎখিরমলে। ঐনা শগোলশেম্ববু শা মনাক্তা উখি অদুগা সাহেবশিংগী অশিবা মশা অদুসু উখি। অদুদগী ঐদি ঐগী লোয়শঙদা হল্লে। সাহেবশিংগী অশিবা মশাশিং অদু করি করম তৌগ্রবগে হায়বদু ঐ ইখঙ-খঙখিদ্রে, ইউ-উখিদ্রে।

ঐ য়েংখোইববু মশক খঙই, ঐবু কৌবা লাকপসি মহাক মথন্তনি।"

## বন্দিগী মীহুৎনা য়েৎপদা থুম্বা

"সাহেবশিং অদু কনাগী হুকুম্না হাৎখিবনো হায়বা ঐ খঙদে। ঐ য়েংখোইবশা বারী শাখিবা নৈতে। য়েংখোইবনা ঐবু কৌবা লাকপা মতমদা নোংমৈ কাপ্লম্মী। ঐনা হল্লক্লগ সাহেবশিংগী অশিবা মশাশিং অদু উবা মতমদুদসু নোংমৈ কাপ্লম্মী। কনাগী হুকুম্না পুন্নমক অসি থোকহল্লিবনো হায়না লাম্মীদা (শঙলিংবদা) হংলম্মী অদুদা মানা হায়রকমি মচুমি থোপ গারোৎকী লালুপচিংবনা অমমমতা পুথোক্লকুনা ঐতোন্দা শিন্নরম্বনি। কনাগী হুকুম্না সাহেবশিং অদু হাৎখিবনো

হায়বসি ঐনা য়েংথোইবদা হংখি অদুগা মহাক্না থঙালগী হুকুম হাংখি বনি হায়রম্মী।"

## অযুক হয়া চাং য়েংবা

"মী হাৎপগী হুকুম অসি থঙাল জেনেরেলনা হেক হেক পি। চন্দ্রকীর্তিগী হাকথক্তা মহাকী হুকুম মতুংইন্না মী য়াম্না হাৎখি।"

পুং ৫ তাবদা কোর্ট য়েথোক্লে।

## ১৮৯১ ইং জুন তাং ৪ অয়ুকী পুং ৯ তাবদা কোর্ট অযুক হয়া ক্রমখি।

১৩ শুবা সাক্ষী খেলেন্দ্র সিংহ, অপোকপগী মিং ললিত সিংহ, সুবেদার চহি ৪৮ মণিপুরীনা বাশক্তুনা হায়খি—

"ঐহাক সুরমা ভ্যালি মিলিটরী পুলিসকী সুবেদারনি। শা লৈরিবক্তুদগী গেট য়ৌবসি গজ ৩৮ নি। গেটতগী দরবার শঙগী সিড়ি য়ৌবা অসি গজ ৪৭ নি। লম্বী ময়ায়দগী সিড়ি মথাকাওবসি গজ ৫ নি। দরবারগী মকম অদুদগী তোপ গারোৎকী গেট কাওবসি গজ ৪০ নি। গেট অসিদগী তোপখানাগী থোঙ কাওবসি গজ ২৮ নি। দরবার শঙগী থোঙ অদু নমথেক্তুনা হাংখিবগী খুদম লৈ। তোপ গারোৎকী গেটকা শা মখোঙগী গেটকা অনিগী মরকী লম্বী অদু ইহাঙ হাঙই। কোর্টতা লৈরিবা নম্না অসি অচুম্বনি। বন্দি অদু তম্পাক্তা লোত্তুনা লৈ হায়বা ঐহাক তাখি। ঐগা মহাকা নম্নরম্মী অমসুং মহাকপু ঐনা কারকখি।"

## য়েক্তুনা হংবদা খুবা

"বন্দি অদুগা ঐগা নম্নরম্মী অমসুং মহাক্না ঐগী থৌনাউ য়েৎলম্মী। মহাক মমাতোনগা অমসুং মমাতোনবু-পোকপা "বয়ুথৌগা লৈমিন্নরম্মী। ঐনি সিংহাই অমখক্তা তোয়নরম্মী।"

১৪ শুবা সাক্ষী অবুংজাউ য়েংখোইবা অপোকপগী মিং বীর সিংহ, মণিপুরী, লৈকম ওইনাম থিংঙেল, চহি ৫০ রোম শুবনা রাশক্নুনা হায়খি—

"ঐহাক তোপ গারোংকী লালুপচিংবা অমনি। মার্চকী তা' ২৪ গী অয়ুক্তা ঐ তোপ গারোংতা লৈরম্মী। মুমিং অদুগী অঙনবদা যুবরাজগী ইংখোললোমদগী নোংমৈ কাপ্লম্মী। নোংমৈ অদু মুমিদাংরাইরম-ফাওবা কাপ্লম্মী মুমিদাং পুং ৯ লোম তাবা মতমদা সাহেবশিং দরবার তৌবা লাকই হায়বা ঐ তাখি। ঐহাক তোপ গারোং মনুংদা কা অমদা লৈরম্মী অমসুং সর্দারশিং দরবারদা চংখিবরা হায়বদুদি ঐ খঙদে। যুবরাজদি দরবার য়াওবা চংখি হায়না ঐহাক তারম্মী। দরবার তৌবা মতুং পুং অমরোম লৈরগা অঙোম নিংথৌ তোপ গারোংতা লাক্নম্মী অদুগা দরবার শঙদা লৈরিবা সাহেবশিং অদু শংননবা শন্ত্রি থম্মু হায়না লালুপচিংবদা হুকুম তৌরম্মী, মদুদা থাবা শন্ত্রিশিং অদুদি উসবা, ওইনা, খোমদ্রা, ঐ ইশামক লালুপচিংবশিং অসিনি। মখোয় অসি নত্তবা অতৈদি হিদা, নেপ্রা, লাইশ্রবা, ময়েংবা অসিনি; মখোয়শিং অসি মচাইহল ঙাক্তনি। অতৈ অতৈশিংনা চংনগ্রবা মতুং ঙাইহাক লৈরগা ঐনা খ্বাইগী তু' ৷ চংলম্মী। শন্ত্রিশিং অদু য়েংলম্লগা বাংলাদগী ঐ হল্লকখি। ঐনা হনখিবদা থঙ্গাল জেনরেলনা হায়রম্মী—'অসিগী মমাংদা যুবরাজনা সাহেবশিং অদু লাম্মীদা শিম্নখ্রো হায়খ্রবনি, অদুগা ওবদা নংনা করিগী হৌজিক ফাওব শিমদ্রিবনো?' অদুদগী ঐহাক বাংলাদা হল্লে অদুগা লালুপচিংবশিংদা হুকুম অদু হায়রমলে। মতম অদুদা শঙলিবা অদু বাংলাদা লৈরম্মী। ঐনা মাবু চংলগা কৌরু-লাকউবদি তৌদে। সপ্তালস্থ মফম অদুদা লৈরম্মী ঐ মাবু মুম্না খঙই। মহাক্না করি তৌগদগে হায়বদু ঐনা মঙোন্দা হায়খি।

ঐনা শন্ত্রিশিংদু থম্বা চংলুবা অদুগা তোপ গারোংতা হল্লকপা

মরক অসিদা উসবদি তোপ গারোৎতা হনখ্রে। ঐহাক দরবার শঙদা পুং অময়োম খরা হেন্না লৈরম্মী। মতম অদুদা উসবসি অহানবগী হুকুম অদু শোয়দনা ফংলম্লগনি। সাহেবশিংগী মখোঙদা য়োৎহ্লিং ফলাং চনবরা অমদি মখুৎ পুনবরা হায়বদু ঐ উখি-লাকখিবা লৈতে। দরবার শঙ অদুদা সাহেব মরি লৈরম্মী। মঃ গ্রিমউডকী মশা অদু সিড়ি মখাদা থোঙগা নকুনা তাদুনা লৈরম্মী। বেংগুন খোংবা নিপা অমা সাহেবশিং অদুগা লোয়ননা লৈমিন্নরম্মী হায়বা ঐ তারম্মী। ঐনা তোপ গারোৎতগী দরবার শঙদা হল্লকপা মতমদা থাংজবনা সিড়ি কাখৎখিবা উখি। মহাক্না চৎলিবসি সাহেবশিং অদুবু য়োৎহ্লিং-ফলাং চনবা চৎলিবনি। চনবমক্তি ঐদি উহৌদ্রে। মসিগী মতুংদা শঙ মমুংদা লৈহৌবা শন্ত্রিশিং অদুনা সাহেবশিং অদু মপান্দা পুখোকখি অদুগা মখোয়বু মপান্দা লৈবা শন্ত্রিশিং অদুনা শা মনাক্তী গেট অদু তাম্না পুখি। ঐমক্তি চৎলুদে। ঐদি দরবার-শঙগী সিড়িগী মপাল্লোমদা অদুম লৈহৌরে। শন্ত্রিশিং অদু শা মনাক্তী গেট অদুদগী হল্লকখি ঐহাক বন্দিবু মশক মুম্না খঙই। মহাক যুবরাজনি। ঐনা দরবার শঙদগী তোপ গারোৎতা হল্লকপা মতমদা জেনরেলনা হুকুম পিবনি, ঐনা মফম অদুদা যুবরাজবুস্থ উরম্মী।

অঙোম নিংথৌনা শন্ত্রি কৌরুচো হায়না হুকুম পিবা মতমদুদা যুবরাজদি তোপ গারোৎতা লৈরমদে।

জেনরেলনা ঐঙোন্দা হুকুম অদু পিবা মতমদা যুবরাজ অমসুং থঙ্গাল জেনরেল তোপ গারোৎতা কা অমতদা লৈমিন্নরম্মী। থঙ্গালনা হুকুম অদু পিবা মতমদুদা যুবরাজনি চেপথ্রবাগ্রে হায়না নিংই। ঐনা লাম্না কৌরুদে হায়বসি শোয়দ্রবনি। পাউ পুদুনা কৌথোক-কৌশিল তৌবা হায়বসি লালুপচিংবশি গী মথৌ নক্তে।"

## বন্দিগী মীৎভুৎমা য়েৎপদা থুম্বা

"ঐ লালুপচিংবা অমনি অমসুং শন্ত্রিবু থয়মলবদি দরবার শঙ

থাদোক্লনা চৎকে চৎলোই হায়বসি এগীদি ইনিংনি।

সাহেবশিং অদু লাম্মীদা শিন্নরম্নগা ঐ তোপ গারোৎতা হল্লকখি অদুগা তুম্লম্মী। ঐনা মকম অদুদা যুবরাজবু উখিবা লৈতে, তৌইগুম্বসুং থঙ্গাল জেনরেলবুদি উখি। যাত্রা সিংহনা দরবারদগী থোক্লকপা অমসুং তোপ গারোৎ লোমদা চৎখিবা ঐ উরম্মী। ঐহাক্লা যাত্রা সিংহদা করিগুম্বা রা অমতা হায়রুবা লৈতে। মহাক মথন্তনি। মতম অদুদা ঐনা উসববু উখিবা লৈতে। মহাক্তি তোপ গারোৎতা লৈরম্বা তাই। সাহেবশিং অদু শঙলিংবদা শিন্নবা মতম অদু কাওবা নোংমৈ কাপ্লম্মী।

ট্রেজরি অমসুং রেসিডেন্সি লুট তৌখিবা ঐ করিমতা খঙদে। মসিগী হুকুমদু কনানা পিখিবনো হায়বা ঐ খঙদে।"

১৮৯১ ইংগী জুনগী তাং ১ দা ফমখিবা কোর্ট অদুদা প্রোসিক্যুসনগী ১বা অমসুং ২বা সাক্ষীশিংগী জবান কোর্টকী প্রেসিডেণ্ট লেফটেনেণ্ট কর্ণেল সেণ্ট যোহন এফ মিচেলনা লৌখি মুমিৎ অদুদা ৩বা সাক্ষীগী জবানদি অফিসিয়েটিং ডিপুটি কমিশনার এ, ডব্লিউ, ডেভিসনা লৌখি। তাং ২ দা ফমখিবা অদুদনা ৪বা সাক্ষীগী জবান যোহন মিচেলনা, ৫বা সাক্ষীগী জবান এ, ডব্লিউ ডেভিসনা, ৬বা সাক্ষীগী জবান যোহন মিচেলনা লৌখি। ৭বা, ৮বা, ৯বা অমসুং ১০বা, সাক্ষীগী জবান এ, ডব্লিউ, ডেভিস অমসুং যোহন মিচেলনা লৌখি। ১১বা অমসুং ১২বা সাক্ষীগী জবান যোহন মিচেলনা লৌখি। ১৩বা সাক্ষীগী জবান এ, ডব্লিউ ডেভিসনা লৌখি। ৪বা সাক্ষীগী জবান এ, ডব্লিউ ডেভিস অমসুং যোহন মিচেল পুম্না জুনগী তাং ৪ দা লৌখি

———

## শীরিবা মরাল

কোর্টনা টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ ওফে´ যুবরাজ ওফে´ মণিপুরগী সেনাপতিদা মরাল শীরি—

"১৸।—১৮৯১ ইংগী মার্চ্চকী তাং ২৪ নম্রগা অতুরাইদা মণিপুরদা মহারাণীগী মায়োক্তা লাল হৌখি অমসুং মতুনা মরম ওইতুনা শিবা নম্রগা পুন্সি চুপ্পা দ্বীপান্তর তৌবা য়াবা অতুগুম্বা মরাল অমা লওজরে।

২বা ১৮৯১ ইংগী মার্চ্চকী তাং ২৪ নম্রগা অতুরাইদা মণিপুরদা নহাক্না আসামগী চিফ কমিশনার মিঃ কুইণ্টন, ৪২ শুবা গুর্খা রাইফলস্‌কী কর্ণেল স্কীন, ৪৩ শুবা গুর্খা রাইফলস্‌কী লেফটেনেণ্ট সিম্পসন অমসুং আসামগী চিফ কমিশনারগী এসিষ্টাণ্ট কমিশনার মিঃ কসিন্সপু হাৎপদা থৌদোংখি অমসুং মতুনা মরম ওইতুনা কোর্ট অসিনা লৌখৎপা য়াবা শিবা নম্রগা পুন্সি চুপ্পা দ্বীপান্তর তৌবা য়াবগী মরাল লওজরে অমসুং কোর্ট অসিনা টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ ওফে´ যুবরাজ ওফে´ মণিপুরগী সেনাপতিবু শীরিবা মরাল অসিদা বিচার তৌগনি।"

শীরিবা মরাল অসি পাথোক্লম্মী অতুগা আসামীদা শন্দোক্লা তাক্লম্মী অমসুং মহাকপু মশা কঞো হায়রম্মী।

বাহং—পাথোক্তুনা তাহল্লিবা শীরিবা মরালশিং অসিদা নহাকী নরাল লৈবরা নম্রগা লৈতবরা?

পাউখুম—ঐগী ইরাল লৈতে।

বন্দিনা মহাকী অইবা জবান পিখৎপা ওম্ননবা জুনগী তাং ৪ গী কোর্ট ফম্বা য়েথোক্লে।

১৫ শুবা সাক্ষী ৪২ শুবা গুর্খা রাইফলস্‌কী **ক্যাপ্তেন জি. এইচ. বুটচর** না রাশক্তুনা হায়খি—

"মার্চ্চকী তাং ২২ দা ঐহাক আসামগী চিফ কমিশনারগা লোয়ননা মণিপুরদা লাকই। মার্চ্চকী তাং ২৩ গী অহিংদা নোংঙাল্লকপদা যুবরাজবু ফাও হায়বা হুকুম ফংখি। ঐহাক কোম্নুংগী নোংচুপথংবা

সনথোঙদগী গজ ২০০ (চনি) রোম চংশিনবা তাখি। লৈপল অদুসু লাম্থোকপা তাখি অদুগা ময়ুম তান্না চংশিন্দুনা মহাকপু ফারুবা তাখি। মণিপুরীশিংনা নোংমৈ কাপ্লক্রুবদি ঐসু নোংমৈ কাপ্লোই-দৌবনি হায়বা হুকুম ফংলম্মী। ঐহাক রেসিডেন্সিগী তাইনবা পোলোগ্রাউণ্ডা লৈবা কেম্প অদু অয়ুক পুং ৫ তাবদা থাদোক্লম্মী অমসুং পুং ৬ তাবদা যুবরাজগী য়ুমদা য়ৌরম্মী। মনুংগী খাজিল্লিবদুগী অরাং নোংচুপ থংবা শরুক্তগী মায়োক্লবদা ঐখোয়না হেক য়ৌবগা পুং ৫ মিঃ ১৫ রোম তাবদা ঐখোয়দা নোংমৈ কাপ্লকই, অদুদগী যুবরাজগী মায়কৈদগীসু নোংমৈ কাপ্লকপা হৌরকই। যুবরাজগী মায়কৈরোমদগী ঐখোয়দা নোংমৈ কাপ্লক্লবা অদুদদি ঐখোয়সু নোংমৈ হন্না কাপলম্মী। লাল খরা শোক্লরবা মতুংদা ঐখোয়না যুবরাজগী ইংখোল অদু লৌ-শিল্লম্মী, অদুবু যুবরাজদি লৈরমদ্রে; মসিগী মমাংদদি নোংমৈ কাপ্লমদে। মনুংলোমদগী মণিপুরীশিংনা ঐখোয়দা নোংমৈ কাপ্লকখি। অতৈ কনাগুম্বনা অতোপ্পা মফম অমদা অতোপ্পা কাঙবু অমগা নোংমৈ কাপ্নরম্লবসু ঐহাক তারমগদবনি। ঐগী কাঙবুদা মী নিপাল শোক্লম্মী। যুবরাজগী ইংখোলদা ঐখোয়না হাৎপা মী কয়ামরুম উরম্মী। নুমিৎ অদুদা ইংখোল মনুং অদুদা নুপী অঙাং অমত্তা ঐহাক উখিদে। মখোয়বু হাৎলম্বা খোক্লবদি ঐনা নুপী অঙাং খরদি উরমগদবনি অমদি মীশিংদগী মসিগী মরম তারমগদবনি। কোনুং মনুংদগী নোংমৈ অচৌবা ঐখোয় তন্না কাপ্লকখি অমসুং যুবরাজগী মন্দির অদুদা পাল্লম্মী। মণিপুরীশিংনসু মন্দিরগী শরুক খরা চিংথরম্মী। ঐখোয় ইশা কঞ্চনবগী তৌবা হৌনবা তৌবা নত্তনা ঐখোয়গী কাঙবুনা মন্দির অদু মাংননবা করিমত্তা তৌখিবা লৈতে।"

## বন্দিগী মীহুৎনা হৎবদা খুম্বা

"যুবরাজদি চিফ কমিশনর উনবা কোইরেঙ্গৈগী থোং তান্নমা চৎলুদে। কোর্টকী মমাংদা বন্দি ওইরিবা যুবরাজ অসি ঐহাক মশক

খণ্ডই। থঙ্গাল জেনরেলদি চিফ কমিশনারগা মাও থানাদা উনখি। তাং ২৪ দা চিফ কমিশনারনা তুমু নক্রগা কোহিমাদা চৎপদুগী মরম ঐ করিমতা খঙবা লৈতে। মার্চকী তাং ২৩ গী অহিংদা কোন্মুং ময়াদু শংবা শক্তি লৈরমদে; মসিগী মরম অসি ঐহাক ইতা তারমদে। মহারাজনা চিফ কমিশনারদা চিঠি ইখি হায়বসি ঐহাক খঙদে, তৌইগুম্বমুং ইদি ইরমগদোমাল্লে হায়না থাজে। তাং ২৩ দা মিঃ গ্রিমউড অমসুং লেফটেনেণ্ট সিম্পসন কনাগুম্বা অমগা উনবা চৎখি হায়বসি ঐসু খঙই। যুবরাজ নাদুনা লৈরে হায়বা ঐ তারম্মী। পুং ৮.৩০ মিঃ রোম তাবা মতমদা চিফ কমিশনার অমসুং মহাকী কাঙবু দরবার তৌবা চৎখি। অদুগা রেসিডেন্সি অদু পুং ২ তাবা মতমদা থাদোকখিরম্মী। ঐখোয়না থাদোক্লম্বগা রেসিডেন্সি অদু মৈ থাখি অমসুং লুট তৌখি হায়না থাজে।

মুমিৎ অদুদা যুবরাজনা লাল শোরবা য়াওই হায়বা ঐহাক উখিদে।"

১৫ শুবা সাক্ষীগী জবান অসি জুনগী তাং ৫ দা যোহন মিচেলনা লৌখিবনি।

বন্দিনা অইবা জবান পিথৎকদবা অদু লোইদবনা মহায়া হায়জবদগী অয়ুক পুং ৯ তাবদা কোর্ট অমুক হয়া কমখি।

---

## মরাল হেন্না শীবা

কোর্টনা টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ থকে´ যুবরাজ থকে´ মণিপুরগী সেনাপতিদা হেন্জৎনা মরাল শীরি—

"ওইশুবা—১৮৯১ ইংগী মার্চকী তাং ২৪ নক্রগা অদুরাইদা আসামগী চিফ কমিশনার মিঃ কুইন্টন, ৪২ শুবা গুর্খা রাইফলস্কী

কর্ণেল স্কীন, ৪৩ শুবা গুর্খা রাইফলস্‌কী লেফটেনেণ্ট সিম্পসন, আসামগী চিফ কমিশনারগী এসিষ্ট্যাণ্ট সেক্রেটরী মিঃ কসিন্স হাংখি অমসুং মহুনা মরম ওইদুনা কোর্ট অসিনা লৌখৎপা য়াবা শিবা নত্রগা পুন্সি চুপ্পা দ্বীপান্তর তৌবগী মরাল লওজরে অমসুং টৈকেন্দ্রজিৎ সিংহ ওকের্ যুবরাজ ওকের্ মণিপুরগী সেনাপতিবু মথক্কী মরাল অসিগী বিচার তৌরগনি।

শীরিবা মরাল অসি পাথোক্লে অমসুং আসামীদা শন্দোক্লা তাক্লে অমসুং মহাকপু মশা কক্লৌ হায়রি।

রাহং—পাথোক্কনা তাংল্লিবা শীরিবা মরাল অসিদা নহাক্কী নরাল লৈবরা নত্রগা লৈতবরা

পাউখুম—ঐগী ইরাল লৈতে অমসুং ঐনা ইশা কক্কনবগী দমক ঐগী অইবা জবান দাখিল তৌজরি।"

জবান অসি কোর্টতা পাথোক্লম্মী অমসুং দাখিল তৌখি।

---

## অইবা জবান

মণিপুরদা কপ্পা স্পেসিয়েল কমিশনগী কোর্টতা

ভারতকী মহারাণীগী মায়োক্তা টৈকেন্দ্রজিৎ বীরসিংহ, মণিপুরগী যুবরাজ।

### শীরিবা মরাল

১বা ভারতকী মহারাণীগী মাইয়োক্তা লালহৌবা।

২বা—বৃটিশ অফিসার ৪ হাৎপদা .থী দাংবা।

৩বা—মী হাৎপা।

বিবাদিগী মথক্তা ভুকচ্চনিংঙাই ওইরবা মরালগী দমক্তা খ্বাইদগী শাথিবা মরাল অহুম শীরিবা অসি ঙাকথোক্লবগী দমক কোর্টতা উৎললবা বিবাদিগী শাংলবা রারী অমা লৈ, মরম অদুনা

কোর্টনা চানবিরনা মংঙান্দা৷ খব লাইরপা৷ থোক্লবা তৌবিম্নু অমস্তুং মীনা পংঙাং ঙাংবদগী হায়না  সুবা ভাব লৌবিগনু ৷

অহানবদা বিবাদিন, হ' ক্রিবি মতুদি আসামগী চিফ কমিশনর মিঃ কুইন্টন, ৪২ শুবা গুর্খা লাইট ইনফেন্ট্রিগী কমাণ্ডেণ্ট কর্ণেল স্কীন, আসামগী চিফ কমিশনরগী পার্সনেল এসিষ্টাণ্ট মিঃ কসিন্স অমস্তুং ৪৩ শুবা গুর্খা লাইট ইনফেন্ট্রিগী লেফটেনেণ্ট সিম্পসন হাৎপদা থৌদোংই হায়বা নশুবা মরাল অসিগী মরাল নৈ হায়বগী প্রমাণ লৈতে৷ অফিসার ৬ কী মনুংদা অহুম (মিঃ গ্রিমউড, লেফটেনেণ্ট সিম্পসন অমস্তুং লেফটেনেণ্ট ব্রকেনবরী) হৌখিবা মার্চকী তাং ২৪ দা হাৎখিবশিং অদু বিবাদিগী চান্নববা মরুপ ঙাক্তনি৷ পীনহৈরা মী অমনা মী হাৎপা হায়বসি পংঙম ঙমদে, অদুগীসু মথক্তা মশামক্কী মরুপপু হাৎপা হায়বসি ওইথোক্তবনি; মরম অমনি মীহাৎপ নত্রা৷ মী হাৎপদা থৌদোংই হায়না শীরিবা মথক্কী মবাল অসি চুমদবনি হায়না লৌই, মরমদি মহাক্কী মায়োক্তা মতুগী প্রমাণ অদু কান্নখিদ্রে৷ ভারতকী মহারাণীগী মথক্তা লালহৌই হায়না শীরিবা অহানবা মবাল অসিগী মরিদা বিবাদিনা মশা কঞ্জনবা খুৎলাই পায হায়বসিদি যাদ্রৈ, মরমদি মরম ইরৈ লৈতনা শিফাইশিংনা মহাকপূ ফাননবা ওৎ-নৈবা', নোংঙান্দ্রিদৈঙদা লৈপল লানশিল্লক্তনা চংশিল্লকপা, মাগী লাৎচরিবা বৃন্দাবনচন্দ্রগী মন্দির থুগাইবা অমস্তুং মাংথোকপা অদুগা নাই অসিগী অলঙ্কার পুন্নমক হূখিবা, মহাক্কী ইমুং-মনুংগী মীশিং হাৎপা, মুসলমানদসু সর্দারগী ইমুং মনুং পুন্নমক হাংখিবা, কনাগুম্বা অমনা হৌরুবা লৈতনা মাগী ময়ুম মৈ থাদোকপা অসিগী দমক্তা মশা কঞ্জনবা মহাক খুৎলাই পায়বা তাখি৷ বিবাদি মশামক লাইরিক-লাইশু হৈতবা নিংথৌমচা অমা ওইরবসু লুরবা ফিভম অমদা মশা কঞ্জনবা লৌখৎখিবা থবকশিং অদুনা মহারাণীগী মায়োক্তা য়েংথিনবা হৌবা অমস্তুং লালহৌবা অমনি হায়না লৌগনি হায়বা অসি খঙদে৷

হৌখিবা মার্চকী তাং ২৪ দা তেংথানিংঙাই ওইবা খুদোংথিবা থোকখিবা অদুগী অকুপ্পা মরোল হায়জগ্রিদ্রিনবদা বিবাদিনা হৌখিবা সেপ্টেম্বর তাং ২২ দা থে কখিবা থৌদোক, মদুনা মরম ওইদুনা মহাক্না পোকমিন্নদবা ময়াম্বুং সুরচন্দ্রনা রাজগদি থাদোকখিবা মদুগী থৌদোক অদু হায়জরি, মরমদি মদুগী সুংঙাইতবা থৌদোক অদুনা মমৈদা থোক্ল-কপা খুদোংথিবা অদুগী মরুনি।

কোর্টনা খঙবিরম্বা য়াই মদুদি পোকমিন্নদবা মচিন-মনাও হায়বসি অমগা অমগা কন্নকয়েংথিনৈ অমসুং মণিপূর রাজ পরিবারগী মচিন-মনাও নিপাল অসিগী মনুংদসু সুংশিনদবা হায়বদু অদুম মরৈরম্মী, মচিন-মনাও মরি অমনা মমা অমতনা পোকপনি অদুগা মচিন-মনাও মরি অমনা মমা তেংঙান তোঙানবনা পোকপনি। মহারাজগা থানা মখোয় মচিন-মনাও মরিগী মখুত্তা তশেংবা শক্তি লৈরম্মী অদুগা অতোপ্পা পোকমিন্নদবা মরি অসিনা চুম্নতগী মমিংতা ওইবা ক্ষম পায়রম্মী; মখোয়বু য়াম্না তুক্কচ্চনা কন্নক-মিহৌনা য়েংলম্মী, অদুনা মখোয় মশেল সুংশিনদনবগী মরম ব্রাৎলমদে। যুবরাজগী লুনা তৌজবা শগোল অমা মহারাজগী অহুমশুবা মনাও, লৈখিদ্রবা মপাবুং চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহগী মচানিপা নিপালগী চহিদা নহা অহল খায়কপদা মঙাশুবা পাকাসনা শগোল হঞ্জবগী মনাই অনিনা হুরম্মী। শগোল হুরানবগী দমক পাকা-সনাগী থোক্লী লিচৎ-চৎপা মনাই অনিবু রায়কপা তাখি।[২]

---

২ টৈকেন্দ্রজিৎ সিংহনা ১৮৯১ ইংগী মার্চকী তাং ১১ গী নোংমাই মকুং পুং ২ তাবা মতমদা মহাক্না পাকাসনাগী মনাই মাংহৈব বাপু চাঁদ ওবা লমদিংবা লৈবগা খাৎপা থুমহৈবগা অনিবু কাগৎতুনা থীনা কুখি, মরমদি মখোয় অনিনা সেনাপতিগী শগোল হুক্ববীদবক্কি। মখোয় অনিনা হায়বদি শগোল অসি পাকাসনবা পিবনি, সেনাপতিগী শগোল নত্তে। সেনাপতিনা নিপা অনি অদুবু কয়ামুক থিনা কুখি-সে হায়বদু পলিটিকেল এজেন্টকী হোস্পিটাল এসিষ্ট্যান্ট ললমন প্রসাদনা অসুম্না রিপোর্ট পিখি—

অমস্তুং মচুদগী হৌনা মহাক্না পাকাসনাগা অনিগী লৈনবা মরী অচু হুংঙাইনদবনা মরম ওইদুনা কৎলক্কে।

| মিং | চনি | শিনকন | অশোক-অনগী মওং | ডাক্তরগী বাহোন | মহোন লোয়কম |
|---|---|---|---|---|---|
| ১। বাবৈ বাপুচাদ | ২৬ | পাকাসনাগী মনাই | নীচৈ অদি লোঙবনা মকম অহুমদা থাগৌনা কুব', মেৎথংব ফিরাক অমস্তুং মৎ-ওই অনিগী ১কওনি শোকই। | থাগৌনা কুপ্পা শোকপা মকম অহুম:— ১বা—ফিরাক্কী মেৎথংবা শরুক ইঞ্চি ৫" শাংবা, ইঞ্চি ১" পাকপা চৈকম। ২বা—মেৎথংবা ফিডশিদা ইঞ্চি ৪" শাংবা, ইঞ্চি ৩" পাকপা চৈকম। ৩ব—ওইথংবা ফিডশিদা ইঞ্চি ৩½" শাংবা, ইঞ্চি ১½ শাংবা চৈকম। চৈনা কুপিবা মকমশিংগী তোংশিংদু হংদোক্লে। অশোকপা মিপা অসি মাংনা চোংথবা উংদ, | অশোকপা মিপা অসি শিরংগত্র নত্রপা কবকথিংত্রা হায়বা ঐ নিংথিনা হায়বা ওমদে। তে ৎ, ফিরাক্কী শরুক খরা ১মুং কিভনি অমি অমু থাগৌনা শোক্লে। |

লৈবাকী যুবরাজ হায়বসি মহারাজগী হেক মথংদা শক্তি লৈবনি অমসুং দেওয়ানি অদুগা ফৌজদারীগী বাথোক্তা অচুম্বা বিচার তৌনবগী মথৌদুদি মঙোন্দা শিন্নরম্মী। হান্নগী যুবরাজ ওইরম্বা কুলচন্দ্রধ্বজ

| মিং | চহি | নিনকম | অথোক-অপনগী মওং | ডাকুগী বাহোল | মহোল লোনকম |
|---|---|---|---|---|---|
| | | | | অদুগা মিহুল খোংহুরে, মমিং অদু ঈ চংলে, ঈশিং চৎপদন্ন ঈ মচুমক চংলে, বা-লান তাওবা বাহে, মথোলদু ওন্নে অদুগা হৌজিক্ত জান তাদবগী মওংবা লৈ। মন্নাইবক খিন্নবা নিপা অনি ৩ লক বান্নকাখ হান্ন অমসুং মবৈথংদা মুংাখহৈত্তবনা লোন্নবা মচাও অমগী মথক্তা নি-নিট থন্না থন্নগা নিপা অনিনা জান, তাজিচৈবা মথাদা মৈ হোডুনা থাই-কৌ থাব। | |

সিংহনা মথৌদাং অসি নিংথিনা হেক হেক পাঙথোকপনি, ভৌইগুম্বস্নুং পাকাসনানা মহাকপু ইংরেজী তম্বিবা পলিটিকেল এজেন্ট মিঃ গ্রিমউডকী

| মিং | | শিনকম | অশো - মওং | ভ ক্ষুবগী বাবোল | মরে ল লোনকম |
|---|---|---|---|---|---|
| ২। থোংপা থমছেম্বা | ২৬ | কাপা-সনাগী মনাই | ৈচ অনি লোঙ-বনা ফুবা, কিভনিগী মেৎথংবা শক্কা ইঞ্চি ৫$\frac{1}{2}$" শাংবা, ইঞ্চি ৪" শাকপা চৈকম ১স্নুং কি-য়াকা কিডনিগদা চৈকম লৈবা। | মকম ৩ দা লী-চৈনা ফুবগী চৈকম লৈবা. ভনশা ছদোকপা অদুগা মতোংগী মকম-দা চৈকম লৈবা. নিপা অসি হীমম অসদা বাবা বা-থোং পুম্বা ঙাং-বা ভম্ন। মি-হুন্দি থুজিল্ল, লাইহো হাইরপ লৈ। উশিং চৎ-পদা উ মাওই, কোক চৌকম, কি-ডনি ১স্নুং কিয়াক থমা শোকই। নিপা অসিদু মচাঙগী মথক্কা থাজৎলম্মী হায়। | মশিগীদি মস্নুং থীৎনা শাথীনা শোকপমক্তি নত্তে হায়মা ঐনা লৌই। মহাকপু নিং-থিনা লাইমেং-বিয়দি কমক-থিগনি নিংই। |

নবদ্বীপ প্রসাদ, হোস্পিটাল এসিষ্টান্ট

—Correspondence relating to Manipur (1891) London, page 89

মতেংনা অনৌবা বিচারগী ফম অমা শেমহনবা ঙমখি। মহারাজনা মরু ওইবা বিচারগী থবক অসি পাকাসনাদা পিনবা হোৎনৈ, তৌবগীদি হায়রিবা থবক অসি যুবরাজগী মথৌনি, অদুবু পাকাসনানা মানা নিংলিবা অদু থুংলবদা য়াম্না হৈ-শিংনা শীল্লিবা মহারাজবু যুবরাজ (টেকেন্দ্রজিৎ) না শাউদনা লৈথোকপা ঙম্লমদে। খ্বাইগী অতোনবা মপাবুংনা থুপখিবা মতমদা চহি ৯ নত্রগা ১০ রোমদা ঙাইরিবা নাবালক ওইরিবা জিলাঙম্ববুদি ফম হাপ্লমদে। মসিগী খুদোংচাবা লৌতুনা জিল ঙম্বনা মনাইশিংবু বেংগুন খোংহল্লগা কোন্নুংদগী মপাললোমদা থোক্লকপদা পাকাসনানা থিংহনখি। মহারাজনা য়াদে হায়বা হুকুম অদুগী মাইয়োক্তুদি মদু লমহেল্লবা মরাল অমনি। নিংথৌমচাশিংনা কোন্নুংদগী থোকপা মতমদা বেংগুন হেক হেক খোংনৈ, অদুবু অসিগুম্বা হৌনবি ওইবা সন্মান অসি ফংহন্দবগী দমক জিলাঙম্বা খাঙবদা য়ানা থোক্লম্মী। অসিদসু নত্তনা ম.ঙান্দা ফম অমা ফাওবা পিরমদে অদুগা মহাক্না মপুং মরৈ ফারক্লবা ফাওবদা মহারাজনা মহাক্কী পিফম থোকপা শেল খরচ অমতা পিরমদে থৌদোক কয়াদসু মহাকপু ইকাইবা কয়া নংহনখ্রবনি, অদু ফাওবা মহাক্না (জিলাঙম্বনা) খাঙদুনা লৈখি।

হায়া দোলাইরোই হল্লবা ওইরম্বা অঙৌ সেনাপতি অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা বিবাদিগা চান্নবা মীশক ওইরকই। মসিগী দমক পাকাসনাগা মহাক্না য়েংথিনরম্মী। পাকাসনানা মহারাজদা লাম্না হায়জিল্লি মদুদি অঙৌসনানা মহারাজগী মথক্তা লালহৌনবগী লুচিংবা অমা ওইরে. মহারাজনা মুম্না ইথি-থিজিন্দনা সেপ্টেম্বরগী তাং ২৩ গী অয়ুক্তা জিলাঙম্বগা লোয়ননা খুৎলাই থাহল্লগা অমসুং ফাহন্দুনা বিচার তৌরগা মতিক চাবা দণ্ড পিননবা য়াথং পিরম্মী। অসুম্না পাকাসনানা মানা নিংলিবা আশা অদু মহারাজগা লৌতুনদুনা থুংননবা লোম্না লাম্মী খোমগৎলম্মী অমসুং অঙৌসনাগা জিলাঙম্বগা লান থেংননবা শেম শারম্মী। সেপ্টেম্বরগী তাং ২৩ গী অয়ুক্তা মখোয়বু ফারগনি হায়বা

পাউ অসি হেক তাবদা নিংথৌ মচা অনিদু য়াম্না শাউরম্মী অমসুং কারণা বিচারনি হায়বা অমা হেক তৌশিল্লগা মপান্দা ভাম্বোকপা নক্রগা শিবা হায়বদু খাঙদুনা লৈবগী মহুৎতা মবুধোশিংগী সিংহাসনগী মমাংদা লাল তৌদুনা শিবনা হেন্না ফরে হায়না লেপখি, মসিনা মরম ওইদুনা সেপ্টেম্বরগী তাং ২৩ গী অহিংদা মখোয় অনিনা পুম্না কোম্নুংদা লাল তাখি অদুগা নোংমৈ কাপশিনখি। বিবাদিনা নোংমৈ কাপ্লগী পাউসি হেক তাবদা মনাইশিং খরগা লোয়নবা ইখঙ-খঙহৌদনা নোংয়াইদা নোংমৈ কাপখিবদুগী মরম খিবা চৎলম্মী। কোম্নুং য়োৌবা মতমদা প্রজাশিং তিল্লনবা হৌনবি নোংমৈ অচৌবা মঙারক কাপ্লম্মী অমসুং মহারাজনা চেনখিবগী পাউ অসি মী খুদিংমক ভাংনরম্মী।

প্রজা পুম্নমক খুদক্তা কোম্নুং তাম্না চেনখৎনরক্লে অমসুং মীয়াম অদুনা ( মী লিশিং তরাদগী হেল্লি ) পাকাসনাবু মহাক্কী লৌতুনবা পুকচেল ফত্তবা অদুগী দমক য়াম্না থীনা ভাংনরম্মী অদুগা অঙৌসনাবু ক্ষেত্রিমচাগী হৌনবি মথৌনাসিগী অমদি মাগী তৌবাঙম্বা শক্তিসিগী দমক থাগৎনরম্মী মত্তৌ অসুম্না রাজগাদি থাদোক্লম্নবদা কোম্নুং লৌশিনখি। পৃথিবীগী রাজপরিবারশিংগী মসুংদা থোইদোক্লা মণিপুরগী রাজপরিবারগী মসুংদা লৈবা চৎনবিদি লাল ভম্বা কাঙবুনা সিংহাসন লৌবা অমসুং নিংথৌগী লুহুপ উপ্পা অসিনি, তৌইগুম্বসুং বিবাদি অমদি অতৈ নিংথৌমচা অনি অদুনা লৈরিবা খ্বাইগী অহল ময়াম্নুংবু হেক্তা নমহৎপুনা সিংহাসন লৌনবদি হোৎনখিদে অমসুং যুবরাজবু নিংথৌ ওইননবা হায়জবা হায়না লেপ্লখি। তৌইগুম্বসুং অহিং অদুদা মহাকপু খিবা কংখিদে অদুগা মহারাজ অমসুং মাগা পোকমিন্নবা মনাও অহম্মকা লোয়নবা নোংঙাল্লমদাই ফাওবা খিবা কংখিদে।

সেপ্টেম্বরগী তাং ২৩ দা যুবরাজ কুলচন্দ্রনা মনাই মশল খরগা লোয়নবা বিষ্ণুপুরয়োমদা চৎখিবা অদুগা মহারাজ সুরচন্দ্রনা মনাও ইঙুংতো অহমগা লোয়নবা রেসিডেন্সিদা চংখিবা অতিগী পাউ অসি

কোন্নুং য়ৌখিরম্মী অমসুং মরোল শুগায়না য়াওরবা যুবরাজবু রাজগা-দিদা থাক্লংগী মরোল ইবা টেলিগ্রাম অমা বিবাদিদগী মহারাজদগীসু টেলিগ্রাম অমগা অদুগা পলিটিকেল এজেণ্টতগী টেলিগ্রাম অমগা আসামগী চিফ কমিশনরদা থাখিরম্মী। মথংগী সুমিংতা টেলিগ্রামশিং অসিগী মাউথুমদু পলিটিকেল এজেণ্টনা কংলম্মী, মদুদা যুবরাজনা নিংথৌ ওইবা, বিবাদিনা যুবরাজ ওইবা, অঙৌসনানা সেনাপতি ওইবা অমসুং জিলাঙম্বনা শামুহঞ্জবা ওইবা য়ারক্লে; অদুগা হান্নগী মহারাজ অমসুং মহাক্কী কাঙবুবু রাইফল পায়বা সিপাই ৪০ (নিফু) না কাছাড় কাওবা থিল্লনবা হুকুমসু তৌরকই। চিফ কমিশনরগী হুকুম অসি হান্নগী মহারাজনা হেক খঙবগা গাদি থাদোক্লগে অদুগা বৃন্দাবন্দা তীর্থ চৎলগে হায়না শাংলবা চিঠি অমা বিবাদিদা ইরকখি, অদুদগী যুবরাজবু সহরদগী মাইল ৮ (নিপাল লোম থাপ্না লৈবা মফমদগী লৌরুরে অদুগা রাজ-গাদিদা লেংশিলহল্লে। মহাক্না সুমিং অদুগী সুমিদাং পুং ১০ তাবদা মণিপুর থাদোকখিবা হান্নগী মহারাজদা শেল থুম্নচিংবসু মতেং পিখি। মসিনা হৌখিবা সেপ্টেম্বর থাদা থোকখিবা অভিনয় অদুগী অহানবা তাক্কনি।

বিবাদিনা কোর্টতা খঙহজনিংবদি অসিনি মদুদি মহাক মতম অসিদা ঈশিং য়াফমদা জুং লৈবা মরম্না য়াম্না কন্না নারম্মী; মহাকপু রেসিডেন্সি হোস্পিতালগী এসিষ্টাণ্ট ওইরম্বা লসমন প্রসাদনা লাই-রেংলম্মী অমসুং লালহৌবগী মতম অদুদা মহাক্কী মশাদু ইকন্ কন-খৎত্রি, মদুদা অকনবা থৌদাং য়াবা ঙম্মদে। তশেংনা লাল শোক্লদুনা ঈমু নাইমু তানখিবা লৈখিদে। তৌইগুম্বসুং মপানগী জগৎনদি বিবাদিবু সেনাপতিনি হায়না লৌদুনা লান্দা মায় পাক্লকপগী মিংচৎ অদু মঙোন্দা থোজিনখিবনি অমসুং মমিং চৎপা মীশক হায়নদু ওইখিবনি, পাকা-সনানা হৌখিবা অসিগুম্বা লালহৌসিদা মহাক্কি অসিগুম্বা মায়-পাকপগী মিংচৎ অসি মানা ফংফম ইথোক থোক্কবনি। হান্নগী মহারাজদা

বৃন্দাবন লেংগনি হায়রিশিন্নদুনা কলিকাতা তান্না লেংখিবনি অমসুং বিবাদিবু লালহৌগদ্গী মকোক থোংবা লুচিংবনি হায়না। ভারত সরকার-দা কেশ থাঙ্গৎখিবনি। ভারত সরকারনা হায়গী মহারাজগী রাজদা তাবিরগা মহারাজ নত্রগা বিবাদিগী রাদি তাবিদনা সরকারগী (মখোয়গী হুকুম মতুং ইমা বিবাদিবু যুবরাজ ওইহনখিবনি মাইয়োক্তা করিগুম্বা অরানবা লণ্ডজবা অমতা লৈতনা বিবাদিবু কানবা অমসুং মপান্দা থা-দোকখিনবা হুকুম তৌরম্মী অমসুং মহাক্না থা ৬ শক্তিগা লোয়নবা কম পায়দুনা লৈরিবৈদা খ্বাইদগী থোইদোক হেন্দাকপা শক্তিনা আসামগী চিফ কমিশনরবু লাম্মীগা লোয়ননা থারক্লুনা বিবাদিবু ওৎ-নৈরবা, কারবা অমসুং মপান্দা পুথোক্লগা থারক্লিবা অসি মরম ইরৈমক লৈতবনি।

চিফ কমিশনরনা মণিপুরদা লাম্মী পুদুনা ইখঙ খঙহৌদনা লাকপদুগী মরমদা সরকারদগী নত্রগা পলিটিকেল এজেন্টতগী করিগুম্বা অশেংবা মরম অমতা খঙলমদবনি। তৌইগুম্বসুং চিফ কমিশনরগা লোয়ননা হায়গী মহারাজ অদু নিংথৌ মফম হজিন্নবা লাক্লি হায়বা তোকঙা অমসু ঙাংনরম্মী, অসিগুম্বা থৌদোগী মও অসি প্রজাশিংনসু পায়মদে অদুগা নিংথৌমচাশি নসু পায়মদে, মখোয়না হায়গী নিংথৌনা মখোয়গী কাঙবুগা লোয়ননা নিংথৌ মফম হজিন্নবা লাকপদু থিংননবা লেপ্পরম্মী। রাফম অসি পলিটিকেল এজেন্টকসু তায়রম্মী অদুগা অমুম্নসু লেপ্পরম্মী মতুদি মখা অমুক সিংনবা লৈতনবা সুরচন্দ্রগী ফিভম অসি খঙন-নবসী দমক কলিকাতাদা লৈবা গোলাপ সিংহদা অমা টেলিগ্রাম থাবা হায়না লেপ্পরম্মী। অদুনা টেলিগ্রাম অমা থাগ্রে অমসুং হায়গী মহারাজদু কলিকাতাদা লৈরি হায়বা পাউখুম ফংখি। অদুদগী লম্বী মথং মথং য়েংনবা অদুগা রাবমখৈ চিফ কমিশনরদা মতেং পিননবা থঙ্গাল জেনরেলবু মাও থানায়া থাখি। চিফ কমিশনরবু ওক্লনবা হৌখিবা মার্চকী তাং ২১ দা অত্তৌ সেনাপতিবু সেকমাই থানা তান্না থাখি। মথং দুমিৎকী মুমিৎ

য়ুংবা অদুদা রেসিডেন্সিদা দরবার তৌগনি, মদুদা নিংথৌমচাশিং অমসুং মন্ত্রিশিং শুনা য়াওগদবনি হায়বা ১৮৯১ ইংগী মার্চকী তাং ২১ গী সেকমাই কেম্পতগী ইরকপা চিঠি অমা ফংখি। চিফ কমিশনরনা মতম চাদনা সিফাই মখামগা লোয়ননা লাকপগী মরমদা মণিপুরগী প্রজাশিংনা য়াম্না চিংনখি অমসুং দরবার ( কোনুংগী দরবার হোলদা তৌকম থোকপদুদি তৌদ্রদুনা রেসিডেন্সিদা তৌগদৌবা ) অদু মফাক্লা হেক থুংলবগা থোইদোক্লসু নোংমাইজিং য়ুমিৎতা তৌগনি হায়বা চিঠি অদু ফংবদা চিংনবদু হেন্না হেন্না মপুং ফাহনখি। তহা-তহানা চিফ কমিশনরনা পায়খৎলক্লিবা থবকসিগী হীরমদা মিঃ গ্রিমউডতা হংলম্মী অমসুং মহারাজদা খঙহল্লম্মী মদুদি চিফ কমিশনরনা মথংগী য়ুমিৎতা তুমুদা থোইদোকপা চৎকদবা থবক অমা লৈবা মরম্না হেক থুংবগা থুনমক দরবার অসি তৌনিংবনি ; তুমু চৎকদবগী কুলিশিংসু থৌরাং তৌননবা য়াথং পিগ্রবনি।

মথং য়ুমিৎকী অয়ুক্তা বিবাদিনা চিফ কমিশনর ওকপা সহরদগী মাইল ৪ থাপ্না কোইরেঙ্গৈ তুরেল ঙাম্না চৎলি। লোম্নবা চীংদা লৈবা নাগাশিংনা হৌখিবা অহিং অদুদা লম্মৈ থাবদা তুরেলদুদা শাবা থোং অদুসু মফম মরাং ইখঙ-খঙহৌদনা চাকথ্রে, অদুনা মদুদগী থরা হেন্না ইচং চংশিনবা হায়বসি ওইথোকখিদরে। অদুনা চিফ কমিশনর লাম্থোকপদা য়ানবা থৌখাংগী থোংদু শাবদা বিবাদি মশামক য়াওরুরিবনি। অদুদগী বিবাদিনা কাঙবুদুগা লোয়মনা লাক-মিন্নখি অদুগা চিফ কমিশনর অয়ুক্কী পুং তরা মথাই তাবা মতমদা রেসিডেন্সিদা থুংলৈ।

হায়নরিবা পুংশিং অদুদা বিবাদি মথম্তা ইহান হান্না দরবার য়াওবা রেসিডেন্সিগী কোম্থোং তান্না চৎলুই, তৌইশুবসুং গেটকী মপান্দা মহাকপু পুং অমা মথাইদগী হেন্না ঙাইহল্লম্মী. মরমদি হায়-নখিবা মতম অদু ফাওবদা চিফ কমিশনরগী থৌরাং লোইরমক্রি'া

মঁসি হৌনবা খণ্ডদবনি অমসুং পিবাদিদি শগোল মথক্তা মুংশা কোম্বুনা কুইমা লৈরুবত্তুনা য়াম্না শাউনিংলম্মী অমসুং মথল্লাই শোক্লম্মী। মনুংদা থৌরাং তৌরিবা পুন্নমক অদু মহাক্নদি (বিবাদিনদি) ইউ-উবা কংলম্মী অমসুং পুক্নিং খোয়ন্নাংলদুনা তৌথোক্তবা থৌরাংসিগী মরম অদু খরদং খণ্ডলুনবগী দমক দস্থ সর্দারবু থাখিরম্মী। দস্থ সর্দারনা রেসিডেন্সি বাংলাগী মমাঙ অমসুং মনিংদা খুৎলাই পায়বা সিপাইশিং থব্বা অমসুং অফিসারশিংনা শগোল তোংলগা খুৎশু-খুৎলাইগা লোয়ননা থৌরাং তৌরিবদুনী পাউ অদু তম্লম্মী। বিবাদিনা অস্থক কুইনা চিংনরকপা দরবার অসি মাবু কানবগী দমক্তা লাং থাক্লিবনি হায়বদু তশেংনা হেক খণ্ডলম্মী। হৌখিবা অহিং-মুংথিল তৃনা একাদশীগী চরা হেনবগী মথক্তা অয়ুক্তা চিফ কমিশনর ওরুনবা তুরেল মপাল তন: চৎলুবা অমসুং হল্লকপনা মশাদু য়াম্না চোকথরম্মী, অদুনা কুইথনা ঙাইবা ঙমখিদে, কোম্নুং তাম্না হল্লকখি। মুমিংদারাইরমদা মিঃ গ্রিমউড অমসুং লেফটেনেন্ট সিম্পসন অনিনা মহাকপু উননবগী দমক মহাকী য়ুমদা লাকই হায়বা পাউ কংখি, তৌইগুম্বসুং হকচাং ঙমদবনা মরম ওইদুনা মথোয়গা উনবা ঙমহৌদবগী দমক মুংঙাইতবা ফোঙদোকখি। মথং মুমিৎকী অয়ুক্তা ভদ্রলোক অনিসি মহাকী ময়ুমদা অমুক হন্না লাকখি, মদুদা মহাক্না নাদুনা হিপ্পিবা মওং অদু উখি। মহাকপু খণ্ডলম্মী মদুদি চিফ কমিশনরনা ভারত সরকারগী হুকুম অমা পুরক্লি মরোলদি হৌজিকী মহারাজ অসিবু নিংথৌনি হায়বা য়াবা অদুগা বিবাদিবুনা সরকারনা য়াদ্রিক্লাওবা বৃটিশকী করিগুম্বা লম অমদা পুথোকখিবা। বিবাদি মশামক মদু য়ানিংলম্মী অদুগা নাবা ফজ্রিবা ফাওবগী মতমগা, চৎননবগী থৌরাং খরা তৌননবগী মতম খরগা শাংথবা শারম্মী। মুংদাংরাইরমদা কোম্নুংদা দরবার যম্নদু য়াওরো হায়না কৌরকখি, মদুদা বিবাদি দোলাই অমা তোংলদুনা চৎলগা দরবার মদু য়াওরই মন্ত্রিশিং অমসুং অংম অথৌ পুন্নমক য়াওরম্মী অমসুং

চিফ কমিশনরদগী কংবা চিঠি অদুদা য়াওবা য়ায়োলদি মহারাজকুু রাজগাদিদা থাঙৎপদু য়াবগী রাকম অমদি বিবাদিবু মপান্দা থালোক-খিনবগী রায়ম অদু মঙোন্দা শুগাইনা খঙলম্মী। মহাক্না মিঃ গ্রিমউড অমসুং লেফটেনেণ্ট সিম্পসন্দা পিখিবা পাউথুম অদু অমুক হন্না পিখি অমসুং চিফ কমিশনরগী চিঠিগী পাউথুমদু অদুম ভৌনা অদুম থাখি, ভৌইগুম্বসুং মন্ত্রিশিং অমসুং অঙম-অখৌশিংনা য়াম্না সুংঙাই-তবা কোংদোক্লম্মী, অদুগা মখোয় পুম্নমক্না মথংগী মুমিৎ অদুদা অমুক হন্না খন্নদুনা চানবিবা য়াবা রাকমদা দরখাস্ত অমা থাসি হায়না মহারাজদা হঙৎলম্মী।

তাং ২৪ গী অয়ুক অঙনবদা বৃটিশকী লাম্মীশিংনা লৈপল লান-শিন্নকদুনা কোন্নুং চংলগা বিবাদিগী য়ুমলোমদা নোংমৈ কাপ্পা হৌরকখি, মশাদি খুদোংথিবা থোরকনি হায়বদু হান্না খঙলদুনা কোন্নুং মন্নুংদা চংদুনা লৈখি। বৃটিশকী লাম্মীশিংনা মহাকী ইমুং মনুংগী মনাইশিং য়াম্না হাৎখি, সুপী অঙাং খরসু হাৎখি, ময়ুমসু লৌশিনখি, মাগী ইষ্টদেব বৃন্দাবনচন্দ্রবুসু মাংথোক্লম্মী অমসুং দসু সর্দারগী ইমুং মনুং পুম্নমকসু লোইনা হাৎখি অদুগা অরোনবা পাঙ পিবা মীনি হায়দুনা মাগী ময়ুম মৈ থাখি। বৃটিশ লাম্মীশিংনা সুপী অঙাং য়াওনা য়ুম ১২ রোমসু মৈ থাখি অমসুং শাউরবা প্রজাশিং অদুনা কনাগুম্বা লুচিংবা অমগী হুকুম য়াওদনা লাল হৌরক্লম্মী। লাল অদু মুমিৎচুপ্পা শোক্লখি, সুমিদাংরাইদা লাল লেপ্নবগী বৃটিশকী বেংগুন থোংলম্মী। খুদক অদুদা মাইকৈ অনিমক লাল লেপখি। চিফ কমিশনরদগী চিঠি অমা কংখি, মদু মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লবগী দমক মহারাজগী কেরাণীদা থারম্মী; ভৌইগুম্বসুং কেরাণী অদুনা খন্না থাপ্না লৈখিবা মরম্না মহাকপু-থিবদা অমসুং মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লবদা মতম খন্না শাংনা চংলম্মী; অমসুং মরক অসিদা বৃটিশ অফিসারশিংনা পাউথুম কংনিংবদগী মিঃ গ্রিমউডনা মপান্দগী লাউরক্লম্মী অদুগা পাউপুরা নিপা অমা থাজিনকদুনা

অদুগা কোন্নুংগী দরবার হোলদা দরবার অমা তৌননবা শীল্লম্মী। মিঃ কুইন্টন লেফটেনেন্ট সিম্পসন অমসুং অতোপ্পা ভদ্রলোক অনিগা চংলকখি অমসুং অঙোমনিংথৌগা বিবাদিগা দরবার তৌরম্মী, হৌনবি সলাম তৌনরগা অমসুং খুৎ শোক্ল-চিংনরগা বিবাদিনা মিসেস্ গ্রিমউডকী মরমদা ৱা হংলম্মী অমসুং মহাক্কী খুদোংথিবা লৈতে হায়রম্মী। অদুগী মতুংদা মহাক্না হায়খি মদুদি থরাই য়াম্না শোকপা অমদি চিফ কমিশনরনা অসুকী মতিক মুংশি হৈতনা থবক চৎথগ্রে মদুদি মমাংঙৈদগী লৈনরকপা মরূপ ওইবগী হৌন-চৎনরকপা অদু মাংহনগ্রে। বৃটিশ লাম্মীশিংনা অহানবদা হেনজিন্না য়েংথিনবগী থবক ওইনা পাইখৎলকপসিদগী মীশিং অসি য়াম্না শাউগ্রে, অদুনা মখোয়বু খামজিন্নবগী শক্তি লৈতে। তৌইগুম্বসুং চান্নবা তৌদুনা থবক অমুক শাংথদবনা খ্বাইদগী হেন্না ফৈ অদুগী মতুংদা অফিসারশিংদুনা সুং-ঙাইতবগী মওং উৎলম্মী, মখোয় হৌজিক্কি কোহিমারোমদা চৎনিংলে অদুগা ঐখোয় ৮ মমকী মরক্তা সুংঙাইনদবদু লৈররোই হায়রম্মী। মতম অদুদা বিবাদিনা ৱাফম অমা কাঙথোক্লম্মী মদুদি বৃটিশ লাম্মীশিংগী খুৎলাই থাদোকউ, পোৎচৈশিং অদুনা বিবাদিগী কুলিশিং থাদুনা কো-হিমাদা থিলহনগে হায়বসি য়াত্রবদি চুন্না চিনদদা লাল তৌররোই হায়বা ৱাফম ওইবনা ইথা থাজদে অদুনা মতম খরা শাংদোকহল্লগা মরুপ শাশিন্নদুনা ফাননবা তৌবগী মওং মাল্লি হায়বদি চিফ কমিশনরনা মাবু ফাননবগী দমক থবক খুদিংমক শীল্লগা তুমু চৎকনি, কোহিমা চৎকনি, জগোই য়েংগনি, অদুদগী দরবার তৌগনি হায়বনচিংবা ওইদবা কয়া হায়জিনখিবা মরমদগীনি। অদুগা অফিসারশিংনসু খুৎলাই থাও হায়বদু য়ারমগে অমসুং বিবাদিনা তোপ গারোৎতা মন্ত্রিশিংগা ৱা তান্ন-নিংদুনা মখোয়দুবু অঙোমনিংথৌদা শিন্নরম্মী অদুবু তোপ গারোৎ য়ৌ-কাক্লিঙৈদা দরবার শঙ ময়াদা য়াম্না লাংনরকপা অমদি লাউ-খোংনরকপা অদু তারম্মী। অদুনা খুদক অদুমক্তদা মহাক মকম অদু তান্না হল্লম্মী

অমসুং দরবার শঙগী মপান্দা লৈবা সাহেবশিং অদুগী অকোয়বদা মীয়াম তিনবদু উখি অদুগা মখোয়বু কন্নবগী দমক অঙোমনিংথৌনা মীয়ামদুগী মাইয়োক্তা লেপ্লম্মী। বিবাদিনা অদুগী তুংদা মীয়াম অদু কায়নবা হুকুম তৌরম্মী অমসুং অফিসারশিং অদুবু দরবার শঙ মনুংদা পুশিনবিরম্মী। মিঃ গ্রিমউড অমসুং লেফটেনেণ্ট সিম্পসনদি থিবা খঙলমদে, অদুনা থিরুবদা সিড়ি মখাদা মিঃ গ্রিমউডনা শিদুনা লৈবা অমসুং মিঃ সিম্পসননা শোক্লুনা লৈবদু উরম্মী। অশোকপা ভদ্রলোক অদুবু দরবার মনুং তাম্না চংনবা হোৎনবদা মহাক্না (টেকেন্দ্রজিৎনা) মতেং পাংলম্মী অদুগা হিন্দুস্থানী লোন খঙবা যাত্রাসিংহ থেংনদুনা মঙোন্দা সাহেবশিংগী সেবা-লাংবা তৌবিনবা অমসুং মখোয়বু ময়াম্না নেমথদ্রিবকাওবা অমুক হন্না মপাল-ইপাল থোকহন্দনা থম্নবা হায়খি। মতুংদা মহাক্না লান শোরুনবা মীয়াম পৈরিবা কোন্নুং মনুংগী লৈপল ময়াদা লৈরিবা মফমশিং অদুদা চৎলগা নোংমৈ কাপ্পনবা য়েংলম্মী। পুংখায় অমরোম লৈরগা যাত্রাসিংহ অমসুং উসবা অনিনা খা-থংবা গেট অদুগী ময়াদা মহাকপু কোরৈ অমসুং অফিসারশিং অদু মঙক কক্লুনা হাৎননবা থঙ্গাল জেনরেলনা য়াথং পিখরে হায়না হায়রম্মী, অদুগা রাসি হেক তাবদা বিবাদিনা য়াম্না ঙক্না থোকাখবনা হায়রম্মী "মাদু য়ারোই ঐখোয় অহল অদুগী মফম তাম্না চৎসি অদুগা তাম্নরুখিসি।" মখোয় অনিদু মহাকপু থনম্লগা তোপ গারোৎলোমদা থুনা চৎখি অদুগা মহাক্না তোপ গারোৎতা অহলদুগী অকৌবা ফংলবা য়াথং অদু হংননবা চংশিল্লগা হায়খি - "ইপু! নহাক্না অফিসারশিং অসিবু হাৎনবা য়াথং পিগ্রবরা?" মহাক্না খুম্লম্মী, "হোই।" বিবাদিনা অসিগুম্বা অফিসারশিং অসি হাৎনবগী তমথিরবা থবক অসি হৌনদবা মচৎনি হায়রম্মী অমসুং মতুদা জেনরেলনা হায়খি, "নহাক জ্ঞান য়াওদ্রবরা? বৃটিশকা মরূপ শান্নবদু মাংগ্রবদা হৌজিক অমুক চান্নবা য়াখিগনি হায়বসি নহাক্ন খল্লিবরা? খুসি-রাশিনা চংলকপা মখোয়

বৃটিশ অফিসারশিং অমসুং প্রজাশিংদু লোইথোকখিবনা হেন্না করে।” অদুদগী জেনরেলদা বিবাদিনা তুংদা শোয়দনা থোক্লগদবা অদু মপুংফানা শুগায়না তাকখি, মদুদা অহল অদু য়ানিংলদুনা তুমিন্না অদুম লৈহৌরে। বিবাদিদি হকচাং ঙমদবনা মরম ওইদুনা সুমিৎচুপ্পা মশা চোক্‌থদুনা কমুংদা পোত্থাবদগী ফনা য়াম্না কুইনা অদুম তুমথখিবদগী নোংমৈ কাপ্পরকপগী মখোল তারকপা অদুতদা মিকপ থোকলম্মী। মদুদা মহাক্না মরমদু থিজীল্লম্মী অমসুং বিবাদিনা তুম্লিঙৈদা লাল অমুক হৌরক্লে হায়না বিবাদিদা হায়রে। মদুদা মহাক্না অফিসারশিংদুগী মরম থিজিল্লুবদা মসিদি মহাক্না তুমলিঙৈদা থঙ্গাল জেনরেলনা অফিসারশিং অদুবু লোম্না হাৎননবা লাম্মীশিংদা শিন্নপ্রবনি হায়বা সুংঙাইতবা পাউ অসি তাখি, মদুদা মহাক্না মথরাই য়াম্না সুংঙাইতনা থঙ্গাল জেনরেলবু কোয়থি থিরম্মী, অদুবু থঙ্গালদি চৎথোকখিরম্লে। অদুবু মহাক য়াম্না মথরাই সুংঙাইতবগী মওংদা থরাই শোক্না য়াম্না সুংবঙননা লৈরম্মী অমসুং বৃটিশ অফিসারশিংনা রেসিডেন্সি থাদোক্লুনা চৎখিবা, সরকারগী ট্রেজরি লুট তৌখিবা অমসুং মণিপুরগী মীশিংনা রেসিডেন্সি মৈ থাখিবগী পাউ পুম্নমক মঙোন্দা তম্লম্মী। মহাক্না খুদক অদুমক্তদা মহারাজদা হীরমশিং অসি হঙ্গৎখি, মহারাজসু অসিগুম্বা সুংঙাইতবা পাউ অসি তাবদা য়াম্না শাউখি, অদুনা বিবাদিবু চৈরম্মী। মহাক্না মহারাজদা হঙ্গৎখিবদি বিবাদিনা হকচাং ঙমদবদগী তুমদুনা লৈরিঙৈদা থঙ্গালনা লোম্না শরৌ অমা তৌদুনা মাংন-তাকবগী থবক অসি শীনখিবনি। মথংগী অযুক্তা মহারাজগী সনামাংদা থঙ্গালবু পুরকখি, মদুদা মহারাজনসু থঙ্গালবু চৈর-চৈরদুনা রারকপ্রবনি তৌইগুম্বসুং অহল অদুনা অফিসারশিং অদু লান্দা শিজখিবনি হায়না হেক তায়দোকসিমঙাই হায়না হঙ্গৎখি।

মমৈদা বিবাদিনা খরগা হায়রজনিংবসু লোর মদুদি হোক বান্দ ওইনা পুরকপা বৃটিশ অফিসারশিং অমসুং প্রজাশিংদু থাদোকপদা

মস্তনা মখোয়না চৎনিংবা মকমদা চৎচখিনবা মতেং পাংলম্মী অদুগা মখোয়গী মকি-মরোল, চান-থরুবা চিঙ্গাক অমসুং চৎন-খোৎনবগী থৌরাংসু তৌবিখি অদুগা মখোয় মখোয়না চৎনিংবা মকম-মকম অদু তান্না মী থাদুনা খিনহনগ্রিবনি। বাঙ্গালী বাবুশিংনা উবা অচুম্বা হীরমশিং অদু ইবা চে অমা অচুম্বনি হায়বা উৎননবা লৌরম্মী অদুগা মহারাজনা খুদক অদুমক্তদা টেলিগ্রাম অমসুং চিঠিনা থোকখিবা থৌদোক অদুগী মরমদা সরকারদা খঙহনখি, য়াম্না সুংঙাইতবা ফোঙ-দোকখি অমসুং মহৌশাগুম্না হাম্নগী মরুপ ওইনা লৌবিয়ু হায়জখি। মরম অদুনা কোর্টনা চানবিদুনা বিবাদিদা অচুম্বা তৌবিয়ু, মহাক মশা-মক্তি চিংনদুনা কোম্নুংদগী চেম্থোকলুবনি অমসুং শাউদুনা লৈরিবা অকি-সারশিংগী অশাউবা অদুদগী খরদং লাপথোকলুবনি। মমৈথংদা চংজরকপনি, অদুবু মখোয়গী থৌজানগী মখা পোল্লরে।

বিবাদিনা রাহে খরগা অয়ুক হায়জরগা ইজরিবা অসি লোই-শিজরগে। ১৮৮৭ ইংগী নাগা লালহৌবগী মতাংদা মতম অদুদা য়ুবরাজ সুরচন্দ্রসিংহ অমসুং মতম অদুদা কত্বাল ওইরিবা বিবাদি অসি হার ম্যাজেষ্টিজ ইণ্ডিয়ান আর্ম্মিগী মতম অদুদা কর্ণেল অমসুং মণিপুরগী পলিটিকেল এজেন্ট ওইরম্বা সার জেমস্ জনষ্টোন্না সরকারগী মথক্তা লালহৌবা আঙ্গামী নাগাশিংবু লাকশিন্নবগী দমক পুং ২৪ গী মনুংদা মণিপুরী লাম্মী ১০০০ অমা পুদুনা কোহিমা তান্না চৎপিয়ু হায়জরকখি। ৪৩ শুবা এ, এল, আইগী মেজর রীড, মিসেস্ ডামাণ্ট, মিঃ অমসুং মিসেস্ কাউলী অমসুং মখোয়গী মচাশিং কেরাণীশিং বৃটিশ সিফাইশিং অমসুং বৃটিশ প্রজাশিং য়েরুবনা কোয়শিনখিদুনা অপিকপা লানবল অমগী মনুংদা মথরাই মাংবা য়াবা খুদোং থিরবা ফিভমদা লৈরম্নবনি অমসুং য়ুবরাজ সুরচন্দ্রনা লাম্মীগী নীংলোমদা চান-থরুবগী থবক পুহৌরগা য়েরুবা নাগাশিংবু নমথখিবা অমসুং বৃটিশকী লানবল কনখিবা নিপা অদু বিবাদি মথন্তননি, তৌবগীদি অহম্নি হায়দুনা মঙোম্বা

ইকাইখুম্নবা পিবনচিংবগী মিংখোল অদু অদুম পিখিবতনি। অদুবু ভারত সরকারনা লান অদু নিংখিনা পাংথোকখিবা অমসুং থুনা লোইশিন খিবগী দমক বিবাদিবু লান অদুগী অথোইবা থৌনাফবা মীশক্তি হায়না য়ানিংনা লৌখিপ্রবনি অদুনা শিবা নত্রগা পুনসি চুপ্পা মপান্দা থাদোক-পগী চৈরাক. ফংফম থোক্কবা পিরিবা মরাল পুন্নমক্কী অমফাওবা মহাকীদি লৈতে, হন্দক্কী খোংফমসিদা করিগুম্বা অরাল অহুই য়াওখিবা থোক্লবসু হায়না বৃটিশকী মফমদা ঐনা তৌজাখিবা থবক কয়াসি য়েংবি-খনবিরগা কোর্টনা চানবিদুনা খরদং হস্তুবা য়াবা মওংদা সুংশিবিয়ু হায়না হায়জরি।

মণিপুর টেকেন্দ্রজিৎ বীর সিংহ
জুন ৫, ১৮৯১ ইং

---

## কোর্টনা হংবদা থুম্বা *

রাহং—চিফ কমিশনরনা থুংলবা তাং ২২ গী নুমিত্তুদা কোম্নুং মমুংদা মী লিশিং খরা লৈরম্বগী মরম করিনো?

পাউখুম—চিফ কমিশনর লাকপগী পেরেদ তৌনবনি। মী লিশিং অমদগী পংহেন হেল্লয়োই. অদুগা মখোয়শিং অদু নিংথৌগী মচিন মনাও মরিগী মমাই-মশল ঙাক্কনি।

রাহং—তাং ২২ দা মী লিশিং অমথক্তা লৈরম্নগা মার্চকী তাং ২৩ দনা লানবন্দা মী লিশিং তরুকলোম কমদৌনা লৈরম্লিবা?

পাউ—ঐ নাদুনা লৈরম্মী। মখোয়শিং অদু মতৌ করম তৌদুনা লাক্লম্বনো হায়বা ঐ হায়বা ঙমদ্রে।

---

* আসামীগী বিচারগী মতমদা কোর্টতা হংখিবা রাহংশিংদু আসামীদগী থঙবা ঙম্মী মদুদি বিচারপতিশিং অদু মীচং মীথায় নাইদ্রবা মীশক ওইরমদে। অশেংবা থোকখিবা থৌদো অদু লোৎতে হায়বগী আশাদা আসামীদা লৈরমদে হায়বা অসি আসামীগী পাউখুমশিং অসিদগী থঙবা ঙম্মী। —শ্রীগিরীশচন্দ্র চৌধুরী বি, এল.: মণিপুর যুদ্ধ (বয়পেটা) ১৯৬৭, পৃঃ ১০০

রাহং—তাং ২৪ দা মী য়াম্না তিল্লম্বদু যুবরাজদি উরম্বরা ?

পাউ—ঐ লিশিং অমদগী হেন্না উখিদে। মী অদুক য়াম্বদি ঐহাক উখিদেনা।

রাহং—মার্চ্চকী তাং ২৩ দা করিগীদমক খুৎলাইশিং অদু পিথোকখ্রিবনো ?

পাউ—ঐ নারম্মী অমম্বুং করিগুম্বদা খুৎলাই পিথোকখিবরা হায়বদু ফাওবা হায়বা ঙমদ্রে।

রাহং—তাং ২৩ দা অদোম্না মফম কদায়দস্থ চৎথোক ইথোকপা ঙমদ্রে হায়রগা অনাবদু ংংফ-ফর়ংনা তাং ২৪ দা লানবন্দা কোয়থুং থুংনা চৎলগা নো মৈ কাপ্লিবশিং অদুবুদি কমদৌনা য়েংশিনবা ঙমলুরিবনো ?

পাউ—তাং ২০ গী অয়ুক্তা মিঃ গ্রিমউডনা ঐবু উনরৈ—মতম অদুদা ঐ খবদি ফ ৎলম্মী. ঐগী হকচাংসি য়াম্না চিক খোৎপা তৌরবস্থ মপাল ইপাল থোকপদি ঙম্লম্মী।

রাহং—অদোম্না খরা ফরক্লবা মতমদা চিফ কমিশনরদা চৎতুনা যুবরাজ নশামক চংজরুদবা করিগীনো ?

পাউ—তাং ১৩ গী মুমিৎ অদু নুমিৎচুপ্পা ঐ নাদুনা লৈরম্মী। অদুনা ঐ চৎলুবা ঙমল্লমখিদে

রাহং—তাং ৪ গী অয়ুক্তা অদোম্না য়ুমদগী চেম্থোকপ্রগা লানবল য়োৌরবা মতমদনা করিগী "লাল লেপ্পা" গী ইঙ্গিৎ তৌরকখিদবগে ?

পাউ—লাম্মীশি'না ঐঙোন্দা লান্দরকপা অদুদা ঐস্থ ইশা কঞ্জনবা নোংমৈ কাপখিবনি। কনাগী হুকুমনা নে.ংমৈশিং অদু কাপ্লম্বনো হায়বদুস্থ ঐ হায়বা ঙমদে। তৌইগুম্বস্থং সিফাইশিংনা য়াম্বস্থ মাং তাকহল্লম্মী।

রাহং—অদোম চিফ কমিশনর উনবা শগোল `তোংদুনা চৎলুবরা ?

পাউ—শগোল তোংতুনা চৎলুদে। ঐ দোলাইদদি চৎলুই। দোলাইদা অতুম হল্লকই।

রাহং—তাং ২৪ গী করম্বা মতমদা যুবরাজনা য়ুমদগী থোরকখিবগে?

পাউ—নোং ঙানফুং-ঙানফুং তোরকপা, অয়ুক য়াম্না ঙল্লিঙৈ মল্লি মল্লিবা মতম অদুদা নোংমৈ কাপ্লকপা মতুংদা ঐ য়ুম থাদোক্লম্মী।

রাহং—যুবরাজনা য়ুমদগী মতৌ করম্না থোক্লকপগে?

পাউ—ঐ তোপ গারোৎ তাম্না লাকপদা মীনা এবু ইতেং পাংবিরকখি।

রাহং—মিঃ গ্রিমউডনা অদোম্বু মপান্দা থাদোকনি অমসুং মদু য়াত্রগদি ফাগনি হায়রবদা যুবরাজনা য়ুমদা লাকপা বৃটিশকী লাম্মীশিংবু অদোমগী লাম্মীশিংদা থিংদনবা হায়খিবরা?

পাউ—ঐহাক নাবা ফরগা সরকারগী হুকুম ইনগনি হায়না মিঃ গ্রিমউডতা হায়খি। ঐবু ফাগনি হায়না ঐঙোন্দদি হায়খিবা লৈতে।

রাহং—তাং ২৩ গী মুমিদাংরাইরমদা কোনুংদা তৌখিবা মহারাজগী দরবার অদুদা অদোম্বু ফাগনি হায়বা চিফ কমিশনরগী চিঠি অদু পাথোকপা মতমদা যুবরাজ লৈরম্বরা?

পাউ—ঐদি দরবার অদু য়াওখিদে।

রাহং- তাং ২৪গী অহিংদা যুবরাজনা চিফ কমিশনর অমসুং মাগী কাঙবুবু কম্লনবগী দমক তোপ গারোৎতগী মপাল থোক্লকপা মতমদা মিঃ গ্রিমউড অমসুং কৈতে থরা হাৎপা অমসুং শোক্তুনা লৈবা উরম্মী, অদুবু করিগীদমক অদোম্না কাঙবু অদুবু গেট ফাওবা থিন্দোক্তবগে তদুগা থুদোং থিবা লৈতনা মপাল থোকখিনবা তৌখিদ্রিবনো?

পাউ—নোংমৈ য়াম্না কাপ্নরম্মী; মরম অদুনা ঐ থিন্দোকউদে।

রাহং—দরবার তৌখিবদুগী থরা মমাং ওইনা নোংমৈ কাপ্লম্বরা?

পাউ – নোংমৈ কাপ্লমদে।

রাহং বন্দিশিং অদু হাংলু হায়বা থঙ্গাল জেনরেলগী হুকুম অদু হেক তাবা মতমদা অদোম্না দরবারশঙ তাম্না মী থাদুনা থবকতুবু পুরিবা মন্ত্রিশিং অদুদা বন্দিশিংদুগী খুদোংথিবা থোক্তনবগী দারিদি মখোয়নি হায়বসি মখোয়দুদা তাক্লম্বরা ?

পাউ—হায়রমদে, ঐদি নারম্মী অমসুং মদুদগীদি ঐহাক তুমথখরে।

রাহং—চিফ কমিশনরগী কাংবুবু হাংখি হায়বদু অদোম্না করম্বা মতমদা ইহান হান্না তাখিবগে ?

পাউ—তাং ২৫ গী অয়ুক্তা ঐনা য়াহৌরকপা মতমদা তাখি।

রাহং—বন্দিশিংবু হাংখিবগী দমক থঙ্গাল জেনরেলদা করম্বা মরাল পিখিবা লৈবগে ?

পাউ—করিমতা পিখিবা লৈত্তে। মহাক্তি অহল য়াম্না ওইরবনি অমসুং মহারাজগী হায়বা ইনবা মনাইনি, মতম অদুদা মহাকপু দণ্ড পিবগী রাকম অসি মথোং-মরম খঙখিদ্রে. অদুগা মতম থরা লৈরগদি মহাক নাপ্রে।

রাহং—উসবা অমসুং যাত্রাসিংহনা থঙ্গাল জেনরেলনা বন্দিশিং অদু হাংলো হায়না হুকুম পিরে হায়দুনা যুবরাজদা হায়রবা মতম অদুদা অমদি হুকুম অদু অচুমবরা চুমদবরা হায়বদু হংলবা মতম অদুদা অদোমদি কদায়দা লৈ ?

পাউ—কোম্নুংগী থা-নোংচুপ থংবা কাচিন্দা নোংমৈ অচৌবা তোপ কাপ্পনবা শীল্লম্মী। মতম অদুদদি নোংমৈ কাপ্পকতে। অদুনা ঐহাক রেসিডেন্সি তম্না নোংমৈ অদু কাপ্প হায়না হুকুম পিখিদে।

রাহং—অদোম্না য়াদনদি বন্দিশিং অদু থঙ্গালগী হুকুমনা হাংলু হায়বদু নৈরবা চুপ্লোক হায়না পাউ পুরকখিবা অদু যুবরাজদা লাক্লুনা হায়রবা মতমদা অদোম্না কারি তাখিবগে ?

পাউ—থঙ্গালগী হুকুম অদু শুকইন্ হল্লোংদোবনি হায়খি।

রাহং—থঙ্গাল জেনরেলনা যুবরাজগী হুকুম অদু হংনখিবরা ?

পাউ—ইনখি।

রাহং—অদোম্না হুকুম পিদ্রবদা অমম্বুং বন্দিশিংদুবু শংলিবা অফিশারশিং অদুনা যুবরাজগী হুকুম ফংদ্রবদা বন্দিশিংদুবু হাৎলু হায়বা থঙ্গালগী হুকুম অদু অহানবদা ইন্দ্রবদা মখোয়বু হাৎলু হায়বা থঙ্গালগী হুকুমদু মমৈদা ইনখিবসিদা অদোমগী হায়নিংঙাই করি লৈ ?

পাউ—ঐগী হায়নিংঙাই করিম্বু লৈতে।

রাহং—অদোম্না হুকুম অমা ভৌবা অদুগা থঙ্গাল জেনরেলনা হুকুম অমা পিরবদা কনাগী হুকুম ইনগদগে ?

পাউ—যুবরাজগী হুকুম্না মরুনি। থঙ্গালগীম্বু শক্তি য়াম্নদি লৈ।

রাহং—চিফ কমিশনর অমম্বু মহাক্কী কাঙবুনা দরবার শঙ মন্থুংদা লৈরিঙৈদা অদোম্নম্বু মকম অদুদা হল্লক্লগা মখোয়গা রারী শাম্ন-রম্বরা ?

পাউ—কোই। থোইদোক্লা কিনিংঙা' লৈতে হ য়না ঐনা মঙোন্দা হায়খি অদুগা সিড়ি মথাদা মিঃ গ্রিমউডনা ভুদুনা লৈবা উবদা ঐনা নহা ওইরিবা মিঃ সিম্পসনবু সিড়ি কাখৎহনবদা মতেং পাংবিরম্মী।

রাহং—অদোম্না মিঃ গ্রিমউডকী অশিবা মশাদু পুথোকহনখিবরা ?

পাউ—মহাক শিরে হায়বা এ খঙলমদে অদুনা মতেং পাংলুদে, অদুদগী অদুম চৎলে।

রাহং—অদোম্না মিঃ কুইণ্টনগা রা ঙাংনবা মতমদুদা মহাক্না মখোয়গী অশোয়-অঙাম থোক্তনা লানবন্দগী মপাল থোকখিনবা অদোমদা করি হায়রম-লাক্লমবগে ?

পাউ—করিমত্তা হায়রম-লাক্লমবা লৈতে।

রাহং—মণিপুরীগী মায়কৈদা কনানা নোংমৈ কাপ্পা লেপ্পবগী হুকুম পিখিবনো ?

পাউ—ঐনা পিখিবা হুকুমনি, হুকুম অদু ইনখি।

রাহং—চিফ কমিশনারবু অশোয়-অণ্ডাম য়াওদনা গেট কাওবা থিদোক্ক পদা অদোম্না নোংমৈ কাপ্পা লেপ্পগী বেংগুন খোংখিদবা করিগীনো ?

পাউ ঐদি মহুদি ইখনবু খঙ্গুদ্রে।

রাহং—বন্দিশিংহুগী শোয়দ-ওমদনবগী অদোম্না করি করি শীনখিবগে ?

পাউ—ঐহাক্না মখোয়শিংহুবু অণ্ডোমনিংথোদা পিয়খি, অদুনা মহাক্না মখোয়শিং অদুগী অশোয়-অণ্ডাম থোক্তনবা শীন্নমগনি খনখি।

রাহং—বৃটিশনা লাল লেপ্পসি হায়না বেংগুন খোংলকপা মতমদা অদোম্না লাল লেপ্পগী হুকুম তৌখিবা করিগীনো ?

পাউ—ঐ লৈরম্বনা ঐনা লাল লেপ্পগী বেংগুন খোংহনখিবনি। ঐনা লাল অদু লুচিংলম্বনি।

রাহং—অহিং চুপ্পা তোপ-গারোৎতা লৈরম্বরা ?

পাউ --ঐ মতম খরদি হঙ্গৎ-হন্দা চৎলুই, ওহাক চৎলুরগা অহিং অদুনা অমুক হল্লিন্দুনা হিপথরম্মী।

রাহং—কোঙ্গুংদা তৌবা মীওিন অদু লোইরগা সাহেবশিং অদুনা বন্দি ওইনা লৈরবদা কনানা নোংমৈ কাপ্লকপা হৌখিবগে ?

পাউ ঐ মহু খঙদে। তৌইগুম্বসুং নোংমৈ কাপ্পকপা হৌরকপা মতমদা ঐনা নোংমৈ কাপ্পা লেপ্পসি হায়বগী হুকুম পিখিবা লৈতে।

রাহং—করম্বা মতমদা চিফ কমিশনারনা কোঙ্গুংদা অদোমগা উনম্বা লাক্লম্বগে ?

পাউ পুং ৯ লোম তাবা মতমদা।

রাহং—দরবার অদু অদোমগা মহাকা কয়া কুইনা তৌরম্বগে ?

পাউ—মিনিট ২০ লোম।

রাহং—উনরবা মতুং কয়া কুইরগা অদোম্না মীয়াম অদু তাহোক্লম্বা হল্লকপগে ?

পাউ—মিনিট ৪।৫ যোম লৈরগা।

রাহং—মকম অদুদা মী কয়ামুক তিল্লখগে ?

পাউ—মী ৩০০/৪০০ রোম।

রাহং—মখোয়গী খুদোংথিবা থোক্লকনি হায়বসি অদোমদি খঙলমদবরা ?

পাউ—খঙলমদে, ঐ মদুগী মরমদা খল্লুদে, ঐনা অঙোমনিংথৌদা মখোয়বু শোয়দ-ঙামদনবা হায়খি।

রাহং—দরবার লোইরগা রাজপরিবারগী মীশিংনা গেট ফাওবা থিন্দোকপা হায়বসি মহৌশাগী চৎনবিরা ?

পাউ—শা মমাংগী গেট ফাওবদনি, ঐদি হকচাং ঙমদনুনা ইশামক্তি অদু ফাওবসু চৎলুদে।

রাহং—চিফ কমিশনার অমসুং মহাক্কী কাঙবুবু বন্দি থমখিবসি করি নিংবা অমা লৈবননো ?

পাউ—ঐনা মখোয়বু থমলুবগী মরমদি মপান্দা খুৎলাই পায়বা মী য়াম্না লৈরম্মী, অদুনা নোংঙাল্লগা অয়ুক ওইনা চৎহনিংবননি।

রাহং—মখোয়শিংদুবু চৎহনখিগে হায়বগী আশা লৈরম্লবদি অদোম্না করিগী দমক্তা অমুক হন্না লাল শোক্লিবা হৌরম্বনো ?

পাউ—ঐহাক তোপ-গারোৎ মনুংদা লৈরম্মী, সুবেদারনা মপান্দা বোংমৈ কাপ্রম্মী, ঐ তুমথখি অদুগা অমুক হন্না লাল লেপ্লসি হায়বগী বেংগুন খোংখিদে।

রাহং—সাহেবশিংদা ফুক্তিলকপা অমসুং মিঃ গ্রিমউডপু হাৎখিবা মী ৩০০/৪০০ অদুনদি অদোমগী হুকুম খঙইন্ ইল্লগা অদোম্না সাহেবশিংদুবু গেটকী মপাল তাম্না থিন্দোকখিনবা লাকপদা অতৈ থরা অমনা অপনবা পিগনি হায়বসি করম্না খল্লুরিবনো ?

পাউ—ঐনা মখোয়বু থিন্দোকলুদে। মসিনা লোইরে।

রাহং—মার্চকী তাং ২৪ দা অদোমগা বামন চরণ মুখর্জিগা উনখিবরা নত্রগা মঙোন্দা চিঠি অমা থাখিবরা ?

পাউ—ঐদি মাগা উনখিদে তৌইগুম্বসুং ঐনা খংবদি সেনাপতিনা

রেসিডেন্সিদগী চিঠি অমা কংখি অদুগা মতু মহাক্না বামন চরণ মুখর্জিদা মৈতৈ ভলোন্দা হন্দোক্লবা থাখি।

রাহং—লাল লেপ্লসি হায়বা বেংগুন খোংলকপা মতমতুদা অদোমদি কদায়দা লৈরম্বগে ?

পাউ—ঐ তোপ-গারোৎতা লৈরম্মী অমসুং মকম অতুদগী দরবার শঙ তাম্না চৎলি।

রাহং মহারাজনা দরবার য়াওখিদবসি করিগীনো ? দরবার য়াওবসি চৎনবি নত্তবরা ?

পাউ—চিফ কমিশনারনা যুবরাজতবু উননিংবনি। চিফ কমিশনার লাকনি হায়বতু হায়া খঙহল্লবদি মহারাজসু য়াওরমগদবনি।

রাহং লানবন্দগী নোংমৈ তোপ পুখোক্লকপা অদুগা রেসিডেন্সিদা কাপশিন্নবগী লৈপল মথক্তা খিল্লম্বা অদুগা নোংমৈ অদু কাপ্পনবগী হুকুম কনানা পিরম্বগে ?

পাউ – রেসিডেন্সিদা নোংমৈ কাপ্পসি মপাল ইথং থংবা লৈপল মথক্তগী কাপ্পনা খুদোং ইচা চায় হায়বসি সেনাপতি অমসুং সর্দার পুম্নমক য়ানবনি।

রাহং – যুবরাজ অমসুং সেনাপতিগী মথৌ করি করিনো ?

পাউ—প্রজাশিংগী শান্তিরক্ষা তৌবনি অদুগা সেনাপতিনা লানগী কমাণ্ডর ইন-চিফনি। হৌখিবা চহি ৪ অদি ঐহাক সেনাপতি ওইরম্মী তৌইগুম্বসুং হৌখিবা সেপ্তেম্বরদগীদি ঐহাক যুবরাজ ওইরে।

রাহং – চিফ কমিশনার অমসুং মাগী কাঙবুবু হাৎপ্রে হায়বা পাউ তাবদা মখোয়গী অশিবা মশাশিংদুগী মরমদা অদোম্না থিজিন হুমজিন-খিবরা ?

পাউ—মখোয়গী অশিবা মশাশিং অদু ফুমজিনপ্রে হায়নদি তাখি। মসিদগী হেন্না ঐ খোয়না খিজল্লুবা লৈতে।

বাহং—মরাল অমগী দমক অংদোগু পলিটিকেল এজেটনা দত্তি পিখিব-
গাক লৈবরা ?

পাউ—নিপা অনিথক হাংলুই হায়বগী মরীদা ঐগী ইথক্তা কেশ অমা লৈরম্মী°। মদুগী দমক ঐবু মপান্দা থাদোকনি হায়না হুকুম তৌরম্মী তৌইগুম্বস্নং ঐনা আসামগী চিফ কমিশনারদা আপীল তৌবদগী হুকুম অদু কক্‌খি।

মসি পাথোক্লম্মী অমস্নং আসামীদা বারোন অসি শুগায়না তাক্লম্মী। মহাক্না চুম্মী হায়না য়ারম্মী।

---

## টেকেন্দ্রজিংকী পক্ষদা লেপ্পা

### সাক্ষীশিংগী জবান

অহানবা সাক্ষী চান্ সিংহ, অপোকপগী মিং দয়ানিধি, লৈকম-রাংথৈ লৈকাই, চহি ৩০ শুবনা বাশক্লুনা হায়খি—"ঐহাক যুবরাজগী লালুপচিংবনি, মার্চ্চকী তাং ২৪ দা লাল শোক্লবা মতম অদুদা অয়ুক তত্তাদা ঐ যুবরাজগী ইংথোলদা লৈরম্মী।

তাং ২৩ দা যুবরাজ হকচাং ষৈরম্মী, যুবরাজগী চাকখাওদা অথিল-অরেং তৌরম্মী। তাং ২৩ দা সাহেবশিং যুবরাজ উনবা লাকপা ঐ উরমদে।

তাং ২৪ দা করম্বা নাকন্দগী নোংমৈ কাপ্পা হৌরকপনো ঐ হায়রবা

---

০। ১৮৮১ ইংগী মে থাদা টেকেন্দ্রজিৎ সিংহনা কতবাল ওইরিঙৈদা নিপা অহমথকপ্ন অস্নুকী মতিক থীনা ফুরম্মী মহুদি নিপা অনি শিথি হায়না Correspondence Relating to Manipur ( 1891 ) গী লামাই ৮৮ দা ইরি। নিপা-শিং অদু তশেংবদি য়াম্না থীনদি শোকখিবনি, শিবমক্তি শিখিদে। বৃটিশ পার্লিয়া-মেণ্টী লৈনখিবা মতাংদদু Mr Campbell-Banerman কৌবা মেম্বর অমনা নিপা অনি অদুবু টেকেন্দ্রজিৎ সিংহনা ফুহুনা হাংখি হায়বা বাফম অদু চুমদবনি হায়না [illegible]—"It is not true that he beat two slaves to death as was stated."

ঙমদে মরমদি নোংমৈ কাপ্পা হৌরকপা মতম অদুদা ঐদি তুমজ্জনা লৈরম্মী। তাং ২৩ গী অহিংদা ঐহাক যুবরাজগী ইংখোল মনুংদা লৈবা ঐগী যুমদা লৈরম্মী। ঐহাক তাং ২৪ গী সুমিং অসিদা থরাই হিংনন-বা চেল্লম্মী। ঐহাক অঙোসনাগী ময়ুমলোমদা চেল্লম্মী অমসুং কোয়না চংলগা নোংপোকথংবা কোন্নুংগী থোঙজাওরোমদা চংদুনা কোন্নুং চংলম্মী।

ঐহাক যুবরাজগী মনাই ওইবনা চংলুবনি, ঐনা লানবন্দা হল্লকপা মতমদা যুবরাজ তোপ-গারোংতা লৈবা উরম্মী, মতম অদু অয়ুক্কী পুং ৭ লোম তারম্মী। নোংমৈ অদু সুমিং চুপ্পা কাপ্পরম্মী। নোংমৈ কাপ্পদু সুমিদাংগী পুং ৮ লোম তাবদা লেপখি। বৃটিশকী মাইকৈদগী লাল লেপ্পসি হায়বগী বেংগুন খোংলক্তখি। মতম অদুদা মণিপুরগী মাই-কৈদগীসু নোংমৈ কাপ্পা লেপখি। রেসিডেন্সিদগী চিঠি থারকখিবরা থানকখিদবরা হায়বা ঐ হায়বা ঙমদে। সাহেবশিংনা কোন্নুং মনুংদা লাকখিবা অদু ঐ খঙই। মখোয় সুমিদাংগী পুং ৯ লোম তাবদা লাক-খিবনি। সাহেবশি অদু দরবার তৌবা লাকপনি। দরবার অদু দরবার শঙগী মমাংদা লৈবা লম্বীদা তৌরম্মী। সাহেব মঙাগা বেংগুন খোংবা অমগা য়াওখি। অঙোমনিংথৌ, যুবরাজ অমসুং থঙ্গাল জেন-রেলসু দরবার অদু য়াওবম্মী। মতম অদুদা মী তাম্থোকপনা ঐগী ইথৌ ওইরম্মী।

দরবার অদু মিনিট ২০ লোম তৌরম্মী। ঐ হিন্দুস্থানি খঙদে। অকোযবদা মী য়াম্না তিল্লম্মী। দরবার অদুদা ব্রাব্রী শানখিবদু মৈতৈ লোন্দরা নত্রগা হিন্দুস্থানিদরা হায়বা ঐহাক খঙদে। দরবারদু লোই-রগা যুবরাজনা সাহেবশিং অদু অঙোমনিংথৌদা শিন্নরম্মী অদুগা তোপ গারোং তাম্না লেংখি। তোপ-গারোংতগী ঐখোয় নিন্-খোংবা তারম্মী অমসুং অঙোমনিংথৌনা লাউরম্মী "ঐহাক সাহেবশিংবু মপাল য়োনা খিন্দোকপা ঙমদ্রে।" অদুদগী যুবরাজনা শাউদুনা মপান্‌, [illegible]

লেংখোকখি। অমস্থুং মীশিং অহু তাম্বোকখি। মৈনা মীশিং তাম্বোক্লি-বহুদা যুবরাজগী মতেং পাংলম্মী। যুবরাজনা সিড়ি মথক্তা সাহেব অহুম অহু উরম্মী অমস্থুং অতৈ অনি অমনা কদারদা লৈখিবগে উথিদে। অহুদগী সাহেবশিং অহু কা মফুংদা থম্লমী। মিঃ গ্রিমউড শি হায়বা ঐ উরমদে। শিরে হায়বদি ঐহাক তাখি। মিঃ সিম্পসনা সিড়ি কাখৎপদা যুবরাজনা মতেং পাংবা ঐহাক উরম্মী। অহুগা যাত্রা সিংহনা য়া ঙাংবা তারম্মী। ঐ মহাকপুদি মশক উথিদে। যুবরাজনা অকোযবদা লৈরিবা মীয়াম অহুদা হায়রম্মী—"সাহেব অমদি হাৎখ্রে, মসিগী দমক ঐহাক্তা নখোয়বু মতুংদা দন্ডি পিগনি। লৈহৌরিবা সাহেবশিং অসি নিংথিনা শেন্নৌ।"

অহুদগী যুবরাজ শা মমাংগী গেট অদোমদা লেংখোকখ্রে। ঐহাক যুবরাজগী মতুং ইল্লম্মী। যুবরাজনা লৈপলগী অকোয়বদা লেংহুনা নোংমৈ কাপ্পা থিংলম্মী। ঐখোয়গা যাত্রা সিংহ অমস্থুং উশবগা থেংনখি। মখোয়না লাক্কুনা হায়রম্মী "জেনরেলনা সাহেবশিংবু হাৎ-ননবা য়াথ পিরে।" মহুদা যুবরাজনা হায়খি—ঐহাক্তা মখোয়বু হন্দকত্তি কনবিরে, অসিগুম্বা থবক তৌগনু হায়য়ু।"

অহুদগী মখোয় অনি চৎখ্রে। মতম অহুদা যুবরাজ নোংপোক থংবদা লৈবা গেট অদোমদা কোয়না লেংহুনা য়েংলম্মী। মফম অহুদগী যুবরাজ তোপ-গারোৎ তাম্বা হনখি। ঐদি তুংলোমদা লেপ্লম্মী, ঈশিং থক্লম্মী,. অহুদগী তোপ-গারোৎ তাম্বা লাক্লম্মী। মফম অহুদা ঐহাক থঙ্গাল জেনরেলবু উথি। যুবরাজদি হিপ্তুনা লৈরম্মী।

করিগী দমক্তা সাহেবশিংবু হাৎননবা হুকুম পিরিবনো হায়না থঙ্গাল জেনরেলদা যুবরাজনা হংলম্মী। জেনরেলনা খুম্নকখি—"মখোয়শিং অসিবু থবগী কান্নবা করিনো? ঐখোয়না সরকারগা [illegible] [illegible]।"

যুবরাজনা হায়খি—“অদুম্বা ঙাংগনু। ঐখোয়না তাইশিংগনি অমসুং হয়েং চিঠি অমা থাগনি।” অদুদগী ঐহাক তুম্বা চৎলে। যুবরাজসু চেপ্পা লেংখ্রে। তাং ২৫ গী নোংয়াই মতুং পূং ৩ লোম ভাবা মতমদা নোংমৈ কাপ্পা ঐখোয় তারম্মী।

তোপ অচৌ অচৌবা কাপ্লম্মী। অদুদগী যুবরাজ লেংখৎখি, ঐহাকসু হোৎলম্মী। অদুদগী সাহেবশিং অদু লৈত্রে হায়বা ঐ তাখি। রেসিডেন্সি মৈ থাবা অমদি ট্রেজরি লুট তৌখিবদি ঐ উখৌত্রে। যুবরাজনা মিকপ থোক্লকপদা হংলম্মী—“থঙ্গাল জেনরেল কদায়দা লৈ?” অকোয়বদা লৈরম্বা মীশিং অদুনা খঙ্বা ঙম্লমদে। কনাগী হুকুমনা সাহেবশিং অদু হাৎখিবগে হায়বা ঐখোয় তারমদে। নোংঙাল্লগা থোকখিবা থৌদোক অদু তম্লনবা মহারাজগী সনা নাক ভাম্না লেংখি। ঐদি তোপ গারোৎতা লৈহৌই।

## প্রোসিক্যুটরনা য়েৎপদা থুম্বা

যুবরাজনা অফিসারশিং অদু দরবার শঙ অদুদা থম্বা মতমদা মহাক মশাদি লৈপলগী অকোয়বদুদা কোয়না চৎলম্মী। পুখ্রিদগী ঈশিং খয়া থক্লগা ঐহাক মতম খরদং পোৎথারম্মী। যুবরাজনা হেক থুংবা মতুং অদুদা ঐহাক তোপ গারোৎতা থুংলম্মী।

## কোর্টনা হংবদা থুম্বা

দরবার মতুং অদুদা মীয়াম্বা তিন্ খোংকখি অদুগা যুবরাজনা মীয়াম অদু ভাম্বোক্লবা মপান্দা লেংথোকখি। নোংমৈদি কাপ্লমদে।

অমুক পূং ৩ তাবদা নোংমৈ কাপ্লগী মরম ঐহাক খঙদে।

যুবরাজনা কোয়না চৎতুনা য়েংবা মতমদুদা নোংমৈ কাপ্লমদে। মহাক্না মীশিং অদুদা অমুক হয়া কাওনবা মাংজোননা খঙহনখি; মহাক্না মথংগী সুমিৎতা সাহেবশিংদা চিঠি ইগনি হায়না মী খুদিংমক্তা হায়খি।”

অনিগুবা সাক্ষী অতোম্বা সিংহ অপোকপগী মিং পূর্ণ সিংহ, লৈকম কোনোক থিংঙেল, মণিপুরী, চহি ৪০ রোম শুবনা রাশক্তুনা হায়খি—"ঐহাক যুবরাজগী লাল্লুপচিংবা অমনি। মার্চ্চকী তাং ২৩ দা ঐহাক লরাইদা ফৌ লৌবা চৎলুই। ঐহাক মুমিৎ অদুদা অদুম হল্লকখি অদুগা অহিং অদুমক্তদা যুবরাজগী ইংখোলদা অদুম্মক তুম্লম্মী। মুমিৎ অদু যুবরাজ সনা হকচাং ঈরম্মী। বৃটিশকী সিফাইশিংনা নোংঙাল্লকপা মতম অদুদা যুবরাজগী ইংখোলদা চংলকখিবদু ঐ খঙই। মাইকৈ অসিদগী ঐখোয়-তম্না নোংমৈ কাপ্লকই। ঐখোয় অরাংলোমদা চেল্লম্মী। অহিং অদু যুবরাজদি শঙ্গায়দা অদুম লৈরম্বনি অদুবু করম্বা লম্বীদা চেঙ্খোকখিবনো হায়বা ঐ হায়কম খঙদ্রে। ঐখোয়না তুম্লিঙৈদা নোংমৈ কাপশিল্লকখি, ঐহাক হোগৎতুনা চেঙ্খোকলম্মী। ঐহাক অরাং থংবা লৈপল অদোমদা চেঙ্খোকলুই অদুগা নোংপোক থংবা গেট অদোমদা কোন্থংদা হল্লকখি। লানবল মখুং চংলক্তুনা ঐহাক তোপ-গারোং তান্না চৎলম্মী। তোপ-গারোংতা ঐনা থুংবা মতমদুদা ঐদি সর্দ্দারশিংবুদি উরমদে।

ঐহাক তোপ-গারোং-তা ইপল পল্লমদ্রে, ঐহাক যুবরাজ উন-নবগী দমক রাংগোল পুথ্রি তান্না চৎলুই। পুথ্রি মনাক্তা লৈবা লানবলগী তুমখোরকপা পল অদুদা ঐগা যুবরাজগা উনরম্মী। অদুগী মতুংদা ঐহাক ইমান্নবশিং থিরুনবা অনেম্বা লৈপল অদুগী মতুংইন্না নোং-পোকলোমদা চৎলম্মী।

মার্চ্চকী তাং ২৪ গী অয়ুক অঙনবদগী মুমিদাং পুং ৮ কাওবা নোংমৈ কাপ্নরম্মী। মুমিদাংগী পুং ৮ লোম তাবা মতমদা বেংগুন অমা খোংলকই অমম্ভুং মণিপুরীশিংগী মাইকৈদা যুবরাজনা নোং মৈ কাপ্না লেপহনখি। চিঠিগী মরমদা ঐহাক শুকখঙ থঃ দে।

সাহেব খরা লানবল মখুংদা চংলকখি হায়বা ঐ খঙই। সাহেব মন্তানি। দরবার শঙগী মমাংমক্তদা দরবার তৌরম্মী। সাহেবশিং

অহু মফম অদুদা লৈরম্মী। অঙোম নিংথৌ, যুবরাজ অমসুং থঙ্গাল দরবার অদুদা য়াওরম্মী। ঐহাক্না মখোয়বু উখি, দরবার অদু মিনিট ২০ তোৌরম্মী। দরবার লোইরবা মতুং অদুদদি সাহেবশিং অদু দরবার তোৌবা মফম অদুরাইদা ফুক-ফুক হোৌগৎনখি। যুবরাজ তোপ গারোৎ তান্না চৎখি, মহাক মফম অদুদা কুইনা পল্লমদে। অঙোম নিংথৌনা লাউরকখি, "ঐ সাহেবশিং অসিবু মপাল তান্না পুথোকপা ঙমদরে।" অদুদগী যুবরাজ লেংথোরক্লে অদুগা মীয়াম অদু তানখাইরকই। মহাক্না সাহেবশিং অদু দরবার শঙ মনুংদা থম্লম্মী। ঐহাক্না সিড়ি মথক্তা সাহেব অহুম উরম্মী। যুবরাজনা হায়রম্মী, "অতৈ সাহেব অনিদি কদায়দা লৈবে?" যুবরাজনা সাহেব (৪ শুবা) অমবু সিড়ি মথক কাখৎপদা মতেং পাংলম্মী। ঐহাক্না উবদা মিঃ গ্রিমউডপু মশক খঙলম্মী, ঐহাক মহাকপু মফমদুদা উখিদে। যুবরাজনা সাহেবশিং অদুবু অঙোম নিংথৌ অমসুং যাত্রাদা শিন্নরম্মী। অদুদগী মহাক যুবরাজ) শাগী থোঙজাউ অদোমদা লেংথোকখরে। মহাক্না অনেম্বা লৈপলগী অকোয়বদা চক্তুনা মী খুদি মকপু মাগী মাগী লৈকমদগী হেন্দোকনু হায়না হায়রম্মী। মতম অদুদা নোংমৈ কাপ্লমদে, মহাক্না মীয়ামদা চ্যেকশিল্লু অদুগা নোংমৈদি কাপকনু হায়রম্মী।

তোপ অদু লানবলগী খা-নোংচুপ থংবা মায়কৈদা খিল্লম্মী। যুবরাজদি খা থংবা গেট অদোমদা লেংথোকখি। খা থংবা গেটতা ঐথোয়গা যাত্রাসিংহ অমসুং উশংগা থেংনখি। ঐহাক উসববু নিংথিনা থঙই। যুবরাজনা সাহেবশিং অদু হাৎলু হায়রে হায়দুনা থঙ্গাল জেনরেলনা হায়খি হায়বগী পাউসি মখোয়না তমখি। মসিবু অচুম্বরা হায়না মখোয়না হংখি মতুদা যুবরাজদা খুমখি—'অহল অদুদা হায়যু মদুদি মখোয়শিং অসি অচৌবা মী ঙাক্তনি, অদুনা মখোয়গী মাংনবা তৌ-রোইদৌবনি।' মখোয় অনি চৎথ্রে অদুগা যুবরাজনা অনেম্বা লৈপলদুগী

অকোয়বদা লেংলম্মী অমসুং অয়োয়বদা মন্দিরগী গেট অদোমদা লেংখিদুনা তোপ গারোৎ য়ৌখি। ঐদি যুবরাজগা লোয়ননা তোপ গারোৎ য়ৌখি। ঐদি যুবরাজগা লোয়ননা তোপ গারোৎ তান্না লাক্লম্মী। তোপ গারোৎতা থঙ্গাল জেনরেল লৈরম্বদু ঐহাক উরম্মী। মতম অদুদা যুবরাজগা লোয়নবা মী অতৈ খরসু য়াওরম্মী। যুবরাজনা তোপ গারোৎতা হেক থুংবগা জেনরেলদা হায়খি—"সাহেবশিং অসি করিমতা শোকহল্লোইদৌবনি।"

থঙ্গালনা হায় 'নহাক অপঙবনি, ঐখোয় সরকারগা তাইশিন্নবা ওয়রোই। নহাক্না অদুন্না ঙাংলিবহ করি কান্নগনি?'

যুবরাজনা খুম্লম্মী— "অদুম হায়না তৌরোইদৌবনি।' বারী অসুন্না শারম্লগা যুবরাজ হিপথগ্রে।

যুবরাজনা হায়রম্মী—ঐ য়াম্না চোকথরে, অদুনা তুম্লগে।' অদুদগী যুবরাজ চেপগ্রে।

অদুদগী ঐহাক তোপ গারোৎকী মনিংদা য়ুম অমদা চন্থুনা পোৎথারম্মী। ঐ তুমথগ্রে। নোংমৈ কাপ্লকপা হৌরকপা অদুতদা ঐহাক মিকপ থোক্লম্মী। অদুদগী ঐহাক হোৌগৎলে। ঐনা যুবরাজবু তোপ গারোৎতা উরম্মী। মতম অদু নোংয়াই মতুং পুং ৩ লোম তারম্লগনি। যুবরাজনা লাউরকখি—'কনানো নোংমৈ কাপ্লিবা? মখোয়না তৌরিবদু খিংনবা মী থাখো।' মসিগী মতুংদা করি তৌখিবনো হায়বদু ঐহাক্তি হকচাং শেংদোকপা চৎলুবা মরম্না করিমতা খঙখিদ্রে। সাহেবশিং করি করি তৌগ্রবনো হায়বদু মতম অদুদা ঐ খঙদ্রে। ঐনা হল্লক্তুনা তোপ গারোৎকী মনিংদা লৈবা য়ুম অদুদা চৎলুবা মতম অদুতদা সাহেবশিং অদু হাৎখ্রে হায়বা ঐহাক তারম্মী। মখোয়শিং অদু কনাগী হকুম্না হাৎখিবনো হায়বদুদি ঐ হাক খঙদ্রে।

## কোর্টনা হংবদা খুম্বা

ঐহাক্না যুবরাজবু রাজোল পুথ্রি মনাক্তা লানবলগী তুমখোক্লকপা মচীল অদুদা হেক থেংনবা মতম অদুদা মহাক হঙ্গৎ-হন্দা চৎলম্মী। মহাক্না মী ময়াম অদু শীন্দোক্লম্মী অদুগা মানা মানা তৌগদৌবা মথৌশিং অদু তাক্লম্মী। মতম অদুদা নোংমৈ য়াম্বা কাপ্লম্মী।"

১৮৯১ ইং জুন তাং ৬ থাংজা সুমিৎকী মুংখিল পুং ৫ তাবা মতমদা কোর্ট কম্বা হৈখোক্লে।

১৮৯১ ইং জুন তাং ৭কী অমুক পুং ৯ তাবদা কোর্ট অমুক হন্না কমখি।

অহুমশুবা সাক্ষী তোন্থ সিংহ, অপোকপগী মিং লাল সিংহ, লৈকম য়াম্বেম লৈকাই, চহি ৫৫, মণিপুরীনা রাশক্তুনা হায়খি—ঐহাক লৈতোঙ (যুবরাজগী ইংখোল) দা লৈবা সুবেদার অমনি। তাং ২৩ দা ঐহাক ঐগী অফিসতা লৈরম্মী। সুমিৎ অদু যুবরাজ হকচাং ইরম্মী। তাং ২৩ দা যুবরাজ শঙ্গায়দা চেপ্লম্মী। তাং ২৪ গী অমুক্তা ঐহাক যুবরাজগী ইংখোলদা লৈরম্মী। বৃটিশ সিফাইশিং লাক্তুনা ঐখোয়দা লান্দারক্লম্মী। ঐহাক অদুদগী অরাংলোমদা চেপ্লম্মী অমসুং নোংপোকথংবা গেটলোমদা লাকতুনা কোন্থুং চংলম্মী। বৃটিশনা লাল অদু হৌরকখিবনি। অদুনা ঐহাক তোপ গারোৎ তাম্না চৎলম্মী। মতম অদুদা ঐহাক্না যুবরাজ অমসুং লাল্লুপচিংবা খন্না উরম্মী; সুমিৎ-চুপ্পা লাল তৌরম্মী। হুমিদাং পুং ৮-৩০ মিঃ রোম তাবা মতমদা বৃটিশকী মায়কৈদগী লাল লেপ্পগী বেংগুন খোংলকপা তাখি। মতম অদুদা যুবরাজনা নোংমৈ কাপকমু হায়না থিংলম্মী। মহাক্না মাগী হুকুম অদু ইল্লম্মী। মতম অদুদা যুবরাজদি লানবলগী খা-নোংচুপ থংবা লানবলগী মচিল তুমখোরকপা অদুদা লৈরম্মী। সাহেব মণ্ডাগা বেংগুন খোংবা নিপা অমগা দরবার তৌবা লাকপদু ঐ উরম্মী।

দরবার শঙগী মমাংমক্তদা দরবার তৌরম্মী। তোপ গারোৎতগী যুবরাজ লেংথোরক্তুনা দরবার য়াওরম্মী। দরবার অদুদা অতোম

নিংথৌ অমস্তুং থঙ্গাল জেনরেলসু য়াওরম্মী। দরবার অদু মিনিট ২০ লোম তৌরম্মী। দরবার অদু হেক লোইরকপদা য়ুবরাজনা সাহেবশিং অদু অঙোম নিংথৌদা থিন্দোকলুনবা হায়খি। অদুদগী য়ুবরাজ তোপ গারোৎতা হল্লকখি। য়ুবরাজ তোপ গারোৎতা মিনিট ১০ রোম লৈরম্মী। অদুদগী অঙোম নিংথৌনা তোপ গারোৎ তাম্না লাক্লগা য়ুবরাজদা 'সাহেবশিং অদু থিন্দোকপা ঙমদ্রে' হায়রম্মী। অদুদগী অঙোম নিংথৌ অমস্তুং য়ুবরাজ মপাললোমদা হেংথোকখ্রে। মতম অদুদা দরবার শঙগী সিড়ি মথক্তা সাহেব অহুমদু উরম্মী। য়ুবরাজনা অঙোম নিংথৌ অমস্তুং যাত্রাসিংহদা সাহেবশিং অদু চোক-শিন্না য়েংনবা অদুগা মখোয়গী অমাং-অতা থোক্তনবা য়েংউ হায়রম্মী। য়ুবরাজনা লাউরম্মী—'মফম অসিদা সাহেব মঙা লৈহৌবদাই! ঐনা অহুমদমক উরে, অতৈ অদুদি কদায়দা লৈখ্রবাগে?' মহাক্না কোয়খি থিরম্মী অমস্তুং দরবারশঙগী সিড়ি মখাদা মি. সিম্পসন্না তুডুনা লৈবা থেংনরম্মী।

য়ুবরাজনা মিঃ সিম্পসনবু দরবার শঙ মনুংতাম্না পুশিল্লম্মী। য়ুবরাজনা সাহেবশিং অদু থোইদোকপা অশোয় অঙাম লৈত্রে হায়বা খঙলদুনা নোংচুপ থোঙলোমদা চংখ্রে। মতুংদদি য়ুবরাজনা অনেম্বা লৈপল অদুদা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলম্লগা খারোমগী থোঙজাউ অদু কাওবা লেংখি। মফম অদুদা ঐখোয় যাত্রাসিংহগা উসবগা ওক্লরম্মী। অদুদা মখোয়না য়ুবরাজদা থঙ্গাল জেনেরেলনা সাহেবশিংদুবু শঙলিংবদা শিন্নথ্রো হায়বগী হুকুম তৌরে হায়বসি হঙ্গৎলম্মী। মদুদা য়ুবরাজনা হায়খি—'হুকুম অদু চৎনবা য়ারোই, থঙ্গালদা বন্দিশিং অদু নিংথিনা য়েংশিনবিনবদুম হায়রু!' অদুদগী য়ুবরাজদি অনেম্বা লৈপল অদুদা লেংলুরগা পোংপোক পাংনা লেংখ্রে। মথংদদি য়ুবরাজ তোপ গারোৎতা লেংখি। থঙ্গালদি মফম অদুদা অদুম লৈহৌরে। য়ুবরাজনা মঙোন্দা হায়খি--'ইপু! নহাক্না সাহেবশিংদুবু হাৎননবা য়াথং পী হায়বদু তৌবা য়ারোই।'

জেনরেলনা খুমখি —'সাহেবশিং অসিগা ঐখাক্কগা অতুক হয়া মরুপ ওইবা য়াম্রোই হায়বসি ঐ উরে ।'

অসিগী মতুংদা যুবরাজ মশা ঙমশিল্লক্লবনা হিপথখিবদগী অতুম চেপথ্রে। ঐহাক যুবরাজগী থৌগল তৌবা মীনি। যুবরাজ অসি ঐনা অনুম থনবদা পুং ১-৩০ নত্রগা ২ রোমদি চেপখি ঐস্থু তুমথত্রে। নোংমৈ অমুক হন্না কাপ্লক্লবতদা ঐখোয় থৌগৎনরকখি। মতম অতুদা তোপ-মক কাপখিবগী মখোন্দি তাখিদে। মতম অসি নোংঙাল্লমদাইগী পুং ৩ লোম তারক্লবা মতমতুদনি। যুবরাজনা লেংখৎলকপগা থঙ্গাল জেনেরেলবু কোয়খি থিরম্মী, অতুগা করিগী নোংমৈ কাপ্লিবনো হায়না হংলম্মী। নোংমৈ কাপ্লতু লেপহন্নবগী দমক মী থাখি। ঐহাক সাহেব-শিং অতুগী মরমদা যুবরাজনা হখিবা রাকমদি তাখিদে। অয়ুক মুমিৎ থোরকপদা যুবরাজদি মনুংদা লেংশিনখি অতুগা যুবরাজগা মহারাজগা উনখি। ঐনা হৌগৎলকপা মতুংদা ঐহাক থঙ্গাল জেন-রেলবুদি উখিদে অতুগা মহারাজদা যুবরাজনা করি হঙ্গৎখিবগে হায়বতুদি ঐ খঙদ্রে।

বন্দিশিংদি যুবরাজগী সনা য়াথ না থাদোকপিখি। বন্দিশিংদা যুবরাজগী হুকুম্না চান-থক্লবা অমস্তুং মফি-মরোল পিরম্মী।

## কোর্টনা হংবদা খুম্না

তাং ২৩গী মুমিদাং অতু ঐগী শন্ত্রি মুমিৎ ওইবনা শঙ্গায়দা যুবরাজ লৈ হায়বা ঐ খঙই। তাং ২৪গী অয়ুক অঙনবদদি ঐহাক মাবু উখিদে। তাং ২৩গী মুমিদাংগী চাওরাক্লা পুং ১০ রোমতাবা মতম অতুরাইদা শঙ্গায়দা যুবরাজ চেপখি। ঐনা চেনবা মতম অতুদা সিকাই অনি লোয়নৈ। সিকাইশিংতু ঐ মশক খঙই। অমনা তোলেনঃ কৌই অমগা অমনা অতোপ্পাউ কৌই।

অঙোম নিংথৌ মশামক তোপ গারোৎতা লাক্লুনা যুবরাজদা মহাত্মা সাহেবশিংবু মপান কাওবা থিন্দোকপা। ঙমদ্রে হায়রবনু ঐহাক

৪ শুবা সাক্ষী মীচাউ লালুপচিংবা, অপোকপগী মিং য়ামো, লৈকম য়াংথৈ, চহি ৬০ রোম শুরবা মনিপুরীনা বাশক্তুনা হায়খি—"ঐহাক লাল্লুপপু য়েংশনবা মীনি। ঐ লালুপচিংবনি। তারিখ ২৩ গী অহিং অদু ঐহাক যুববাজগী ইংখোলদা শত্রিগী দমক লালুপ কারম্মী। তাং ২৪ গী অয়ুক্ত নোংমৈ কাপ্লকপগী মখোল তাবদগী ভুম্লবদগী হৌগৎলে। হৌগৎলকপা মতম অদুদা কাপ্লকপা নোংমৈ অদু বৃটিশকী মায়কৈদগীনি হায়বা খঙখি। ঐহাক অরাং পাংনা চৎলগা নোংপোক-থোঙলোমদা চংলক্তুনা কোম্নুং মন্নুং চংলে। তারিখ ২৩ গী অহিং অদুদি যুবরাজ সনা হকচাং ইদুনা শঙ্গায়দা অদুম লৈরম্মী। অদুগা তাং ২৪ গী অয়ুক্তদি ঐহাক যুবরাজবু উখিদ্রে। কোম্নুং অদুদা অম্নুম লাকপদা তোপ গারোৎ তান্না ঐহাক চৎলম্মী। মফম অদুদা যুবরাজদি হিপ্তুনা লৈরম্মী। মফম অদুদা থোইদোকপা সর্দারশিংসু লৈরমদে। হুমিৎচুপ্পা নোংমৈ কাপ্পখি। হুমিদাংগী পুং ৮॥ রোম তাবদা বৃটিশকী মায়কৈদগী বেংগুন খোংলকখি। মদুদা যুবরাজনা মণিপুরীগী মায়কৈদগীসু নোংমৈ কাপ্তনবা সনা য়াথং তৌখি।

হুমিদাংগী পুং ৯ নত্রগা থরা হেনবা অদুরাইগী মতমদা সাহেব মঙা অদুনা কোম্নুং মন্নুং চংলকখিবদু ঐ খঙই। মখোয় দরবার তৌবা লাকপনি। দরবার অদু দরবার শঙগী মমাংমক্তদা লম্বীদা তৌখি। মণিপুরীশিংগী মায়কৈদা যুবরাজ, থঙ্গাল জেনরেল অমসুং অঙোমনিংথৌ য়াওরম্মী। দরবার অদু মিনিট ২৫ রোম তৌখি দরবার লোইরবা মতুংদা যুবরাজনা অঙোম নিংথৌদা সাহেবশিং অদু মপান্দা নিংথিনা থিন্দোক-পিরুবা হুকুম,তৌরয়গা তোপ গারোৎতা অমুক হনকখি। যুবরাজদি

তোপ পারোত্তুদা মিনিট ১৯ রোম লৈরম্মী। মতুংদা অঙোম নিংথৌনা যুবরাজবু তোপ পারোৎতগী কৌথোক্লগা মথোঙ ময়াদা হায়খি মদুদি সাহেবশিং অসি নিংথিনা মপাল য়োহনবা ঙমদ্রে। মতুংদা যুবরাজ মপাল থোকখ্রে অদুগা সাহেবশিংদা ফুজিল্লকলিবা মীয়াম অদু তাম্মোকখি। মতম অদুদা ঐহাক সাহেব অহুম তমক উখি। মখোয় সিড়ি মথক্তা লৈরম্মী, দরবার শঙগী থোঙজাও অদু থুগাইদুনা হাংদোকখি। অদুগা সাহেবশিং অদু মমুংদা পূশিনবিখি। সাহেব অনিমদি করম তৌগ্রবনো হায়না যুবরাজনা হংবদা মীয়াম্না 'মখোয় তুপ্রে' হায়রম্মী। মখোয় অদু দরবারশঙগী সিড়ি মখাদা থেংনখি। অমদি শিরম্লে, অমদি হিংলম্মী। যুবরাজনা অহিংবা অমদুবু সিড়ি মথক য়ৌনা কাখৎনবা মতেং পাংবিখি। অশিবা অমদুদি অদুম লৈহৌরে। অঙোম নিংথৌদা যুবরাজনা সাহেবশিং অদুগী অশোয় অঙাম থোক্তনবা য়েংশিল্লু হায়না সনা য়াথং তাক্লম্মী। সনা য়াথং অসি হায়রম্লগা মী অয়াম্বা মাগী মাগী মকম মকমদা হনখিনবা যুবরাজনা থাখিরম্মী, অদুগা মশামক্তি নোংচুপ থংবা লানবলগী লৈপল অনেম্বা অদোমদা লেংগ্রে। যুবরাজনা খা-নোংচুপ থংবগী লানবলগী মচিল তুমথোকপা অদোমদগী লাক্লগা খা থংবা গেট তাম্না লেংখি।"

## কোর্টনা হংবদা খুম্বা

"যুবরাজনা মীশিং অদু চোকশিন্না লৈনবা হায়খি।"

## মখা চাংয়েং চৎথবদা খুমবা

"মখাথংবা গেট অদোমদা ঐখোয়না উসবা অমসুং খাত্রগা উন্নরম্মী। মখোয়না যুবরাজদা হায়রম্মী—'যুবরাজগী হুকুম্না সাহেবশিং অদু শঙ-লিংবদা শিন্নথোকদবনি হায়না থঙাল জেনরেলনা হায়রিবসি অচুম্বরা নত্রগা চুমদবরা?'

যুবরাজনা খুমখি—

'মহু ভৌরুম্নু! সাহেবশিংহু শোকউম্নু! সাহেবশিং অহুগী মুং-ঙাইনবা য়েংশিল্লু।'

অহুদগী উসবা অমসুং যাত্রা দরবার শঙগী মায়কৈ তম্না চৎখ্রে। যুবরাজদি অনেম্বা লৈপল অহুদা লেংহুনা কোয়না য়েংলি অহুগা নোংপোকথোঙগী অরাং হেক থংবা কুটুম্ব গেট অদোমদা লেংলক্নুনা কোহুংলোমদা লেংশিনখি, অহুদগী অসুম কোয়না লেংলকপনা তোপ গারোৎ য়ৌখি। ঐখোয়না তোপ গারোৎ য়ৌবা মতমদুদা মফম অহুদা থাঙ্গাল জেনরেল লৈরম্মী। মফম অহুদা সর্দারশিং অমতা লৈরমদে। যুবরাজনা থঙ্গালদা হংলম্মী—'সাহেবশিং অহুবু শঙলিংবদা শিন্নবগী হুকুম করিগী পিখ্রিবনো? মহু চুমদবনি।' জেনরেলনা হায়খি—'থোকখ্রিবা থৌদোক অসিগী মতুংদা সরকারগা তাইশিন্নব' য়াখিগদ্রা?"

যুবরাজনা হায়খি – 'মসি তৌবা য়াদে, অযুক্তা মরম অসি মহা-রাজদা হঙৎকনি অহুগা করি তৌগদগে হায়বহু য়েংখিগনি।'

অহুদগী যুবরাজ সনা হকচাং ঙমশিল্লক্তুনা হিপথখ্রে। ঐহাক যুবরাজগী সনানাক্তা লৈরম্মী। যুবরাজ পুং ১-৩০ মিঃ রোম চেপ্লম্মী। ঐদি ঙহাক ঙহাক তুমথৈ। নোংমৈ অমুক হন্না কাপ্লক্লে, মহুদা যুবরাজ লেংখৎলক্লগা হায়খি, 'করিনো তৌরিবসিবো?' মতম অহু মমশিল্লক্লে। যুবরাজনা লেংখৎলকপা মতমদুদা ঐহাক থঙ্গালবুদি উখিদে। যুবরাজনা নোংমৈ কাপ্পা লেপ্লবা সনা য়াথং তাকখি। সাহেবশিং অমসুং সিফাইশিংহু হনখ্রে হায়বহু ঐখোয় মতমদুদা তাখি। নোংমৈ কাপ্লিঙৈ মতমদুদা সাহেবশিং অহু করম তৌখ্রবগে হায়না যুবরাজনা হংখি অমসুং মখোয়হু হাৎখ্রে হায়না হায়রম্মী। মহাক্কী মকোক অহু থবাকলোমদা খঙলুক 'লুকথরগা ফমথখি। অহুগী নোং-ঙাল্লক্লগা অহুদা যুবরাজ মহারাজ তাম্না লেংখ্রে। ঐদি মহারাজগী শঙ্গায়দা চৎলুদে। মপান্দা অহুম লৈহৌরে।

বন্দি থরা কারে হায়বা ঐ তাখি। যুবরাজগী য়াথং মতুং ইমা বন্দিশিং অদু থাদোকখি। যুবরাজ অমসুং মন্ত্রিনা মহারাজগা উনরবা মতুংদা হুকুমদু পিখিবনি।

যুবরাজনা সিফাইশিং অদু পিজ-পিথক ভৌরম্মী অমসুং মফি-ময়োল পিবিরম্মী।

যুবরাজগা সিফাইশিং অমসুং অতৈ মীওইশিংগা মথোয়না চৎলম-দাইদা উনদুনা য়া-লান ঙাংনখিবা অদুদি ঐ উহৌদ্রে।"

## কোর্টনা হংবদা খুম্না

পুং ৮ মিঃ ৩০ য়োম ভাবদা লাল লেপ্পগী বেংগুন থোংবা অদুগা যুবরাজনা মিকপ থোক্লকপগী মরক অসিদা নোংমৈ কাপ্লমদে।

৫ শুবা সাক্ষী অতোম্বা, অপোকপগী মিং গন্ধরূপ, লৈকম মীহুথোং, চহি ৪০ য়োম শুরবা মণিপুরীনা য়াশকুনা হায়খি—"ঐহাক যুবরাজগী লালুপচিংবা অমনি। তাং ২৩ গী অহিং অদুদা ঐহাক যুবরাজগী ইংথোল মহুং ঐগী লৈকমহদা তুম্লম্মী। তাং ২৪ গী অয়ুক্তা ঐহাক নোংমৈ কাপ্লগী মখোল তাখি। সরকারগী মীশিংনা নোংমৈ কাপ্লকপনি হায়না মীনা পাউ তম্লে।

অদুলগী ঐহাক থাপ্পা চেল্লম্মী। মায়কৈ অহুমদগী নোংমৈ কাপশিল্লম্মী। অয়াং থংবা মায়কৈদুনা থরা হাঙবা মরম্না মায়কৈ অদোমদা চেল্লম্মী। ঐহাক নোংপোকথংবা গেট অদোমদা লাকুনা ল্যানবল ম্লোরকই। ঐ অহানবদা য়ুমদা চাক চারম্মী। মতুংদা লানবন্দা লাকখিবনি। ঐনা লাকখিবদু অয়ুকী পুং ৭ লোম তারে। ঐ থুনমক তোপ গায়োৎ তাম্না চৎলম্মী, যুবরাজবু থেংনদদুনা ঐ মপাল থোল্লম্মী। অদুগা অয়াং থংবা লৈপল অদুদা যুবরাজগা ওরম্মী। যুবরাজ মফি-ময়োল থোল্লম্মী অদুগা সিফাইশিংনা নোংমৈ কাপ্পা মায়কৈদু য়েংলম্মী। যুবরাজ মী ৪।৫ লোয়নরকই। অমিৎচুপ্পা

নোংমৈ কাপ্লম্মী। হুমিদাংগী পুং ৮ লোম তাবদা বৃটিশকী মায়কৈদগী বেংগুন খোংলকখি। অদুদগী যুবরাজনা মণিপুরীগী মায়কৈদগীদু নোংমৈ কাপ্পা খিংখি অদুগা তোপ গারোৎতা হনখি। সাহেব মশা কোনুংদা চংলকপা ঐ উহৌই। মৎিক নেম্বা বেংগুন খোংনা অমসু সাহেবশিংগা লোয়নরকমাল্লে খল্লি। দরবারদু দরবার শঙগী মমাংমক্তদা তৌরম্মী। মণিপুরীগী মায়কৈদা যুবরাজ, থঙাল জেনরেল অমসুং অঙোমনিংথৌ য়াওরম্মী। দরবারদু মিনিট ২৫ রোম তৌরম্মী। অদুদগী দরবার অদু লোইশিনখ্রে অদুগা অঙোমনিংথৌদা সাহেবশিংদু শোয়দ ঙামদনা য়েংশিনবিনবা হায়রম্লগা যুবরাজ তোপ গারোৎতা হনখ্রে। মহাক তোপ গারোৎতা মিঃ ২০ লোম লৈরম্মী, অদুদগী ঐখোয়না দরবার শঙদা লাউ-খোংবা তারম্মী। যুবরাজনা মী থাদুনা তৌরিবদু করিনো হায়বদু য়েংহল্লুই।

মতম অদুদা ঐহাক অঙোম নিংথৌবুদি উখিদে। লাউ-খোংবদু তাবদুদা যুবরাজ মপাল্লোমদা লেংথোকখি। ঐনা অদুদগী সিড়ি মথক্তা সাহেব অহুমদু উরম্মী। যুবরাজনা অতৈ সাহেব অনিদি কদায়দা লৈপ্রবগে হায়না হংলম্মী অদুগা মখোয়দি সিড়ি মখাদা লৈরে হায়না যুবরাজদা হঙৎলম্মী। যুবরাজনা সাহেব অমবু সিড়ি মথক য়ৌনা কাখৎপদা মতেং পাংখিবদু ঐহাক উহৌই। সাহেব অমদি হাৎখ্রে হায়বা ঐহাক তাখি। সাহেব মরি অদু দরবার শঙ মনুংদা থম্মী, অদুদগী যুবরাজ মপাল্লোমদা লেংথোকপ্রগা মী খুদিংমক মাগী মাগী মফম মফমদা লৈনবা হুকুম তৌখি। অদুদগী যুবরাজ নোংচুপ থংবা গেট অদোমদা কোয়চৎ চৎতুনা য়েংলম্মী। লৈপন্দা লৈবা মীশিং অদু নিংথিনা য়েংননবা চ্যেকশিলহল্লম্মী।

খা-থংবা গেট অদুদা ঐখোয়গা উসবগা নিপা অমগা ওরম্মী। মখোয়না যুবরাজদা করিনো খরদি হঙৎখি তৌইগুমসুং মখোয়না তাংনখিবদুদি ঐদি তাহৌদে। ঐনা যুবরাজগী পাউথুমসু তারৌদে।

লিপা অনি অদু অদুম চৎখ্রে। ঐখোয় লৈপল অদুদা কোয়চৎ চত্তুনা লেংলম্মী। অমসুং খা-থংবা লৈপল অদোমদগী তোপ গারোৎলোমদা লাক্লম্মী। মতমদুদা ঐহাক তোপ গারোংতা থঙ্গাল জেনরেলবু উখি। মকমদুদা ঐহাক সর্দার অমত উখিদে। যুবরাজনা থঙ্গালদা হায়খি—'করিনো ইপুনা হায় হায়রিবা মতা চাদবা লাশিংসিবো?'

থঙ্গালনা খুমখি—'নহাক্না কিরিবসিবু করিনো? ঐনা থৌগল তৌরকপসি চহি ফনা মকুইরে। নহাক্তি নহানি ঐখোয়না সরকারগী মীশিং অসিবু কাছাড় কাওবা তাম্মোক্কনি।"

যুবরাজনা খুমখি—'ঐ নহানি, তৌইগুম্বসুং মসি তৌবা চুমই হায়বা ঐ খনদে।'

অদুদগী যুবরাজ হিপথরগা চেপখ্রে। ঐ মকম অদুদা লৈরম্মী অদুগা ভুম্লিংবনা উইথখিরম্মী। ঐখোয়না ভুম্লিডৈদা নোংমৈ অমুক হন্না কাপ্লম্মী অমসুং ঐখোয় মিকপ খোক্লম্মী। মতম অদু নোংঙাল্লমদাই ওইরে। যুবরাজনা লেংখৎলগা থঙ্গাল মেজরবু কৌরম্মী। অদুদগী ঐখোয় সাহেবশিং অদু হাৎখ্রে হায়না তাখি। যুবরাজনা হায়খি—'মখোয়না তৌরুরিবা থবকসিবু করিনো?' মহাক ঙাহাক্তং ফম্লম্মী। অদুদগী মহারাজ সনা নাক তাম্না লেংখি। অদুদগী ঐহাক হকচাং শেংদোকপা চৎলম্মী। মী খরা বন্দি থমলে হায়বা ঐ তারম্মী। শুমিৎ হুম্নি মরিনিরোম লৈরগা মখোয়বু থাদোকখি। অদুগা যুবরাজগী হুকুম মতুং ইন্না মফি মরোল চান-থরুবা পিখি হায়না তাখি।"

কোর্টনা হংবদা খুম্বা

"তাং ২৪ গী অয়ুক্তা যুবরাজবু উখিদে। ঐ থাপ্লা চেল্লম্মী। অমসুং ঐগী ইবুংঙোবু থাদোক্লমলে। তাং ২৪ গী অয়ুক্তা যুবরাজ মসুংদা লৈহৌবরা লৈহৌদবরা হায়বা অদু ঐহাক উখিদে।"

৬ শুবা সাক্ষী বলরাম সিংহ, অপোকপগী মিং অতোঙ্গাউ, লৈকম

শিংজমৈ, চহি ৪৯ লোম শুরবনা বাশক্তনা হায়খি।—"ঐ মহারাজগী মখাদা লৈজবা মাজিষ্ট্রেট অমনি।

ঐগী য়ুমদা যুবরাজ নুমিৎ নিনি লৈরম্মী। যুবরাজ সনা হকচাং ইরম্মী।

ঐগী য়ুমদা লৈরে হায়বসি সরকারদা তাকলু হায়না যুবরাজনা ঐঙোন্দা হায়রম্মী। ঐনা চৎলগা খেলেন্দ্র সুবেদারদা হায়রুই। মতম অদু নুমিৎ য়ুংলমদাই ওইরে। খেলেন্দ্রনা হায়খি—'ঐহাক চাক চারগা লাকনি।' চাক চাবা লোইরগা মাগা ঐগা ঐগী য়ুম তান্না লাকমিন্নৈ। যুবরাজ খেলেন্দ্রসিংহদা নুমিৎ অদু মপোক নুমিৎনি, কন্তবা নুমিৎনি, নুমিৎ অসিদা চৎনিংদে হায়রম্মী। অদুদগী খেলেন্দ্রসিংহ-না চৎভবা শুকয়া য়ারোই হায়রম্মী। অদুদগী খৎনরে, অনি অদু নম্নরে, যুবরাজনা খেলেন্দ্রবু লংথরম্লগা চেম্নোকখ্রে। মদুদা খেলেন্দ্রসিংহ-না যুবরাজবু তান্নদুনা কারুই। সুবেদারনা অহানবদা যুবরাজগী মখুৎ কারগা হায়খি—'চৎসি-চৎসি।' যুবরাজনা য়াখিদে।"

## প্রোসিক্যুটরনা হংবদা খুম্বা

"যুবরাজ সনা হকচাং ইরম্মী, মরম অদুনা পাউ অসি নুমিৎ নিনি পিহোৎত্রে। ঐদি যুবরাজনা হায়বদুদা তৌজখিবনি।"

১৮৯১ ইংগী জুন তাং ৮ গী মুংখিল পুং ৪ তাবদা কোর্ট কন্দা লোইশিল্লে।

## হান্না সেনাপতি ওইরম্বা, তুংদা মণিপুরগী যুবরাজ ওইখিবা টেকেন্দ্রজিৎ সিংহগী বিচার অহানবা শীরিবা মরাল

মহারাণীগী মথক্তা লালহৌবগী অহানবা চার্জ্জ অসিদা বিবাদিনা মরাল লৈতে হায়না হায়রি, অদুগা মহাকপু কাবা লাকপা বৃটিশকী লাশ্মীশিংদা নোংমৈ কাপখি হায়বসি মশানা য়াধবস্থ মহাক্না হায়রি মদুদি মহারাণীগী মথক্তা লালহৌবগী নাওংদা তৌখিবা নত্তে, মদুদি খোইদোক্না মশা কঞ্জনবগীদমক তৌখিবনি।

ভারত সরকারগী হুকুম বলৎকারনা থিংননবা মণিপুর দরবারগী অনিংবা অমা লৈরম্মী, হুকুম অদু মখোয়গী (দরবারগী) অপাম্বা ওইখিদে, মহারাজগী কেরাণী বামনচরন মুখর্জ্জিগী ঐখোয়দা লৈরিবা জবান্দা হায়রি মদুদি 'চিফ কমিশনরনা থুংলত্রিবৈগী থাখায় অমগী মমাংদা থিংননবা অমসুং লাল তাননবা খোরাং তৌখি। মণিপুরী দরবারনা তারম্মী মদুদি নিংথৌ খুবম থাদোক্লম্নবা মহারাজ অদু আসামগী চিফ কমিশনরগা লোয়ননা কোহিমাদগী মণিপুর তাবা লম্বীদা লোয়-নরক্লে অদুগা বিবাদিনা মদু থিংননবা লানগুম্বা অমা সাজন তৌখি হায়বসি য়াদে হায়না হায়খিদে, চংশিল্লক্লিবা অদুবু থিংননবা মণিপুরী লাশ্মী লিশিং অমা মাও থানা তান্না থ্যাগনি হায়না লেপখিবা কাউন্সিল অদুগী বিবাদিনা সভাপতি ওইখি। হান্নগী মহারাজদু চিফ কমিশনরগা লোয়নরক্তে, হায়বা টেলিগ্রাম অমা ফংলবতদা ভারত সরকারগী হুকুম অদু থিংননবা খোনা কনা হোৎনরম্বদু হোকখি। চিফ কমিশনরনা সেকমাইদা থুংলবা মার্চ্চকী তাং ২১ দগী তাং ২৩ কাওবগী খোদোক অদু ঐখোয়না লৌখৎপা য়াই (১) মিঃ গ্রিমউডকা উনম্না (২) বিবাদিনা ন্নাবা অমসুং (৩) মহারাজগী দরবারদা মশামক য়াওবা, অসি মতুনা অতৈদি সাক্ষীশিং অমসুং বিবাদি মশামক্না য়াবা।

খঙ্গা হেক নাদুনা বিবাদিনা তাং ২২ অমসুং ২৩ দা কমরগীক

য়াওরদবনি হায়না হায়জিনবসি চৎনবা য়াবা বাকমনি হায়না লৌবা য়াদে। চিফ কমিশনরগা উনরোইদৌবগী তাৎ তৌবনি হায়বসি থৌরম খুদিংমক্না প্রমাণ তৌরি। বিবাদিনা কোন্নুংদগী মাইল্ খরা লাপ্তক্না চিফ কমিশনরবু ওকপা চৎপদি ওমখি, মহাক সুমিৎ অদুমক্তদা সুমিৎ য়ুংবা মতমদুমক্তদা শগোল তোংহনা দরবারদা লাকপদি ওমখি অদুগা রেসিডেন্সিগী কোর্টকী মপান্দা মতম খরদংদা ঙাইহনখিবদা মথুমদা হেক মহনখিবনি। মহাকপু ফাগনি হায়না চিংনবা পোকহল্লম্মী। চিফ কমিশনরনা বিবাদিবু ফাগনি হায়না খল্লি হায়দুনা মতম খরা মণিপুরদা তোকঙা ওইনা ঙাঙংনরকই হায়বসিগী প্রমান লৈ, অদুগা তাং ২৩ গী সুমিৎ য়ুংবা মতুংদা তৌখিবা মহারাজগী দরবার অদুদা য়াও-খিবদস্ত্র বিবাদি অসি মশা-ফনা লৈরম্মী অমসুং তাং ২৪ গী লান্দাবা অঙদস্ত্র মরু ওইবা শরুক য়ারম্মী হায়বগী প্রমাণ হেন্না লৈ। অনিশুবা সাক্ষী বাবু বামনচবণ মুখর্জ্জিনা হায়খিবা সরকারগী হুকুম থম্মনবা মার্চ্চকী তাং ২৩গী সুমিৎয়ুংবা মতুংদা কোন্নুংদা তৌখিবা মহারাজগী দরবার অদুদা বিবাদি মশা য়াওরম্মী অসিনি। অদুগা বিবাদি মশানদি য়াওরমদে হায়। অনিশুবা সাক্ষী বাবু বামনচরণ মুখর্জ্জিনা পিখিবা পরিং নাইবা জবান অদু মপূক য়াম্না শেংনা পি অদুগা থোকখিবা থৌদোক্তী হিরমপুম্বা য়াম্না কুপ্না ফজনা নিংশিং-নিংশিংনা পি হায়না লৌই অদুগা বাফম অসিদা মাগী জবান অসি লৌবা য়াই। অদুদগী ঐখোয় মার্চ্চকী তাং ২৪ গী অয়ুকী বাকমদা লাক্লে। সরকারগী মাইকৈদগী বাকৎপগী সাক্ষী পূম্নমক্না প্রমাণ তোরে অদুগা বিবাদি অমসুং ডিফেন্সকী সাক্ষীনা য়ারে মদুদি মণিপুরী অমসুং বৃটিশ লান্মীশিংনা নোংমৈ কাপ্পবা হৌখিবসি তাং ২৪ গী অয়ুক অঙনবদনি, মদু ইরেপ লেপ্তুনা চুমিৎ চুম্না নোংমৈ কাপ্পখিবনি; চুমিদাংগী পুং ৮ লোম তারবদদা নোংমৈ কাপ্পবদু লেপখিবনি। বিবাদিনা মরাল অসি খরদং মক্তং [illegible]বগীদমক মহাকী লান্মীশিংদা য়াম্না নোংমৈ কাপ্পকপনি হায়রি।

মশামকী সাক্ষীশিংগী মমুংদা অমথক্না ( অহুম শুবনা ) নোংমৈ কাপ্লকপসি বৃটিশনা হাল্লি হায় অদুগা সাক্ষী অসিমক্না মশানা অমুকন্থু য়ারি মদুদি মানা হায়রিবত্থু চপ্ চাবনি হায়দে ; মরমদি মানা হায়রি, নোংমৈ কাপ্পগী মখোল তাবদা মহাক মিকপ থোকখি অদুগা থুনমক মপান্দা চেনখোক্লম্মী। অমরোমদনা ক্যাপ্তেন বুটচর, লেফটেনেন্ট চ্যাটর-টন, হাবিলদার ধুঁপচাঁদগী অবান্দা হায়রি মদুদি বৃটিশ লাম্মীশিংনা হান্না নোংমৈ কাপখিদে অমসুং লাম্মীবু লুচিংবা অফিসারশিংনা মখোয়দা হান্না নোংমৈ কাপ্লক্লিবমখৈ নোংমৈ কাপলোইদৌবনি হায়বা হুকুম অদু চ্যেকশিন্না ইনখি হায়বগী মরমদা অফিসার অনি অদুনা প্রমাণ তৌই। অহানবদা নোংমৈ কাপ্লকপসি মণিপুরগী মায়কৈদগী কাপ্রকপনি হায়বগী প্রমাণ লৈ হায়বসি ঐখোয়না লৌই। অদুনা তাং ২৪ -বা রেসিডেন্সিদা ক্ জিল্লকপগী অকনবা থৌদাং য়াখি হায়বগী প্রমাণ লৈ। অয়ুক অঙনবদা মহাক্না চিংথৈরোমদগী অনেম্বা লৈপললোমদা লৈবা মীশিংবু য়েংশিল খোৎচিল্লম্মী, মদোমদগীনি বৃটিশকী লাম্মীশিংনা মতম অদুদা মাগী ময়ুম খুদুম চন্দুনা লৈবা অদুগা য়ুবরাজগী শঙ্গায়দা নোংমৈ কাপশিল্লকখিবা। মুমিদাংবাইরমদনা মহাক্না তোপ খিনবা অমসুং নোংচুপথংবা লৈপন্দা নোংমৈ কাপথোকখিনবা মখুল-মখুল হৎতুনা শেম-শাবা ( Embrasure ) মদু য়েংশিল্লম্মী অদুগা লাম্মীশিংবু লুচিংবনি হায়বসি মশানা তৌবনি হায়না য়াই অদুগা তাং ২৪ গী মুমিদাং-বাইরমদা লাল লেম্পগী হুকুম তৌখিবত্থুসু য়াই। মহাক্না নিংবু নিংলবদি মিকুপ অমগী মতুংদা মহাকী লাম্মীশিংনা নোংমৈ কাম্নদু লেপহনবা অমসুং সন্ধিগী ফিরাল হাইগৎপা ওম্নমগদবনি হায়বসি চিংননিংঙাই লৈতবা বাফমনি। অরোইবদা মহাক্না তাং ২৪ গী অহিংদা বৃটিশকী লাম্মীশিংবু চংজরকউ হায়খি।

বিবাদিগী মাইয়োক্তা লৈরিবা অহানবা চার্জ অসি প্রমাণ চাক্ষবনি হায়না কোর্টনা মত অমতা ওইরে।

## ২শুবা শীরিবা মরাল

বৃটিশ অফিসারশিংনা মার্চকী তাং ২৪ গী অহিংদা লানথলগী মপুংদা থিবাদিবু দরবারদা ঊনখি হায়বসি য়ানরবা য়াকমনি। থিবাদিনা হায়রিবনা পুমিৎ অদুগী থোকখিবা থৌদোক অদুগী মরীদা মাইকৈ অনিমক্তা মুংঙাইতবা কোঙদোক্লরবা মতুংদা মহাক্না বৃটিশ লাম্মীশিংবু মথোয়গী খুৎলাই থাদোকহন্নিংবগী য়া হায়খি অদুগা মদুতদা মহাক্না মথোয়বু কোহিমা কাওবা অশোয় অঙাম য়াওদনা থিন্দোকনি হায়খি-অদুগা অমুক হায়খিবনা মণিপুরী লাম্মীশিং অসি অদুকী মতিক শাউথি-বনা নুজোল কাখিদুনা মানা খাম্বা ঙম্বগী শক্তি ইরৈ লৈখিদ্রে।

হায়নবা য়াকমদু চিফ কমিশনরনা য়াত্রবদা দরবারদু লোইশিনগ্রে, থিবাদি দরবার থাদোকখরে অদুগা তোপ গায়োৎলোমদা চৎগ্রে। বৃটিশ আফিসারশিং অদু মাইয়োক্লবা মাইকৈদা চৎখিনবা থমলে। নোংপোকলোমগী ব্যবহার অমসুং মণিপুরগী চৎনবীগী ওন্ন-তৈনবদা লৈবা অসিগুম্বা থৌদৌ অসিনা বৃটিশকী মীহুৎ ওইরিবদুগী মথক্তা য়াম্না শাউরে হায়বসি কোঙদোকখি।

মীয়াম অদু হান্না ময়াই কাদুনা লৈরম্মী অমসুং মথোয়গী নিংথৌ-মচাগী থৌদৌ অসিনা থুনমক অফিসারশিংগী মথক্তা হিংসাগী শক্তম অমা ঊৎখি, মথোয়না টানা থিনখি, নোংমৈ তোংনিংনা গুখি অদুগা খাঙনা য়ান্দুনা 'হাৎলো, হাৎলো' হায়না লাউখি। মদুদা অফিসারশিংগী মপুংদা অমদি খুৎলাইনা শোকখি অমসুং অঙোমনিংথৌগী মথৌয়াংদগী অফিসারশিং অদু দরবার শঙগী সিড়ি মথক য়ৌবা ঙমখি। মথোয়গী মপুংদা মিঃ গ্রিমউডপু গেট অদু হেক চংলকপদা টানা থিনখি অমসুং সিড়ি মথাদা তাখিদুনা মকম অদুদা অদুম শিখি। লাউ-থোংনরকপগী থোরেল তাবদা থিবাদিনা অমুক হল্লকুমা পঙলু-লুদনা মীয়াম অদু তানথাইখি, অদুনা মঙোন্দা মীবু লাকখিনবা ঙম্বগী মতিক চাবা মওংগী শক্তি লৈ হায়বা উৎলি। অদুবগী মহাক্না অফিসারশিং অদুবু

শোয়দ-ঙামদনা শেন্নৌ হায়না অঙোমনিংথৌদা হুকুম পিরম্মী অদুগা মখোয়গী শোয়দ-ঙামদনবা অমুক হোৎনরমদনা মাগী য়াম্না চায়রবা মরূপ মিঃ গ্রিমউডনা সিড়ি মখাদা শিদুনা তাররবু উনা উনা অমদি অতৈ সাহেবশিংদুবুসু খুদোংথিবা অমা থুনমক থোক্লকপা য়াই হায়বসি খঙনা খঙনা অদুম চৎখি।

মহাক্না অফিসারশিং অদু অশোয়-অঙাম থোকহন্দনা মখোয়গী ক্যাম্প য়োৌথিনবা হোৎনখিদে।

মতম; অদদা নোংমৈ য়াম্না কাপ্পখিবা মরমদগী হোৎনখিদবনি হায়না হায়, তৌইগুম্বসুং ঐখোয়গী মতিকচাবা প্রমাণ লৈ মদুদি নোংয়াই য়োৗক্রিফাওবা নোংমৈ অমুক হন্না কাপ্পরমদে অদুগা দরবার অদু হুমিদাং পুং ৯ লোম তাবদা তৌখি হায়বগী প্রমাণ লৈ।

বিবাদি মশানা অমুক্তা হায়রি মদুদি যাত্রাসিংহ অমসুং উসননা মহাকপু উনরবা মতমদুদা নোংমৈ কাপ্পমদে অদুগা সাক্ষীশিং অসিনা মহাক্না দরবার শঙ থাদোক্লুনা চৎপ্রবা মতুংদা মহাকপু লৈপন্দু তাম্না থিরকখি। মরম অসিনা মানা হায়রিবা য়া অসি চুমদবনি হায়দুনা মরা লৌত্রে। মহাক্নবু তৌগে হায়না নিংলম্নবদি অফিসারশিং অদু গেটকী মপাল য়োনা থিন্দোকপা ঙম্বগী শক্তি লৈ হায়বসি চিংনরমদে হায়বগী প্রমাণ লৈ, মরমদি মাগী মীশিংনা মহাকী হুকুম ইনবা অদুগা মখোয়বু লাকশিনবা ঙম্বগী প্রমাণ লৈ, মহাক্না হায়রিবশিং অসি চুমই হায়না লৌরফাওবদা অফিসারশিং অদুবু তোপ গায়োৎ তাম্না নত্রগা লানবল তাম্না অশোয় অঙাম থোক্লুনা লৈরুনবা পুবদা থিংবিনবা কনামত্তা লৈবা নত্তে।

মহাক্না অঙোম নিংথৌদা অফিসারশিং অদুবু শেম্নরুনবা হায়দুনা চুম্নতগী হায়থিবনি অদুগা লাম্মীশিং অদু য়েংননবা লানবল তাম্না চৎখি, মসিনা প্রমাণ তৌরিবদি মহাক্না সাহেবশিং অসিবু মতম অদুদা হাৎ-নিংলমত্রবসু, মহাক্না পাম্বা করিগুম্বা থরদংগীদমক মখোয়বু বন্দি ওইনা

থমনিংলম্মী। বিবাদিনা লানবন্দা লৈরিভৈদা যাত্রাসিংহ অমসুং উসবমা ভমখিবদি থঙ্গাল জেনরেলনা অফিসারশিং অদুবু হাৎলু হায়না হুকুম পিরমলে ভৌইগুম্বসুং মখোয়না মহাক্কী ( বিবাদিগী ) হুকুম অদুভবু পাম্নবনি। সাক্ষীশিংগী জবান্দা খেন্নবা খর লৈরে। যাত্রাসিংহনা হায়বদি বিবাদিনা অসিদমক হায়খি—"এখোয় চৎসি অদুগা অহলছুগা তান্নরুসি" ভৌইগুম্বসুং বিবাদিনা হায়খি হায়না উসবনা হায়বদি থঙ্গাল জেন-রেলনা হায়বা হুকুম অদু ইল্লোইদোবনি অদুগা মসিগী মরমদা মহাক লাকম্নবনি অমসুং উনরগদবনি।

বিবাদিনা থঙ্গাল জেনরেলনা হাৎপগী হুকুম পি হায়বগীদমক ইকোং কোংনা মরাল শীরি, মতম অদুদা যাত্রাসিংহ তোপ গারোৎতা লৈরম্মী ভৌইগুম্বসুং মহাক রারী শাবা লোইবা ভাইরমদে। যাত্রাসিংহগা লোয়নরকপা উসব, দরবার শঙ তান্না চৎখি অমসুং বিবাদিনা তোপ গারোৎতা থঙ্গাল জেনরেলগা রারী শাবা চৎখিবদু মহাক্না উহৌই অদুগা পুংখায় অমরোমগী মতুংদা য়েংখোইবা মকম অদু তান্না লাকখি অমসুং হায়রম্মী মদুদি জেনরেল থঙ্গালনা বৃটিশ অফিসারশিংদুবু শঙলিংবদা শিন্নখ্রো হায়না হুকুম তৌখি। মহাক্না অদুদগী মতৌ করম্না দরবার হোলদগী পুথোকখিবা অমসুং শা মমাংগী গেট তান্না পুখিবা অদুগী মঙং অদু তমখি ভৌইগুম্বসুং হাৎপমক্তি উখিদে। অদুদগী মহাক তোপ গারোৎ তান্ন চৎখি। মহাক্কী অহৌবা জবান্দা মকম অদুদা বিবাদি লৈরমদে হায় অদুগা অমুক য়েৎপদদি মকম অদুদা মহাক লৈরম্মী হায়রি।

১১ শুবা সাক্ষী হিদা চাউবীনা উসবগী জবান অদু অচুম্বনি হায়না য়াখি ভৌইগুম্বসুং মখা অমুক তাখিবদি মহাক্না অফিসারশিং অদুবু লাম্নীসী মকমদা শিন্নরুরগা তোপ গারোৎলোমদা হল্লকপদদি যুবরাজগা থঙ্গাল জেনরেলগা অনিনা রারী শাদুনা লৈরম্বা অদু খেংনখি

অদুগা সাক্ষী অসিগী মতুং ইন্না শঙলিংবগী সর্দার অদু শঙলিংবগী থবক অদুদা য়াওরম্মী।

১৪ শুবা সাক্ষী য়েংখোইবনা হিদা চাউবী অমসুং উসবা অনিনা পিরিবা জবান অদুমক অদুম হায়রি অদুগা মদুগী মথক্তা হেন্না কায়বা মচাক খরা পি—খুদম ওইনা হায় মদুদি থঙ্গাল জেনরেলনা মঙোন্দা অমুন্না হায়খি "যুবারাজনা অসিগী মমাংদা সাহেবশিং অসি শঙ-লিংবদা শিন্নখো হায়দুনা নঙোন্দা হায়খি—অদুগা করিগী নহাক্না শিন্নদ্রিবনো ?" অদুগা করিগী মতম অদুদা যুবরাজদি কা অদুদা ভুম্খোই ভুমদবোই তোরম্মী। মানা হায়খি মদুদি সাহেবশিং অদু শঙলিংবগী মথুত্তা শিন্নরুবা মতুংদা তোপ গায়োৎলোমদা হন্নকপদদি বিবাদিবু উখিদে হায়। শঙলিংবশিং কৌরুই হায়বসি মহাক্না য়ারমদে।

১০ শুবা সাক্ষী শঙলিংবনা মী হাৎখিবসিগী মরমদা অকুপ্পা মরোল অদু পিরি। মানা হায়খি মদুদি যুবরাজগী হুকুম্না মহাক মকম অদুদা লৈরবনি অদুগ য়েংখোইবনা মহাকপু কৌরবনি। সাক্ষীগী জবান অমুন্না লোয়রে মদুদি মী হাৎপা মতম অদুদা সত্থাল হায়বদি মরু ওইবা শঙলিংবা অদুদি য়াওরমদে।

১২ শুবা সাক্ষী সত্থাল হায়বদি শঙলিংবগী লুচিংবা অদুনা মথক্কী জবান অসিবু অচুম্বনি হায়না য়ারে অদুগা য়েংখোইবনা মখোয়বু কৌরে হায়বসি শোয়দবনি। মহাক্না অসিমু হায় মদুদি মী হাৎপা অদুদা মহাক য়াওখিদে। মণিপুরী সাক্ষী পুম্নমক্না পিরিবা জবান অসি খরগীমখৈদি চুমই হায়বদি শঙলিংবা অদু নত্তনা মখোয়গী মতুংদা কনামতনা হাৎখ্রিবশিংদু উই হায়না য়ারোই অদুগা মী হাৎলবগী হেক মতুংদা করি থোকপ্রবগে হায়বগী জবান পিখিবদু খাইদগী হেন্না থাজবা য়াদবনি।

যাত্রাসিংহগী জবান্দা থঙ্গাল জেনরেলগা বিবাদিগা অনিনা মী হাৎপগী মরমদা য়ান্না কন্না নৈনদুনা লৈরিঙৈদা যাত্রাসিংহ মশামক

থোকখি, অদুগা যুবরাজগীদমক য়াম্না কন্না অমসুং মাগীদমক্তা থবাই য়াওনা হোৎনখিবা যাত্রাসিংহগী জবান পুম্নমক অসি থাজবা য়াবা রাঙম নত্রে, অদুগা অসিগুম্বা জবান পিখিবা অসি মখোয়না শানখিবা য়ারিশিং অদু তশেংনা হায়দোকনিংদবদগীনি। বিবাদিশী জবান্দা হায়রিবা রাঙমদি মানা থঙ্গাল জেনরেলনা অফিসারশিংদু হাৎনবা হুকুম পিখিবা অমসুং অসিগুম্বা হুকুম পিখিবদুগী মরম পিখিবদুগী মরীদা থঙ্গাল জেনেরেলনা বারি শানগে হায়না হল্লকপা মতমদা বিবাদি হিপথখি অদুগা তুমথত্রে হায়বা রাঙম অসি শুকথা থাজবা য়াদবা রাকন্নি। মহাক্না মদুমক তশেংনা তৌরম্বা থোক্লবদি সাহেবশিং অফি-সারশিং হাৎপদা মশানা য়াখিবা নত্তনা অতৈ করিস্সু ওইরোই অদুনা থঙ্গাল জেনরেলনা হাযখিবা রাঙম অদু য়াখিবনি হায়না লৌবা তারে। বিবাদিনা মদুদা তুমিন্না য়াখিবা অমসুং শঙলিংবশিংবু কৌনবা অনিশুবা হুকুম তৌখিবা অসি তুমিন্না য়াখিবদগীনি হায়বসি কোর্টনা তশেংনা চিংনবা লৈত্রে হায়বদু শেংলে। অতোপ্পা অমমুক থাজনিংঙাই লৈত্রে। বিবাদিনা মশানা মশাগী পিখিবা জবানগী মতুংইন্না বৃটিশ অফিসারশিং অদুবু হাৎননবা হুকুম পিরবা তুংদা হল্লকপনি, মানা মদুগী মরমদা থঙ্গাল জেনরেলগা য়েৎনরম্মী অদুগা মাবুস্থ চৈরম্মী। ষ্টেটকী মসুংদা খ্বাইদগী হেন্না শক্তি চাউবা, মহাকী মথংদা লৈবা মন্ত্রি ওইবনা অদুগা অফিসারশিং অদুবু হাৎনিংলবদা বিবাদিনা থরদংদা ওইনা য়েৎলম্লগা হিপথখিবনি।

মহাক্না তশেংনমক অফিসারশিংদুগী মথরাই কনবিগে নিংলম্লবদি অসিগুম্বা মুংশি খঙত্রবা থৌদোক অসি ইথোক থোক্লমলোইদৌবনি। মহাকী হুকুম য়াওদনা সাহেবশিং অদু কনাগুম্বা মী অমদা শিন্নরোই-দৌবনি হায়না মাংজৌননা ম'না মনাই অমা কাওবা থাখিবা লৈতে, অদুগা মহাক্না মখোয়বু (গজ ৫০ শুম্বদা থাপ্পা) লানবন্দা অশোয় অঙাম য়াওদনা লৈবা য়ারবা মকম অমদা থাঙদোকখিবস্থ তৌখিদে।

আসামীগী থাঙ্গৈশেংবা য়াথং য়াঙদনা উসবনা থঙ্গালগী হুকুম অদু ইহাব হানবদা ইনখিদবা ওইরবদি অমসুং হুকুম অদুদা মাগী য়ানিংদবা ভাব অদু খঙলম্নবদি অদুগা অনিশুবা হুকুম অদু লাকপা মতমদা আসামীনা তোপ গারোৎতা ইনক নরা লৈ হায়রবা খঙনা খঙনা আসামীনা দরবার লোইদুনা চৎখিবা অদু উহৌবা অদুদা আসামীনা অফিসারশিংবু হাংকদবনি হায়রবা হুকুম অদুদা য়ানিংবগী ভাব শোয়দনা উসবদা উৎলম্বা তাই।

অসিদম্নু নত্তনা অহানবদা থঙ্গাল জেনরেলনা শন্নিশিং অদুদা অফিসারশিং অদুবু হাৎলু হায়না হুকুম পিরম্বা অদুগা অনিশুবদা মখোয়বু শঙলিংবগী মথুক্তা শিন্নবা অসিনদি য়াথং অসি আইনগী মতুংইনবা অমসুং লৈবাক ঙাকপগী য়াথং মতুংইনবা ওইনা অনিশুবা য়াথং অসি থঙ্গাল জেনরেলদগী হেন্না চাউবা মীনা তৌবা য়াথংনি হায়না লৌগদবনি। আসামীনা থঙ্গালবু নত্রগা মীহাৎপদা য়াওবা মীশিংদুবু করিশুম্বা দণ্ড অমা ফাওবা পিখিদবা অসিনা ঐখোয়না লৌরিবা অসি হেন্না ময়েক শেংহল্লি। কোর্টনা মত অমতা ওইনা লৌরে মদুদি আসামীগী মথক্তা লৈবা অনিশুবা চার্জ্জ অসি শেংনা প্রমাণ ওইরে।

অহুমশুবা চার্জ্জ অসিগী মরমদদি বিবাদি অসি মী হাৎপা মতমদা য়াওরম্বগী প্রমাণ লৈত্রে, কোর্টনা আসামীবু চার্জ্জ অসিগী মরাল লৈ হায়না লৌদ্রে।

সহী/সেন্ট যোহন, এফ, মিচেল লেফটেনেন্ট কর্ণেল, প্রেসিডেন্ট

সহী/আর – কে, রিওজওয়ে-মেজর কমাণ্ডেন্ট, ৪৪শুবা গুর্খা রাইফলস্

সহী/এ,ডবলিউ, ডেভিস ডিপুটি কমিশনার, নাগাহিলস্

## রায় অমসুং দণ্ড

কোর্টনা টেকেন্দ্রজিৎ সিংহবু অহানবা অমসুং অনিশুবা শীরবা মরাল অদু লৈবে হায়না লৌরে হায়বদি মহাক্না ১৮৯১ ইংগী মার্চকী তাং ২৪ নত্রগা অকুপ্পাইদা মহারাণীগী মাইরোক্তা মণিপুরদা লাল হৌখি অদুগা আসামগী চিফ কমিশনার মিঃ কুইন্টন, ৪২ শুবা গুর্খা রাইফলসকী লেফটেনেন্ট সিম্পসন অমসুং আসামগী চিফ কমিশনারগী এসিষ্টেন্ট সেক্রেটরী মিঃ কসিন্সপু হাৎপদা তেংবাংখি।

কোর্টনা নহাকপু অহুমশুবা চার্জ অসিগী মরালদি লৈতে হায়না লৌরে।

কোর্টনা হুকুম তৌরি মদুদি টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ ওর্কে যুবরাজ ওর্কে মণিপুরগী সেনাপতি নহাকপু শিত্রিবকাওবা ওকশমদা থৌরী থুদুনা ফাঁসি তৌগনি।*

মথকী দণ্ড অসি ভারতকী গবর্ণর-জেনরেল ইন কাউন্সিলগী মঞ্জুর চংই। বিচার অসিগী চে চাং পুম্বা মওোন্দা থারগনি।

টেকেন্দ্রজিৎকী এডভোকেট জানকীনাথ বসাক্না ংরেজীদা লাউ-থোকখিবা কোর্টকী রায় অদু মৈতৈরোন্দা হন্দোক্লুনা টেকেন্দ্রজিৎপু তাহল্লম্মী। রায় অদু টেকেন্দ্রজিৎ সিংহনা চাওথোক্না অমদি নাচুংদনা তারম্মী। রায় হায়দোকপা অদু তাবদা টেকেন্দ্রজিৎনা উৎখিবা ফিবম হায়বধু চিঙ্খান অদু থজিক্তং লেংলম্মী হায়বা অসিদনি। রায় হায়দোকপা মতম অদুদা কোর্ট অদুদা মণিপুরী অমা কাওবা মশক উবা ফংখিদে।*

---

* বৃটিশ পার্লিয়ামেন্টতা য়েৎনখিবগী মভাংদা লর্ড ল্যান্স ডাউননা "টেকেন্দ্রজিৎ নচিংবগী মথক্তা মার্শ্যাল কোর্টনা পিখিবা রায় অসি মঞ্জুর তৌবিরক্রবদি ভাইসরয়গী থবক অসি থাদোক্লগনি" হায়না বিলাত্তা লৈবা ষ্টেট সেক্রেটরীদা থঙ্ইর্মখিবগী অকুপ্পা মরোল এলাহাবাদতা ফোঙবা "মোর্নিং পোষ্ট" হায়বা ইংরেজীগী পাউরেল-চেরা মরেক শেংনা ফোঙখি। মুকুন্দলাল চৌধুরী:— মণিপুরের ইতিহাস (সন ১৩২৭ সাল, কলিকতা) পৃঃ ২২১

মিরীগী নিংথৌনা ইংরেজিশিংগী মথাংদা বিচারগী লেপথিবা অদুগী মতুংদগীদি হন্দকী বীর টেকেন্দ্রজিৎকী বিচারি অসিদা মীয়ামদা থুক লাওবা অমা পোকহনথি।*

---

## ৮ শুবা পন্দুপ

## আপীল *

হিজ এক্সিলেন্সী
ডি ভাইসরয় এণ্ড গবর্ণর জেনরেল
ওফ ইণ্ডিয়া ইন কাউন্সিল

শিবগী দণ্ড কংলবা মণিপুরগী টেকেন্দ্রজিৎ বীরসিংহগী নোঙ্গুকপা দরখাস্ত—

নোঙ্গুক্না হায়জরি —

হৌখিবা জুনগী তাং ১০ দা হিজ এক্সিলেন্সী ইন কাউন্সিলগী হুকুম মতুংইন্না মনিপুরদা শেম্বা স্পেসিয়েল কোর্টনা দরখাস্তকারীবু গ্রেট বৃটেন অমসুং আয়ার্ল্যাণ্ডগী রাণী অমসুং ভারতকী মহারাণী ভিক্টো-রিয়াগী মাইয়োক্তা লালহৌবগী অমসুং মীহাৎপদা থৌদোংবগীদমক্তা দণ্ড পিবিরে অমসুং হাৎপগী হুকুম তৌবিরে, হিজ এক্সিলেন্সী ভাইসরয় এণ্ড গবর্ণর-জেনরেল-ইন-কাউন্সিলনা মঞ্জুর তৌবিগদবতা মন্ডায়রে। হায়রিবা দণ্ড পিরিবা অসিগী মরমদা দরখাস্তকারীনা মথাদা পিরিয়া মরমশিং অসিগীদমক্তা আপীল তৌজরি—

( ১ ) লালহৌবগী মরালগী মরমদা দরখাস্ত কারীনা হায়জরি মখুদি মহাক বৃটিশকী প্রজা অমা নত্তে অমসুং মণিপুরগী নিংথৌশিংনা মতম অতৌদা বৃটিশ সরকারদগী কংবা মতেং অহু তৌবিমল খণ্ডবগা লোয়ননা য়াজরবসু মহাক্না থৌনাকনা হায়জরিবদি মণিপুরগী প্রজাশিং

---

* The English man ( Calcutta ), June 15, 1891
* Ibid, June 7, 1891
* Manmohan Ghosh, Bar-at-law : Appeals of the Manipur Princes, Calcutta, 1891

অসি ইংলণ্ডগী রাণী অমসুং ভারতকী মহারাণী ভিক্টোরিয়াদা কৈদৌটৈ-দসু প্রজানা নিংথৌদা উৎকম থোকপা রাজভক্তি উৎপা লৈতে, মরম অদুনা রাজবিদ্রোহ অমদি মহারাণীগী মথক্তা লালহৌবগী দণ্ড কংকম থোক্তে।

( ২ ) দরখাস্তকারীনা হেক খণ্ডবা হায়রবু মণিপুরগী কনাগুম্বা নিংথৌ অমতনা ইংলণ্ডগী মহারাণীদা উৎকম থোকপা মণিপুরগী প্রজানা অসিগুম্বা মরাল অমগীদমক্তা দণ্ড কংবা য়াবা রাজভক্তিগী পোৎচং, আইন্না য়াবা অদুগুম্বা অচেৎপা রাকম নত্রগা লাউথোকখিবা করিগুম্বা অমতা লৈতে।

( ৩ ) হীয়ম খরদদি বৃটিশনা ভাকশেল্লবসু হৌখিবা মার্চকী তাং ২৪ দা মণিপুর অসি সার্ব্বভৌম রাজ্য অমা ওইরম্মী, অদুনা মরাল অসিগীদমক্তা দরখাস্তকারীবু বিচার তৌকম থোক্তে।

( ৪ ) দরখাস্তকারীনা চার্জ্জ অসিদা দণ্ড কংবা য়াবা অদুগুম্বদু মহারাণীদা রাজভক্তি লৈ হায়না উৎপা য়াবা প্রোসিক্যুসন্না প্রমাণ পিদে।

( ৫ ) শেন্নিংবা মওংদা শেন্নবা বৃটিশকী ট্রিব্যুনেলদা অসিগুম্বা মরালগীদমক আইনগী মতুংইন্না দরখাস্তকারীবু বিচার তৌবা য়াই হায়না লৌরবকাওবদা বিবাদিনা ভারতকী মহারাণীগী মথক্তা লালহৌবগী আশা ইরৈ লৈরমদে, তৌইগুম্বসুং মহাক্কী মযুমদা আক্রমণ তৌদুনা মহাকপু বৃটিশ অফিসারশিং অমসুং সিফাইশিংনা নমদুনা কাগে তৌখিবদু চুম্নতা ভাকচবনি হায়বসি প্রমান্না উৎলি, হায়রিবা বৃটিশ অফিসারশিং অমসুং সিফাইশিং অসি মণিপুর মহারাজগী য়াথং য়াওদনা অমুক্কা কাননবা হোৎনকম থোক্তবনি, দরখাস্তকারীবু কানবগী আইনগী মতুং-ইন্না য়াথং পিবা ওঘদি মহারাজতনি।

(৬) মিঃ কুইণ্টন্না মণিপুর নিংথৌগী মথক্তা লাল হৌখিবা লৈতে তৌইগুম্বসুং মণিপুরগী কোনুং মনুংদা লৈবা দরখাস্তকারীগী মযুমদা বৃটিশ লান্মীশিংনা লান্দারকখি অমসুং দরখাস্তকারীনা নোন্নকা হারজরিবদি মতম অদুদা মহাকী যুম শংদুনা লৈজরবা মাগী লান্মীশিং অমসুং

খোঙলোয়শিং অমু হায়রিবা লান্দাারকপা অমু খিংলুবগীদমক্তদি মহা-রাণীগী মাইয়োক্তা মরাল লৈতে।

(৯) ভারত সরকারনা নম্রগা ভারত সরকারগী পক্ষদা মিঃ কুইণ্টন্না মণিপুর নিংথৌগী হুকুম য়াওদনা ফাননবগী শক্তি লৈরম্মী হায়না লৌরবকাওবদা দরখাস্থকারীনা হায়জবগী থৌনা লৈজরিবদি মহাকপু মণিপুরদগী তাম্বোক্লবগী হুকুম পিত্রিগৈগী মমাংদা সরকারনা মহাকী য়াদংদি তাবিকম থোকপনি। মতুম তৌরম্লবদি সরকারনা মহাকপু খুদক্তা চৎলু হায়না তক্লবতু মতিক চাগনি হায়না থল্লোই-দোবনি।

(৮) আসামগী চিফ কমিশনারনা তৌবা, হুকুম ইনবা হায়বসি দরখাস্থকারীগী মথৌনি হায়না লৌরফাওবদা দরখাস্থকারীনা নোললুক্লা হায়জরি মতুদি থোকলিবা থৌদোক্লা তাক্রিবা ফিভম অদুদা মিঃ কুইণ্টন্না দরখাস্থকারীবু ফাননবা শীনখিবা থৌওং অমু অরানবনি।

অহানবদা—হায়জনিংবদি মতম অদুদা দরখাস্থকারীনা হকচাং ওয়মদবনিনা মরম অদুতদা থম্নবিফম থোকপনি।

অনিশুবদা—বৃটিশ রেসিডেন্সিদা তৌগদবা দরবার অদুদা মফম অদুমক্তদা মহাকপু খুদোং চানা ফাননবগীদমক দরবার য়াওরো হায়না কৌবতু য়াওকম থোক্তবনি।

অহুমশুবদা—মার্চ্চকী তাং ২০গী অহিংদা জগোই রাস শান্নবগী শীল্লাংবগী হুকুম তৌরমকম্ থোক্তবনি মরমদি মহাক্না শান্নরিবা রাস অদুদা লাক্লবদি খওহন্দনা হেক্তা কাগনি হায়বসি দরখাস্থকারীনা চিংন-রমদে। শান্নগনি হায়না তৌরম্বা জগোই অদুগী থৌরাংপুম্বা লোইরবদা মমৈদা তোকখি।

মরিশুবদা - হিজ এক্সিলেন্সী-ইন-কাউন্সিলগী অপাম্বা অদু য়াবগে হায়দুনা আত্ম-সমর্পন তৌরগে হায়না বিবাদিনা হায়জখি অমসুং হকচাং

থরদং কপংলগা মণিপুর থাদোক্লবা মতম থরদং পিবিয়ু হায়জবদা চিফ কমিশনারনা মনিং তৌনা দরখাস্থকারীদা মতম পিবিকম খোকপনি।

মওাশুবদা—চিফ কমিশনারনা দরখাস্থকারীগী ময়ুমদা নোংগানব্রিৎৈদা লান্দারকপগী মহুত্তা মরম চানা হুমিৎ থরদংগী মনুংদা দরখাস্থকারীবু থারকউ হায়রমগদৌবনি।

(৯) মিঃ কুইন্টম্না থুংলব্রিৎৈদা দরখাস্থকারীনা বৃটিশকী লাম্মীশিংবু থিংননবা শেম-শারম্মী হায়না থনবসি স্পেসিয়েল কোর্টকী অরানবনি। প্রোসিক্যুসন্না প্রমাণনা উৎলিবদি হৌখিবা সেপ্টেম্বর থাদা সিংহাসন থাদোক্লম্লবা মহারাজ সুরচন্দ্র, লাম্মীশিংগা লোয়নদুনা মণিপুর সিংহাসন লৌননবা লাকলি হায়বা তোকণ্ডা অমা শন্দোক্লম্মী অমসুং মাবু থিংননবা রা থরা ঙাংনরম্মী; তৌইগুমসুং দরখাস্থকারীনা ভারত সরকারগী হুকুম অদু নমন্থুনা থিংগে হায়না নক্রগা চিফ কমিশনারনা চংলকপা অদু থিংগে হায়না মিকুপ অমা কাওবা থনখিদে।

(১০) মী হাৎপদা থৌদোংই হায়বা চার্জ্জসিগী মরীদা দরখাস্থকারীনা হায়জরি মদুদি—পিখিবা জবানশিং অদুনা মাগী মাইয়োক্তা অসিগুম্বা চার্জ্জ অমা শেম্বা ঙমদে।

(১১) বৃটিশ রেসিডেন্সিদগী (সিজ কায়ারগী) বেংগুন হেক খোংলকপগা বিবাদিনা লাল লেপ্পনবা হুকুম তৌরম্মী অমসুং মলামক হকচাং নাদুনা হিগ্রুনা লৈরবসু মিঃ কুইন্টনগা থুদক্তা রা তাননবা খোরকপনি অমসুং মিঃ কুইন্টন অমসুং মাগী কাওবুনা কোমুং থাদোকলকপা মতম অদুদা লৈবাক অসিগী অথোইবা মন্ত্রিশিংগী মনুংদা অমা ওইরিবা অঙোম নিংথৌদা মখোয়বু শোয়দ-ঙামদনা থিন্দোক্লনবা মহাকী রাথলনা কংবা থবক থুদিংমক তৌরম্মী; অদুনা মঙোন্দা রা হায়বা লাকপা বৃটিশ অফিসারশিং অদুগী মাঙননবা দরখাস্থকারীনা থনখিদে হায়বসি ভাকই।

(১২) লৈরম্বা ফিবম অদুদা মিঃ কুইন্টন্না চীন্না হেক্তা হায়দোকখিবা অদু লৌবদা দরখাস্তকারীনা চিংনবদু মশানা ভাবনি অদুগা মহাক্না অসুম্না চিংনবদু মরম চাদে হায়না লৌররফাওবদা চার্জ্জ অসিদা মাগী মথক্তা মদু শিজিন্নখম থোক্কে।

(১৩) ময়াই-কারবা লাম্মীশিংনা লাউ-খোংবদু হেক ভাবগা মহাক মিঃ কুইন্টন অমসুং মাগী কাঙবুদুবু মতেং পাংবা হন্নকখিবনি অমসুং মিঃ গ্রিমউড নত্তনা মখোযশিং অদুবু অরাবা থরদং খাঙদুনা কনবিবা ঙমখি, বিবাদিনা হন্নকত্রিঙৈদা মিঃ গ্রিমউডতি মরাংবক খিবদগী হাৎখিরয়ে। স্পেসিয়েল কোর্টনা রাকম অসিবু বিবাদিগী অকবা রাকমদদি শিজিন্নবিদনা কত্তবরোমদা লান্না শিজিন্নবিরে।

(১৪) মীনা খিন্দোক্লবফাওবদা সাহেবশিং অদুন' থৌনা কনা মপাল থোকপা হায়বদু খুদোং ইচা চাররোই হায়না খল্লদুনা মখোয়বু হযবার হোলদা অহিং অদুম লেকহনবনা থ্বাইদগী হেন্না খুদোং থীবা থোক্তনবা লম্বিনি হায়না খল্লম্মী, সাহেবশিংনা চুংঙাইনা কোন্নুং মনুংদা লৈবা য়াবা মকম হায়ববু মসিনি ; অদুনা মহাক্না অংথাইবা মন্ত্রিশিংগী মনুংদা অমা ওইরিবা অঙোম নিংথৌবু সাহেবশিং অদুবু ঙাক্লনবা অকোয়বদা শন্ত্রি থম্মু হায়না হুকুম তৌখি। দরখাস্তকারীনা হায়জবি মদুদি মহাক্না মতিক চানা চেকশিনহৌগংবদু থৌশাখিদে হায়না কোর্টনা হায়খিবদু প্রমাণ ওইদে।

(১৫) থঙ্গাল জেনরেলনা সাহেবশিং অদু হাৎকদবনি হায়বা দরখাস্তকারীনা হেক ভাবগা মশামক্লা খুদক্তা হুকুম অদু ককখিবনি অদুগা থুনমক অদুগুম্বা হুকুম অদু ভৌরবরা হায়না হংননবগীদমক জেনরেলগী মনাক তান্না চৎলম্মী। দরখাস্তকারীনা হন্না হন্না জেনরেলদা হায়রম্মী মদুদি সাহেবশিং অদু মাংননবা করিমতা তৌরোইদবনি ; জেনরেলনা ভুমিন্না য়াখি অদুগা তুমিন্না লৈহৌই অমসুং দরখাস্তকারীনা কন্না থিংবা খল্লদা জেনরেলনা থবক অদু কদৌঙৈদসু পাঙথোকপা ঙম্রোই

হায়না থাজরুবা অদুগা মতম অদুদা হকচাং ঙমদদুনা লৈবা হায়বদি সুমিৎ অদুদা থবক কল্লুবদগী হকচাং চোকথখিদুনা ভুমথখিরম্মী। হায়রিবা রাকম অসি কেশ অদুদা থাঙ্গেশেংনা ময়েক শেংনা প্রমাণ ত্তৌগ্রে।

(১৬) মথক্তা হায়খ্রিবদুনি, দরখাস্তকারীনা ভুমথখিবা মতম অদুদা সাহেবশিং অদুগী খুদোংথিবা থোক্কনি হায়বগী করিগুম্বা চি নবা য়াবা মরম অমতা উবা ফংখিদে মরমদি থঙ্গাল জেনরেলনা মহাক্না য়াখিদবা অদুগী মাইয়োক্তা ইচং-থৌনা থবক তৌরক্কনি হায়বসি ইথা থাজয়মদে অমসুং· লৈবাক অসিগী অথোইবা মন্ত্রিশিংগী মনুংদা অমা ওইরিবা অঙোম নিংথৌদা সাহেবশিংদুবু অশোয়-অঙাম থোক্কনবা হায়না শিন্নবগা লোয়ননা মখোয়বু শঙ্ননবা শক্তি থমগ্রবনি অমসুং থঙ্গাল জেনরেলগী হুকুম অদু করিগুম্বদা পাঙথোক্লরোই হায়না হায়না শক্তিশিংগী মকোক ওইবা উসবদা হায়গ্রবনি

(১৭) সাহেবশিং হাৎত্রিঙৈ মমাং নত্রগা হাৎলবা মতুংদা দরখাস্তকারীনা কদোঙৈদম্ব রাহৈনবু ওইরে থবকুবু ওইরে—মানা য়ানিংদবদুগী মাইয়োক্তা লৌখিবা ভাব অমসুং পাঙথোকখিবা থবক অদু কদোঙৈদম্ব য়াখিবা লৈতে। মরম অদুনা মী হাৎলুবগী থৌদোংলুবগী মরাল লৈতে।

(১৮) থঙ্গালনা কদায়কাওবা চথখিবগে হায়বদুগী মরীদা মথংগী সুমিৎ অদুদা দরখাস্তকারীনা মহারাজদা হঙ্গচখি তৌইগুম্বসুং অসুক য়াম্না শক্তি লৈরবা মন্ত্রি অমবু মহারাজনা অমদি ঐহাক্না করিগুম্বা দণ্ড পিনবগী থৌনা লৈরমদে।

(১৯) সাহেবশিং অদু হাৎকদবনি হায়না দরখাস্তকারীনা নিংখি হায়বা উৎননবা রেকোর্ডতা প্রমাণ লৈতে। স্পেসিয়েল কোর্টকী রায় অসি তশেংনা ভাবনা হেক্তা শারবনি।

(২০) আপীল অসিদা হাপ্পিবা বাবু জানকীনাথ বসাক অমসুং ব্রজমোহন সিংহগী রাশক-চেদগী অমসুং রেকোর্ড মশাদগী উবা ফংগনি

মতুদি দরখাস্তকারীগী বিচার অসি মণিপুরদা নিংথিনা চৎথবিথিদে অমসুং মহাক মশাবু থৌওইনা কল্পনবা খুদোং চাবা পিখিদে।

(২১) দরখাস্তকারীবু কোর্টনা জেরা শাংনা তৌবদা য়ানা খুমখিবা কোর্টনা ইশিনখিবা পাওথুমশিং অদু দরখাস্তকারীগী মাইয়োক্তা শিজিন্নফম থোক্কে।

(২২) দরখাস্তকারীগী ইংরেজী লোন্দা দাখিল তৌখিবা অইবা জবান অদু শেমখিবগী কিবম অদু য়েংবদা মসিদা হাপ্লিবা জানকীনাথ বসাকী রাশক চেদা হায়রিবা অদুগী মতুংইন্না মহাকী মাইয়োক্তা শিজিন্নরোইদৌবনি।

(২৩) কাছাড় নত্রগা অতোপ্পা মকমদগী চপচাবা আইনগী মতেং ফংননবা দরখাস্তকারীদা মতম পিফম থোকপনি।

(২৪) সাক্ষীশিংগী জবান অর্থ হনবা অমসুংইশিনবগী মওং অদুদা বিবাদিবু জানকীনাথ বসাকী রাশক চেগী মতুংইন্না য়াম্না শাথিনা রা কায়হল্লে।

(২৫) দরখাস্তকারীবু কবিগুম্বা বিচার অমগী রায়গী অরানবা অমদা ভারত সরকারদা সম্মান উংতে হায়বগী মরাল লৈরে - হায়রবদি ভারতকী মহারাণী অমসুং হিজ এক্সিলেন্সী ইন-কাউন্সিলগী ঙাকপি-হৈবা মথৌজান্দা লৈহল্লে।

মরম অদুনা দরখাস্তকারীনা হায়জরি মতুদি মথক্তা হায়জরিবা মরমশিং অমসুং দরখাস্তকারীগী উকিলনা হাপ্লিবা আপীলদা তেংবাংলিবা ছাপা তৌবা মেমোরেণ্ডম অদুগা হৌথিবা মার্চ্চকী তাং ২৩ দা দরখাস্তকারীনা নাবদু তশেংনা উরম্মী হায়না মিসেস গ্রিমউডকী ওরিজিনেল টেলিগ্রাম অদুদা রাথল তৌবিরগা হিজ এক্সিলেন্সী ইন-কাউন্সিলনা দরখাস্তকারীদা হাৎপগী দণ্ড পিরিবা অদু চানবিদুনা ককথৎপিগনি।

দরখাস্তকারীনা তৌফও থোকপা মতুংইন্না মতম পুম্নমক্তা নোঙজুনতা লৈজগনি।

১৮৯১ ইংগী জুলাই তাং ২৫।

## জানকীনাথ বসাকী রাশক-চে

মণিপুরগী মহারাজ কুলচন্দ্র সিংহ অমসুং টেকেন্দ্রজিৎ সিংহনা ভারত সরকারগী মকমদা থাবা মরখাস্থকী মরীদা - মৈমনসিং জিলাগী টাঙ্গাইল মহকুমাগী মচুংচনবা নলকোন্দদা লৈবা রূপচান্দ বসাকী মচানিপা জানকীনাথ বসাক ঐহাক্না অওইবা ওইনা অমসুং পুকচেল শেংনা হায়জরি অড়ুগা মথাগী অসুম্না লাউথোকচরি :—

(১) ঐগী ইথৌদি ললোনবনি অমসুং শক ১৮৯১ ইংগী মার্চ্চকী তাং ১৪গী থোকখিবা থৌদোক অড়ুগী মমাংদা মণিপুরদা ঐগী দুকান অমা লৈরম্মী ভৌইগুমসুং ঐনা ঐগী ইমুং মনুংগা লায়ননা লাংথবালগী ক্যান্টনমেন্টা লৈরিঙৈদা হায়রিবা দুকান অদু সুমিৎ অড়ুগী গোলমাল অদুদা লুট তৌখি অমসুং মৈ চাকখি।

(২) মার্চ্চকী তাং ২৫দা মণিপুরী থরনা ঐবু কাড়ুনা মণিপুর জেলদা থম্মী মকম অদুদা ঐগী খোঙ অসি য়োংহ্লিং কলাং চন্নমী অড়ুগা ঐহাক অহিংচুপ্না মকম অড়ুদা লৈরম্মী অমসুং যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ সিংহগী য়াথং মতুং ইমা মথংগী তুমিৎ অড়ুদা ঐবু থাদোক্লম্মী।

(৩) জুনগী তাং ২৪ নত্রগা অড়ুরাইদা মণিপুরদা যুবরাজগী বিচার হৌরবা সুমিৎ নিনিগী মতুংদা মণিপুরগী নিংথৌমচাশিংবু প্রোসিক্যুসন তৌরম্বা অফিসার, মেজর ম্যাক্সওয়েলনা ইবা চে মচেৎ অমা ঐনা ফংলম্মী, মড়ুগী কোপিদি মথাগী অসিনি। “Baman Charon babu, The Jubaraj, now undertrial, wishes to have you and Janaki Babu to assist him, please come and see me this morning before 9 a.m. and send this Janaki Babu. * “3rd June, 1891. Sd/- H. Maxwell.”

অশেংবা কোপিড়ুমক ইথুত্তা লৈজরি।

---

* মিষ্টর এইচ, মেক্সওয়েলনা বামনচরণ বাবুদা হায়রি—“হৌজিকমক বিচার চৎলিবা লৈরিবা যুবরাজনা মহাক অমসুং জানকীনাথ বাবুবু মহাকী নত্তে পাংহনবিংই। অড়ুনা ওসি অয়ুকী পুং ৯গী মমাংদা লাকপিড়ুনা ঐগা উনবিয়ু অমসুং মসি জানকী বাবুদা থাবিয়ু।’

(৪) অদুদগী ঐহাক রুপা ১০০০৲ (লিশিং অমা) কংহুনা যুবরাজ-গীদমক লেপকে হায়না য়াখি।

(৫) ঐহাক আইন হৈবা মীশক অমা নত্তে অমসুং ফৌজদারী কেশকী বিচার মতৌ করম চথগদগে হায়বগী জ্ঞান লৈজদ্রি; তৌই-গুবসুং মণিপুরদা চহি অনিয়োম লৈবসিদা মণিপুরী লোন খরদি খঙ্ই অদুগা ঐহাক ইংরেজী ইবা অমসুং পাবা ঙমদে, মদুসু খরতনি, অদুক য়াম্না মমুৎ তাবদি নত্তে; উর্দ্দু অমসুং বাঙ্গালা হৈ, বাঙ্গালাদি ইমা-য়োলনি।

(৬) জুনগী তাং মরিদগী হৌনা যুবরাজগী বিচারচুম্না ঐহাক কোর্ট ক্কারম্মী। থাঙ্গাসিংহগী জবান লৌবা মতমদা মহাক্না মণিপুরী লোন্দা পিবা জবান অদু ঐহাক পুক্লিং চঙনা তাজখি, জবান অদু পেন্সন কংলবা পুলিস অফিসার পার্থসিং কৌবা অমনা হিন্দিলোন্দা হন্দোক্লম্মী। মদু ঐনা শেংনা নিংশিংলি মদুদি হায়রিবা থাঙ্গাসিংহ অসিনা হায়খি, সাহেব-শিংবু হাৎলু হায়বা জেনরেলনা পিখি হায়বা হুকুম অদুগী মরীদা যুবরাজগা থঙ্গাল জেনরেলগা য়ারী শানবা অদুদা (থাঙ্গাসিংহনা) যুবরাজনা থঙ্গালদা করি জবাব পিখিবগে হায়বদু তাদনা মপান্দা খোয়কলে। ঐনা মখা-তানা হায়জরি মদুদি থাঙ্গাসিংহনা যুবরাজ ভুমিম্না লৈহৌই নত্রগা "খুমখিদে" হায়বা ঐহাক তাখিদে। ঐনা তশেংনা থাজে মদুদি হৌরম অসিদা থাঙ্গাসিংহগী অচুম্বা জবান অদু কোর্টনা ইশিনবিদ্রে।

(৭) কোর্টনা অরুসিংহ ওর্কে উসবা (কোর্টনা উসবা হায়না কৌবা) বু জবান লৌবা মতমদা ঐসু কোর্টতা লৈরম্মী অদুগা মাগী জবান লৌবা মতমদা মহাক্না হায়খিবদু ঐহাক তশেংনা নিংশিংলি, মহাক্না হেক অখঙবা পুরমক লীরম্মী মদুদি যুবরাজনা থঙ্গাল জেনরেলদা "অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু সাহেবশিং অদু হাৎলোইদোবনি" নত্রগা অদুগুম্বা য়াহৈ খরা হায়খিবা মহাক্না তারম্মী। উসবগী জবান

অসি তাখি অমস্তুং কোর্টনা ইখি হায়না ঐনা নিংলম্মী। মরম অদুনা ঐনা হীরম অদুদা মহাকপু হংবা দরকার ওইদে খল্লম্মী।

(৮) সাধারণ নিয়ম অমা ওইনা প্রোসিক্যুসন্না হংখিবা মণিপুরী সাক্ষীশিং অদুনা মখোয়না খঙ্বা পুম্নমক্কু খুদক্কা হায়দোকপা হায়বসি কোর্টনা য়াখি। অদুগা সাক্ষী অমনা মিনিট ২। ৩ দা নত্রগা করিগুম্বদা মদুদগী খরা হেন্না শাংথনা ঙাংলবা মতুংদা পার্থসিংহনা পিরকপা জবান অদু উর্দ্দুদা হন্দোকই অমস্তুং প্রোসিক্যুসন্না চালাইরিবা পলিটিকেল অফিসার মেজর ম্যাক্সিওয়েলনা য়াম্না তোয়না তোয়না দোভাষীনা হন্দোকপা অদু কোর্টনা খঙনবগীদমক্তা ইংরেজলোন্দা অমুক হন্দোকলম্মী।

(৯) মথক্কী অনুম্না সাক্ষীশিংগী জবান লৌবা মরো অসিনা করি করিগুম্বা বিচার চথরিঙৈদা মকম মরাং খঙ্দবা মওং অমা ওইহল্লি অদুগা অয়াম্বা মতমদা সাক্ষীশিংনা খুম্বা জবান অদু পার্থসিংহনা লাম্না অর্থ হনবা অদুদা ঐনা য়ানিংদবা হেক হেক ফোঙ্দোকপা তাখি। অয়াম্বা মতমদা জজ ওইরিবা মেজর রিজওয়েনা পার্থসিংহনা হন্দোকপা জবান অদুদা অরানবা কয়া ফাখি।

(১০) কোর্টনা যুবরাজগী জবান লৌবা মতমদা মহাক্না পার্থসিংহনা মৈতৈলোন্দা হংখিবা য়াহংশিং অদুগী পাউখুম মৈতৈলোন্দা খুমখি। য়াহংশিং অদু অহানবদা কোর্টকী মেম্বর অমনা উর্দ্দুনা হংলম্মী অদুগা য়াহং অদুগী অর্থ অদু পার্থসিংহ মশামক্কাওবা খঙ্দবা বা য়াম্না তোয়না থোকখি, অদুগা কোর্টকী মেম্বর অমা নত্রগা মেজর ম্যাক্স-ওয়েলনা মঙোন্দা মদু তাকপা তাখি।

(১১) ঐনা নখা ভাম্না অমুক লাউথোকচরি মদুদি মঙোন্দগী হংবা পাউভাক্কী মতুংইন্না ঐনা যুবরাজগী মশা কয়নবগী চে অমা ইরম্মী অমস্তুং মদু মহাক্না সহী তৌদুনা কোর্টতা লানখৎলবা মতুংদা কোর্টকী প্রেসিডেন্টনা পুথোক্লম্মী মদুদি ঐগী ইংরেজী অদু লানবা মরুমা ঐগী

লোন অদু হোংদোকপা দরকার ওই। মরমদি চে অদু হাপা নমগদবনি অদুনা চে অদু শেমদোকপা হায়বসি তঙাই ফদবনি। হায়রিবা চে অদু লানথৎখিবা মুমিৎ নিনিগী তুংদা মদু থরা হোংদোক্লগা কোর্টকী প্রেসিডেন্টনা মদু ঐঙোন্দা হল্লকখি অমসুং পাইওনিয়র অমসুং অতৈ অতোপ্পা এংলো-ইণ্ডিয়ান পাউজেল-চেশিংগী থোইদোকপা পাউ পিবা মী কোর্টতা ইভৎ ততুনা কারকপা ক্যাপ্টেন ডু মৌলিন (Captain Du Moulin) গী মতেং লৌনবা কোর্টকী প্রেসিডেন্টনা ঐঙোন্দা হায়রম্মী। মহাক্তি হায়রিবা জবান অদু চুম্না চুমথোকপা ঙমগনি হায়না প্রেসিডেন্টনা হায়রম্মী। মরম অদুনা ঐহাক্না চে অদু ক্যাপ্টেন ডু মৌলিন্দা পিরম্মী, মানা মদু পুদুনা চৎখি অমসুং মথংগী মুমিত্তা মদু ঐঙোন্দা হল্লকখি। অদুদগী ঐহাক্না শেমদোকপা জবান অদু শিন্দোক্লম্মী অমসুং মদুদা বিবাদিগী সহী লৌরম্মী অদুগা মদু ঐনা দাখিল তৌখি বন্দিগী মখুৎমক্না সহী তৌবা হায়গী জবান তৌবা অমসুং কোর্টকী প্রেসিডেন্ট কর্ণেল সেণ্ট, যোহন মিচেল অমসুং ক্যাপ্টেন ডু মৌলিন্না হোংদোকপা য়াওবা হায়গী জবান অদু ঐগী খুত্তা লৈরম্মী অমসুং মদু ঐনা কলিকাতাদা থুংবা মুমিৎ জুলাই তাং ১৯ দা ডাকিলদা পিখ। হায়রিবা চে অদুদা হোংদোকাখবা অয়াম্বা চিলহায় ঙাক্তান তোইগুম্বসুং হৌজিক ঐঙোন্দা হায়বদদি মদুদা বিবাদিনা হায়গে হায়না নিংখিবা নত্রগা হায়খিবা, মদুনা বিবাদিদা মরাল থঙজিনবা রারম থরা য়াওরে। যুবরাজনা সহি তৌবা অমসুং কোর্টকী প্রেসিডেন্ট অমসুং ক্যাপ্টেন ডু মৌলিন্না হাপাচনবা অমসুং হোংদোকপা য়াওবা হায়গী অহবা জবান অদু 'A' হায়না খুদম পিদুনা হাপচার।

১২। ঐনা লাউথোকচরি মদুদি মথাদা পিরিবা একজিবিট "A" (মসি হাপচিনবা মরম্না হৌজক ঐঙোন্দা হায়বদি ঐগী হায়গী অর্থ অদু পুমওন ওনখ্রে অমসুং ঐহাক অমদি মহাক্না কোংদোক্কে নিংখিবা অদু বিবাদিদা মরাল থঙজিল্লিবা) গী লামায় ১৪ অমসুং ১৫ দগী লোথোকপা

শরুক অদুদা ঐনা রাহৈগী মথাদা লৈই চিংলিবা রাহৈ "দেম" (them) হায়রবা একজিবিট 'এ' অদুদা ক্যাপ্টেন ডু মৌলিনগী মথুৎমক্তা ইরি—

"The defendent urged the impropriety of such a dreadful action of killing such high officers and the General said 'have you lost your senses; and do you think that there is any chance of reviving the lost friend-ship with the British ?' It is better to do away with the British officers and subjects, who were ushered in of their own accord."

"The defendent then fully explained to him the inevitable consequences hereafter and the old man seemed willing to abide by them and remained in silence."

"বিবাদিনা অসুক চাউথ্রবা ওফিসারশিংবু হাৎপগী অকীবগী মশক ওইরবা থবক অসি তৌবা হৌনদে হায়না বয়া ওয়রম্মী অমসুং জেনরেলনা হায়খি— 'নহাক জ্ঞান মাংলবরা অদুগা বৃটিশশিং অসিগা মরুপ শানরম্বা অদু অমুক হন্না য়াখিনি হায়না নহাক খল্লিবরা ? মখোয় মশানা চঙলক্লবা বৃটিশ ওফিসারশিং অমসুং প্রজাশিং অসি লোইথোকখিবনা হেন্না ফরে'।"

'বিবাদিনা অদুদগী মতোন্দা শোয়দনা তুংদা থোক্লগদবশিং অদু মপুংফানা শন্দোক্লা হায়রম্মী অমসুং অহল অদুনা মদু পুম্নমক য়ানিংবগী মওং উৎখি অদুগা তুমিন্না লৈখি।'

ঐনা হান্না ইখিবা একজিবিট "এ" দা "abide by" হায়রবা রাহৈ অসি ইচম চম্না শিজিন্নখি ; ঐনা হায়নিংলিবদি অসিনি মদুদি— বিবাদিনা নিংবা অদু থঙাৎলনা য়ানিংই হায়রবা অসিনি অদুগা ঐনা ইংরেজী লোন নিংথিনা হৈতবদগী ক্যাপ্টেন ডু মৌলিন্না "them" হায়রবা অরানবা রা হাপচিনবিখিবা অসিনা অসি য়োনা কান্নরবা অইবা, মশা বজনবগী জবান-চে অসিদা ঐনা অমসুং যুবরাজনা নিংবা

অদু ওন্না তৈনখি অদুগা ঐনা ইজবা পরেংশিং অদুগী মরক্তা ক্যাপ্তেন ডু মৌলিননা মশাগী কলম-মক্তা অরানবা রাহৈ য়াম্না হাপচিনরে, হাপচিনখিবা রাহৈশিং অদু একজিবিট "এ" দা য়াওরিবা রাহৈশিং অদুনা উৎলি।

১৩। অরানবা রা য়াম্না হাপচিনবা অমসুং হোংদোক হোংজিল তৌরবা চে ( একজিবিট এ ) অদু খরনা কোর্টকী প্রেসিডেন্টকী মথুৎমক্তা অদুগা খরনা ক্যাপ্তেন ডু মৌলিনগী মথুৎমক্তা শেংদোকপা অদু ক্যাপ্তেন ডু মৌলিম্না ঐঙোন্দা হল্লকখি ঐনা মদুগী হোংদোকপা অমসুং হাপচিনবা অদু য়াওবা কোপি অমা লৌরম্মী মদুদা বিবাদিগী সহী লৌরম্মী।

১৪। মথক্তা হায়খিবা "thom" হায়বা অসান্নবা রাহৈ হাপচিনবা অদুদা -নত্তনা অতৈ অতৈ হাপচিনবা অমসুং হোংদোকপা রাহৈ কয়া য়াওরি, মদু অদুক য়াম্না কান্নবা নত্রবসু ঐনা হৌজিক উবে মতুদি মদুনা যুবরাজনা নিংবা অদুগা মানা হায়রোইদোবা রাহৈ হায়বদি মঙোন্দা মরাল থংজিনবগী রাক্ষম ওইনা যুবরাজদা লয়শিন্না উরে, খুদম ওইনা ঐনা অইবা জবানগী মফম অনিদা হান্ন ইখিবা 'business" অমসুং "incidents" হায়বা রাহৈশিং অসিগী মহুক্তা "Mutiny" ( ১৮৯০ ইংগী সেপ্টেম্বরগী তাং ২১ গী থৌদোক অদুগা মরী লৈনবা ) হায়বা রাহৈ অদু লামায় ৭ তা মফম অনিদা শিজিন্নরি। ঐনা খাজবদি হোংদোকলিবা অনি অসি প্রেসিডেন্ট কর্ণেল সেণ্ট যোহন মিচেলনা হোংদোকখিবনি।

১৫। মতম অদুদা মথক্তা হায়খ্রিবা হোংদোকখিবশিং অদু উহৌদদুনা ঐনা হৌজিক দলিল তৌরিবা কপি অসি যুবরাজনা সহী তৌত্রিদৈদা মঙোন্দা ঐনা মণিপুরী লোন্দা পাথোক্লম্ব দরকার ওই হায়না খল্লমদে' অমসুং ঐনা লাউথোকচরি মদুদি হৌজিক রেকে র্ডতা লৈরিবা—হায়রিবা কপি অদুদা—মদুদা করি য়াওরিবগে হায়বদু মঙোন্দা

হন্দোক্তনা কপি অসিমক মহাক্না হান্না ঐত্তোন্দা মাগী ওইনা ইয়ু হান্না হান্না হায়খিবা অদুনি হান্না নিংডুনা মদুদা মহান্না হেক্তা সহী তৌখিবনি।

১৬। হায়রিবা কোর্ট অসিদা মমৈদা মহারাজ কুলচন্দ্রগী বিচার তৌবা মতমদা ঐহাকস্তু মহাকী মৌজুৎ ওইনা য়াওখি; মহাকী অইবা জবান শেম্বা মতমদস্তু হায়রিবা ক্যাপ্টেন ডু মৌলিন্নস্তু মদুদা হোংদোক-হোংজিন অমস্তুং হাপতোক-হাপচিল তৌখি। হায়রিবা ড্রাফট অদু হৌজিক নিংথৌমচাশিংগী উকিলগী মথুক্তা লৈ।

১৭। যুবরাজ টৈকেন্দ্রজিৎ সিংহ অমস্তুং হায়রিবা মহারাজ কুলচন্দ্র সিংহ অনিমক ইংরেজী লোন ইখঙ্ খঙ্জদবনি।

১৮। ঐনা তশেংনা থাজবদি ক্যাপ্টেন ডু মৌলিন্না মণিপুরদা লৈরিবৈদা মণিপুরগী নিংথৌমচাশিংগী য়েক্লবা ওইরিবা Pioneer অমস্তুং অতৈ অতোপ্পা Anglo Indian পাউজেল্ চেশিংগী থোই-দোকপা পাউমী অমা ওইরম্মী।

ঐগী ইমাংদা কলিকাতাদা
১৮৯১ ইংগী জুলাই তাং ২৫ দা
লাউথোকখিবনি

জানকীনাথ বসাক

সহী।

Cockerell A Smith,
Notary Public, Calcutta,

## ব্রজমোহন সিংহগী রাশক-চে

মণিপুরগী টেকেন্দ্রজিৎ সিংহনা ভারত সরকারদা থাবা দরখাস্তকী মরীদা মণিপুরদা লৈবা নদিয়াচান্দ সিংহগী মচানিপা ব্রজমোহন সিংহ ঐহাক্না অওইবা ওইনা অমসুং পুকচেল শেংবা মখাগী অসুম্না লাউথোকচরি—

১। ঐহাক মণিপুরগী যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ সিংহগী প্রাইভেট সেক্রেটরী ওইরম্মী।

২। হৌখিবা জুনগী হৌরকপা অদুরাইদা ঐনা মণিপুরদা মৈতৈ-লোন্দা যুবরাজগীদমক দরখাস্ত অমা ইরম্মী. বিচার অদুদা মহাকপু কন্নবা কাছাড়দগী উকিল পুরকপা ঙম্নবা মতম পিনবিয়ু হায়জরম্মী। হায়রিবা দরখাস্ত অদুদা যুবরাজনা সহি তৌরম্মী অমসুং যুবরাজগী পক্ষদা চন্দ্রসিংহ হায়বা নিপা অমনা মণিপুরগী স্পেসিয়েল কোর্টতা মদু লানথৎলম্মী তৌইগুম্বসুং হায়জবা অদু য়াবিখিদদুনা দরখাস্ত অদু হল্লকখি অমসুং যুবরাজবু কন্নবা মণিপুরদা ফংবা কনাগুম্বা নিপা অমা নেকলো হায়না ঐখোয়দা হায়রকখি।

৩। বিচারগী মতমদা দোভাষীগী থবক তৌরম্বা পার্থসিং কৌবা নিপা অমা অমসুং হায়রিবা যুবরাজ অদুবু ফাখিবা পুলিস ওফিসার খেলেন্দ্রসিংহ কৌবা অমগনা হায়বা মতুংইন্না ঐনা মঙোন্দা মতম অদুদা মণিপুরদা লৈবা বাবু জানকীনাথ বসাক অমসুং বামন চরণ মুখর্জী কৌবা বাঙ্গালী অনিবু নেকউ হায়না হায়রম্মী অমসুং মখোয়শিং অসিবি ইংরেজীস্থ খঙবা অদুগা থবক অসিগীদমক্তা ফংবা য়াবা মীশক্নি।

৪। যুবরাজগী বিচারগী মতমদা দোভাষীগী থবক তৌবা পার্থসিং হায়রিবা অসি মমাংথৈদা মহাক ড্রিল ইনস্পেক্টর ওইরম্মী তৌইগুম্বসুং মমৈদদি মহাকা থাদোক্লগে অদুগা যুবরাজগা য়েংথিনবা—পোকমিন্নদবা মনাও পাকাসনাগী মখাদা থবক তৌখি।

ব্রজমোহন সিংহ

১৮৯১ ইং জুলাইগী তাং ২৫ দা ঐগী ইমাংমক্তদা মণিপুরী লোন্দগী হেন্না অতৈ খঙত্রবা, মথক্তা লাউথোকখিবা রারম অসিমু হৌজিকমক নং ১৮ শিব-ঠাকুরস্ লেন্দা লৈরিবা মণিপুরগী মেজর গোলাপসিংহগী থোঙদা শেংনা তারুগা লাউথোকখিবা মীশক * অদুনা মখাগী অসুন্না সহী তৌখি হায়বদি হায়রিবা গোলাপ সিংহ অসিনা ঐনা খঙবা অমসুং ঙাংবা ঙম্বা হিন্দুস্থানী লোন্দা ঐঙোন্দা হায়-দোক্লম্মী, মতুদি মহাক মশামক মণিপুরদা লৈবা মীশক অমনি অদুগা মণিপুরীলো᠁ ম᠁যেক খঙবা ঙম্মী, ঙাংবা ঙম্মী অমসুং পাবা অদুগা ইবা ঙম্মী মরম অদুনা হায়রিবা লাউথোকপগী চে অদু ঐহাক্না পাথোক্লম্মী।

| শীল<br>কোকরেল, এ,<br>স্মীথ<br>নোটেরী<br>পব্লিক |
|---|

কোকেরেল, এ, স্মীথ,
নোটরী পব্লিক,
কলিকাতা।

মথক্তা হায়রিবা লাউথোকখিবগী মবোলশিং অসি লাউথোকলিবা ব্রজমোহন সিংহদা ঐহাক্না নিংখিনা খঙলবা মণিপুরী লোন্দা শন্দোক্না তাকই।

গোলাপ সিংহ

* গোপালসিংহ অসেম মচানি, মহাকপু মহারাজ সার চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহনা কলিকাতাদা মণিপুরগী এজেন্ট হাপ্লম্মী অমসুং মেজর কম পিরম্মী। ১৮৯১ ইংগী মার্চকী থোকখিবা থৌদোক্তী মতম অদুগা মহাক কলিকাতাদা লৈরম্মী।

Letter No 408. of 14 .0 1904 from Lt. Col. Maxwell, P.A. Manipur to Chief Commissioner, Assam, Shillong.

ঐহাক্না লাউখোকলিবা ব্রজমোহন সিংহ অমসুং গোপাল সিংহবু মশক তাকলি ।

জানকীনাথ বসাক

## মেমোরেন্দম

হাৎপগী দণ্ডি ফংলবা যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎকী পক্কদা কলিকাতা হাইকোর্টকী কাওরবা ব্যারিষ্টার মনমোহন ঘোষনা হিজ এক্সিলেন্সী ভি ভাইসরয়-ইন-কাউন্সিলদা অইবা আপীল অমা ১৮৯১ ইং জুলাইগী তাং ২৭ তা লানখৎখি। আপীল অদুদা হায়রি—

আপীল্যান্ট অসি হৌখিবা মার্চ্চকী তাং ২৪ দা মহারাণীগী মাইয়োক্তা লাল হৌখিবগী মরাল লেরে হায়না অমসুং মিঃ কুইন্টল, কর্ণেল স্কীন, লেফটেনেন্ট সিম্পসন অমসুং মিঃ কসিন্সপু হাৎপদা মতেং পাংখি হায়না দণ্ডি পীরে ।

মহারাণীগী মাইয়োক্তা লালহৌই হায়বগী চার্জ্জ অসিগী মরীদা ঐহাক্না হায়জরিবদি বুলচন্দ্র সিংহগা মতাংদা হায়জখিবা অদুনা আপীল্যান্ট অসিগীসু মদুমক হায়জবনি হায়না খন্নবিবা য়াই । ঐনা খরগা অমুক হেন্না হায়জনিংবদি সাক্ষীগী জবানশিংদগী শেংনা খঙলে মদুদি টেকেন্দ্রজিৎতা সরকারগী মথক্তা লালহোগে হায়বগী বাখল শুকলৈ লৈরমদে ।

প্রোসিক্যুসনগী মায়কৈদগী পীবা সাক্ষীগী জবান্না উৎলিবদি—মিঃ কুইন্টননা মণিপুরদা থুংলদ্রিবৈদা খিংননবগী শেম-শাবা নত্রগা খিংননবা বা-লান খরা তাংনখি, মদুনা তাকপদি সেপ্টেম্বর থাদা সিংহাসন থাদোক্নুনা চৎপ্রবা হায়গী নিংথৌ অদুনা নমদুনা মণিপুরদা চংলক্লবদি মণিপুর দরবারনা মদু খিংবগী আশা তৌরম্মী অদুগা বৃটিশ সরকারবু খিংগে হায়বদি কারিমতা খনখিদে ; আপীল্যান্টনা মতুংদা মার্চ্চকী তাং ২২ দা মশামক্না মিঃ কুইন্টনবু ওকপা চৎলুবা অসিনা চিফ কমিশনার

নত্রগা মহারাণীগী লাম্মীশিংবু থিংগে হায়বগী টেকেন্দ্রজিৎকী আশা লৈরমগনি হায়বসি পুমওন ওন্নরবনি। মহাক্না মণিপুর দরবারদা অদুগা তাং ২৩ দা মিঃ গ্রিমউডকী মমাংদা হায়দোকখিবা অদুনস্থু তাকলি মদুদি মহাক্না অসিগুম্বা আশা অসি কদোৌৈদস্থু তৌখিবা লৈতে। তাং ২৪ গী নুংঙাইতবা থৌদোক থোকাখবা অদুগী মতুংদা তাং ২৪ গী নুমিদাংবাইদা মহাক্না ঙা থোকখিবা রাহৈশিং অদুনা তাকই মদুদি মহাকপু বলৎকারনা ফাননবা হোৎনরমগ্রবদি ইংরেজ লাম্মীশিংগী মথক্তা নোংমৈ কৈদোৌৈদস্থু কাপ্লমলোইদোবনি। মহাক্না মহাকপু নিংঙায়-দনা নমদুনা কাগে তৌবদু থিংলম্মী অদুগা এনা অমুক নোল্লক্না হায়জরি মদুদি—

কেশ অসি তোপ-তোপ্পা কিবমদা থিংখিবসিনা মরম চাদে হায়না লৌরবস্থু মহারাণীগী মথক্তা লালহৌবনি হায়না লৌবা য়াদে।

এনা হান্না হায়জথিবদুনি—মণিপুর ষ্টেট অসিনা ইতোপ তোপ্পা কিনম অমদা লৈবা মরম্না অদুগা বৃটিশ সরকারগা লৈননিবা মরী মরৈ অসিনদি বিবাদিনা মরম চানা খল্লকফম থোকই। মদুদি মাগী মযুমদা অমস্থুং মনাকমক্তা লান্দারক্লবদি অদুগুম্বা লান্দারকপা অদু থিংননবা মশাগী অধিকার লৈনম্মী। অসিগুম্বা মওং অসি লৌবদা মহাক্না করি-গুম্বা লাল্লম্বা থোক্লবা অদুগা মদুমক্না মরালনি হায়না লৌরবা কাওবদা ইতোপ তোপ্পা রাফম অম ন হায়না থাজচরি।

| মী হাৎপদা তেংবাংলুবা |
|---|

কেশ অসিনা ইণ্ডিয়ান পেনাল কোর্টকী মথাদা বিচার তৌবা তারবদি মীহাৎপদা তেংবাংবগী শীরিবা মরাল অসি কোর্ট অসিগী সেক্সন ১০৭ কী মথাদা সাক্ষীশিংগী জবান মতুংইন্না চৎথগদবনি অদুগা এনা খল্লি—ইণ্ডিয়ান পেনাল কোর্টকী আইন অসি চৎনবা য়ারোই, অদুমদি ওইরগা কোর্ট অদু ভারত সরকারনা য়াবা ওইরবাদ

মতুদা য়াওরিবা প্রিন্সিপালশিং অদু চৎনগনি অদুগা ঐহাক্না চুমই হায়না হান্নবা লৌরে মতুদি সাক্ষীগী জবান অসিনা কোড্ অদুগী সেক্সন ১০৭ কী মখাদা কেশ অমা ওইনা পুখৎত্রবদি চার্জ্জ অসিদা মরাল পিবা অসি য়ায়োইদৌবা অদু উদুনা তৌরিবনি হায়বদু হায়না খংলে, অদুনা ইণ্ডিয়ান পেনাল কোড্কী মখাদা মী হাৎপদা ত্তেংবাংলুবগী মরাল অসি মরম অহুম লৈবগী মমুংদা অমগী ওইবা য়াই—

"(১) নিপা অমবু মরাল লৈবা য়াবা থবক্তা ইনশিনবা।" কেশ অসি ক্লোজ অসিগী মখাদা পুররুবা প্রমাণ লৈতে।

"(২) করিগুম্বা মরাল লৈবা থবক অমা তৌনবগী ফগুবা রা তাম্ন-বদা মী অমা নত্রগা অমদগী হেনবা মী নেকপা। ফগুবা রা তাম্নবা অদুদগী থবক অমা তৌরবা নত্রগা আইন্না য়াদবা করিগুম্বা অশোয়বা অমা থোক্লবা তৌরবা।"

ক্লোজ অসিগী মখাদা কেশ অমা ওইবা য়াবা প্রমাণ লৈতে, স্পেসিয়েল কোর্টনা বিচারদা কেশ অসিবু ক্লোজ অসিগী মখাদা পুশিল্লকপা য়াবা করিগুম্বা মরম ফংখিবা লৈতে। কোর্ট অদুনা মখোয়না বিচারদা ফংখিবা অদুদা য়ুমফম ওইরগা দণ্ডি অদু পিখিবনি, মখোয়না ফংখিবদি বিবাদিনা অহানবদা য়ারমত্তবসু থঙ্গাল জেনরেলগা হেৎনবা অদুদা অদুম য়াখি অমসুং মীহাৎপদু থিংননবা থবক পায়খৎখিদবা মরম্না থঙ্গাল জেনরেলগী মত অদু শোয়দনা য়াকম থোকই।

কোর্টনা বিচারদা ফংখিবা মরোল অসিনা তাকপদি কোর্টনা কেশ অসি মথক্কী ক্লোজ অনি অদু নত্তনা অহুমশুব ক্লোজগী মখাদা তৌকম থোকপনি হায়না খনখিবনি। ক্লোজ অদুদা হায়রি —

"(৩) মরাল লৈবা থবক অমা নত্রগা আইন্না য়াদবা অশোয়বা অমা তৌরগে হায়না ত্তেংবাংবা।"

ক্লোজ অসি মখাদা শব্দোক্না তাক্লিবা অসিগা মরী লৈননা পাপদবনি :—

"(ii) কনাগুম্বা অমনা অশোয়বা থবক অমা তৌবগী মমাংদা মতমগী তৌরিবৈদা করিগুম্বা থরা অশোয়বা থবক অদু ওইননবা নত্রা। অশোয়বা থবক তৌবদা তেংবাংলবদি থবক অদু পাঙথোকপদা মতেং পাংবা কৌই।"

**আপামীগী অনিংবা**

মফম অসিদা মরাল অদু অসিনি হায়না তাক্লিবা অদুগী শরুক্তা মরু ওইবা বাফম অদু তশেংনা নিংশিংলবা অদুদা কৈরে হায়বদু উরগনি। করিগুম্বা থরা তৌবদা চুমগী শোয়থবা অমা, মদুমক তৌবদা আইম্না তৌফম থোকপা মথৌ ওইরবা ফাওবদা ক্লোজ মাসদা তাল্লবা ইনশিনবগী মরাল অদু ওইরোই। অশোয়বা অদু আইনগী চাংমা ওইবদা নত্তনা অদুগা মদু অনিংবা অমদি শোয়দনা য়াওফম থোকই। অশোয় অঙাম থোকহল্লোই হায়দুনা বা-লান ঙাংনবা লাকপা মথোয়গী মথক্তাই অদু নিংথিনা কনবিনবগী দমক্তা মতিক চাবা চেকশিনগদবা অদু চেকশিন-হৌজ্রে হায়না লৌরফাওবদা মাদু আইম্না য়াদবা অশোয়বা হায়বদু ওইগনি হায়বদি লান্দগী আইম্না হায়রিবাদ মী পুম্নমক চেকশিনগদবান, অদু ফাওবদা বাহং অমদি মরৈরে—

"হন্দকী কেশ অসিদা করিগুম্বা শোয়থিবা অদুদা আপীল্যান্টকী অনিংবা লৌথিবরা?" হায়বদি- মহাক্না চেকশিনফম থোকপা অদু থৌশাহৌদবদগী মহাকী চেকশিনহৌদবা অদুনা মরম ওইদুনা মী হাৎপদা খুদোংচাবা পিথিবা অদুদা তশেংনা হাৎপগী অনিংবা লৈরমবরা?' ঐনা হায়জরি মদুদি বিবাদিনা মাগী থৌশাদবা অদুনা অসিগুম্বা মওং অমা থোক্লবা য়াই হায়বাসে থঙলক্তা হায়না প্রোসিক্যুসন্না তৎলম্বা ফাওবদা কেশ অদু ইণ্ডিয়ান পেনাল কোডকী সেক্সন ১০৭ কা ক্লোজ ৩ গুবদা আইনগী চংশদবা মচাকাশং অদু য়াওনি।

অশোয়বগী হায়রিবাসিগী মরমদা প্রোসিক্যুসন্না পিরিবা জবাবদগী অদুক লেখলে মথাদ—মৈ কুংচম্না অমসুং মাগী মরুপাশিংদুগু দময়ার

শঙ মনাক্তা থন্নমলগা সাহেবশিং অদুনা থোককপদা মবাই কারবা লান্মীশিংনা ফৃজিন্নকপগী মখোল হেক তাবদা বিবাদি, মকম অদু তান্না হন্নকখি অমসুং মশামক্তা চৈ অমা পাংদুনা ফুজিন্নক্লিবা মীশিং অদু তাম্লোক্লম্মী. অ গা সাহেবশিংদুগা দরবার হোল তান্না চৎলম্মী অমসুং মকোক থোংবা মন্ত্রিশিংগী মমুংদা অমা ওইরিবা অঙোমনিংথৌদা সাহেব-শিং অদুবু মী থব শাহন্নু অদুগা মকম অদুদা অদুম লৈহন্নু হায়রম্মী, মরমদি মপান্দা লৈরিবা মীশিং অদু মতম অদুদদি ইরাং হৌদুনা লৈরবনি।

পুন্নমক অসি কোর্টমক্তা বিবাদিগী মীচংদা লৈরবনি তৌইগুম্বসুং বিচারপতিশিংনা অওইবা হৌরমশিং অদু বিবাদিগী মথক্তা ওনশিন্দুনো শিজিন্নরে. মখোয়না উৎখি মদুদি বিবাদিনবু তৌনিংলম্লবদি মীহাৎপদু মতুং তারকপদা থিংনবা শক্তি লৈরম্মী। বিবাদিনা মিঃ কুইন্টনগী মথক্তা লম্মন শিনিংম্লবা নম্রুগা মহাকপু অমসুং মহাক্তা লোয়নবকপশিংবু হাংলগে হায়নবু নিংলম্লবদি ঐনা হায়জরি, মহাক্তী লান্মীশিংনা মখোয়গী কাণ্ডবু তম্ন ফুজিন্নকপা, মিঃ গ্রিমউডপু হাৎপা অমসুং লেফটেনেন্ট সিম্পসনবু জথম নাইনা শোকহনখিবা মতম অদুদা মহাক্তা থান্নমন্ত্রবদি মহাক্তী উদ্দেশ্য অদু নিংথিনা পাংথোক্লমগদবনি. অদুবু মতম অদুদা মঙোন্দা নত্তবা রাথল অদু চংলমদে হায়না হৌবা য়াই। মন্থাং অদুদা মহাক্তা সাহেবশিং অদুবু কম্নিংলম্বনি হায়বসি অচুম্বনি হায়না য়ারবদা অমসুং মহাক্তী মতম অদুগী শাক্তং অদুনা মসিনি হায়বা অশেংবা প্রমাণ ওইরবদি রাহং অমা লৈরে—মিঃ কুইটনবু অহানবদা কননিংলবা নিপা মহাক্তা থঙ্গল জেনেরেলনা পিবা হুকুম অদু মশাগী জবান মতুংইন্নদি অহানবদা শুকয়া য়ানিংলমদ্রগা, তুমিন্ন অনিংবা অমগা লোয়ননা মদু হেক্তা য়াথোক্লমগদরা?

কোর্টনা অশোয়বা অদুদগী অনিংবা অমা লৈরে হায়না লৌরে। ঐনা নোল্লুক্ত হায়জরি মদু দ মসি লৌবা ইয়ামক য়াদবনি অশোয়বা অদুমক্তদা অনিংবা অমা য়াওরম্লবদি পেনাল কোড, শেন্নবা মীওইশিং

অদুনা সেক্সন ১০৭ কী ৩ শুবা ক্লোজদা অনিংবা অমা য়াওনা Intentionally হায়বা ৱাহৈ অসি শিন্দিন্নরম্লে'ইদোৱনি। মথংগী ক্লোজ অনিদা হায়রিবা ৱাহৈ অসি য়াওদে; মদুগী শিন্দিন্নরিবা ৱাহৈশিং অদুনা ময়েক শেংনা মরাল লৈবগী অনিংবদু লৈরে হায়বা তাকপনি।

সেক্সন অদুদা য়াওরিবা শন্দোকপা Explanation (ii) না হাপ-কৎপা "Aiding" গী অর্থ পিবদা হুকুম মতুং ইন্না "In order" হায়বা ৱাহৈশিং অসি য়াওরি, মসিনা তশেংবা অনিংবা অদু উৎলি। অদুম ওইনমক ভারতকী আইন শেম্বশিংনা বিবাদি অমনা আইন্না য়াদবা অশোয়বা অমথক্কুংগী প্রমাণ লৈবদুনা প্রোসিক্যুসনবু অশোয়া প্রমাণ হায়বদি সেক্সন ১০৭ কী ক্লোজ ৩ শুবদা চংদবা য়াদবা মরাল লৈবগী অনিংবা লৈবগী প্রমাণ পিনন্দবগী অরানবা অদু লৈনন্দনবা চ্যেকশিল্লি।

অদুদি ৱাহং অমা লৈরে বিবাদিগী মরাল লৈবগী অনিংবা মতিক চাবা নত্রগা করিগুম্বা প্রমাণ লৈবরা? চিংনিংঙাই লৈতে মদুদি— থৌদোকশিং অদুদগী অনিংবা অদু করিনো হায়না থিগৎপা য়াই, তৌই-গুম্বসু ইংলিসকী কোর্টশিংবু লমজিংলিবা নিংথিনা খণ্ডনরবা আইনদি করিনো হায়বদু বিবাদিগী মথক্কা য়াম্না চিংনবা লৈরবকাওবদা থৌদোক অদুভগী প্রমাণতনা দণ্ড পিথোকপা হায়বসি মরম চাদে; প্রমাণ অদুনা মাগী মরাল লৈতবা অদুগা মতা চানন্দ্রবদি মদুনা দণ্ড পিবগী ফিরেপ ওইনা লৌরোইদৌবনি।

প্রোসিক্যুসনগী মায়কৈবগী অহানবা সাক্ষী মণা পিখিবা জবান্না থোইদোকপা হীরম অসিদা কান্নগদবা মওং অমতা উত্তে, হায়রিবা হীরম অসিগা মরী লৈনদনা জবান পিখিবা প্রোসিক্যুসনগী সাক্ষীশিং অদু তরুকখ্রি। মখোয়শিং অদুদি —

৭ শুবা সাক্ষী — যাত্রা সিংহ

৮ শুবা ,, — ঊসবা ওকেং অরু সিংহ

১০ শুবা সাক্ষী — শগোলশেম্ব' ধন সিংহ শঙলিংবা।
১১ শুবা ,, — হিদা চাউবী
১২ শুবা ,, — সহ্রাল নম্রগা শঙলিংবা মকোক।
১৪ শুবা ,, — য়েংখোইবা লালুপচিংবা

মথক্তী সাক্ষীশিংগী মখোয় থুদিংগী ভবানশিং অদু মপুংফানা নৈন-কম খো'কই।

নিংথৌগী কৈক'বগী থবক তৌরম্না লাম্মীশিংনা ইকান কাম্ব কৃজিন-লকপদা সাহেবশিংগী মতেং পাংলম্বা মীশিংগী মম্নুংদা অমা ওইরম্বা যাত্রা সিংহগী জবান লৌবা মতমদা মথাগী জবা- অসি পিখি:—

"ঐহাক্না সাহেব ( খুৎলাইনা শোক্লবা অফিসার ) অদুদা ঐশিং পিবা মতম অদুদা অঙোম নিংথৌ চংলকই, মহাক ঙাইহাক্তং লেপ্লগা অদুম চৎখি। মদুগী মতুংদা শক্তি খল্লা লাক্লম্মী। ঐহাক্না উসবা অমম্নুং য়েংখোইববু মশক খঙলম্মী। উসদা মম্নুংদা চংলম্মী শক্তিশিং অদু মপান্দা লৈরম্মী। সা'হেবশিং অদু হাৎনবা হুকুম পিরে হায়না উসবনা ঐঙোন্দা হায়রম্মী। ঐনা ক'না পিবা হুকুমনো হায়না হংখি। থঙ্গাল জেনরেলনা পিবা হুকুমনি হায়না উসবনা হায়রম্মী। অদুদগী ঐনা হায়খি 'মসি যুবরাজগী হুকুম নত্তে; ঐখোয় চংলসি অদুদা যুবরাজদা হংলুসি। অদুদগী ঐগা উসবগা যুবরাজ থিবা চৎলম্মী। হিদা চাউবীবু মতম অদুদা কা অদুগী মম্নুংদা শক্তি তৌরম্মী। খা থংবা গেট মনাক্তা ঐখোয়গা যুবরাজগা খে-নরম্মী। মহাক সিফাইশিংদা কম্না য়েংশিল্লম্মী। সিফাইশিং অদু নোংৈ ক'প্লম্মী।'

"ঐখোয়না জেনরেলগী হুকুম অদু যুবরাজদা তম্রম্মী। ঐখোয়না মঙোন্দা পাউ অদু অহানবা হেক তম্বা মতম অদুমক্তদা মহাক না ঙাং-লমদে তৌইগুম্বম্নুং ঐখোয়না হঙিন্দুনা অমুক পা!উ তম্বদুদা মহাক্না হায়রম্মী; 'ঐখোয় চৎলসি অমম্নুং অহল ( থঙ্গাল ) গা না তাম্ররুসি।' অদুদগী মহাক ঐখোয়গা লোয়ননা তোপ পারোৎতা যুবরাজগা থঙ্গালগী

উনরে অদুগা হায়রম্মী :—'করিনো হাযরিবা রা অসিবো ?' থঙ্গালনা খুম্লম্মী : — সরকারগা মরুপ অমুক হম্না শ'ম্নরবা রাবগী উপায় উদ্রে, মরম অদুনা মখোয়শিং অসি হাৎলসি।' মসিদা যুবরাজনা করিমতা খুমখিদে, অদুদগী ঐহাক ভুমলুনবা ঐগী লোইশঙদা ভুম্বা লাকলে। উসবদি অদুম লৈলৌরে। ঐহাক সাহেবশিং অদু অমুক হম্না উনবা চৎলুদ্রে।

সাক্ষী অসিবু বন্দিগী মীহুৎনা জেরা তৌরম্মী, মীহুৎ অসিনা কেশ অসিগা মরী লৈনবা কাম্নবা রাহং অম' ফাওবা হংবা ঙমখিদ্রে। মহাক্কী মীহুৎনা অঙকপগী মতৌ অমা ওইনা হংবা ঙমখিদ্রবা অদুদা মরু ওইবা রাহং অদু বন্দি মশামক্না হংখিবা ওইনা তৌই। অসিগুম্বা মরু ওইবা রাহংগী খেন্নবা অসি কোর্টনা ইশিনবা পাউখুম অদুদগী থঙবা য়াবদি—

বন্দিনা ক্রস একজামিনেসন তৌবদা খুমখিবা—

'সাহেবশিং অদু হাৎলোইদৌবনি হায়না নহাক্না হায়খিবা ঐ ভাখিদে।' নিপা অসি জবানগী রাকমদগী ক'ম্নবা অসি সাক্ষী অসিনা হীরম অসিদা বিবাদিগী অনিংবা অদু করিনো হায়বা খঙলুনব' যুবরাজগী ভাম্না চৎমিম্নরুবা ৮ শুবা সাক্ষী মহাক্কী মরুপ উসৎগী জবানগী রাকম অদুদা লেপকদবনি।

নোংমদদা জবান লৌখিবা উসবনা হংখিবশিং অদুদা অম্নম্না ইরি-মিঃ ৩০ য়োম নিন-খোংলম্বা অদু লোইখিবগা অঙোম নিংথৌ তোপ গায়োংতা লাক্লম্মী অমস্রং তোপ গায়োংতা লৈরম্বা মীশিং অদুদা সাহেবশিং অদুগী খুদো'খিব' খোক্কনবা মখোয়বু শংনবা শস্ত্রি ভৌনবা হুকুম ভৌংম্মী। মদুগী মতু ইম্না নিপা তরেৎথক্না শস্ত্রি তৌবা চংখি অদুগা ঐহাক্কি তোপ গায়োংতা লৈরুই। নিপাশিং অসিনা শস্ত্রি তৌবা চৎপ্ৰবা মতুংদা থঙ্গাল জেনরেলনা তোপ গায়োংতা লৈরিবা মীশিংছুবু কৌখেক্লম্মী' অদুদগী ঐনা খুম্লম্মী—"করি ওইরবনো?" অদুদগী ঐহাক মাগী শঙ মমুংদা চংলগা মমাংমক্তদা লেপ্লম্মী। জেনরেলনা অদুদগী ঐহোন্দা হায়খি—"সাহেবলোক্কো মচিল থুপচিল্লো।" হায়বদি—

মখোয়বু হাৎতোকলো।  অদুদগী ঐনা জেনেরেলদা মসিবু যুবরাজগী হুকুমলা, হুকুম নত্তবরা হংলম্মী। জেনরেলনা খুম্মী — যুবরাজগী হুকুমা হুকুম নত্তবরা হায়না নংনা হংলিবসি করিগীনো?' ঐহাক্না খুম্মী—যুবরাজগী হুকুম অশেংবা অমা কংগ্রবাদ থবক অসি ঐখোয়না পাঙথোকপা ঙম্লোই, ঐহাক্না নহাক্কী হুকুম অসি ইল্লবদি ঐহাক অরাবা তাগনি।'

'জেনরেলনা অদুদগী হায়খি—'যুবরাজ তাম্না চৎলু।' অদুদগী ঐহাক যুবরাজ থিবা চৎলে অদুগা তোপ গারোৎকী থোঙজাও অদুদা যাত্রাসিংহগা উম্নরম্মী। যাত্রাসিংহনা হংলম্মী—

'নহাক কদায়দা চৎলিবনো?' ঐনা হাইখি, 'সাহেবশিংগী মচিল থুপচিন্নে।' হায়না জেনরেলনা হুকুম তৌরে, অদুনা ঐহাক যুবরাজ তাম্না চৎলিবনি। অদুদগী যাত্রাসিংহ ঐগা লোয়নদুনা লাকমিন্নরে। যুবরাজনা লানথলগী খা-নো·চুপ থংবা কাচিন্দুদা লৈবা চেকপাল অদুদা নোংমৈ কাপথোকখিনবগী মখুল হুৎলম্বা উরম্মী। অকোয়বা অদুদা মী য়াম্না তিল্লম্মী। যুবরাজ খাথংবা গেট অদোমদা চৎখি। অদুদগী ঐহাক্না জেনরেলগী হুকুম অদু মঙোন্দা তল্লম্মী। যুবরাজনা হায়রম্মী—'হয়ুবা (থঙ্গালনা) "অদুগুম্বা হুকুমসিমক তৌগ্রবরা?' অদুগা মখা তারম্মী—থবক তৌরুখিনু, ঐ লাকখিগে।'

বিবাদিনা ঙাংথোকখিবা বাহৈশিংদুগী মরমদা উসবনা পিখিবা মথক্কী জবান অসিনা লোইরে। পরেং ১২ রোমগী বায়েৎ অদু থঙ্গাল অমসুং যুবরাজ অনিনা র.র্য় শানাখবদুগী হারম অদুগা মর্‌া ইরৈ লৈনখিদ্রে। অদুগা কেশ আসগী হীৎমাসগ মর্‌া লেনবা মরম অমত্তা ফোঙদোক্কে। নিপা আসগী জবানগা যাত্রাসিংহগী জবানগা চাংদম্নদুনা য়েংবদা অঙকপা অমা ওই মদুদি থঙ্গাল জেন রলন সাহেবশিং অদু হাত্তোকদবনি হায়বা মতমদুদা 'যুবরাজনা রা অমত্তা খুমাখদে' হায়বা মথক্কী সাক্ষী যাত্রাসিংহগা জবান অদু অদুম্বরা চুমদবরা হায়বদু প্রোসিকুসনগা নহেগা কোর্টনা উংবদা হংথম থোক্কবান। যাত্রাসিংহগী

হায়বা, যুবরাজ তুমিন্না লৈহোই নত্রগা সাক্ষী মশানা করি পাউখুম খুমখিবনো ভারক্তে হায়বা অদু উসবনা মথক্কী সাক্ষীনা অমুক য়াম্না মরু ওইবা পোইন্ট অসিদা য়াখিবা নত্রগা য়াখিদবরা হায়বদু খ্বাইদগী কান্নবা হীরম্নি হায়না ঐহাক্না হায়জরি। ঐনা হায়জরিবা, মথক্কী সাক্ষীগী জবান্দা বিবাদিনা সজেসন তৌবা অদু মরম চারবরা নত্রগা চাদবরা হায়বা পোইন্ট অদুদা উসবদা হংকম থোকপা প্রোসিক্যুসনগী অমসুং ডশেংবা কোর্ট অদুগী মথৌনি। অদুগা নোংমতদা সাক্ষী অনি অদুগী জবান মথং মথং লৌখিবসিদ হীরম অদুগী কান্নগদব রাকম অদু নাম্থোকখিগনি হায়বা খঙখিদ্রে। থঙ্গাল জেনরেলগা যুবরাজগা রা ডাংনরিঙৈ মতম অদুগা উসবসু মহাক্না লোয়নরম্মী হায়না যাত্রাসিংহনা হায়খিবা মরম্না রেকোর্ডতা য়াওরিবা উসবদা হীরম অসিগা মরী লৈননা হংখিদবা নত্রগা হীরম অসিদা উসবনা তুমিন্না লৈথোকখিবসি বন্দি মশানা হংখিবা - মথক্তা পনগ্রবা মরু ওইবা রাহং অদুগী যাত্রাসিংহনা পিখিবা পাউখুম অদু কদায় ফাওবা চুম্নবনো হায়বগী য়াম্না চিংনবা পোকহনবগী ফিবমনি, মথক্তা ঐনা মুন্ন' ত'ন্ন-নৈনরগা 'রেকোর্ডতা য়াওরিবা' হায়বা রাহৈশিং অসি শিজিন্নরি, মরমদি ভারত সরকারনা ঐঙোন্দা পিবা রেকোর্ড অদুতবু ঐনা হেন্না চ্যেকশিন্না শিজিন্নজনিংই। তৌইংমসুং 'বিবাদিগী মীহুৎ বাবু জানকীনাথ বসাক্না পিবা চে" অদুদা মিৎয়েং চিংশিনজনিংই, মদুদা মহাক্না হায়রিবদি উসবনা পোইন্ট অসিদা জবান অমা পিখি অদুগা ডিফেন্সকী সাক্ষীশিংনা যুবরাজনা থঙ্গালগী হুকুম অদু য়াখদে হায়বা অদুগা মহাক্না খুমখিবদুগা রাকম অসি অমর্তান। বাবু জানকীনাথ বসাকী জবান্দগী খওবদি জবান হন্দোকখিবা অমসু' হীশনখিবগী মওং অদুদা অমুকী মতিক কান্নকান্নবা রাকম কয়া হৈনিবিরমদ্রে। হীরম অসিগী কান্নগদবা অদু মোংলগা ঐন, হায়বা ভারবদা পোইন্ট অসিদা রেকোর্ডকী মতুংইন্না ডুলবগী জবান লৌহোদবা অসি রাজা শিংথানিংঙাই ওইবা অমদি

অদুগা বাবু জানকীনাথ বসাক্না পিবা অদুদগীদি মসিদনা হেন্না মরু ওইবা কেশ অসিগী বিচার তৌরিবা বিচারপতিশিংগী হৈশিংবা লৈ হায়রবদু চিংনহল্লি, নত্রগা য়াম্না চুম্বা অমস্নুং মপুং ফাবা হায়বদুনি হায়বসি চিংনহল্লি, মদুদি অসিগুম্বা রেকোর্ড অসিগী মথক্তা প্রোসিক্যসন্না হাৎপগী দণ্ডি অদু সরকারদা য়াবিনবা হায়জখিবা রেকোর্ড মওংদুনি।

**যাত্রাসিংহ অমস্নুং উসবগী জবান**

বাবু জানকীনাথ বসাক্না মাগী রাশক-চেদা খরগা অমুক হেঙ্গৎনা হাংরিবদি থঙ্গাল জেনরেলনা সাহেবশিং অদু হাৎতোক্কদবনি হায়না মচোন্দা হায়রবা মতম অদুদা যুবরাজনা করি পাউথুম পিখিবগে হায়বদু যাত্রাসিংহনা ইত্তা তাখিদ্রে অমস্নুং ঙাইখিদ্রে হায়না যাত্রাসিংহনা হায়খি হায়বা রাফম অদু মানা শেংনা থঙখিদে। রাফম অসিগা যুবরাজনা তুমিন্না লৈথোকই হায়বা রাফম অসিগা অনি অসি য়াম্না খেন্নৈ। বাবু জানকীনাথ বসাক্না নিংশিংবা অসি কোর্টকী রায়দা য়াওরিবা রাহৈ পরেং অমনা মতা অমা ওইনা হেক্তা য়াখরে, মহৈদা হায়রিবদি—"অফিসারশিং অদু হাৎলু হায়না হুকুম তৌবদুদা বিবাদিনা থঙ্গাল জেনরেলবু ইফোঙ্‌ ফোঙ্‌না মরাল শীবা মতম অদুদা যাত্রাসিংহ তোপ গারোৎতা লৈরম্মী, তৌইগুম্বস্নুং মহাক্না রারী শাবদু লোইবা ফাওবা ঙাইরকখিদে।"

যাত্রাসিংহগী অইবা জবানগী মতুংইন্নদি মহাক্না রারী শাবদুগী মরায় চন্নকপা মতম অদুদা মহাক থোরক্লে হায়না হায়নিংলম্বনি হায়না নিংননবা অমদি খন্ননবা মরম অমতা য়াওখিদে, তৌইগুম্বস্নুং ঐনা পিরিবা রায়গী রাহৈশিং অসি কদায় ফাওবা কান্নবগে হায়বদু বিচারপতিশিংনা, সাক্ষীনা তশেংনা হায়খিবা রাফম অদু মখোয়না নিংশিং নিংশিংদুনা পিখিবা জবান্নি।

মতাং অসিদা খঙজিনবিগদবদি অসিনি—কোর্টনা মাগী রায়দা যাত্রাসিংহ হায়রিবা সাক্ষীসিবু অচুম্বা ঙাংবা সাক্ষি হায়না লৌদ্রে, বিচারপতিশিংনা মরোল অমা ওইনা থম্লি মদুদা যাত্রাসিংহনা ঙাংলবা

য়াশিং অদু ইডা ভাদনা চৎখি হায়বসি—"পুমথা থাজবা য়াদবনি" হায়না লৌরে। "থাজদবা য়াই" হায়বসি থাজবনু য়াই থাজদবনু য়াই, ভৌইশুম্বসুং ঐনা হায়জরি মত্তুদি বিচারপতিশিংনা বিবাদিগী কত্তনবনি হায়না থল্লিবা বাকম অসি ওইখোক্তবনি। মসিনা খণ্ডহল্লিবদি সাক্ষী অসি ইথা-থাজবা য়াদবনি হায়বদু উৎলে। নিপা অসিগী মতুং ইন্নদি যুবরাজ অসি মহাক্না লোয়ননা অমসুং উসবগা লোয়ননা লাক্লম্মী, অদু-দগী মহাক ঐখোয়গা লোয়ননা খা থংবা গেট অদোমদগী তোপ গারোৎ ভান্না থঙ্গাল জেনরেলগা মহাক্না পিখিবা হুকুম অদুগী মরমদা বারী শাবা লাক্লম্মী" অদুগা উসবনা হায়বদি "যুবরাজদি খা থংবা গেট অদুগী মনাক্তা পল্লম্মী অমসুং যাত্রাসিংহগা ঐহাক্না তোপ গারোৎতা হল্লকই।" হায়রিবা জবান অসি যাত্রাসিংনা পিবা জবানগদি তাইওয়রে, ভৌই-শুম্বসুং ঐনা মতাং অদু অসিনি হায়না উৎচরিবদি অহিং অদুগী করি-শুম্বা মতম অমদা উসবা অমসুং যাত্রাসিংহ অনিনা যুবরাজনা থঙ্গাল জেনরেলগা বারী শানখিবদু উখিবরা অদুগা উসবনা হায়বা মতুংইন্না মহাক্না যুবরাজগা উনরবা মতুংদা সাক্ষী অসিনা যুবরাজনা জেনরেলদা করি হায়খিবগে হায়বা বাকম অদু তাখিবরা হায়বা বাকম অসি উসবদা শোয়দনা হংলককম খোকপনি। "অদুদগী যুবরাজনা শাগী গেট অদোমদা লাক্লগা তোপ গারোৎলোমদা চৎখি।" যুবরাজ অমসুং থঙ্গাল জেনরেল উনররবা মতুং অদুগা সাহেবশিং অদু হাৎননবা অরোইবা হুকুম অদু উসবনা য়েংখোইবদগী তাক্রিতৈগী মমাংদা তোপ গারোৎতা চৎখি হায়বা বাকম অসি রেকোর্ডতা য়াওরিবা উসবগী জবান অসিনা মরেক শেংনা কোওদোক্তে। বাবু জানকীনাথ বসাকী জবান্দা উসবগী জবান অদু কোর্টনা ইশিনবদা চিৎথৈ হায়না মানা থনখিবা অসিদগী মরেক শেংনা খওলে মত্তুদি কেশ অসিগী মরু ওইবা শরক্তা যাত্রাসিংহ অমসুং উসবগী জবানগা অনি অসি ইচা চা-নক্রে হায়বসি মরেক শেংলে অদুগা কোর্টনা যাত্রাসিংহগী জবান অদু শুকথা থাজদে

হায়বা রাকম অসিদগী আ'নগী মতুংইন্না লৌকম খোকপদি (উসববু থাজরবদি) যুবরাজ অমসুং থঙ্গাল জেনরেল অনিনা রারী শানখি হায়বসি প্রোসিক্যুসন্না থাজবা য়াবা জবান ওইনা পুথোকপা ঙমখিদে; যাত্রাসিংহ অমসুং উসবা অসি কেশ অসিগী মতাং অসিদা অরেপ্পা প্রমাণ পিগদবা হায়ববু মখোয় অনিসিনি, অতুবু মখোয় অনিবু থাজত্রবদি মতুগী ফলদি অমতা ওইগনি। ইশিন্দুনা লৈরবা উসবগী জবান অদুদা য়াম্না কান্নরবা খোঙকম কয়া হুন্দোক্লমগা ইতেন তেন্না অদুম লোইশিনদ্রে। অদুগা প্রোসিক্যুসনন্সু মখা তানা হংখিদ্রে অদুগা বিবাদিগী মীহুৎনসু মখা তানা হংখিদ্রে। কোর্টকী তশেংবা মথৌমত্তি সাক্ষীশিংদা ইঙাই ঙাইদনা অদুম হংকম খোকইবদি— 'নহাক্না যাত্রা সিংহগা লোয়ননা যুবরাজনা তোপ গারোস্তা চৎপদা অদুগা থঙ্গাল জেনরেলগা উনবা মতম অদুদা মাগী মতুং ইল্লুবরা ইল্লুদবরা হায়বসিনি।" অদুগা পাউথুম অদুনা ইল্লুই হায়রবদি মখা অমুক তানা হংকম খোকই, "থঙ্গালনা সাহেবশিং অদু হাৎকদবনি হায়বদা যুবরাজনা করি পাউথুম পিখি?" অসিগুম্বা অসুক্কী মতিক কান্নপ্রবা অমসুং অরোইবী পোইন্ট অসিদা সাক্ষী অসিমু হংখিদবা অসি থল্লুবদা লুনা খোকই।

**শঙলিংবগী জবান**

শিপ্রিবা মীশিং অদুবু তশেংনা মকোক কক্কনা হাৎলুবা ১০ শুবা শঙলিংবনা বন্দিগী ফৎলোইদোবা জবান পিখিদে। বন্দিগী মীহুৎনা জেরা তৌবদা শঙলিংবনা হায়খি, "যুবরাজনা হুকুম পি অমসুং মহাক্না ঐবু কৌবনি হায়না য়েংখোইবনা ঐঙোন্দা হায়রম্মী। মী হাৎপা মতম অদুদা ঐনা যুবরাজবু উখিবা লৈতে।" জবান অসি মীনা হায়নবা তাবদগীনি হায়বসি অশেংবা ওইবা মরম্না লৌবা য়াদে। মসিগী করিগুম্বা কান্নবা থরদং লৈরম্নবসু য়েংখোইবা মশাগী জবান্না অদুম মাংহজরে, রাকম অসি তুংদা লৈনরকখিগনি।

হিদা চাউবীগী জবান্দা সাহেবশিং অদু শঙলিংবদা শিন্নবা মতম

অদুদা ১১ শুবা সাক্ষী হিদা চাউবী অসি শন্নি তৌদুনা লৈরম্মী। মহাক্না হায়, "য়েংখোইবা চংলকই অদুগা সাহেবশিং অদু শঙলিংবদা শিন্নথ্রে হায়রম্মী। বনা'না হুকুম পিবনো হায়বদুদি ঐ খঙদে তৌইগুম্বসুং ঐনা পাউ অদু খোমদ্রাদগী ফংলকপনি।" অদুগা খোমদ্রাগী জবানদি লৌখিদে। মানা মসিমু হায়, "মী হাৎলবা মতুংদা ঐ তোপ গারোৎতা হল্লম্মা, ঐনা মক্ষম অদুদা যুবরাজ অমসুং থঙ্গাল জেনরেল পুম্না রারী শাবা উরম্মী। মখোয়না করি ঙাংনরম্বগে হায়বদুদি ঐ খঙদে।" হাৎখিবগী রাফম অদু যুবরাজদা খঙহনখি হায়দে, হাৎখিবা অদু নোংমৈ কাপ্পা হৌরকপা মতুংলা অদুগা যুবরাজনা তুম্লুবদগী মিকপ্ থোরকপা মতমদুদরা হায়বসিগী রাফম ময়েক শেংদে। জেরা তৌবদা সাক্ষীনা হায়, "বন্দিশিং অদু হাৎতোক্লগদবনি হায়না খোমদ্রানা ঐঙোন্দা হায়বা মতম অদুদা হুকুম অদু থঙ্গালগী হুকুমনি হায়না মহাক্না হায়রম্মী।'

**শঙলিংবগী মকোক সম্বালগী জবান**

য়েংখোইবা "১৪ শুবা সাক্ষী" না শঙলিং-বশিং পুশিল্লকউ হায়খিবা ১২ শুবা সাক্ষী সম্বাল হায়বদি শঙলিংবা মকোক্না বন্দিগী ফত্তনবা মাইকৈদা জবান অমফাওবা পিখিদে, জেরা তৌবদা মানা হায়খিবদি "ঐনা শঙ-লিংবদা কনাগী হুকুম্না মসিপুম্বসি থোক্লিবনো হায়না হংলম্মী অদুগা মানা ঐঙোন্দা থুম্লকখদি লাল্লুপচিংবনা সাহেবশিং অদু অমমম্ ওইনা পুথোক্লকই। কনাগী হুকুম্না সাহেবশিং অদু হাৎখিবনো হায়বা ঐহাক তাখিদে। ঐনা য়েংখোইবদা হংখিবদা মানা হায়খিবদি মসি থঙ্গাল জেনরেলগী হুকুমনি হায়না খুমখি।"

অমুক হন্না হংবদা প্রোসিক্যুসন্না য়াম্না কান্নরবা জবান অমা ফংখি মদু মখাদা পিজরিবসিনি :—

"থঙ্গাল জেনরেলনা মী হাৎপগী হুকুম অসি হেক হেক পীরম্মী। চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা মহাক্কী হুকুম্না মী য়াম্না হাৎখি।"

হন্দকী সাক্ষী অসিনা অসিগুম্বা হীরম অসিদা ব্রা ভাংবদা খাইদগী হেন্না মতিক চাবা অমনি অমস্তুং মণ্ডোন্দগী ঐখোয়না খঙলে মহুদি মণিপুরদা মখোয়গী অইবা আইন লৈতে; থঙ্গালগুম্বা মকোক থোংবা মন্ত্রি অমন মশাগী দায়িত্বদা মী হাৎননবা হুকুম পিবসি চৎনদবা নত্তে। চৎনবী মতুংইন্না থঙ্গাল জেনরেলনা মী হাৎনবা হুকুম তৌবদু মথক থোংবা অচৌবা অমগী হুকুম য়াওদনা পাঙথোকপা য়াদে হায়বগী প্রমাণ লৈতে অদুগা যাত্রাসিংহ অমস্তুং উসবনা হন্দকী থোইদোক হেন্দোকপা থবক অসিদা যুবরাজগী হুকুম লোবনা খুদোং হেন্না চাগনি হায়না খনখিবা অসিনা অসিগুম্বা চৎনবী অমা লৈরম্বননি হায়না উৎতে হায়না ঐনা হায়জরি।

ঐহাক হৌজিক ১৪ শুবা সাক্ষী য়েংখোইবগী জবান অমুক লৌখৎচরি। বিচারগী বায়দা য়াওরিবা শঙলিংবা কৌরুই হায়বা নিপা অদু মহাক অসিনি, ব্রারম অসি মহাক মশানদি য়াদে।* মহাক অসি ফাঁসিগী থৌরী থুরবদা পংঙাং ঙা লবা মীওই অমা হায়বদু শোয়দ্রবনি। মাগী জবান অদু ঐনা মখনা অমুক হন্না পুথোকচরি :—

“ঐহাক তোপ গারোংকী লালুপচিংবা অমনি। মার্চকী তাং ২৪ গী অয়ুক্তা ঐহাক তোপ গারোংতা লৈরম্মী। মুমিং অদুগী অয়ুক অঙনবদা যুবরাজগী ইংখোললোমদগী নোংমৈ কাপ্লকই। মহু মুমিদাংবাইরম ফাওবা কাপ্পরম্বনি। মুমিদাংগী পুং ৯ লোম তাবদা সাহেব খরা দরবার ..বা লাকই হায়বদু ঐহাক তাখি ঐহাক তোপ গারোংকী কা অমগী মপুংদ লৈরম্মী অমস্তুং সর্দার কনা কনা দরবারদুদা চৎখিবগে হায়বা ঐহাক খঙদে, অদুগা যুবরাজ দরবারদা চৎখি হায়বসিদি ঐহাক তাই, পুং অমরোম দরবার তৌরবা মতুংদা অঙোম নিংথৌ তোপ গারোংতা লাক্লম্মী অমস্তুং লালুপচিংবশিংদা

* মীহাৎপা অনিনদি মখোয়বু কৌরুবা নিপা অদু মহাক অসিনি হায়।

দরবার শঙদা লৈরিবা সাহেবশিং অহু শন্ত্রি ভৌহল্লু হায়রম্মী, মহুদা চৎলুবা শন্ত্রিশিং অহুদা উসবা, ওইনা, খোমদ্রা, ঐ ইশামকা লালুপ-চিংবগা অসিনি; মখোয় অসি নত্তনা মহুদা লৈরম্বসি হিদা, নেপ্রা, লাইশ্রেবা অমম্ভং ময়েংবা হাযবা মচাহলশিং অসিনি। অতৈ অতৈনা চৎনপ্রবা মতুং ঙাইহাক লৈরগা ঐদি ইকোন কোম্না চৎলি শন্ত্রিশিং অহু য়েংলম্নগা ঐহাক বাংলাদগী হল্লকখি। ঐনা হল্লকপদা থঙ্গাল জেনরেলনা হায়খি, "অসিগী মমাংদা যুবরাজনা নঙোন্দা সাহেবশিং অহু শঙলিংবদ। শিম্নপ্রো হায়রগা করিগী শিম্নত্রিবনো?" অহুদগী ঐহাক বাংলা ভাম্না হল্লম্মো অহুগা হুকুম অহু লালুপচিংবশিংদা হায়বম্মী। মতম অহুদা বাংলাদা শঙলিংবহু লৈরম্মী। ঐদি চৎলুদে অহুগা কৌবম্নু কৌরুদে। মকম অহুদা সন্থালম্নু লৈরম্মী। ঐ মহাকপু নিংথিনা থঙই। মহাক্না করি ভৌগদবগে হায়বহু ঐনা মঙোন্দা হায়খি।

বৃটিশ অফিসারশিংগী জবান মতুংইম্না 'নাংম্নাই য়ৌম্রিফাওবা নোংমৈ অমুক হম্না কাম্না; থঙ্গাল-না সাহেবশিং অহুবু হাৎলু হায়না অহানবা হায়বা মতম অহুগা ভশেং-না হাৎ-গী মতম অনি অহু য়ামম্রবদা পুং ২ য়োম থম্না হেল্লপ খেমৈ। হেক হাৎপা মতুং অরুদা নোংমৈ অমুক হম্না কাম্নকপা ভাই অহুগা। ক্যাপ্তেন বৃট-চরগী জবাম্না ভাক পাদি

ঐহাক্না শন্ত্রি থম্বা মপান্দা খোকখিবা অহুগা ঐনা অমুক ভোপ গারোৎতা হন-খিবগী মবক অসিদা উসবা ভোপ গারোৎতা হনখি ঐহাক দরবার শঙদা পুং ১ য়োম নত্রগা থরা হেল্লপ লৈরম্মী। মতম অহুদা উসবনা অহানবা হুকুম অহু শোয়দনা ফং-লমগনি। সাহেবশিং অহু মখোংদা য়োৎহিলং-ফলাং থাংত্রা নত্রগা মথুৎ মশা পুন্নম্ন্রা হায়-বহু ঐ উখিদে। দরবারশঙ অহুদা সাহেব মরি লৈবম্মী। মিঃ গ্রিমউডকী মশা অহু সিড়ি মথাদা থোঙজাওহুগা নক্লনা ভাহুনা মকম অহুদা অহুম লৈহৌই। সাহেবশিং অহুগা বেংগুন খোংবা নিপা অহুগা লোম্নন-রকই হাযবা ঐহাক ভারম্মী।

রেসিডেন্সিদা লৈরবা মী-শিং অমুচু নোংমৈ হেক কাপ্লকপা মতুং নোংয়াই মতুং পুং ২ তাবা মতমদা রেসিডেন্সি থাদোকখি। ময়াক অসিদা যুবরাজনা ভুমনবা মতম য়ায়া কংখি।

ঐনা তোপ গারোৎতগী দরবার শঙদা হনখিবা মতুংদা থাংজবা সিড়ি কাখৎখিবা উরম্মী। মহাক সাহেবশিং অমুচু য়োৎহিলং কলাং চনবা চৎপনি। অদুগা য়োৎহিলং চনবমক্তি ঐহাক উখিদে। মসিগী মতুংদা মপান্দা লৈবা শম্ত্রিশিং অদুনা সাহেবশিং অদুবু শা মখোংগীগেট অদোমদা পুথোকখি। ঐদি চৎলুদে। ঐহাক দরবার শঙগী সিড়িগী মপান্দা লেপ্তুনা লৈরম্মী। শস্ত্রিশিং অদু শা মখোংগী গেট অদুদগী হল্লকই। ঐহাক বন্দিবু থঙই। মহাক যুবরাজনি, ঐহাক্না দরবার শঙদগী তোপ গারোৎ তান্না হল্লকপা অদুগা জেনরেলনা হুকুম অদু ঐঙোন্দা পিবা মতম অদুদা ঐম্ব যুবরাজবু মকম অদুদা উখি।

অঙোম নিংথৌনা শম্ত্রি থম্নবা হুকুম তৌরম্বা মতম অদুদদি যুবরাজদি তোপ গারোৎতা লৈরমদে।

জেনরেলনা ঐঙোন্দা হুকুম অদু পীবা মতম অদুদা যুবরাজ অমসুং জেনরেল তোপ গারোৎ শঙগী কা অমগী মমুংমক্তদা লেমিম্নরম্মী। থঙ্গালনা হুকুমপিবা মতম অদুদা যুবরাজদি তুম্বগী মওং ওইনা উখি। ঐনা শঙলিংবা কৌংদে হায়বসি শোয়দবা য়ানি। পাউ পুথোক-পুশিল তৌবগী থবক অসি লালুপচিংবশিংগী মথৌ ওইনা তৌবা হায়-বসি চৎনবী নত্তে।

বন্দিগী মাহুৎনা জেরা তৌবদা খুম্বা :—

"ঐহাক লালুপচিংবা অমনি অমসুং শম্ত্রিশিং অদু থম্নগা দরবার থাদোক্লুনা চৎলবসু মসিদি ইংনিনি। সাহেবশিং অদু শঙলিংবদা শিন্নরম্নগা ঐহাক তোপ গারোৎতা হল্লকখি। ঐনা মকম অদুদা যুবরাজবু উরমদে তৌইগুম্বসুং থঙ্গাল জেনরেলবুদি উরম্মী। যাত্রা-সিংহনা দরবাররোমদগী থোরকপা অদুগা তোপ গারোৎলোমদা চৎখিবনু

উরম্মী। ঐগা যাত্রাসিংহগা রা-লান অমতা ঙাংনখিদে। মহাক মথক্তনি, ঐ মতম অদুদা উসববুদি উরমদে। মহাক গারোৎতা লৈরমকম থোকই। সাহেবশিং অদু শঙলি'বদা শিন্নবা মতম অদুদা নোংমৈদি অতুম কাপ্লম্মী।

ট্রেজরী অমসুং রেসিডেন্সি লুট তৌবগী মরমদা ঐহাক করিমতা খঙদে। হুকুম অসি কনানা পিবনো হায়বদুসু ঐ খঙ্দে।"

ইংলিসকী কোর্টশিংবু চালাইবিবা জবান লৌবগী নিয়মশিংদুগী মতুংইন্না থঙ্গাল জেনরেলনা মঙোন্দা হায়খিবা অদুগী মরীদা নিপা অসিগী জবান অসি ইরৌ লৌবা য়াদ্রে, জেনরেলনা করি করি হায়খিবগে হায়বদু যুবরাজনা তাখি হায়বগী মরমদা প্রোসিক্যুসন্না প্রমাণ তৌবা ঙমখি-দ। সাক্ষী অসিনা হায়, 'থঙ্গালনা হুকুম অদু পীবা মতম অদুদা যুবরাজ তুম্বগী মওং ওইনা উখি।" যুবরাজনা সাক্ষী অদুদা রা ঙাংবা মতম অদুদ। সাক্ষীন। থঙ্গালনা যুবরাজদগী কয়া য়ান্না থাপ্লনা লৈবগে হায়বা রাকমসু হায়খিদে, যুবরাজনা তুম্লমদবা থোক্লবদি মহাক্লা তানবা লাউনসু ঙাংখিদে। কিবমশিং অসিদা জবান লৌবগী নিয়মদি লায়বু লায়রদুনা ঐনা নোল্লুক্লা হায়জরিবদি নিপা অসিগী জবানগী রাকম্না বিবাদিদা মীচং মীথায় নাইদ্রে হায়না লৌরবদা মাগী মথক্তা চুম্মী হায়না প্রমাণ তৌনিংঙাইসি করিমতা লৈতে। রাম্নী পুন্নমক অসি যুবরাজগী মশা কন্নবগী রাকমগা নিংখিনা জুৎ চানৈ হায়বদি থঙ্গাল জেনরেলনা মহাক্কী হুকুম যাওদনা মরম্নাইনা যুবরাজগী হুকুম শাদুনা পাঙথোকখিবনি। বিচারগী মতম অসিদা হাৎপগী দণ্ড ফংলবা জেনরেল অসিবু সাক্ষী অমা ওইনা জবানসু লৌখিদে, মহাক্লা মশা কঞ্জনবগীদমক করি জবান পিখিবনো হায়বদুসু ঐ খঙদে, অদুনা ঐনা হায়জরি, য়েংথোইবনা মতম অদুদা প্রোসিক্যুসনগী মায়কৈদগী মমাংঙৈদা পিখিবা জবান অদুদগী হেন্না য়েংথোইবনা হেন্দোক্লা পিখিবসু ঙমখিদে।

অদু ওইরবদি জবানশিং অসিগী কলাকলনা করিনো? জবানশিং অসিবু থাজরবদি সাহেবশিংবু হাৎপগী ব্রাকমসি থঙ্গাল জেনরেলদগী থোরকপনি, মহাক অসিবু মথক থোংবা কর্তৃপক্ষনা অশেংবা ঈ-পাউ লৌরগা 'মণিপুরগী মসুংদা ফত্রবা মরৌশিং লৈবা মীওইনি' হায়না ইরি, অদুগা থৌদো অঙ অহানবা হেক তন্নবা মতম অদুমক্তদা যুবরাজদা অস্নকী মতিক ঙক্না থোকখি মদুদি মহাক্না ফংলিবা পাউ অদু মশামক্না অচুম্বরা হায়বদু খঙনবা থিজিনবা লাক্লম্মী; অদুদগী মহাক্না জেনরেলগা ব্রারীখরা শামিন্নরম্মী, মসিগী মরীদা প্রোসিক্যুসন্না অশেংবা ব্রাকম পুথোকপা ঙমখিদে; পুংখায় অংরোম লৈরগা যুবরাজনা তুম্বগী মওং ওইনা লৈবা মতম অদুদা থঙ্গাল জেনরেলনা হায়গী হুকুম অদু অমুক হন্না তৌরম্মী; শক্তিশিংনা থঙ্গাল নত্তনা কনাগুম্বা অমদগী হেক হকথেংনবা হুকুম ফংখিবা লৈতে অদুগা সাহেবশিং অদুগা বেংগুন থোংবা নিপা (বেংগুন থোংবা নিপাদুগী মরমদা কনানসু হুকুম পিখিবা লৈতে অমসুং ঙাংনখিবসু লৈতে) অদুগা শঙলিংবনা মকোক কক্তুনা হাৎখি। যুবরাজনা ইহান হানবদা ঙকচানখিবদু তৌশিন্নখিবনি, তশেংনা অচুম্বা নত্তে হায়না লৌবা য়াদে, মরমদি মতম অদুদা বৃটিশকী লাম্মীশিংবু ইকোঙ-কোঙনা খিংলবা মতুংদা মহাক্না মশামকী মনাই-মশলশিংবু নমথাক তৌননবগী করিগুম্বা মরম অমত্তা উখিদে। অদুননি থঙ্গাল জেনরেলগী মনাক তান্না চত্তুনা মহাক্না য়েৎনখ্রিবসি। অদুনা মহাক্না অমসুং থঙ্গাল জেনরেলগা করি ব্রারী শানখিবগে হায়বদুগী প্রমাণ লৈতবনা মাগা জেনবেলগা য়ানখি হায়না লৌখিবসিদা—সরকারসি অচুম্বনি হায়না লৌবা য়াবরা? মসিবু করম্বা মওংগী অচুম্বা খুৎলৌনো? অমরোমদা হায়রগা নোংমৈ কাপ্পরবা মতুংদা বন্দিগী মশা অদুগী অমসুং ব্রাখলগী ফিবম অদুগা হুমিৎ অদুগী মন্নাই কারবা থৌদোক অদুগী খুদোং চাবা য়েংজুনা থঙ্গাল জেনরেলনা মশাগী অনিংবদু পাঙথোকখিবনি হায়বসি পুং ৩ লোমগী মতুংদা সাহেবশিংবু হাৎখিবগী

ফিবমশিং অদুনা তশেংনমক থঙ্গালনা মরম্নাইগী ওইনা হাৎখিবনি হায়বসি খঙ্‌না খঙ্‌না করিগীদমক রাকমদুবুদি হুন্দোক্লম্বনো ? মসি খল্লবা মতাংদা কেশ অসিগী মরু ওইবা রাকম অদু মখাদা পিরিবা রায়োলশিং অসিদগী খল্লনিংঙাই ওই—

১। বন্দিগী মবুধো হাকথক্তগী হোনা লৈশাক অসিগী থৌবুররকবা অহল ওইরবা জেনরেল থঙ্গালগী হীবম পুম্নমক্তা শক্তি শিজিন্নবা হক্ লৈরম্মী।

২। বন্দিগী শক্তি অসি দরবারদা অথোইবনি হায়না ভাবনা লৌরবম্ ময়েক শেংনা লৈতে অদুগা মণিপুরগুম্বা অইবা আইন থমত্রিবা, অদুক য়াম্না পংচাউ চাউখৎত্রিবা লৈবাক্তদি কনাগুম্বা কন্নাইবা অমগী শক্তি কদায়ফাওবা লৈবগে হায়বা খঙ্‌বা ঙমদে।

৩। সাহেব হাৎপদা আপত্তি তৌবগী মতাংদা মতম অদুদা যুবরাজগী জ্ঞান মাংখি হায়না থঙ্গাল জেনরেলনা খল্লম্বা তাই, তৌই-গুম্বসুং হাৎপা লোইরগা ফিবম অদুদা জ্ঞান তানা শিংনা থবক অদু পাঙথোকখিবনি হায়না বন্দিবু (যুবরাজবু) ভাব তাহনবা ঙমগনি হায়বসি থঙ্গালনা খল্লম্বা তাবনি।

৪। সাহেবশিং অদু করম্বা মওংদা থমগদগে হায়বসিগী মরমদা দরবার তৌখিবা লৈতে অমসুং থঙ্গালনা মহাক্না নিংবগী মতুংইন্না থুনা তহা-তহানা থবক অদু পাঙথোকখিবনি।

৫। বিচারপতিশিংনা আইনগী মতুংইন্না পাঙথোকহনবগী মওং-ঙুদি নত্তনা শন্না হায়রবদা মহ লৈবাক্না য়াবা মীহাং নত্তে ; শাঙলিংববু শিজিন্নরবফাওবদা অহিং নোংয়াইদা বিশ্বাসঘাত তৌদুনা পাঙথোক-খিবা থবক্নি।

৬। বন্দি অসি চীংনা ইকোয় কোয়শিনবদা লৈবা লাইরিক-লাইক্ত কন্না হৈতবা নিংথৌমচা অমনি। মহাক্না ফিবম অসিদা করম

হায়না তৌরমগদগে হায়বদু চাউখৎলবা জাতিদা পোকপা অমসুং তোপ-তোপ্পা সমাজদা চাউরকপা মীওইশিংগী থাক অদু বন্দিসিদা খনকম খোক্লে।

৭। বন্দি অসিনা খল্লম্বা তাই মদুদি থঙ্গালনা মহাক্না নিংশি-বদু পাওখাক্লবা য়াই অদুগা অম্বুক লুরবা য়াফম অসি দরবার অমা কৌরগা খমদনা হেক লোইথোক্লম্লোই

৮। থঙ্গাল জেনরেলগী হুকুম অদুদি সাহেবশিং অদুবুতা হাৎলু হায়বনি, অদুগা বেংগুন খোংবা নিপা অদুবুসু য়াওনা হাৎতোকল্লে, মসি কর্তৃপক্ষগী হুকুম য়াওদবনি হায়বদু ময়েক শেংলে। শন্ত্রিশিং অমসুং শকলিংবশিংন' হুকুমদারশিংগী হুকুম অদু থৌশাখিদে, মদু তহা-তহানা করিগুম্বা নিয়ম অমতা য়াওদনা মী হাৎখি হায়বদু তাকই।

**ডিফেন্সকী জবান**

প্রোসিক্যুসনগী জবান অদু লৌবা ইয়া য়াদবা মওংনি অমসুং বন্দিগা থঙ্গালগা মখোয় অনি উনবদা তশেংনা করি করি ডাংনখিবগে হায়বদুগী মরীদা করিমতা তাখিদে অমসুং ডিফেন্সনা পুখৎলকপা সাক্ষী কয়ামরুমসু লৈরি, মখোয় অদুবুদি হৌরম অসিদা থাজদব' লৈখিদে, অদুগা মখোয় অনিনা চপচাবা করি য়ান্না শাখিবগে হায়বদুগী মরীদা তশে'বা প্রমাণ পিরি। মখোয়মহুন। পিখিবা জবানশিং অদুগী শরুক খরদং ঐনা পিজরি—

অহানবা সাক্ষী চান্দ সিংহ লালুপচিংবনা হায়—'তোপ গারোৎ-তগী ঐখোয়না নিন্-খোংবা তারম্মী অমসুং অঙোম নিংথৌনা লাউরকই—'ঐহাক্নী সাহেবশিং অসি থিন্দোকপা ডমন্নে।' অদুদগী যুবরাজনা শাউদুনা মপাল থোক্লগা মীশিং অদু তাম্মোক-লম্মী। ঐনা মীশিং অদু তাম্মোকপদা তেংবাংখি। যুবরাজনা সিড়ি মথক্তা সাহেব অহুম উখি অদুগা অতৈ অনিদু কদায়দা লৈপ্রবগে হায়না হংল্লম্মী, অদুদগী সাহেবশিং অদুবু কা মনুংদা পুশিল্লম্মী। গ্রিমউড শিবা ঐ উরমদে। শিরে হায়বদি ঐহাক তাখি। যুবরাজনা সিং

সিম্পসনবু সিড়ি কাখৎপদা মতেং পাংবদু ঐ উখি। ঐনা যাত্রাসিংহনা বা ঙাংবদু তারম্মী অদুম ওইনমক ঐ মশক্তি উখিদে। যুবরাজ নি অকোয়বদা লৈবা মীশিং অদুনা হায়বম্মী—'সাহেবশিং অসিগী মহুংদা অমদি হাৎখ্রে। মসিগীদমক্তা ঐনা মতম খরা লৈরগা দখি পিগনি। লৈহৌরিবশিং অদু নিংথিনা য়েংউ।'

অদুদগী যুবরাজ অদু শাগী গেট অদোমদা থোকখ্রে। ঐহাক মতুং ইল্লম্মী। যুবরাজনা নোংমৈ কাপ্লিবদু থিংনা থিংনা লৈপলগী অকোয়বদা চৎলম্মী। ঐখোয়গা যাত্রাসিংহ অমসুং উসবগা উনরম্মী। মখোয় ঐখোয় তান্না লাক্লগা হায়রম্মী —'জেনেরলনা সাহেবশিং অদু হাৎননবা হুকুম পীরে'। অদুদগী যুবরাজনা হায়রম্মী—'ঐহাক্না মখোয়বু হৌজিক্তা কল্লগ্রিবনি, অদুম তৌমু হায়না মঙোন্দা হায়য়ু।" অদুদগী মখোয় অনি চৎখ্রে। অদুদগী যুবরাজ নোংপোক থোঙলোমদা য়েংবা চৎখি।

মকম অদুদগী যুবরাজ তোপ গারোৎতা হনখি। ঐনা মতুংদা লেপ্লম্মী, ঈশিং থক্লম্মী অমসুং অদুদগী তোপ গারোৎ তান্না লাক্লম্মী। মকম অদুগা ঐহাক থঙ্গাল জেনরেলবু উরম্মী অদুগা যুবরাজবুসু উরম্মী, মহাক্তি হিগ্রুনা লৈরম্মী।

করিগীদমক সাহেবশিং অদুবু হাৎননবা হুকুম পিরিবনো হায়দুনা যুবরাজনা থঙ্গালদা হংলম্মী। জেনরেলনা খুম্লম্মী—'মখোয়শিং অসি থম্বগী করি অক্ষবা ওইগদগে? ঐখোয়না সরকারগা তাইশিন্নবা হায়বসি ওইররোই।" অদুদগী যুবরাজনা হায়রম্মী—অদুম্না হায়গমু, ঐখোয় তাইশিন্নগনি অমসুং হয়েং চিঠি অমা থাগনি'। অদুদগী ঐহাক তুমখরে যুবরাজসু তুমখ্রে। তারিখ ২৫ গী অয়ুক পুং ৩ তাবা মতমদা নো·মৈ কাপ্পা ঐখোয় তারম্মী

নোংমৈ অচৌ অচৌবা কাপ্লম্মী। অদুদগী যুবরাজ হৌগৎলে, ঐসু হৌগৎলে। অদুদগী সাহেবশিং অদু লৈত্রে হায়বা পাউ ঐখোয় তারে।"

২শুবা সাক্ষী অতোম্বনা হায় - "যুবরাজ খ-থংবা থোঙজাওরোমদা চৎলম্মী খাদা ঐখোয়গা যাত্রাসিংহ অমসুং উসবগা উনরম্মী। ঐ উসববু নিংথিনা খঙই। যুবরাজনা সা.হবশিং অতুবু হাৎলো হায়রে হায়না থঙ্গালনা হায় হায়বা রাফম অসি মখোয়না তম্লম্মী, মসি চুমবরা হায়না মখোয়.া হংলম্মী। যুবরাজনা থুমখি—'মখোয়শিং অসি অচৌবা মী ঙাক্তনি হায়না তম্মু অমসুং মখোয়গী মাংননবা তৌবা য়ারোই।' মখোয় অনি অদু অ:দগী চৎখ্রে অদুগা যুবরাজদি লৈপল অদুগী অকোয়বা অদু কোয়যেং য়েংখি অদু.1 মমৈদা মন্দিরগী গেট-লোমদগী তোপ গারোৎলোমদা চংখি। ঐহাক মহাক্কা লোয়ননা তোপ গারোৎতা থঙ্গাল জেনরেলবু উখি। মতম অদুদা মী অতৈসু যুবরাজগা লোয়নরম্মী। তোপ গারোৎমক্তদা হেক থুংবা খুদক অদুদা জেনরেলদা যুবরাজনা হায়খি 'সাহেবশিং অসি অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু শোকহল্লোইদৌবনি।'

থঙ্গালনা থুম্রকখি - 'নহাক অপঙবনি ; ঐখোয়গা সরকারগা তাইশিন্নদা ঙম্নরোই। অদুম হায়না ঙাংবদুনা করি অফবা লৈ ?' যুবরাজনা খুম্নকই—'অদুম হায়না তৌবোইদৌবনি।'

অসুম্না ৱারী শানরমগা যুবরাজ হিপথখি। যুবরাজনা হায়খি— 'ঐহাক হকচাং অসি ইচোক চোকথরে, অদুনা তুম্নগে।' অদুদগী মহাক তুমথখ্রে।

অদুদগী ঐহাক চৎলে অদুগা তোপ গারোৎকী মনিংদা লৈবা লোইশঙদুদা পোথাকই। ঐহাক তুমথকরে অদুগা নোংমৈ অমুক কাপ্লকপা অদুদা মিকপ থোক্লম্মী, অদুদগী ঐ হোৎগংলে। ঐনা তোপ-গারোৎতা যুবরাজবু উখি। মতম অদু অয়ুক্কী পুং ৩লোম তারম্মী। যুবরাজনা লাউরকই— কনানো নোংমৈ কাপ্লিবা ? মখোয়বু থারকউ অদুগা মখোয়না তৌরিবদু তৌগনু হায়দুনা লেপহল্লু।'

৩ শুবা সাক্ষী তোনাসিংহ সুবেদারন। হায়খি—'সাহেবশিং অদুগী শোয়দ-ভামদনবা য়েংলম্লগা যুবরাজ নোংচুপ থংবা গেট তাম্না চৎখ্রে। অদুদগী মহাক লৈপলগী অকোয়বদা চৎলগা খা থংবা গেট য়োম্ব্রে। মফম অদুদা যাত্রাসিংহ অমসুং উসবগা উনরম্মী। থঙ্গাল জেনরেলনা সাহেবশিং অদু শঙলিংবদা শিন্নব্রো হায়না হুকুম পিরে হায়বদু মখোয়না যুবরাজদা তম্লম্মী, অদুদগী যুবরাজনা হায়রম্মী—'হুকুম অসি চৎনবা য়ারোই. জেনরেলদা মসি হায়য়ু, বন্দিশিং অদুগী শোয়দ-ভামদনবদুম য়েংশিললু।' যুবরাজ লৈপলগী অকোয়বদা চৎলগা নোংপোক খোঙলোমদা চংলকই। অদুদগী মহাক তোপ গারোৎ তাম্না চৎখি। মফম অদুদা থঙ্গাল জেনরেল লৈরম্মী যুবরাজনা মঙোন্দা হায়খি—'ইপু! নহাক্না সাহেবশিং হাৎনবা পিবা হুকুম অদু চৎনবা য়ারোই।'

জেনরেলনা খুম্লকই—'সাহেবশিংগা অমুক হন্না মকুপ শান্নবগী পাম্বে উদ্রে।' মসিগী মতুংদা হকচাং ভমদদুনা লৈরিবা যুবরাজ অদু হিপাখিবদগী তুমথব্রে।"

৪শুবা সাক্ষী মীচাউনা হায়—"খা-থংবা গেট অদুদা ঐখোয়দনা উসব অমসুং যাত্রাসিংহগা উনরম্মী; মখোয়না যুবরাজদা হায়রম্মী—'যুবরাজগী হুকুম্না সাহেবশিং অদু শঙলিংবদা শিন্নখোকখ্রে হায় হায়বসি অচুম্বরা নত্রগা চুমদবরা?'

যুবরাজনা 'মদুম তৌগনু। সাহেবশিং অদু শুকশোক শোকহল্লোই-দৌবনি, সাহেবশিং অদু নিংথিনা য়েংগদবনি।'

অদুদগী উসবা অমসুং যাত্রাসিংহ দরবার-শঙ তাম্না চৎখ্রে; যুবরাজদি লৈপলগী অকোয়বদা চৎলম্মী অমসুং নোংপোক থংবা গেটকী তাইনবা অরাংগী কুট্টম গেট অদোমদা লাকুনা কোম্নুং য়োখি অমসুং কোয়না চৎলুরগা তোপ গারোৎতা লাকখি ঐখোয়না তোপ গারোৎ য়োরকপা মতমদা থঙ্গাল জেনরেলদি লৈরম্নে অদুগা মফম অদুদা অতৈ

সর্দ্দারশিংদি অমতা লৈরম্বা উখিদে। যুবরাজনা থঙ্গাল জেনরেলদা হংখি—'সাহেবশিং অদু শঙলিংবদা শিন্নপ্রো হায়দুনা করিগী হুকুম পিখিবনো? মসি চুমদবনি।'

জেনরেলনা হায়খি—'থোকখিবা থৌদোক অসিগী মতুংদা সরকারসিগা মতৌ করম্না তাইশিন্নগদৌরিবনো?'

যুবরাজনা হায়খি 'মদু তৌবা য়ারোই; অয়ুক্তা হীরম অসি মহারাজদা হঙ্গৎকদবনি অদুগা করি তৌগদগে হায়বদু য়েংগদবনি।'

অদুদগী যুবরাজ হকচাং ওমদদুনা হিপথপ্রে।

অতোপ্পা লালুপচিংবা ৫শুবা সাক্ষী অতোম্বনা রারী শাখিবা অদু নিংশিংলগা অসুম্না হায়খি।

যুবরাজনা থঙ্গালদা হায়খি—'করিনো ইপু! মতা চাদবা রাঙাং ঙাংলিবসিবো?''

থঙ্গালনা খুমখি—'যুবরাজনা অদুক কিরিবা করিগীনো? ঐহাক মতম কুইনা থৌগল তৌরক্নবা অমনি। নহাক্তি নহানি। ঐখোয়না সরকারগী মীশিং অসিবু কাছাড় য়ৌনা তাংম্বাকনি।'

যুবরাজনা খুমখি—'ঐ নহানি তৌইগুম্বসুং মসুম্না তৌবসিদি অচুম্বনি হায়না লৌদে।'

অদুদগী যুবরাজ হিপথখিবদগী তুমখরে। সাক্ষীশিংগী জেরা তৌবা মতমদা করিগুম্বা জবান অমতা হোংখিবা লৈতে, অমদি কোর্টনা পিবা রায় অদুদা জবান অসিগা মরী থোইনা লৈনখিদে।

| বন্দিশিংবু চাং য়েংবা |
|---|

মায়কৈ খুদিংগী সাক্ষীশিংগী জবানশিং অদু নৈনরগা কোর্টনা বন্দিবু পরীক্ষা তৌখিবা হীরম অদুদা পুক্নিং চিংশিজরি, বন্দিবু পরীক্ষা তৌখিবা অদু ছাপা নম্বা ফুলস্কেপ সাইজগী লামায় অহুম-মখায়নি। ইংলণ্ডগী কোর্টশিংবু লমজিংলিবা আইনগী মখাদা কোর্টনা বিবাদিদা হংদুনা চাং য়েংখিবা অকক্নবা কেশ অদুদা কাওবা বিবাদিনা হংহল্লবতদা য়াবনি। য়াম্বা খমরবা মতুংদা আইন-

শেম্বশিংনা ভারত্তা আইন শেমখি মতুদি লৈবাক অসিদা বিবাদিবু মশাগী দমক্তা কোর্টনা মীচং মীখায় নাইদনা বিবাদিনা পিনিংবত্তা পিবা য়াবা জবানগীদমক খুদোং চাবতু থমবিগদবনি। * তৌইগুম্বসুং মহাক্কী জবানতুগা চানদনবা নত্রগা মরাল পিশিনবা মহাকপু হোষ্টাইলগী সাক্ষী অমা ওইনা জেরা তৌবা য়াদে। মসি মীচং মীখায় নাইদবা অচুম্বা তৌবা অমসুং মীওইবগী মতৌগী খ্বাইদগী রাংবা নিয়মনি হায়বসি এনা হায়জরি। হৌজিক্কী কেশ অসিদা কোর্টনা বিবাদিবু শাথিনা অমসুং শাংনা লোল অনিদা হায়বদি হিন্দুস্থানী অমসুং মণিপুরীদা জেরা তৌখি অতুগা ইংরেজী লোন্দা ইশিনখি। মহারানীগী প্রজাশিংগী বিচার তৌননবগীদমক্তা ভারতকী আইন-শেম্বশিংনা বন্দিবু মতৌ করম্না চাংয়েং য়েংগদগে অমসুং মখোয়গী জবানশিং অতু মতৌ করম্না ইশিনগদগে হায়বা অতু চোকশিনবা আইন শেমতুনা লৈরিবনি। অসিগুম্বা নিয়মশিং অসিদগী করিগুম্বা খজিক্তং হেক শোয়খিবদা অসিগুম্বা চাংয়েংগী মতৌ অতু পুমলৌ লৌবা য়াত্রবনি।

অহানবদা— বিবাদিগী জবান অতু মৈতৈলোন্দা ইশিনকম থোকপনি, মরমদি মহাক্না হায়খিবা ৱাহৈশিং অতু কায়দনা থম্বনবা ;

অনিশুবদা-- জবান অতুদা মাগী সহী য়াওগদবনি, মতুনা মহাক্না হায়খিবা ৱাহৈশিংতুগী অচুম্বা ওইরে হায়বগী সাক্ষী ওইননবনি। অতুগা পুম্নমক অসিগী মথক্তা ৱাহংশিং অতু মীচং মীখায় নাইরোইদোবনি অমসুং ইচম চম্বা ওইগদবনি, জেরা তৌবগী মওংদা তৌরোইদোবনি। হৌরম খুদিংমক্তা মণিপুরদা স্পেসিয়েল কোর্টনা বৃটিশ ভারত্তা চৎনবা আইন অতু ইথৌ-থৌশাখিদ্রে। ৱাহং অমসুং পাউথুমশিং অতুগী চে অতুদা বন্দিগী সহী অমতা য়াওদে, অতুগা ৱাহংশিং অতু মওং-মতা অমনি মতুদি সাধারন জ্ঞান লৈবা সাক্ষীশিংনসু জেরা তৌবা মতমদা মখোয়শিং অতুনা ৱাহংশিং অতুগী পাউথুম পিবা লুনা থোকই, অতুনা কোর্টনা ৱায়দা বিবাদিনা পিখি হায়বা পাউথুম অতুদা য়াম্না

* Indian Criminal Procedure Code, 1882, Act X, Section 342

কনশিলহল্লি। "পিখি হায়বা" হায়না ঐনা হায়রিবসিগী মরমদি বিচারপতিশিংনা মখোয়ন্না খঙবা মতুংইন্না ইশিনখিবগী রা নত্তে; তৌইগুম্বসুং ফৌজদারীগী বিচার কৈবা কনাগুম্বা অমনা খঙকম থোকপদি মত্তৌ কয়ম্না বন্দি অমনা মাগী বিচার মতমদা মহাক্কী পুক্রিংগী মওং মতুংইন্না মঙোন্দা হংবা রাহংগী চপচাবা অর্থ খঙবা ঙমদে হায়বা রাফম অসি তোয়না থোকই। মহাক্কী পাউখুমশিং অদু মরিক চুন্না ইশিনবিদ্রবা অদুগা অদুগীসু মথক্তা হন্দক্কী বিচার অসিদা লোল অহুমদা হন্দোকখিবা মরম্না অসিগুম্বা পাউখুমশিং অসিনা মাগী মাইয়োক্তা প্রমাণ ওইনা শিজিন্নখিবসিনা কয়াদা শাথিগ্রবা অমসুং খুদোং চাদ্রবনো হায়বদু খনবদা ইরায় লায়। অসিগুম্বা পাউখুম খরগী মথক্তা কোর্টনা মাগী রায় অদু হেক্তা মতাখি অমসুং পরীক্ষা তৌদুনা য়েংগ্রবা পুম্নমক অদু করিমত্তা পুথোক্তনা খুদম খরদং ওইনা পুথোকপা কৈ—

রাহং—তারিখ ২৩ গী সুমিদাংরাইদা কোম্নুংদা মহারাজগী দরবার তৌব' মতমদা অদুগা চিফ কমিশনারগী চিঠি অদু পাথোকপা মতমদা অদুগা মহাকপু কারগনি হায়রবা মতম অদুদা নহাক নশা য়াওরমত্রা?

পাউখুম— ঐ য়াওরমদে। ঐহাক দরবার য়াওরমদে।

ঐহাক জবান অসিদগী উরে মদুদি সুমিৎয়ুংবা মতুং অদুদা দরবার অনিরক তৌরম্মী। অমদা মিঃ গ্রিমউড য়াওরম্মী অদুগা যুবরাজদি য়াওরমদে মতম অদুদনা ইংরেজ অফিসারশিং মপান্দা লৈহল্লম্মী। বন্দি তদু অকোনবা দরবার অদুদা য়াওরম্মী। মহাক্তা নিংখিনা খল্লমগনি মদুদি মফম অদু অহানবা ফম্বগীদুগা মরী লৈনৈ— মদুবু চপচাবা দরবার কৌই অদুগা মথংগী দরবার অদু'দ চুন্না লম্নাই রা তাম্নবা হায়বদুনি। *

* প্রোসিকুসনগী সক্ষী বামন চরণ মুখর্জিগী জবান্দগী শেংনা উরে মদুদি অহানবা দরবারদুদ মিঃ গ্রিমউড য়াওনা তৌবনি, যুবরাজদি য়াওরমদে। যুবরাজনা য়াওরম্বা থোক্লবনি সুমিৎ অদুদা মাগী উনবগী দরকার লৈরম্লোই। কুলচন্দ্রগী বিচারগী মতমদা বিচারপতিশিংনা পিখিবা রয় অদুদা মিঃ গ্রিমউডকা ফম্মিন্নাথবা দরবার অদুবুদা দরবারনি হায়না লৈথি। মদুদা মখোয়না হায়— "পলিটিকেল এজেন্টনা মাবু (মহারাজবু) কোম্নুংগী দরবারদা সুমিৎয়ুংবা মতুংদা উথি। দরবার অদুদা বিবাদিদি য়াওরমদে হায়বসি শেংনা খঙলে।"

রাহং— তাং ২৪ গী অহিংদা চিফ কমিশনর অমসুং মহাক্কী কাণ্ডবুবু কমনবা নহাক্না তোপ গারোৎতকী মপান থোকখিবা মতমদা মিঃ গ্রিমউড অমসুং অতৈ অতৈ অদুনা শোকপদু উবা মতমদা করিগী-দমক্তা কাণ্ডবুদুবু গেট য়োনা থিন্দোকপিদুনা খুদোংথিবা থোক্কনবা তৌখিদবনো ?

পাউখুম— নোংমৈ য়াম্না কাপ্পন্মী। মরম অদুনা ঐহাক মপাল থোক্লমদে।

রাহং—দরবার তৌদ্রিঙৈ মতম খরদংতগী মহাক্না নোংমৈ কাপ্পমবরা ?

পাউখুম—নোংমৈ কাপ্পমদে।

মখাদা পিরিবা রাহং অমসুং পাউখুমশিং অসি অয়াম্বদি জেরা তৌবগী মওংনি অমসুং অচুম্বা ভাংবা নত্রগা মরাল লৈতবদগী নিপা অমগী বুদ্ধি চাং য়েংবনি।

রাহং—থঙ্গাল জেনরেলনা অদোমগী হুকুম ইনব্রা ?

পাউ—হোই।

রাহং—নহাক্না হুকুম পিদনা থঙ্গাল জেনরেলনা বন্দিশিংবু অহানবদা হাৎলু হায়না হুকুম তৌবদু বন্দিশিং অদুবু শঙলিংবা কর্ম্মচারীশিং অদুনা অদোম্না হাৎকনু হায়না হুকুম তৌরবমক্তদা অদোমগী হুকুম ইন্দ্রদুনা মমৈদা মথোয়না বন্দিশিং অদুবু হাৎননবা থঙ্গালগী হুকুম ইনখিবগী মরম করিনো ?

পাউ—মদু ঐ হায়বা ঙমদে।

রাহং—অদোম্না হুকুম অমা তৌরবা অদুগা থঙ্গাল জেনরেলনা হুকুম অমা তৌরবা—কনাগী হুকুম ইনগনি ?

পাউ— যুবরাজগী হুকুম্না অথোইবনি। থঙ্গালদসু শক্তি য়াম্না পী।

রাহং—চিফ কমিশনর অমসুং মাগী কাণ্ডবুনা দরবার-শঙদা লৈবা মতমদা মহাক্না কনাগা মথোয়গা করিগুম্বা য়ারী-য়াতায় শাখিবা লৈব্রা ?

পাউ - হোই। ঐনা কিনিংঙাই করিম্নু লৈতে হায়না মখোয়দা হায়রম্মী অমসুং মিঃ গ্রিমউডনা সিড়ি মখাদা শিন্নুনা লৈবা উবদা ঐনা নহা ওইরিবা সাহেব মিঃ সিম্পসনবু সিড়ি মথক কাখৎপদা মজেং পাংলম্মী।

রাহং - অদোম্না মীযাম অদু তাপ্নোকলুরগা হল্লকপসি মতম কয়া-মুক কায়খিবগে ?

পাউ — মিনিট ৪। ৫ রোম।

রাহং — মী কয়া য়াম্না তিল্লম্বগে ?

পাউ — মী ৩০০ ৪০০ রোম।

রাহং — মখোয়গী খুদোংথীবা থোকনি হায়বসি নহাক খঙলমদবরা ?

পাউ — ঐ মদুগী মরমদা খল্লমদে। ঐহাক্না মখোয়গী অশোয়-অঙাম থোক্তনবা য়েংনবগীদমক অঙোম নিংথৌদা হায়খি।

রাহং — দরবার হেক লোইবগা রাজ পরিবারশিংনা চিফ কমি-শনরবু গেট ফাওবা থিন্দোকপা হায়বসি মহৌশ ৎনা তৌনবরা ?

পাউ — শা মখোংগী গেট অদু ফাওবদি থিন্দোরক্লে। ঐ হকচাং ঙমদবা মরম্না অদু ফাওবদি চৎলুদে।

রাহং — চিফ কমিশনর অমসুং মাগী কাঙবুবু বন্দি থম্বগী মরমদা অদোমগী অনিংবা করিনো ?

পাউ মপান্দা খুৎলাই পায়বা মী য়াম্না লৈরম্মী অদুনা মখোয়বু নোংঙাল্লগা চৎহনগে হায়দুনা খল্লমবনি।

রাহং — সাহেবশিংনা কুঞ্জিল্লকপা অদুগা মিঃ গ্রিমউডপু হাৎখিবা মী ৩০০।৪০০ রোম অদুনা অদোমগী হুকুমদু খুদক্তা ইল্লগা সাহেবশিংদুবু মপান্দা থিন্দোকপদা মখোয়না থিংগনি হায়না অদোম্না মতৌ করম্না খনখিবনো ?

পাউ — ঐহাক্না মখোয়বু পুখোল্লমদে মসিভনি।

পরীক্ষা তৌদ্রুনদি লোইশিংগ্রবা, মথাদা পিরিবা, রাহং অসিনা বিচারপতিনা বন্দিগী মাইয়োক্তা কেশ অসিগী মরীদা চৎথখিবা মওং অদু তশেংনা শঙহল্লে —

রাহং — পলিটিকেল এজেন্টনা ফৌজদারীগী কেশ অমদা নহাকপু দণ্ড পিখিবরা ?

পাউ — নিপা অনিখক হাংলুবগীদমক ঐগী ইথক্তা কেশ অমা লৈরম্মী অমস্তুং ঐবু লোই পাগনি হায়না হুকুম পীরম্মী তৌইগুম্বস্তুং ঐনা আসামগী চিফ কমিশনরদা আপীল তৌবদা দণ্ড অদু ককখি।

মথক্কী রাহং অসি হংবগী প্রমাণ করিমত্তা লৈরমদে।

ঐহাক্না য়াম্না ইকায়-খুম্নবগা লোয়নননা হায়জরি মদুদি অস্তুম্না পরীক্ষা তৌবসি থন্নফম ইথোক থোক্তবনি, তৌইগুম্বস্তুং না খনবদা তৌগ্রিবা বিচারশিং অসিগী মওং অক আপীল্যাট নত্রগা রিভাইজিং অথোরিটিনা খণ্ডশিন্নদবা য়ারোই।

বিবাদিনা চিৎথহৌবগী রাফম অসি ঐনা মাংজোননা নৈনগ্রে ; তৌইগুম্বস্তুং বিচারপতিশিংনা মচা খায়না থিন্দুনা তাক্লি মদুদ বিচার-পতিনা চিৎথহৌবনি হায়রিবা থবকশিং অদু ভারতকী দণ্ডবিধি আইনগী মতুংইন্না বে-আইন ওইদ্রবস্তু মখোয়গী রায় অদু য়াম্না মশাক থীহল্লি। মখোয়না বিবাদিগী মাইয়োক্তা মথাগী চিৎথহৌবশিং অসিবু থিন্দুনা তাকলি ; তৌইগুম্বস্তুং মখোয়গী মত-তা মসি নংলমদ্রবদি মিঃ কুইন্টন অমস্তুং মাগী কাণ্ডবু কনবা শুন্নমগদবনি —

১। থঙ্গাল জেনারেলগী হুকুম অদু পাঙথোক্তনবা যুবরাজনা শক্তিশিংবু রারকপা শুমথিদ্রে।

২। যুবরাজনা সাহেবশিংদুবু লানবন্দা নত্রগা দরবার শঙদগী হেন্না চোকশিনব মফম অমদা পুথোকখিদে

৩। মহাক্না আফিসারশিং বু মখোয়গী ক্যাম্পত খুদোংথিবা থোক্তনবা হোৎনরমদে "থোদোক থোক্লবা মতুংদদা শিংবা হায়বসি

লায়"হায়বা পাউরৌ অসিগী অচুম্বা পুথোক্লবা তৌবদা লাইবক খিবদগী মণিপুরদা থোকখিবা মুংঙাইতবা থৌদোক অদুদগী হেন্না মখা চৎথবা চুমদে। থৌদোক অদুগী ইরাং উবা অদুগা মতম অদুগী তৌরিবা মওংদুগী রাখল মতাদু খন্নবগী কান্নরবা রাফম ওইবা মরম্মা সাহেবশিং অদু অহিং অদুদ হাৎলগনি হায়বসি মহাক্লা হান্না উরমদবরা? বিবাদিনা সাহেবশিং অদুবু চ্যেকশিন্না য়েংনবগী মমক শপ্রি ৮ দা হুকুম তৌরম্বনি অমসুং মখোয়বু মদুদগী হেন্না চ্যেকশিন্না হায়রমগদবা অতোপ্পা রাফম অমা অমুক লৈত্রবনি। থাঙ্গমক শেংবদি থঙ্গাল জেনরেলগী হুকুম অদু পাঙথোক্লরোইদৌবনি হায়না শপ্রিশিংবু পান্নরিবা উশবদা শেরান্নবা পুবা য়াবা রাফম নত্তবা লোন্দা চ্যেকশিন্নবা হায়রবনি। দরবার শঙদগী লানবল ভান্না সাহেবশিংদুবু পুথোকখিদবগী মরমদি অমত্তা নত্তনা য়াম্না লৈগ্রে। ইউরোপিয়ানশিংনা মুংঙাইনা লৈবা য়াবা শঙদি দরবার-শঙ অসিতনি হায়বা ঐ খঙই অমসুং মণিপুরীশিংগী ধর্ম্মগী অমাং অশেংগী রাফম লৈবনা মখোয়বু লানবন্দা নত্রগা কোম্মুংগী অতোপ্পা শরুক অমদা থম্বা হায়বসি ইয়া-য়াদবনি, মণিপুরীশিংনা ইউরোপিয়ানশিংবু মরম্নাইগী য়ুমদফাওবা চংহন্দে; অমদি বিবাদিনা সাহেবশিংবু অতোপ্পা মফমদা থৈদোকে হায়বসি ইখল্লমক খল্লমদে।

মথক্তা পনগ্রবা ৩ শুবা চিথবা অদুগী মরমদা মসিমদি ময়েক শেংলে মদুদি সাহেবশিং অদুনা হনখিবা মতমদা লৈবাকী মকোক থোংবা মন্ত্রী অমনা মখোয়বু থিন্দোকপনি, মখোয়বু ময়াই কারবা লাম্মীশিংনা মখোয়গী মথক্তা হেক্তা কুজিন্নকপনি, অদুদা মখোয়গী চংজফম থিনবগী অমুক হন্নকপনি। মিঃ গ্রিমউডপু অমম্বা অদুদা মশক খঙদবা নিংগা অমনা থাঙনা থিনখিবনি, অদুনা ঐনা হায়জরি মদুদি অমম্বা অদুদা যুবরাজনা সাহেবশিং অদু অহিং অদুদা মী থিন্দোক্লুনা চৎঙনবা চুখদে হায়না খন্দুনা শিংনা থবক তৌখিবনি। সাহেবশিংনা হনখিবা মতম অদুদা বিবাদি মশামক্লা থিন্দোক্লবা অসি

হৌন-লোনচৎ খঙদবনি হায়না বিচারপতিশিংনা লৌৱিবসিগী মরীদা ঐনা হায়বা ঙমই মদুদি অশোয়বনি হায়না লৌরবদা মখাগী থৌদোকশিং অসি থোক্লমদ্রবদি বিবাদিগী অশোয়বা অসি ইচম চম্বনি হায়না লৌদুনা কনা অমত্তনসু থোশানরোইদবনি। মদু ওইররদা ঐনা থৌনা কনা খল্লিবদি মিঃ কুইণ্টন্না হুমিৎ নিনিগী মমাংদা নিংলম-দবদি য়াই, মহারাজ অমসুং নিংথৌমচাশিং অসিবু রেসিডেন্সিগী মমাংদা পুং ২ হেন্না ঙাইহল্লম্বা অদুদা বিচারপতিশিংনা অচুম্বমক কংবা ঙমদ্রফাওবদা খরগীমখৈদি কংলমগদবনি, মহাক্না ( চিফ কমি-শনরনা) মদুগীদমক ইংরেজনা বলৎকারনা যুবরাজবু ফাননবা হোৎনরুবা অদুগীদমক মুংঙাইতবা ফোঙদোকখি।* নোংপোকলোমগী চৎনবী ব্যবহারদা বিবাদিনা কায়রুবা অদুনা দরবার শঙগী মপান্দা ময়াই কারবা লাম্মীশিংনা সাহেবশিংগী মথক্তা কচিল্লকখিবনি হায়না বিচার-পতিশিংনা মরোল লোল্লিবা অসি প্রমাণ নৈতবা তশেংবা ভাবনা শাজিনবনি অমদি কেশ অসিগী রাকম অসি ওইবা য়াবা মরম অমত্তা য়াওদে।

বিচারপতিশিংনা লৌবিরি মদুদি বিবাদি অসি মতম অদুদা মশা ঙম্মদে হায়বসি চুমদবনি। রাকম অসিদা বিবাদিনা হায়রিবদি মহাক য়ান্না কন্না চীক থোক্নুনা নারম্মী, নারিবা অসিগী লাইওং অদুদি মহাক্না ইদুনা জবান দাখিল তৌবা অদুদা য়াওব্রে। রসিকলাল কুণ্ডুগী জবান্দগী ঐথোয়না খঙই মদুদি তাং ২৩ গী হুমিদাংরাইদা মহাক্না মিঃ গ্রিমউডকা লোয়নননা চৎলুরদা অমসুং বিবাদিগা উনবদা

*"বিবাদিনা ময়াথুংগা লোয়নননা দরবারদা চৎপা মতমদা মপান্দা উশিং খওইদনা ঙাইহল্লি হায়দুনা মখৈদা অতোপ্পা চিঠি অমা ইখি। মিঃ কুইণ্টনগী জবাব অমা মিঃ গ্রিমউড অমসুং লেফটনেণ্ট সিম্পসনগী মথুক্তগী কংখি, মহুক্না হৌখিবা হুমিত্তা বিবাদিবু ঙাইহনখিবা অদুগীদমক মুংঙাইতবা ফোঙদোকখি"—গোপিনাথনগী ২ওবা সাক্ষীগী জবান।

মহাক "মশা হুংঙাইতনা উরম্মী।" তাং ২৪ গী নুমিদাংবাইদা মিঃ কুইন্টননা কোনুংদা চৎপা মতমদা বিবাদিদি "হিপ্তুনা লৈরম্মী" হায়বা রাফমসিস্থ অচুম্বনি। মহাক ফমুংদগী লেংবা ওৎপা অমদি চৎপা খোৎপা ফাওবা ঙম্নমদে হায়না কনানস্থ হায়রিজনখিদে; ভোই-গুম্বস্থুং মহাক মতম অদুদা মশা ঙম্নমদে হায়বসিদা চিংনিনিংঙাই ওইবা য়াবা চপ-চাবা মরম উদে। থ্বাইদগী হেন্না লাইবক থীবদি তারিখ ২৩ দা বিবাদিগা উনখিবা অমস্থং মহাকপু দোলাইদা পুরকপা উবগী খুদোংচাবা অমা ফংখিবা, মিঃ গ্রিমউড শিগ্রে অমস্থং মহাক শিখিবা অসিদা কেশ অসিগী হৌরম অসিদা অমদি অতৈ অতৈ শরুক্কা প্রমাণ ফংগদবা অদু ফংখিদবা অসিনি। অদুবু মার্চ্চকী তাং ২৩ গী হুমিদাংবাইরমদা বিবাদিনা মশা নারে হায়বা হৌরম অসিদা মিঃ গ্রিমউডনা মিঃ কুইন্টনদা মহাক্কা রেসিডেন্সিদা হনগ্রগা চীন্না পাউ অসি তমখি হায়বসিদা থাজবা য়াবা রাকম লৈবা মরম্না মহাক্কা মিসেস গ্রিমউডকা মণিপুরদা উনখিবা জানকীনাথ বসাকপু টেলিগ্রাম অমা ইংলণ্ডদা লৈখিবা মিসেস্ গ্রিমউডতা মার্চ্চকী তাং ২৩ দা মহাকী মপুরোইবনা যুবরাজনা হকচাং ঙম্নমদবগী মরমদা করি করি হায়রম্বগে অদুগা মিঃ গ্রিমউডনা হায়রম্বা বাহৈশিং অচ টেলিগ্রাম ওইনা পাউথুম অমা পিবিররুবা টেলিগ্রাম অমা থাবা হায়বসি ঐগী ইথৌনি হায়না ঐনা খল্লম্মী। "নহাকী নপুরোইবনা মার্চ্চকী তাং ২৩ দা যুবরাজনা নারম্বগী বারম হায়রম্লবদি মহাক্না হায়রম্বা বাহৈশিং অদু টেলিগ্রাম তৌবিররকউ।" হায়বা বাহৈশিং অসি য়াওবা টেলিগ্রাম অমা তাং ২৩ দা কলিকাতাদগী থাখি অদুগা মিসেস্ গ্রিম-উডতগী ফংবা মদুগী পাউথুম (আপীলগী দরখাস্তকা কোম্নবা টেলিগ্রাম মশাদুমক হাপলি) অদুদি অসিনি

লণ্ডণ
ভায়া তেহরান.
ইথেল গ্রিমউড

তাং ২৫ নুমিৎয়ুংবা মতুং পুং ১ মিঃ ৩৫

মনো
কলিকাতা

মার্চকী তাং ২৩ গী নুমিদাংরাইরমদা মিঃ গ্রিমউডনা যুবরাজবু নাদুনা লৈবা থেংনরম্মী।*

টেলিগ্রাম অসি মিসেস্ গ্রিমউডতগী তাং ২৫ গী নুমিদাংবাইরমদা কংখি। মুন্না হায়রবদা মিসেস্ গ্রিমউডকী পাউথুম অসি কোর্টনা লৌবা য়াবা আইনগী প্রমাণদি নত্রে হায়বা ঐহাক খঙই। তৌইগুম্বসুং কেশ অসিগী ময়ামগা পুমখেন খেন্নরবা ফিবম অসিদা ভারত সরকারনা কেশ অসিদা অসুক্কী মতিক মরু ওইপ্রবা রসিকলাল কুণ্ডুগী জবান অদু য়াম্না হকচিন্না কেশ অদু লুমহন্নবা তৌবদা য়াবিদবা তৌরোই হায়না নিংজৈ।

বিবাদিনা তুমথখিবগী রাফম অসি ওইথোক্তে হায়না বিচারপতিশিংনা লৌবিবগী মওং অদু উজরে। মার্চকী তাং ২৪ গী থোদোক নাইবা অহিং অদুদা সাক্ষী অয়াম্বসু তুমথপ্রে হায়বা রাফম অসি কনাগুম্বদা ওইথোক্তবা ওইনা থোকপদি চিংনিংঙাই লৈত্তে অদুগা রেসিডেন্সিদা লৈবিবা মীওই-শিংগী মরমদসু অসিগুম্বা চিরবা মতমদা কনাগুম্বা অফিসার অমা তুমথপ্রে হায়বসু মদু হেক থাজবা য়াদে; তৌইগুম্বসুং ইওই ওইথোকপা য়ারোইদবনি হায়না অহানবদা উরবসু রেসিডেন্সিদা লৈবা কাঙবু অদুনা মিঃ কুইন্টন্না কোন্নুংদগী হল্লকপদু থোরাংনা ঙাইদুনা লৈরিবৈ অমদি মথোর মশামক্কী খুদোংথীবা থোক্তনবা পাৎশৈ য়েংদুনা লৈরিবৈগী

---

মনো কলিকাতা হায়রবসি ব্যারিষ্টার মনমোহন ঘোষকী telegraphic address নি। টেলিগ্রাম অদুমকী ইংরেজীগী কপি মথাদা পিরি -

To London
MANO Via Tehra
Calcutta Ethil Grimwood

Mr. Grimwood found Jubraj ill on evening, twenty third March.' Mannohn Ghosh: Appeals of the Manipur princes Calcutta 1891,

চৈরক অদুদা লেফটেনেণ্ট চ্যাটরটনগুম্বা নিপা অমগী সাক্ষীগী জবান্দা মহাক মশামক হুমিদাংগী চাক চারগা তুমথখি হায়বা রাক্ষম লৈবা মরম্না থাজন্না য়াদে হায়বা রাক্ষম অসি চিংননিংঙাই ওইদে। * হকচাং ফত্তবগী রাদি থমগ্রদুনা মুমিৎ অদুদা হকচাং চোকথখিবা অদুগা হৌখিবা মুমিৎ নিনি অদুদা য়াম্না খোয়রাঙখিবা মতৌ অদুনা মরম ওইদুনা বিবাদিনা তুমথখিবা অসিদা ওইথোক্কবা মরম করিমত্তা লৈতে।

স্পেসিয়েল কোর্টনা হকচিন্না পিরিবদি থঙ্গাল জেনরেল অমদি মী হাৎপদা য়াওরুবা বনাগুম্বা মীওই অমতবু বিবাদিনা চৈরাক পিখিদে হায়বা রাক্ষম অসিনা বিবাদিনা থঙ্গালগী হুকুম অদু তুমিন্না য়াখিবনি হায়বসি শেংনা খঙহল্লি, তৌইগুম্বস্নুং ইকাই খুম্নবগা লোয়ননা হায়জরি মদুদি রাক্ষম অসিদগী মতৌ অম্নম হায়না লৌবিবসি আইন্না য়াদে। মার্চ্চবী তাং ২৪গী লাইবক থিবদগী থোকখিবা থৌদোক্কগী মতুংদা মণিপুর অসি য়াম্না মওং চাদবা মথোঙ মরম খঙদবা কিবমদা লৈরমগনি হদুগা বৃটিশ অফিসারশিং অদুগী মরাইবক্তা থোকখিবা অদু খঙলবা মতুংদা নংথৌমচাশিং অদু থোকখ্রিবা থৌদোক অদুগী মতুংদা করম্বা মওংদা চৎথরগা খ্বাইদগী হেন্না ফগদগে হায়বগী ঈংনা খম্নুনবা রাখল লৈরমফম থোক্কে। মসিমদি কাউবিরোইদবনি মদুদি নিংথৌমচাশিং অসিদি য়োনা চাওখৎত্রিবা লাইরিক লাইশু হৈতবা মীতা ঙাক্কনি. অদুনা চাওখৎলবা লাইরিক-লাইশু হৈরবা মীওইশিংগী থাককুম্না মখোয়দা খনবিবা অসি চুমদবনি। থঙ্গালগী হুকুম্না বৃটিশ অফিসারশিংবু হাৎখিবগী রাক্ষম অসি হেক খঙহল্লকপদা বিবাদি অসি য়াম্না লুবা অমম্নুং জ্ঞান মাংবগী ফিবমদা লৈরমফম থোকই। মসি মশানা চিংনফম থোকই। মদুদি বৃটিশ সরকারনা অম্নুক য়াম্না তমখিরবা মরাল অসি ঙাকপিরোই; বৃটিশকী অচুম্বা চৎপা অমদি চোকশিনবা

* "ঐহাক হুমিদাংগী চরা চাবা চৎলম্মী অদুগী মতুংদা তুমথখি।"— লেফটেনেণ্ট চ্যাটরটনগী জবান।

অমসুং মীচং-মীখায় নাইদবগী মওং অদু মহাক্না খঙদবদগী লৌরম্বা য়াই অদুবু অসিগুম্বা থোইদোক্না লৈবাকমচাশিংগা য়েংনবদা মশীং খাবা য়াম্রিবা মণিপুর অমসুং লোম্নবা চৌংগী মীওইশিং অমদি নিংথৌ-মচাশিং অসিবু মরাল ইরৈ লৈতনা মরাল লৈবনি হায়না লৌদুনা ভারত সরকারনা লম্মন খুম্বা অসি হাম্নগী মচা ইখায়-খায়দবা থৌওং অদুগা অম্মানি হায়না লৌরম্বা য়াই। অদুনা বিবাদি আসনা ইথলবু খল্লুদবদি থৌদোক অসিদা মহাক্না মীহাৎপগী বাকম অদু ইয়াও য়াওরুদবা মরম্না মী হাৎপগী দণ্ড ময়ামদা পিনবদু মঙোন্দদি কোকপি-গনি হায়বসিনি, মানা খল্লম্বদি বৃটিশ লাম্মীশিংনা হেক থুংলবগা মণিপুরদা হেক লৈবা পুন্নমক অসি ভান্ন-ভান্নদুনা কাগনি। অমরোমদনা ভাং ২৪ গী অহিংদা থোকখিবা থৌদোক অদুগী মতুংদা ভারত সরকারগা মরুপ ওইনা তাইশিন্নবগী আশা লৈত্রে হায়না লৌরমগনি; অদুগা অতোপ্পা অমরোমদনা থঙ্গাল জেনরেলনা মাগী হেক চুমথং ওইবা মণিপুরগী মন্নুংদা খ্বাইদগী শক্তি চাউবা মীওই ওইবা মরম্না বিবাদিনা মখোয়না নিতি সুমিৎ খুদিংগী বৃটিশকী লাম্মীনা লান্দারকপদুগী আশা তৌদুনা লৈবা মতম অদুদা মখোয় মশেল লাল তৌনদুনা নাকপাক-নাকপাক ভানবা হায়বসি বিবাদি মশামক্না তৌনিংলম্লোই। অদুগা নিংশিংবিগদবদি থঙ্গাল জেনরেল লৈবাক অসিগী খ্বাইদগী অহল ওইরবা মন্ত্রি অমা ওইরম্মী। মহাক চহি ৫০ রেম্না মহারাজ গম্ভীরসিংহগী হাকথক্তগী রৌনা শক্তি পায়রক্লবনি। বিবাদি অদুগা অতোপ্পা নিংথৌ-মচা পুন্নমক্না থঙ্গাল জেনরেলবু ইপু হায়না কৌবগা লোয়নননা মঙোন্দা অমসুং মহাক্না ওইরিবা ফম অদুদা য়াম্না ইকাইথুম্নব্বা উৎলম্মী হায়বসিগী প্রমাণ ওই *। চিন্নবা মতম অসিদা অসিগুম্বা মীওই অমবু দণ্ড পিবা

* নোংপোকলমগী চৎনবী অমসুং হৌনবী খঙবা মীশিংনদি—নোংপোকলমদা লৈবা নিংথৌমচা অমনা মহাকী মপাবুং অমসুং মবুধৌগী মফমদা অয়োন-অথুপ অমদি অচেৎপা পাউতাক পিবা ওইরক্লবা মীওই অদুগা মঙোন্দা 'ইপু' হায়না মিন্দোহনা ইকাইখুম্নবা উৎলম্বা অহল ওইবা অমসুং শক্তি লৈরবা মন্ত্রি অমবু দণ্ড পিবা হায়বসি ওইথোক্কবা নত্রবদু দুনা থোকই হায়বসিদি হেক্তা খঙবা ঙমগদ্রি।

হায়রবসি বিবাদিগী শক্তি রাংমদা ওইগ্রবা অমসুং মসিনা মণিপুরদা য়াম্না চয়েৎ-খোয়েৎনদুনা মচোই-মচোই ভাবা য়াবা থৌওং অমা থোক-হনগনি। মরম অদুনা ঐহাক্না হায়জরি মদুদি—মরাল লৈবা থবক পাওথোকখিবা মতুংদা থঙ্গালবু দণ্ড পিবগী থৌনা লৈখিদবগীদমক্তা বিবাদিগী মথক্তা লৌবিকম থোক্কে মসি হান্না মাংজৌননা উৎচপ্রে মদুদি থঙ্গালনা বৃটিশ অফিসারশিং অদুবু হাৎলো হায়না ভৌখিবা হুকুম অদুগী মরীদা, থঙ্গাল অমসুং যুবরাজ অনিনা করি করি ঙাংনখিবা হায়বা অদুদা প্রোসিক্যুসনগী জবান্না ময়েক শেংহনখিদে। তৌইগুম্বসুং বিবাদি মশামকী অইবা জবান অমসুং ডিফেন্সকী সাক্ষীশিংগী জবান (মখোয়বু থাজদনিংঙাইগী মরম লতে) না উৎলিবদি বিবাদিদা থঙ্গালগী হুকুম অদু হেক খঙ্ হনবগা তোপ গারোৎতা মাগী মনাক তান্না চৎখি, অদুগা মহাক্তা নিংথিনা য়েংনরম্মী অমসুং তরাম তরান্না বারী শান্নরম্বা মতমদা থঙ্গালনা তুমিন্না লৈবদুদা যুবরাজগা য়াননা উরুবনি অমসুং মহাকী অপাম্বদু য়ানিংনা উরম্মী। জবান অসিনা অচুম্বা ওইরবদি বিবাদিনা অথোইবা মন্ত্রিশিংগী মমুংদা অমা ওইরম্বা অঙোম নিংথৌদা বৃটিশ অফিসারশিংবু শোয়দ-ঙামদনবা য়েংশিল্লু হায়না হুকুম তৌখি, বৃটিশ অফিসারশিং অদুবু শন্ত্রি ৮ না শঙহনখি, অদুগা থঙ্গালনা পীবা হুকুম অদু ইল্লোইদৌবনি হায়না বিবাদিনা উসবদা হায়খিবনা অফিসারশিং অদুবু শোয়দ ঙামদনবা শীল্লমগনি হায়না খন্দুনা ঙম্বমখৈ বিবাদিনা উপায় তৌখি। তৌইগুম্বসুং থঙ্গাল গুম্বা নিপা অমগা য়েৎনবা অদুগা থোকখিবা থৌদোক্কী মতুংদা মহাকপু দণ্ড পীবা হায়বা অসিগী মরক্তা য়াম্না খেন্নবা লৈ, অদুনা মথক্তা পীরিবা মরমশিং অসিদগী থঙ্গালবু দণ্ড পীবা ঙমদ্রগা যুবরাজগী হুকুম্নি হায়জিন্দুনা মথা-তানা থবক তৌরিবা মীশিং অদুবু দণ্ড পীরুবনা করিম্ব কান্নবা কংলোই। রাকম অসিদা ঐনা পজনিংবদি স্পেসিয়েল কোর্টনা রারম অসিদদি মহারাজগী মথক্তা ওয়-তৈননা লৌদে, অদুমদি ওইরবদা অসিগুম্বা

আইম্না য়াবা রাকম লাক্লবদি অতৈ অতৈ নিংথৌমচা শিংদস্তু চপ মান্নবা লৌবিকম থোকই।

| ইংরেজী লোন্দা ইবা বিবাদিগী জবান্দগী |
|---|

অসিগুম্বা বৃটিশ অফিসারশিংনা শিখিবগী অরানবা পাউগী মওংদু মহারাজগী মিংদা ভারত সরকারদা থাখিবদুদস্তু হায়রিবসি। চপ মান্নবা মওংনি। বিবাদিনা মাগী অইবা জবান্দা হায়রি মদুদি থঙ্গাল জেনরেলনা হায়বদগী মসি থোকখ্রিবনি অমসুং নিংথৌমচাশিংনা আশা ইতৌ-তৌরুদনা ইখঙ-খঙহৌদনা য়াম্না খুদোংথিবা অমা খংথেং থেংনরুবদগী থোকখিবা অসিগুম্বা মথলগী থবক অসিদগী ওন্ন-তৈননা লৌবিরোইদৌবনি হায়না ঐনা হায়জরি।

বিবাদিগী অইবা জবান্দুগী মরীদা বাবু জানকীনাথ বসাক্কী রাশক-চেদা য়াম্না কান্নথ্রবা রাকম অমা ফোঙদোক্লি বাবু জানকীনাথ বসাক্লা হায়রি মদুদি যুবরাজগী জবান মহাক্লা ইথোকপিরবা অদুগা যুবরাজনা সহী তৌরবা মতুংদা মদু কোর্টতা লানথংখি, অদুগী মতুংদা বাবু জানকীনাথ বসাক্কী ইংরেজী অদু লাল্লি হায়দুনা পাইওনিয়রগী বিশেষ সংবাদদাতা নি হায়বা ক্যাপ্টেন ডু মৌলিন ( Capt. Du Moulin ) না প্রেসিডেন্টনা হায়বা মতুংইন্ন চুমথোকপা অমসুং হোং-দোকপা ভাখি বাবু জানকীনাথ বসাক্লা কলিকাতাদা থুংলরবদা মহাক্লা বিবাদিগীদমক্তা ইখিবা ইংরেজীগী জবান নিবাদিনা সহী তৌবা চে অদুমক ঐঙোন্দা লেংনবগীদমক পীরম্মী। চুমথোকখিবা, হোংদোকখিবা অমসুং শেমদোকখিবা মথক্তা পনখিবশিং অদু মহাক্লা উংখি। চে অসি বাবু জানকীনাথ বসাক্কী রাশক-চেদা হাপ্লি।

মখোয়শিং অসিগী অয়াম্বদি ব্যাকরণ লানবা অমসুং চীন্না শেম-দোকপা ভাক্তনি অদুনা মদুনা থোইনা অর্থ হোংহনবা নত্তে অমসুং মদুনা থোইনা কান্নখিদে। তৌইগুম্বসুং য়ামদ্রবদা হোংদোকখিবা ঐনা উবা অহমথক্তি ইকান-কান্নদে হায়বা য়াদে। হৌখিবা সেপ্টেম্বর থাগী

লালহৌ অদুগী মতাংদা বাবু জানকীনাথ বসাগী তোখাই-তোখাইবা মকম অনিদা "business" অমসুং "incidents" হায়বা ময়েক শেংনা ইবা রাহৈ অনি য়াওরি, তৌইগুম্বসুং মকম অনিমক অসিদা রাহৈশিং অসি "— — — —" অসুম্না লৈয়ি চিংদুনা কক্লি অদুগা কোর্টকী প্রেসি-ডেণ্টনা মখুৎমক্লা "Mutiny" হায়বা রাহৈসিনা শিনজিল্লি। মসি যুবরাজনা মশানদি হায়খিদবা অমসুং মদু মানা হায়নিংখিদবা অদুগা মাগী মচিন্দগীদি য়ারে হায়দুনা নমদুনা হেক থোকহনখিবা নত্তনা অতৈ অমা ওইরোই।

মথংদা অমা শেমদোক্লিবসিদি খ্বাইদগী হেন্না শাথিখরে। বাবু জানকীনাথ বসাক্না মাগী রাশক-চেদা হায়রিবদি যুবরাজনা য়ানিংদবা অদু ভাববা মতুংদা অদুগা বৃটিশ অফিসারশিংবু হাৎখিবগী শোয়দনা থোক্লগদবশিং অদু যুবরাজনা হায়রবদা থঙ্গাল জেনরেলনা মদু য়াখিবগুম তৌই অমসুং মহাক্না তুমিন্না লৈহৌবদুনা যুবরাজনা মদু য়ানিংবা ওইনা উৎন্মী হায়বসি নিংলুবনি। বাবু জানকীনাথ বসাকমক্না ইবা রাহৈ পরেংশিং অদু মখাদা পীজরি—

"The defendant urged the impropriety of such a dreadful action of killing such high officers and the General said : 'Have you lost your senses and do you think that there is any chance of reviving the lost friendship with the British ? It is therefore better to do away with all the British officers and subjects who were u hered in of their own accord.' The defendant then fully explained to him the inevitable consequences hereafter and the old man seemed willing to abide by and remained in silence."

মসিদা হায়রিবদি -অসিনি বিবাদিনা অদি য়ৌনা চাউরবা অফিসারশিং হাৎপগী থবক অসি হৌনদবনি হায়দা ভক্লন্মী অমসুং

জেনরেলনা হায়খি—"নহাক জ্ঞান মাংলবয়া অমসুং বৃটিশকা লৈনরবা মরুপ শায়রম্বদু অমুক হন্না শানবা য়াখিগনি হায়না নহাক খনবরা ? ময়ম অদুনা মখোয় মশানা মখোঙনা থোংনা লাকচরবা বৃটিশ অফিসার-শিং অমসুং প্রজাশিং অসি লোইখোকখিবনা হেন্না কৈ।" অদুদগীদি বিবাদিনা মঙোন্দা তুংদা শোয়দনা থোক্লগদবদু consequences শব্দোক্না হায়রম্মী অমসুং অহল অদুনা য়ানিংনা abide by উরম্মী অমসুং তুমিন্না লৈরম্মী।

ইরিবা লোন্দা অদু লাল্লি হায়বসিদা চিংনিনিংঙাই লৈতে। "abide by" হায়বা ৱাহৈ অসি শিজিন্নরবনিনা মহাক্না "the wishes of Jubraj" হায়বা অসিগুম্বা ৱাহৈশিং অসি হাপচিনকম থোকপনি, নত্রগা মহাক্না হায়রিবদু "abide by" গী মহুত্তা "agree" হায়বা ৱাহৈ অসি শিজিন্নরম্লবস্থ চপ মান্নবা অর্থ কোঙদোক্লমগদবনি। তোই-গুম্বসুং ক্যাপ্তেন ডু মৌলিন্না "consequences" হায়বা ৱাহৈ অসিগা ব্যাকরণগা মরী শোয়দনা লৈনকম থোকপা "them' হায়বা অয়ানবা ৱা অসি শিজিন্নদুনা চুমথোকপা ৱাহৈ অসিনা ৱাহৈ পরেংগী অর্থ পুমহোং হোংদোক্লে অমসুং মহাক্না লেপখিবা অদু থঙ্গাল জেনরেলনা য়াখিবা ওইনা অমসুং তুংদা থোক্লগদবা অদু চুম্নতা য়ানি খিন ওইনা থোকহল্লে। হৌজিক অসিনা যুবরাজনা হেক্তা য়াখিবা ওইনা থোকহন্দুনা হায়নিংবা অদুগী ওন্ন-তৈনবা ওইনা থোকহল্লি। যুবরাজনা তুমদ্রিঙৈগী মমাংদা মাগী মত অদু থঙ্গালনা য়াখি অদুনা বৃটিশ অফিসারশিং অদু খুদোংথিবা থোক্লরোই হায়না যুবরাজগী পুক্লিংদা থনখিবদুদি উৎত্রদুনা ক্যাপ্টেন ডু মৌলিন্না শেমদোকখিবা অদু ব্যাকরণগী মতুংইন্না অমসুং মথক্কী ৱারোল-শিংগা মরী লৈতনা য়েংবদা থঙ্গাল জেনরেলনা মাগী মত অদু য়াখি হায়বা নৎখিদ্রে তোইগুম্বসুং থবক অদুগী তুংদা থোক্লগদবা পুন্নমক অদুগী চুম্নতা মশামক্না দাগি লৌনিংলম্বনি হায়না থোক্লরে। হৌজিক্তি অইবা ৱখাল অদুমগী মসিমদি ময়েক শেংলে মহুদি ক্যাপ্তেন ডু মৌলিন্না

"them" হায়বা রাহৈ অমা হাপচিনবা অসিনা অইবা নিপা অসিনা নিংলিবা অদু পুমহোং হোংদোক্লে। অদুনা মথক্কীগা মখাগী লাক্লিবা রাহৈশিং অসিগা নাতৈ ইচা চানদে অমসুং অহানবা হেক খনবদা মরাল কোকপিনবা হায়রজবগী অইবা অদুবু মাংহন-তাকহনবা য়াবা ওইনা উহল্লে।

মসিমদি নিংশিংবিগদবনি মদুদি যুবরাজনা সহী তৌপ্রবা মতুংদা মহাক খণ্ডদনা অসি য়ৌনা অইবা জবান অদুদা শাথিনা শেমদোকপা রাকম অদু যুবরাজদি করিমতা খণ্ডখিদে। অইবা মীনা ফোঙদোক-নিংবা অদু হোংদোক্লবগী আশাদা "them" হায়বা রাহৈ হাপচিনবা অসি থাজবা য়াদবনি। মসিগী ফল করি ওইগদগে হায়বা অদু খণ্ডদনা চেকশিন্দনা, চমোৎ-চমোৎননা হেক্তা ককপনি হায়বসি চিংননিংঙাই লৈত্রবনি। মসিমসু শোয়দনা য়াবিগদবনি মদুদি স্পেসিয়েল কোর্টন-কাওবা রাহৈ পরেং অদু মথক্কী অদুগতা মরী লৈননা পাপ্রবনি অদুবু মথক্তা করি হায়খিবা অদুগা মখাদনা করি হায়রিবা হায়বদু খনবিদনা ব্যাকরণ অদু চেকশিন্না য়েংশিন্দুনা রাহৈ পরেং অদু শেমজিন্নবা হোৎন-বিখিদে। অদুম ওইনমক বিচার অদুদা য়াওহৌদবা অমসুং রাহৈ হোংদোকখিবা মহোংদোক অদুসু খণ্ডহৌদবা মীশিং অদু বিবাদিগী অইবা জবান অদু হোংদোকখিবা অদুনা লাম্না লমজিংবগী শাথিনা খুদোংথিবা লৈরে অমসুং মণিপুরগী নিংথৌমচাশিংগী য়েক্লবনি হায়না লৌবা পাউজেল-চে অমগী থোইদোকপা পাউপিবা মী অমগী মখুৎ চংখিবা অসিদা অমুক্তা হেন্না শাথিনা খুদোংথিবা থোকহল্লে। কোর্টনা বিবাদিদা হংখিবা ইকোন-কোনবা রাহং অদু নত্তনা মথক্তা পিপ্রবা মহাকী লীচৎ-শাজৎ অদু অফববু ওইরবসু ফত্তববু ওইরবসু মদুগা মরী লৈননা হংখিবা অদু ইকান-কান্নদবনি হায়না ঐনা খল্লি। মহাকপু হৌনবী মতুংইন্না অকক্লবা চার্জ্জ খরগীদমক বিচার তৌবা হৌনবসু তৌরে অমসুং কেশ অসিগী ফলদি বিচার তৌবদা পিরকখিবা জবানশিং অদুতগী মখা পোনগদবনি। অদু ওইরবসু ভারত সরকার অসিসা

কোর্টশিংবু লমজিংলিবা জবান লৌননবগী আইন অদুনা পুন্মুনা থমদেদি হায়রববু ঐঙোন্দা থাবকপা অইবা রেকোর্ডতদি য়াওদবা হীরম খুদিংমক সরকারনা বিবাদিগী মাইয়োক্তা শিজিন্ননিংখিবরা হায়বদু খিজিনকম থোকই হায়না ঐনা খল্লি। অদুগা অসিগুম্বা হীরমশিং অসি শিজিন্ননিংলম্বা থোক্লবদি ঐনা হায়জরি মদুদি মদুদা য়াওরিবা বারোল অমম্তং মওং মতৌ অদু ঐঙোন্দা খঙহনবিবা য়ারম্বনি। ঐহাক্না হংখিবদুদা সরকারগী অনিংবা করিনো হায়বদু ফোরেন সেক্রেটরীদগী তাং ১৬ কী টেলিগ্রামগী ১৪৩৭। ই হায়বা মখাগী টেলিগ্রাম অসি ঐনা কংখি—

"নহাকী তাং ১৩ গী টেলিগ্রাম থঙ্গাল জেনরেলগী কেশতা পিখিবা জবান অদু অমদি মখোয় মখোয়গী কেশতা শেংনা ইশিলহৌদবা মরোলশিং অদু সেনাপতি নত্রগা মহারাজগী মায়োক্তা শিজিন্ননবা থোইনা নিংজুবা লৈতে। মরম অদুনা নঙোন্দা থঙ্গাল জেনরেলগী রেকোর্ড অদু পিবা হায়বসি দরকার লৈতে হায়না খল্লি।"

কেশশিং অসি খন্নবদা ভারত সরকার অসি থোইদোকপা আইন নত্রগা থৌরম অমদা শিল্লম অমনা কাদুনা থমত্রবসু চহি কয়া চঙনা খ্বাইদগী কৈ হায়বা প্রমাণ তৌদুনা খঙলন্নবা অচুম্বা বিচার অদু তৌননবগীদমক বৃটিশকী অচুম্বা তৌবা হায়র্বাস পৃথিবী পুম্নমক্তা শীংথারবা অদুগুম্বা প্রমাণ তৌননবা আইনশিং অদুনা লমজিংকম থোকই। বন্দি অদু মমাংঙৈদা ইংলণ্ডদা চৎনরম্বা আইনগী মতুংইন্না বিচার তৌরম্নবা অমসুং মান্নবা মরালগী দণ্ড অদু পিরম্নবসু বিচারগী মতমদদি হান্না দণ্ড পিখিবগী রাকম অদু খন্নকম থোক্তবনি। সাক্ষীগী জবান লৌবা মতমদা বৃটিশকী আইনগী প্রোভিজনশিং অসি মীচং-মীথাম্ন নাইদবা অমসুং খৌজাল হৈবগী মওংদা লৈবদুগী ওন্ন-হৈনবদা Indian Statute Book অসি Evidence Act তা য়াওবা provision অমনা চহি ২০ লোম মনাক খিহল্লে হায়বসি অচুমনি, তৌইগুদসুং খাগীং থোইনবু

য়ামখিদ্রি, হৌজিক ওইরিবা ভাইসরয় অসিগী মতমদা Evidence Act তা য়াওরম্বা অশোয়বা অদু লৌথোকখ্রে অমসুং বৃটিশ ভারতা লৈবা করিগুম্বা কোর্ট অমতনা ভারতা ফৌজদারী কেশ তৌবদা বিবাদিগী কেশ অসিদা বিবাদিগী মথক্তা হায়া করিগুম্বা দণ্ড পিখিবা লৈরবসু প্রমাণ ওইনবা পুথোকপা হায়বসি হৌজিক্তি ওইথোক্রবনি।

থোইদোকপা মরাল অমগী ফৌজদারীগী বিচারদা, থোইদোকপা চার্জ অমদা বিবাদিগী লমচৎকী মরীদা ফত্তবা লমচৎ চৎলি হায়বগী প্রমাণ তৌদুনা বিবাদিগী মথক্তা লৈবা কেশ অদু কনখৎহন্নবগী দমক্তদি কদৌঙৈদসু শিজিন্নদে। মরম অদুনা এনা নোল্লক্লা হায়জরি মদুদি অফিসকী ওইবা রিপোর্ট নত্রগা মমাংঙৈদা টেকেন্দ্রজিৎকী মথক্তা লৈখিবা হুকুম পুন্নমক অদু হন্দকী মতাং অসিদা খন্নফম থোক্তে, অদুগা মহাকী হৌখিবা শাজৎকী মরমদা ঐহাকপু হায়য়ুসু হায়খিদে। অসি-গুম্বা হীরম অসিদা ফোঙনা অমসুং নিয়ম নাইনা তদস্ত তৌবিবসু লৈখিদে অদুগা এনা নোল্লক্লা হায়জরি মদুদি অচৌবমক ওইরবসু অফিসারশিংগী হায়া ফোঙদোকখ্রবা বিবাদিগী মায়য়োক্তা লৈরবা অমসুং অচুম্বনি হায়না লৌরফাওবদা মত অদু লৌবা হায়বসি তশেংনা ফজদে। *

ইরোই লোইবদা ঐহাক্না হায়জরি মদুদি মী হাৎপদা ইনশিনবা য়াওই হায়বগী চার্জ প্রোসিক্যুসন্না পুথোক্লকপা প্রমাণ অদুদা যুবরাজবু য়াওশিলহল্লুবা অদু শোয়রবনি অদুগা মদুগী ওন্ন-তৈনবদা মহাকী দমক্তদি কন্না অফবা লম্বী ওইবা য়াবগী মওং রেকোর্ডতা লৈরে, মদুদি বৃটিশ অফিসারশিংবু হাৎপা অদু মহাক শুকয়া-য়ারমদে অমসুং থঙ্গাল

* বিবাদিগী পুকচেল চাউবা অমসুং মীনা য়ান্না য়ানবগী মরীদা মহাকপু মুন্না মশক থঙবা অমতা ঙায়রবা ইংরেজ মিঃ গ্রিমউডকী অইবা মত লৈহুনসু ঐহাক্না মসি লৌনিংনা লৌরবনি।

জেনরেলগী হুকুম অদু মহাক্না য়ানিংদবা ওইনা ফোঙদোক-ফোঙদোক্না, মহাক মশামক ইখঙ্-খঙ্দনা পাঙথোকখিবনি। কেশশিং অসিগী মরীদা থোক্লকপা ষ্টেট পোলিসিগী ৱারমশিং অদু খন্ন নৈনবা হায়বসি ঐঙোন্দদি ইচঙ-থৌনা থোক্লবস্থ ঐহাক্না খন্নদংগা হায়জবা অসি য়াবিয়ু মদুদি ঐহাক্না শোয়দ্রে হায়না লৌজরি মদুদি মিঃ কুইণ্টন অমস্থং মাগী কাঙবুবু হাৎপা মতমদা চপচানা য়াম্না শাডবা অমা থোক্লকপদু খঙলক-পদা মরাল অদুগী অমস্থং মপুংফাবা শিংথানিংঙাই ওইবা লম্মন খুমনিংবা মশানা য়াম্না পামজন্নবস্থ ভারত সরকারনা অচুম্বা চৎপগী খল অদু মীচং-মীখায় নাইদনা পায়গনি অমস্থং অৱাবদা তারবা নিংথৌ-মচা অসিগী কেশতা অৱোইবদা তারকপা হুকুম অদু নোংপোক থংবা পৃথিবী অসিদা লাউথোকনি মদুদি বৃটিশ সরকারনা মহাক্কী য়েক্লবা পুন্নমকপু মাংহন্নবগী মতিক চাবা শক্তি লৈন-লৈনা তমথিরবা বলৎকার শিজিন্নথ্রবস্থ এশিয়াগী খুদমশিং অদু লৌবিরোই অমস্থং মথোং মরম খঙ্দনা লম্মন খুম্বিরোই তৌইগুম্বস্থং খুদোংথিবা অদুনা কম্না হৌথ্রবস্থ বৃটিশকী অচুম্বা তৌবা হায়বদু মতম পুন্নমক্তা তৌবিগনি অদুগা মরাল লৈবদগী অচুম্বা খন্দোক্লবা চেৃাকশিনবিগনি।

কলিকাতা, মনমোহন ঘোষ

১৮৯১ ইংগী জুলাই তাং ১৭

---

## মাপলগুবা পন্দুপ

# ফাঁসিগী শগাইদা টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ

টেকেন্দ্রজিৎ সিংহগী বিচারগী রেকোর্ড পুন্নমক জুনগী তাং ২ অমসুং ১৪ দা ভারত সরকারদা অরোইবা হুকুম পিবিরক্নবগী দমক্তা থাখি। ভারত সরকারগী অরোইবা হুকুম অদু ১৮৯১ ইংগী আগষ্টকী তাং ১১ গী অয়ুক্তা মণিপুরদা থুংলে অমসুং টেকেন্দ্রজিৎ সিংহবু হাৎপদা তাখিবা রায় অদু মঞ্জুর তৌরক্লে অমসুং হুকুম অদু পাঙথোকক্লো হায়রক্লে —

"Government of India consider that the Senapati Tekendrajit Singh was properly convicted of waging war against the Queen and of abetment of murder. Government of India confirm the sentence of the court which should be carried out into execution."*

ভারত সরকারগী হুকুম অসিগী মতুংইন্না চহি অসিগী আগষ্টকী তাং ১২ দা মণিপুর ফিল্ড ফোর্সপু কমাণ্ড তৌরিবা মেজর জেনরেল ঐইট, কোলোটনা মণিপুর লৈবাক্কী প্রজা পুন্নমক্তা অসুম্না লাউথোকখি। ·মদুগী চপচাবা হায়রকপা রারোল অদু মথাদা পিজরি—

"মণিপুর লৈবাক্কী প্রজা পুন্নমক্তা খঙ্‌হল্লি—

মণিপুর লৈপাক অসিদা রাথোকত্না শ্রীশ্রীমতি ভারতেশ্বরী মহারাণিগী সিফাইগা লান তৌবা অমসুং চিফ কমিশনার সাহেবনাচিংবা সাহেবসিংপু হাৎপগী মরমনা অন্নানবা মিসিংবু ফারতুনা জুন থাদা মণিপুর আসিদা বিচার তৌরে আদুদা বিচারপতিশিংনা শ্রীটেকেন্দ্রজিত বীরসিংহ সেনাপতিবু (যুবরাজবু) লালে হাইদুনা ফাসিগী হুকুম তৌবা অদু শ্রীল শ্রীযুক্ত মহামান্য লাট সাহেবনা মঞ্জুর তৌরি- মরম অসিনা টেকেন্দ্রজিত বীর সিংহ সেনাপতিবু ফাসি তৌগ্নি।"

---

* Urgent telegram from Foreign, Simla, dated 10. 8. 1891 to General Collet, Manipur—Miscellaneous papers connected with 1891 Mutiny.

তাং ১২ অসিগী ন্নুমিদাংবাইরম ফাঁসি তৌগদবা নোংমা রাংশি-ষৈদা টেকেন্দ্রজিৎপু ফাঁসি পাংনা থাংলগনি হায়বা হুকুম অদু মপাদা খঙহন্নম্মী অমসুং মখোয়গী মণী-মত্তানচি বা উনবা য়াগনি হায়নম্মী।

বীর টেকেন্দ্রজিৎ হাৎনবগী থৌরাং অদু মেজর-জেনরেল কমাণ্ডিংনা আগষ্টকী তাং ১২ দা তৌখিবা হুকুম No. 495/Execution অদুদা অসুম্না হায়রি—

"১-২ শুবা গুর্খা রাইফলস্‌কী রাইফল পায়বা সিফাই ২০০ অমসুং ৪৩ শুবা গুর্খা রাইফলস্‌কী রাইফল পায়বা সিফাই ২০০ হয়েং তাং ১৩ গী নুংথিল পুং ৪॥ তাবদা কোন্নুংগী নোংচুপথোঙগী মপাদা ফাঁসিগী শগাই শারিবা মফম অদুদা কাজ তৌদুনা লৈগদবনি অমসুং মখাগী অসুম্না লৈগদবনি—

ফাঁসিগী শগাই অদুগী অরাং-থংবা মায়কৈদা ১—২ শুবা গুর্খা রাইফলস্‌কী সিফাই ১৫০ লৈগদবনি।

ফাঁসিগী শগাইগী খা-থংবা মায়কৈদা ৪৩ শুবা গুর্খা রাইফলসকী সিফাই ১৫০ লৈগদবনি।

ফাঁসিগী শগাইগী নোংচুপথংবা মায়কৈদা ১—২ শুবা গুর্খা রাইফলস্‌কী সিফাই ৫০ অমসুং ৪৩ শুবা গুর্খা রাইফলস্‌গী সিফাই ৫০ লৈগদবনি।

৪৩ শুবা গুর্খা রাইফলস্‌কী কর্ণেল এইচ, ইভান্স (Col. H. Evans) না সিফাইশিং অসিবু কমাণ্ড তৌগদবনি।

বৃটিশ অফিসার অমনা লুচিংবা ৪৩ শুবা গুর্খা রাইফলস্‌কী রাইফল পায়বা সিফাই ৫০ না বন্দি লৈরিবা টেকেন্দ্রজিৎপু ৪৩ শুবা গুর্খা রাইফলস্‌কী কার্টর গার্ডতগী ফাঁসিগী শগাই মফম অদু কাওবা থিন্দোরকদবনি।

টেকেন্দ্রজিৎপু থিন্দোরকদবা গার্ডশিং অদু ৪৩ শুবা গুর্খা রাই-ফলস্‌কী কার্টর গার্ডতা নুংথিল পুং ৪ মিঃ ১৫ দা কাজ তৌদুনা

লৈগদবনি। থঙাল জেনরেলবু থিন্দোরকপা বৃটিশ অফিসার অমনা লুচিংলকপা গার্ডশিংগা কমিশরিয়েট গুদামগী মমাংদা পুনগদবনি অমসুং ফাঁসিগী শগাই মক্কম তান্না লাকমিন্নগদবনি। অমসুং মখোয় গার্ড ১০০ অসিনা মরিশুবা মায়কৈদা মায় লোংচুপ ওন্না লেপকদবনি।

প্রোভোষ্ট-মার্শালল অমসুং মণিপুরদা লৈরিবা সিনিয়র মেডিকেল অফিসার য়াওগদবনি।

৮ শুবা বেঙ্গল মাউন্টেন ব্যাটরীবু কমাণ্ড তৌরিবা অফিসারনা সিফাই ৪০ মায়কৈ খুদিংদা সিফাই ০/১০ না প্রজাশিংবু চংহন্দনবা সিফাইশিংদগী গজ ৫০/৫০ থাপ্না লৈহনগদবনি। থবক্তা শিজিন্নগদবা সিফাইশিং অসি নত্তবা গ্যারিসন্দা লৈহৌবা সিফাইশিংনা মখোয় মখোয়গী লাইন্দা বৃটিশ অফিসার অমগী মখাদা লৈগদবনি, খুৎলাই পায়গদবনি অমসুং দরকার হেক লৈবদা চোংথোক্লকপা য়ানবা শেম শাদুনা লৈগদবনি।"

ফাঁসিগী শগাই অদু শাবা আগষ্টকী তাং ১৩ গী নুমিৎয়ুংবা মতমদা পুমলোই লোই। বীর টেকেন্দ্রজিৎপু হুংশিবা মীওই কয়া কয়ানা অযুক অঙনবদগী হৌনা তিল্লে। বৃটিশকী রেকোর্ড মতুংইন্না নুমিৎ অদুদা তিল্লবা প্রজাশিং অদু চাওরাক্লা লিশিং ৮ গী মথক ওইগনি হায়রি।

আগষ্টকী তাং ১৩ শগোলশেন নুমিৎনি। অকক্লবা মতম য়ৌরকলদুনা বীর টেকেন্দ্রজিৎপু গুর্খা সিফাইশিংনা চ্যোকশিন্না ফাঁসিগী শগাই শারিবা মক্কম অদু তান্না পুদুনা লাকলে। হান্না হুকুম তৌখিবা মতুংইন্না সিফাই ৫০০ না মায়কৈ ৪ মক কোয়শিন্দুনা লৈখরে।

টেকেন্দ্রজিৎনা মতৌ করম্না ফাঁসিগী শগাই মনাক তান্না চংলকপগে হায়বদু সুরেন্দ্রনাথ মিত্রনা মহাকী লাইরিক "The Manipur War (1891)" কৌবা লাইরিককী লামাই ৬৪ দা অস্তুম্না ইরি— "যুবরাজ

পুক্নিং ইরাং লাংভক্লদনা চৎলম্মী অমসুং মথন্তা তহা তহাদনা কৈরাক কাখৎলম্মী।" মতাং অদু ৮ শুবা গুর্খা রাইফলস্‌গী লেফটেনেণ্ট কর্ণেল আলবান উইল্‌সন্‌ ডি-এস-ও ( Lt. Col Alban Wilson D.S.O. ) না মহাক্কী "Sport and Service in Assam and Elsewhere" কৌবা লাইরিক্কী লামাই ৪০ দা অস্মুম্না ইরি—"যুবরাজ মথক তাম্না কাখৎলম্মী অমসুং নিপা ওইবগী মতৌগুম্না চপ্‌ তিংনা লেপ্লম্মী।"

বীর টেকেন্দ্রজিৎ সিংহনা ফাঁসিগী শগাই মথক হেক ম্নৌরকপদা হাৎপগী হুকুম অদু অমুক হন্না মশাদা খঙহল্লম্মী। কৈথেল তিনখৎলকপা হুংখিল পুং ৫ রোম তাবা মতমদা যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ ফাঁসি তৌদুনা হাৎখি।

বীর টেকেন্দ্রজিৎ ফাঁসি তৌবগী দৃশ্য অদু লেফটেনেণ্ট-কর্ণেল আলবান উইল্‌সন্‌ মশামক্না উহৌবা অদু অস্মুম্না ইরি :—

"সার্জেণ্ট অদুনা সেনাপতিগী ওকশমদা ফাঁসিগী থৌরী অদু হুকচল্লি অদুগা মওং চানা শেমজিল্লি অদুগা বন্দি অসিবু ফাঁসি তৌদুনা হাৎখি।"

অসিগুম্বা অরোইবা দৃশ্য অসিবু মনিপুর ডিষ্ট্রিক্ট গেজেটিয়ারদা অস্মুম্না ইরি :—

"পোলোগ্রাউণ্ডা ফাঁসিগী শগাই শারম্মী অমসুং কোর্টকী হুকুম নিংখিনা পাঙথোক্লম্মী। অস্মুম য়েংখিবদা মী অমনা উবা ঙমখৈগী তামপ্রবা শরুক অদু ফাওবদা মুপীশিংনা ফিভৌ ফোনা উখি। নিংথৌ পাল্লিবৈদা কনাগুম্বা হাৎপা তারবা মীদু মুপী ময়াম চংদুনা কনবিখিবা য়াওই। অদুম্না কনবিগদ্রা খন্দুনা মী লিশিং লিশিং তিল্লম্মী। থৌরীদা হেক য়ানবগা অমদি সেনাপতিনা সংসায় রাংমা হেক

লানখিবগা তিল্লম্লিবা মীয়ামদুগী মরক্তগী কপ্ লাউবগী খোঙ্গেলতনা মকম অদু ইনিল নিল্লম্মী।" *

বীর টেকেন্দ্রজিৎকী ফাঁসি তৌদুনা লৈরবা মশাদু পুং অমরোম থান্দুনা অদুম প্লম্মী। মণিপুরগী সেনিয়র মেডিকেল অফিসার এ, কোলমেন (A. Coleman) সার্জ্জননা বীর টেকেন্দ্রজিৎ সিংহগী অয়ানবা মশা অদু পুং ১ গী মতুংদা য়াম্না কুপ্না য়েংলম্মী অমসুং মথরাই য়াওদ্রে হায়না লাউথোকলম্মী। †

মণিপুর ফিলড কোর্সকী চিফ পলিটিকেল অফিসার এইচ, পি, ম্যাক্সওয়েল (H. P. Maxwell) না মমাংমক্তদা ফাঁসি তৌদুনা হাৎখিবনি হায়না ইদুনম্ব পিখি। ‡

* "Gallows were erected on the Pologround and the sentences duly carried out. As far as the eye could see the plain was white with women. In the Raja's days a criminal sentenced to death was occasionally reprieved if a sufficient number of women had appeared to intercede for him, and hoping that possibly the old custom might still prevail the women had assembled in their thousands. As the drop fell and the Senapati and Tankul Genaral were launched into eternity, deep groan went up from the assembled throng."

—Manipur District Gazetteer

† "Certified that Tekendrajit Bir Singh late Senapati of Manipur was this 13th day of August 1891 hanged at Manipur in my presence and that I examined the body after hanging for the space of one hour and found life to be extinct."

*Sd/-* **A. Coleman**
Surgeon Senior

‡ 'Certified that Tekendrajit Bir Singh late Senapati of Manipur was this 13th day of August 1891 hanged at Manipur in my presence."

*Sd/-* **H. P. Maxwell**
Major, Chief Political Officer,
Manipur Field Force

অসুম্না ডাক্তরনা পরীক্ষা তৌদুনা য়েংলবা অশিবা মশা অদু শগাইদগী লোথরগা ম গী মরী-মতাশিংদা পিখি অদুগা অশিবা মশা অদু তুরেল মপান তান্না পুদুনা হৌনবী মতুংইন্না সংস্কার তৌখি। অসিগুম্বা সংস্কার অসি হৌগৎলকপগী হৈরী অদুদা মণিপুরগী নীংতম্বদুস্থু মৈরী অদুনা চাকখৎলকপগা লোয়ন-লোয়ননা উৎ ওইদুনা তুমখি।

মতাং অসিদা ঢাকাদা লৈবা বিজয়কৃষ্ণ গোস্বামী-গী পুন্সিদা থোকখিবা থৌদোক অমা লৈখি।

"ইংরেজনা মণিপুরগী যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎ সি হবু ১৮৯১ ইংগী আগষ্টকী তাং ১৩ নুমিৎ য়ুংবা মতু, পুং ৫ রোম তাবদা ফাঁসি তৌখিবা মতম অদুমক্তদা বিজয়কৃষ্ণ গোস্বামীনা মহাক্কী গেণ্ডারিয়া আশ্রমদা সমাধি চঙ্‌দুনা লৈরিবৈদা ইখঙ খঙহৌদনা লাউরকই -'ওস্থোকপনি! করিনো? ওস্থোকপনি! করিনো? মরাল লৈজদ্রবা বৈষ্ণব অমা ফাঁসি তৌরে।' মতম অসিদা বিজয়কৃষ্ণ গোস্বামীগী জাটাদু চপ্ চপ্ য়ুংখৎলম্মী। সমাধি চঙ্‌দুনা লৈরিবা গোস্বামীনা ইখঙ্ খঙ্‌হৌদনা লাউরকপা অদু তাবদা আশ্রম অদুদা লৈনিবা শিষ্যশিংনা হাৎচিন্নকুনা হংলম্মী— 'করিনো? করি তৌরবগে? জটা চপ্ চপ্ য়ুংখৎলিবসিবু করিনো?'

বিজয়কৃষ্ণ গোস্বামীনা খুম্নকই— 'মরাল লৈজদ্রবা বৈষ্ণব অমা ফাঁসি তৌথরে।' শিষ্যশিং অদুনা মখা হংখখি— 'টেকেন্দ্রজিৎ তশেংনমক মরাল লৈজদবা মীশক্লা"? গোস্বামীনা খুম্নকই - 'উম, মহাক তশেংনমক মরাল লৈজদবা মীশক্নি।" *

টেকেন্দ্রজিৎকী নুপী তরামাথোই লৈরম্মী অমসুং মচা নিপা নিপাল পোক্লমই :—

(১) সাপম চনু পেমতোন দেবী —সোই নাইদে

* শ্রীভবেন্দ্রনাথ মজুমদার: শাস্ত্র সংশয় নিরসন, কলিকাতা, ১৩৬০, পৃঃ ২৩-২৪

| | | |
|---|---|---|
| (২) | লোংজম চনু লুকমনি দেবী | স্নাহল, স্নাতোম্বা |
| (৩) | অহৈবম চনু চাউবীহন দেবী | শোইনাইদে |
| (৪) | কোনসম চনু অঙাংজাউবী [থাবল] দেবী | নেতেন্দ্রজিৎ সিংহ |
| (৫) | সেঞ্জম চনু তথোৎ দেবী | পুতীন্দ্রজিৎ সিংহ |
| (৬) | ঙাংবম চনু কুঞ্জমালা দেবী | বীরচন্দ্র সিংহ |
| (৭) | লাইতোঞ্জম চনু উমাবতী (অতোম্নাইমা) দেবী | ভাগ্যজিৎ সিংহ |
| (৮) | উশম চনু অপাম্বী দেবী | পিশকম্না |
| (৯) | মাইবম চনু অমু দেবী | তোলচৌম্না |
| (১০) | অকোইজম চনু অঙাংমচা দেবী | শোইনাইদে |
| (১১) | কোনসম চনু থানিন দেবী | শোইনাইদে |

তরাশুবা পন্দুপ

## টেকেন্দ্রজিৎপু তৌখিবা বিচার মতৌ অমসুং হাৎখিবা মহাৎকী মরীদা নৈনবা

মতম অদুদা ফোঙ্বা বাংলা অমসুং ইংরেজী পাউজেল-চেশিং অমসুং লাইরিক হৈবা মীশিংনা বীর টেকেন্দ্রজিৎ সিংহবু তৌখিবা বিচার মতৌ অমসুং হাৎখিবা মহাৎ অদুবু য়াম্না কন্না নৈনখি।

হিতবাদি হায়বা বাংলাগী পাউজেল-চে অদুনা হায়রি—"টেকেন্দ্রজিৎকী বিচারদা অহানবা রাকমদি বৃটিশ সরকারনা মহাকপু বিচার তৌবগী হক লৈবরা হায়বা অসিনি। হক ইরৈ লৈতনা তৌশিন্নবা

* লুকমনি দেবী মিৎ অনিমক পুম্নতাং তাংখিদ্রনা যুবরাজ কুঞ্জ, কলীঘাট, বৃন্দাবনদা লাই নিংথৌনা বানা মতম লেনখি। বৃন্দাবনগী রামকৃষ্ণ মিশনদগী থা থাদা লুপা অহুম-অহুমদং মতেং ফংলম্বী। শ্রীনগেন্দ্র নারায়ণ চৌধুরী, জমিদার: রাণী লোকমানী দেবী, আবাহন, মাঘ, ১৮৫৯, পৃঃ ৪৮৮

*বিচারগী মতুংইন্না সেনাপতিবু ফাঁসি তৌদুনা হাংদবদি তাক্তিনা তোপ* ফাঁসি তৌদুনা হাংখিবনী মিংচৎ খিবা অদু শকক থনি হেক্তংলগনি। তাস্তিন্না মহারাণীগী প্রজা ওইরমদে। মহাক পেশোরাগী লৈবাক্তা পোকপনি, অমসুং ধুদ্ধ পান্ত নানাগী প্রজা অমনি। মহাকপু মতৌ করম্না লালহোবা মীশক্তি হায়না অমসুং ইংরেজশী মথক্তা লালহৌই হায়বগী দমক মহারাণীগী য়াথং মতুং ইন্না ফাঁসি তৌদনা হাংদ্রিবনো? তৌইগুম্বসুং মসিবু কনানা তাবিগনি? তাস্তিয়াবু চুম্নগী লালহোবা মীশক অমগুম্না ফাঁসি তৌদুনা হাংখি ঐখোয়না ইতৎতকুনা হায়খি মদুদি টেকেন্দ্রজিৎপু তৌখিবা বিচার মতৌ অদু অরাল অহুইনা পিক-থক্লি। লৈবাক মীয়াম্না মসিবু বৃটিশ সরকারগী মিংচৎ খিবনি হায়না লৌগনি অমসুং মসিনা লৈবাক্তা নুংঙাইনদবা পোকহনগনি। ঐখোয়না অতোপ্পা মকমদা ফোঙলিবা সাক্ষীশিংনা পিবা জবানগী অশক্বা বারোলদা উগনি মদুদি কোর্টনা হংবা রাহংশিং অদুদা বৃটিশ কোর্টনা মতম অদুগী চৎনবী মতুংইন্না মহাকপু মরাল শীবা য়াবা অদুগুম্বা পাউথুম অমতা পিখিদে অমসুং মঙোন্দা হংখিবা রাহংশিং অদু কনা অমতনা মীচং-মীখায় নাইদবনি হায়রোই। মহাক মীহাৎপগী থৌদোক অদুগা ইকোঙ কোঙনা মরী হেক লৈনবসু নত্তে, ইংরেজনা মহাক্তা পুকচেল শেংনা থবক চৎথখিবসু লৈতে। মরম অসিনা ঐখোয়না নিংই মদুদি লর্ড ল্যান্সডাউন্না মহাকপু হাৎননবা পিরিবা দণ্ড অসি চোকশিন্না থনগদবনি অমসুং ১৮৭৮ ইংগী নাগাগী লান্নাবা চৎপদা ইংরেজশিংগী মথরাই কনখিবা অদু কাউরোইদোবনি।"

সঞ্জিবনী-না হায়— "টেকেন্দ্রজিৎপু তশেংনমক ফাঁসি তৌদুনা হাৎলগদ্রা? হৌজিক কাওবা ঐখোয়না নিংই মদুদি ভারত সরকারনা হীরম অসিদা অচুম্বা তৌগনি। মশাগী ওইজবা থিবা ইংরেজ থরনা মতম কুইনা টেকেন্দ্রজিৎপু কত্তবা মীনি হায়না প্রমাণ তৌননবা হোৎনরক্লি। মহাকপু মীহাৎপগী মরাল শীরি অমসুং সুংশি

হৈতবা অমসুং মীওৎপা মীনি হায়রি। মতম অমদা ইংরেজ খরনা হায়রম্মী মতুংদি মহাক্না মী খরবু হিংনা মৈ থাই। মসি থিজিন্দুনা য়েংখদা মীশিং অদু শাথিনা মরালগী দমক চৈনা ফুবা ওইরয়ে। নাগাশিংনা ইরাঙ হৌরকপা মতমদা টেকেন্দ্রজিৎনা অরাবদা তারবা ইংরেজ নিপা অমসুং মুপাশিংগী মথরাই কনখি। মহাক তশেংবা বীর অমনি। এখোয়না নিংই, লর্ড ল্যান্সডাউন্না অসিগুম্বা নিপা অসিবু ফাঁসি তৌদুনা হাৎপা মতিক চাত্রা হায়বা অদু অমুক হন্না খন্থগনি।"

সমাচার-না মখাগী মত অসি পিরি—"মণিপুর কোর্ট মার্শ্যালনা সেনাপতি টেকেন্দ্রজিৎপু মহারাণীগী মাইয়োক্তা লালহোবা অমসুং মীহাৎপগী মরাল লৈরে হায়রে। রাজভক্তি লৈবা প্রজা অমতনা মহারাণীগী ফিরালবু ইকায়বা পিবা পামদে। তৌইগুম্বসুং করম্বা আইনগী মখাদা কোর্ট মার্শ্যাল অসি শেমখিবনো? অসিগুম্বা কোর্ট অমা মীরৈবাক্কী নিংথৌশচাশিংবু বিচার তৌননবা থম্বা ওম্বরা? মণিপুর অপিকপা লৈবাক অমনি হায়বদা চিংননিংঙাই লৈতে, অদুন্নদি ওইরবদা ডেনমার্ককা জর্ম্মাণীগা চোকশিন্না ফজনা লৈনবা মরী অদুগুম্না মণিপুরগা ভারতবর্ষগা মরী লৈনরিবনি। সিভিল ৱারগী মতমদা আমেরিকাদা লিকোলন্-না খা থংবদা লৈবা ষ্টেট-শিংগী লাম্মীশিংদা লান্থেংনবগী অধিকার পিরম্মী। তোখায়না লৈবা পাম্বা ষ্টেটশিং অদু আমেরিকাগী মন্নুং চল্লম্মী. তৌইগুম্বসুং মখোয়গী মীহুৎশিংগী এসেম্বলী তোখায়বা লৈবাক ঙাকপা অমা লৈরম্মী। নিয়ম অসি চৎনরবদি মণিপুরগী নিংথৌ নত্রগা সেনাপতি মহারাণীগী মাইয়োক্তা লালহৌবগী মরাল লৈরোইদবনি। মণিপুরনা অচৌবা ষ্টেট অমা ওইরম্রবা অদুগা লাল অদুনা মতম খরগা চোম্থ-রম্রবদি অমসুং মায়কৈ অনিমক্কী লাম্মী অমসুং অফিসারশিং বন্দি ওইনা ফানরম্রবদি ইংরেজ জেনরেলনা মণিপুরগী বন্দিশিংবু ফাঁসি

তৌদুনা হাৎপা ঙম্‌গদ্রা ? হাৎপা থোক্লবদি মণিপুরগী জেনরেলনা ইংরেজ লান্মী অমসুং ইংরেজ জেনরেলশিংবু মশীং মান্নন্না হাৎলমগনি। মাইকৈ অনিমক্না কনবা মান্নরবতদা অসিগুম্বা অসি থোকই। আন্তর্জ্জাতিক আইন্দদি মসিগী ওন্ন-তৈনবনি। অপিকপা অমসুং অশোনবা লৈবাক অমা ওইরবসু আইন অসি মনিপুরদা করিগী চৎনরোই ?

বঙ্গবাসী হায়বা পাউজেল-চে অদুগী মত অমুক য়েংসি—"মণিপুরগী যুবরাজ টেকেন্দ্রজিৎকী মথক্তা হাৎপগী হুকুম পিরে। টেকেন্দ্রজিৎকী করি মরাল লৈবা অমসুং করম্বা আইনগী মখাদা করম্বা মওংগী বিচারদা মঙোন্দা অসিগুম্বা অকনবা দণ্ড অসি পিরিবনো ! ঐখোয় মীখাপোনবা জাতিনা খঙবা ঙমদে। ঐখোয়না সরকারদা দোষ পিনিংদে অমসুং দোষ পিবগী পাঙ্গলসু লৈতে। মসি ঐখোয়গী লৌশিং বাৎপদগী ওইবা য়াই।"

চন্দ্রিকা-না হায় "মণিপুরগী মহারাজ অমসুং যুবরাজদা মতিক চাবা কোর্ট অমদা বিচার তৌবগী খুদোংচাবা শেরআলি অমসুং আবদুল্লাদা পিখিবগুম্না পিখিদে। মণিপুরনা মীখা পোন্দবা নত্রগা Feudatory State ওইদ্রবদি থোইদোক হেন্দোকপা অঙকপা বিচার মতৌ অসি করিগী তৌখিবনো ? মণিপুরনা ভারতকী মখা পোনবা লৈবাক ওইরগনা মণিপুরগী মহারাজ অমসুং অতৈ অতৈশিং অদু আসামগী নত্রগা অতৈ মফম অমগী সেসন্স কোর্টতা করিগী বিচার তৌখিদবনো ? মণিপুরনা মুর্শিদাবাদকুম্বা বৃটিশনা লৌশিনবা লম ওইরবদি আপীল অদু তাবগী শক্তি অদু করিগী হায়কোর্টতা শিন্নদবনো ?"

জন্মভূমি ( ১ম ভাগ, চৈত্র ১১৯৭ ৪র্থ সংখ্যা ) দা অমুম্বা ইখি—"কুইন্টন-নচিংবনা টেকেন্দ্রজিৎপু কাননবা হোৎনরমই। মহাকপু কাননবগী দমক্তা লাং থাক্লমই। মরাইবক থীবদগী মখোয় মশামক ফাখি অমসুং লাংদা থুখি। টেকেন্দ্রজিৎ কাননবা মখোয়না থাকপা

লাং অদুমক্তা মখোয় থুখি। মখোয়না টেকেন্দ্রজিৎপু মাংননবা তৌখিববা হায়ববু মখোয়দুম মাংজখি।"

মণিপুরগী মনুংগী রাথোক্তা বৃটিশনা খুৎ থিংজিনবা অসি কা হেনথিবনি হায়না বাংলাগী পাউজেল-চে অসিনা মতম অদুগী ভারতকী গবর্ণর-জেনেরেল লর্ড ল্যান্সডাউন্দা মরাল শীখি— "মহারাণী (ভিক্টোরিয়া) না কনাগুম্বা অমগী লৈবাক্তা খুৎ থিংজিল্লোই, ঐহাকী থবক তৌরিবা মীশিংবুসু খুৎ থিংজিল্লোই হায়রগা করিগী দমক্তা মণি-পুরদদি খুৎ থিংজিল্লি? অসুক কুইবা তৌরকবা থবক অদু ল্যান্স-ডাউন্না তৌরে. মদুদগীদি পুম্মাং মাংলে।"

শ্রীদীনেন্দ্রকুমার রায়না মাসিক বসুমতী গী ১৩৪৩ গী ফাল্গুণ অমসুং চৈত্র মশীঙ দা "মনিপুরের শেষ স্ফুলিঙ্গ" হায়বা প্রবন্ধদা অসুম্না ইখি—"পাঙ্গল কন্দুনা অমসুং লৈবাক্কী মপু ওইদুনা থিংবিনবা য়াওদনা লৈরবদা রাজনীতিনা অচুম্বা লম্বী চৎখিগদ্রা?"

১৩৫১ সনগী "শারদীয়া বসুমতী" দা শ্রীহেমেন্দ্র প্রসাদ ঘোষনা মহাক্কী "মণিপুর" হায়বা প্রবন্ধ অদুদনা অসুম্না ইরি—"ভারত সরকারনা খৃষ্টাব্দ ১৮৯০ গী লালহৌবা অদুবু য়ারম্মী'—কুলচন্দ্রবু মহারাজনি হায়না য়ারম্মী তৌইগুবসুং টেকেন্দ্রজিৎপু মশা কল্পনবগী খুদোং চাবদি পিদনা—করি অমুক হায়গনি, মাগী করি হায়নিংঙাই লৈবা অদু ফাওবা খঙনবা হোৎনদনা, মহারাজগী মত লৌদনা অমসুং গ্রিমউডকী মতসু লৌদনা টেকেন্দ্রজিৎপু সেপ্তেম্বরগী তাং ২১ গী লালহৌবা অদুগী দমক্ত. দাখিনি হায়দুনা মহাকপু ত্থাম্বোরুবগী য়াথং অদু পুহন্দুনা আসামগী চিফ কমিশনর মিঃ কুইণ্টনবু থারক-খিবনি। বৃটিশ সরকারনা নিংথৌ অমবু তাম্বোক্লগা অতোপ্পা অমবু সিংহাসন্দা থাঙ্গৎপা অসি ইংরেজগী হক লৈরবা লৈবাক্তা 'স্বায়ত্ত শাসন' গী ঙমখৈ লাম্বোকপনি হায়না খল্লবদি মখোয়না মতৌ করম্না কুলচন্দ্রবু নিংথৌনি য়াখিবনো হায়না হায়বদু খঙবা ঙমদে।"

THE TIMESনা মিঃ কুইন্টনগী অপঙবা অমসুং মশাবু কা হেন্না থাজরুবা অদুবু নিন্দা তৌখি। পাউজেল-চে অসিনা অস্রুম্না ইখি— Mr. Quinton's plan for arresting the Senapati was neither the most honest nor safest."— মিঃ কুইন্টন-না সেনাপতিবু ফাননবা তৌখিবা থৌরাং অদু পুকচেল ইশেং শেংনা তৌখিবসু নত্তে, খুদোং থিনিংঙাই ইঙই-ওইদবসু নত্তে। মিঃ কুইন্টনগী থৌরাং অসিবু পাউজেল-চে অসিনা চুম্নগী অরানবা নত্তে, শাখিনা অরানবনি হায়না অস্রুম্সু ইখি — "This was also an error and a very grave one."

থোকখিবা থৌদোক অদু থোরকখিবগী মরম ওইখিবা বৃটিশ পোলিসি অমসু' মথং মথং শোয়খিবদগী ভশেংনা খঙপোক পোক-খায়রকপগী মত্তৌ অদুবু য়ানিংদবা উৎতুনা THE TIMES ( London )গী ১৮৯১ ইংসী আগষ্ট তাং ১৪ গী সম্পাদকী বায়োলদা অস্রুম্না ইরি — "The policy in which it originated can not be said to reflect credit on the Govt. of India, while the actual explosion itself was precipitated by a series of blunders, which have never been explained."

THE STAR হায়বা ইংরেজী লোন্দা কোঙ্বা পাউজেল চে-অদুনা থিংননবগী মতম ইপি পিদনা টেকেন্দ্রজিৎপু দরবারদা নমদুনা ফাননবা থৌ ওইনা থনখিবনি। মদু পুকচেল পিকপা অমসুং হিংচা-য়াইতবা থৌদৌ অদুগী থাইদগী মুবা দাগনি হায়না অস্রুম্না ইরম্মী— "This is the blackest spot in all the base and bloody business."

THE STANDARD দনদি চয়েৎ থোরয়েৎনবা অসিগুম্বা হীরম অসিগী দমক্তা অসামগী চিফ কমিশনর মিঃ জে, ডবলিউ. কুইন্টনরা মরাল পীবা অসি য়ানিংদে হায়না ইখি।

THE DAILY NEWS হায়বা পাউজেল চে-অদুনা মিঃ কুইণ্টনগী মরাল লৈতে, মহাক্তি চুম্নগী হুকুম ইনখিবনি, মদুগী দায়িদি ভারত সরকারনি হায়না মত ফোঙ্দোকখি।

THE MORNING POST (Allahabad)— হায়বা পাউজেল-চে অদুনা ভারত সরকার অমসুং মিঃ কুইণ্টনগী থবক অদুবু শৌগৎলম্মী অমসুং বিশ্বাসঘাতকী মরীদা ঙাংনরিবা রাকম অদু নাতৈ চাদবনি হায়না ইখি।

THE ST. JAMES GAZETTE হায়বা পাউজেল-চে অদুনা হায়খি—"অরানবা থৌরাং তৌরুবদগী অকীবগী মশক ওইরবা কল মশানা কংখিবা মিঃ কুইণ্টনবু তীব্র নিন্দা তৌখিবা মীওইশিং অদুগা ঐখোয়গা মত তিনৈ। অদু ওইরবকাওবদা অরানবা থবক তৌখি হায়বা অসি হায়দোক্তবদি ঐখোয়গী অশোনবা ওইগনি।"

THE HINDU (Madras) হায়বা পাউজেল-চেনা ১৮৯১ ইংগী এপ্রিলগী তাং ৯ গী মশীঙ্দা মিঃ কুইণ্টনগী থৌরাং অদুগী মরীদা অস্রুম্না ইখি—"মিঃ কুইণ্টন-না মহাক্না পায়খৎপা থবক অদুগী দমক্তা ভারত সরকারগী হুকুম কংলয়বদি ভারত সরকারসু থবার রানিংঙাই ওইবা থৌদোক অসিগী দায়িত্বগী শরুক শোয়দনা য়াগদবনি অদুগা অমরোমদা মিঃ কুইণ্টন-না মরম্নাই পায়খৎপা থবক ওইরম্ববদি মহাকী তহা তহাবা থৌদৌ অদুগী দমক ঐখোয় রাদবা ঙমদে।"

ফ্রান্সকী পাঙজেল-চে SOLIEN না অস্রুম্না হায়রি—"We regard the catastrophe as indicating the spread of ideas of political emancipation in India. The day is perhaps not far off when a well organised party will spring up claiming India for the Indians in which event

**England's domination in India wil be seriously threatened."** মরোন্দি অসিনি— থুদোংথিবা থোকখিবা অসিনা ভারত্তা মীথা পোনবা কোংবা রাখল শন্দোকপনি হায়না ঐখোয়না লৌই। মুমিৎ অদু থোইনা থাপত্রে, মুমিৎ অদুদা নিংথিনা শেমগৎলবা দল অমা থোরকনি, মদুনা ভারত-অসি ভারত মচাশিংগীনি হায়না দাবী ভৌরকনি। ভারত্তা ইংলণ্ডনা খুড়ুম চনবা অসিদা য়াম্না শাথিনা অকায়বা লাকনি।

**PIONEER (Allahabad).** না হায়—**"We blundered in going at first too weak, we are blundering in going in now too strong."**—অহানবদা খঙশোন শোম্বনা চঙ্শিনবা অদুদা ঐখোয় শাথীনা শোয়খ্রে, হৌজিক খঙকন্ কয়া চংশিনবা অসিদসু ঐখোয় শাথীনা শোয়গদৌরি।

বৃটিশকী লান্মীনা মণিপুর লৌশিনবা অমসুং গবর্ণর-জেনরেল লর্ড ল্যান্সডাউন অমসুং আসামগী চিফ কমিশনর মিঃ কুইণ্টনগী পোলিসিগী মাল্লোক্তা লেপখিবা মীওইশিং ফাগৎলকপা মতাংদা **REVIEW OF REVIEWS, London** (1891) না অসুম্না মত পিখি— **"The elephant has crushed the rat but the question whether or not the rat was in the right is being hotly discussed in England. Opinion is divided. There is no doubt that many Englishmen regard the policy sanctioned by Lansdown with regret, not unmixed with some degree of shame."** মরোন্দি অসিনি—শামুনা উচিবু নৈৎলে ভৌইগুম্বসুং উচিনা চুমত্রা হায়বা রাকম অদু ইংলণ্ডদা কয়া নৈনখি। মত তংখাই তাখি। লর্ড ল্যান্সডাউনা চৎলম্বা পোলিসি অদুদা ইংরেজ অয়াম্বনা ইকাইবগা লোয়ননা মুংঙাইতবা কোঙ্দোকখি।

থোকখ্রিবা থৌদোক অসিমক্তবু লণ্ডনদা কোঙবা REVIEW OF REVIEWS হায়বা পাউজেল-চেদা হৌবদগী লোইবা ফাওবা ইকৎ-কত্তবা থৌদোক্তি হায়না অস্নুম্না ইরি— "It is a bad business from first to last."

টেকেন্দ্রজিৎকী বিচারগী মতমদা মণিপুরদা আইন হৈবা মী অমা ফাওবা লৈত্রবদা মপান্দগী আইনগী মতেং কংহনখিদবা অমস্নুং মহাকপু কাগীগী বিচার মতৌ তৌখিবা অদুগী মতাং লৌখত্নুনা "The ASSAM TRIBUNE ( Guahati ) Sund-y, August, 1962 গী তাং ১২ গী চেকোঙ্দা P. C. Sharma, Keeper of Records, Govt. of Assam না মহাক্কী "Manipur's Last Struggle to preserve her independence" হায়বা প্রবন্ধ অদুদা অস্নুম্না ইবি—"The necessary facilities for obtaining legal help from outside were denied to them, although no one with the requisite legal knowledge, was available in Manipur. After this *mock trial*...... the Senapati, Subedar Niranjan Singh, a deserted from the Indian Army and Kajao Singh, who murdered Mr. Grimwood, were sentenced to death."

বীর টেকেন্দ্রজিৎ সিংহগী বিচার মতৌ অসিবু কাগী-কারাংগী বিচার মতৌনি হায়না মতম অদুগী বৃটিশ আর্মীগী ক্যাপ্টেন এ, ডবলিউ, হেয়ারসে ( Capt. A. W. Hearsay ) না ১৮৯১ ইংদা মুশৌরিদা কোঙ্বা MANIPUR হায়বা লাইরিক মচা অদুদা অস্নুম্না ইরি—

"The trials of the accused princes and all others concerned in the deaths of Mr. Quinton etc. has been one of the most outrageous farces and parodies of justice that have yet been exhibited to the Indian nation."*

* Capt. Hearsay : MANIPUR ( 1891 ).

করিগুম্বা কেশ অমা বিচার চৎথরিঙৈদা কেশ অদুগী মরীদা মত পিথোক-পিশিন তৌবা অসি Sub-judice ওই, অদুবু সরকারগী মুখপত্র ওইরিবা কলিকাতাদা কোঙ্বা Englishman, এলাহাবাদতা কোঙ্বা Pioneer অমসুং Morning Post পাউজেল-চেশিং অসিনা বীর টেকেন্দ্রজিৎ সিংহনচিংবা আসামীশিংগী মথক্তা নত্ত নত্তবা মরাল পুথোকখি। মখোয়না পান্নিবদি হান্না হাৎলু, কোন্না বিচার তৌ হায়বা অসিনি হায়না ক্যাপ্তেন হেয়ারসেনা অস্নুম্না ইরি — **"It is an axiom of Law and justice not to comment on a case that is sub-justice, yet these organs have been incessent throughout the whole course of the trials of uttering constant and reiterated shrieks of blood ; it has, so to say, been** ***a cry of hang first and try afterwards."*** *

কলিকাতা হায় কোর্টকী মতম অদুগী মমিং চৎলবা এডভোকেট মনমোহন ঘোষ, ব্যারিষ্টার এট লো (লিনকোলন্স্-ইন) না চহি অসিগী জুলাইগী তাং ২৭ তা ভারত সরকারদা বীর টেকেন্দ্রজিৎকী পক্ষদা আপীল তৌখি। আপীল অদুগী মেমোরেণ্ডম ওফ আর্গুমেণ্টতা মতাং অসিগা মরী লৈননা অস্নুম্না হায়রি— মরাল য়াম্না চাউনা লৈরবা কাওবা বিচারগী খোঙথাং খুদিংদা উকিল লেপহনবা হায়বসি বৃটিশ প্রজা খুদিংমক্কী অধিকারনি তৌইগুম্বসুং টেকেন্দ্রজিৎ সিংহনা স্পেসিয়েল কোর্টকী মথক্তা আপীল তৌজগে অমসুং মদুদা উকিল লেপ্হজগে হায়জবদা ভারত সরকারনা খুদোংচাবা অদু পিখিদে, হায়নিংবা বারোল ইদুনা পিবা য়াগনি হায়রম্মী। চিন্না য়েৎনদুনা ঙাংনবগা ইদুনা পিবগা অনি অসি য়াম্না খেন্নৈ। বিচারপতিশিংগী মমাংদা ঙাংনরবদি মখোয়না চিংনবা হিরম কয়া কোকহনবা ঙমগনি। মণিপুরগী নিংথৌ-মচাশিংদি ভারতকী দণ্ডবিধি আইন নত্রগা বৃটিশকী করিগুম্বা আইন অমগী মখাদা বিচার তৌফম থোক্তে। টেকেন্দ্রজিৎপু বিচার তৌখিবা

---

* **Capt. Hearsay : Manipur ( 1891 )**

কোর্ট অমু পার্ল্যামেন্টনা শেম্বা আইন অমগী মখাদা নত্রগা গবর্ণর-জেনরেলগী আইন শেম্বা ঙম্বা শক্তিগী মখাদা শেম্বা আইনগী মতুংইন্না শেমখিবা নত্তে। অইবা অপীল অদুগ, অসিমমু হায়রি—টেকেন্দ্রজিৎ সিংহবু বিচার তৌখিবা স্পেসিয়েল কোর্ট অদুদা মিলিটরী অফিসার অনি অমত্তুং পলিটিকেল অফিসার অমা য়াওরম্মী। মখোয় অহুম্মক আইন হৈবা মীশক নৎলমদে। মখোয়না চৎথখিবা বিচারগী মওংদগী খঙবা ঙমই মদুদি মখোয় পুম্নমক বৃটিশ ভারত্তা নত্রগা মহারাণীগী মখাদা লৈবা লৈবাকশিংদা অসিগুম্বা বিচার তৌবদা চংনবা নিয়মশিং অদু ঙাক্না চৎখিদে। উকিল য়াওহন্দবগী হৌনবা প্রোসিক্যুসন্না তৌনিংবতা তৌখরে আসামীগী পক্ষদা প্রোসিক্যুসনগী সাক্ষীশিংবু cross examination তৌবা ঙম্বা মী য়াওহন্দবনা defence তা কান্নগদবা হিরম কয়া পুথোকহনখিদে। এডভোকেট মনমোহন ঘোষনা টেকেন্দ্রজিৎসিংহগী আপীলগী কেশতা মখা তানা হায়রি—কুলচন্দ্র মহারাজগী কেশতা হায়রিবা অদুনি মদুদি মনিংতম্বা লৈবাক অমদা অতোপ্পা শক্তি অমনা লাল তৌনগনি হায়না হান্না লাউথোক্কনা খুৎলাই য়াওনা লান্দাররক্রবদি লৈবাক অদুনা লান্দারক্রে হায়বা হেক খঙবগা লান্দারকপা থিংবা হায়বসি জাতি অমগী মতুংইন্না তৌকম থোকপা মথৌনি। মহারাণীগী মাইয়োক্তা লালহৌবগী মতাংদনা অসুম্না হায়রি—টেকেন্দ্রজিৎ সিংহনা মহারাণীগী মাইয়োক্তা লান হৌখিবা লৈতে। প্রোসিক্যুসন্না পুথোকখিবা রাক্ষম আসামগী চিফ কমিশনার মিঃ কুইণ্টন লাক্লিগৈঙদা মক্তাক লাকপা থিংননবা রাক্ষম খন্নখি হায়বা অদুসু সিংহাসন থাদোক্কুনা লেংথ্রবা মহারাজ সুরচন্দ্র য়াওরকই হায়নবদগী মহারাজবু থিংননবা খন্নরম্বনি, বৃটিশ সরকারগী বিরুদ্ধদা খন্নরম্বা নত্তে। মহারাণীগী মাইয়োক্তা লাল্ হৌগে হায়বা রাখল অসি টেকেন্দ্রজিৎকী মশাদা শুকলৈ লৈরমদে। মার্চকী তাং ২২ দা টেকেন্দ্রজিৎ মশামক চিফ কমিশনর কুইণ্টনবু ওকপা চৎলুবা অদুনমু চিফ কমিশনর চঙলকপা থিংগে নত্রগা মহাক্কী মথক্তা লাল

হৌগে হায়বা মহাকী ৱাখল নৈরমদে হায়বা তশেংনা উৎলি। চিফ কমিশনার কুইন্টন, পলিটিকেল এজেন্ট গ্রিমউডনচিংবা সাহেবশিং হাৎপদা থৌদোংই হায়বগী মতাংদা এডভোকেট মনমোহন ঘোষনা হায়রি— স্পেসিয়েল কোর্টনা হায়রিবা টেকেন্দ্রজিৎনা সাহেবশিং হাৎপদা থিংখিদবা, থঙ্গাল জেনরেলনা হায়বা ইনখিবা, সাহেবশিং হাৎখিবা মীশিংবু ৱারকখিদবা মরমশিং অসিনা সাহেবশিং হাৎপদা থৌদোংই হায়বা ৱাফম অসিগী প্রমাণ নৈতে। টেকেন্দ্রজিৎনা সাহেবশিংবু তশেংনা হাৎকে হায়না নিংখিবরা হায়বা ৱাফম অসিনা প্রোসিক্যুসনগী মাইকৈদগী টেকেন্দ্রজিৎনা থৌশাদবদগী সাহেবশিং হাৎখিবগী থৌদোক অসি থোকখিবনি হায়না লৌরবফাওবদা ভারত দণ্ডবিধি আইনগী ধারা ১০৭ (৩) দা পিরিবা ডিফিনিসন (Definition) অদুগী মপুংদা চন্দে। কোম্মুংগী দরবার হোলদগী সাহেবশিংনা থোরক-পদা ভিল্লম্নিবা মীয়াম্না ফূজিল্লকপা মতমদা টেকেন্দ্রজিৎনা চৈ অমা পায়দুনা মীয়াম্বু ভাম্থোকখি অমসুং সাহেবশিং অদু শোয়দ-ঙামদনবা য়েংশিন্নবা অঙোম নিংথৌদা শিন্নখি হায়বা প্রোসিক্যুসন্না পুথোক-খিবা ৱাফম অসিনসু টেকেন্দ্রজিৎকী মপুক্লিংদা সাহেবশিংবু হাৎকে হায়বা ৱাখল পোকখি দ হায়বগী প্রমাণনি। টেকেন্দ্রজিৎনা মিঃ কুইন্টন অমসুং মহাকী লোয়নরকপা অফিসারশিংগী মথক্তা লম্মন খুমগে হায়না নিংলম্নবদি মিঃ গ্রিমউডপু হাৎপা অমসুং লেফটেনেণ্ট সিম্পসনবু খুৎলাই থাদুনা শোকহনবা মতম অদুদা মহাক্না মথা চৎথবা থাম্নমোইদবনি, মহাকী অনিংবা অদু হেন্না মপুংফানা পাঙথোক্লম-গদবনি, হীরমশিং অসি মুন্না ৱাখল ভৌবিরগা স্পেসিয়েল কোর্টনা টেকেন্দ্রজিৎতা পিবা দণ্ড হাৎপগী হুকুম অদু ককথৎপিয়ু হায়না এডভোকেট মনমোহন ঘোষনা ভারত সরকারদা আপীল ভৌখি।

বীর টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ মীহাৎপগী মরাল নৈতে হায়বা অসি বিলাতকী মহারাণী ভিক্টোরিয়াগী মতনি। মহারাণী ভিক্টোরিয়া না

১৮৯১ ইংগী আগষ্টকী তাং ১ দা ভাইকাউন্ট ক্রোসতা টেলিগ্রাম অমা তৌখি। মহুদা হায়রিবা মরোলদি অসিনি—সেনাপতি হাৎলোই হায়না নিংই। মহাক মীহাৎপগী মরাল লৈতে, ভারত্তা মসিগী ফল শোয়দনা কৎলোই। হৌজিক ঋমফুগী পোলিসি চালাইবা য়াররোই। টেলিগ্রাম অহুদি অসিনি—"Trust Senapati will not be executed. He was not found guilty of murder, and the effect is sure to be bad in India. That harsh crushing policy will not do now."

গবর্ণর-জেনরেল লর্ড ল্যান্সডাউন-না হন্দকী মতাং অসিদা বীর টেকেন্দ্রজিৎসিংহবু ক্দাই কাওবা দণ্ড পিনিংলম্বগে হায়বহু স্পেসিয়েল কোর্টকী হুকুম অহু মঞ্জুর তৌবিরক্তবদি গবর্ণর-জেনরেল মশামক কম থাদোকনি হায়না বিলাত্তা ষ্টেট সেক্রেটরীদা খঙ্‌হনখি হায়বা রাকম মতম অহুদা এলাহাবাদতা ফোঙ্‌বা Morning Post কৌবা পাউজেল-চেদা ফোঙ্‌খি *

১৮৯১ ইংগী আগষ্ট তাং ১১ দা সিমলাদা লৈবা ফোরেন সেক্রে-টরীদগী মণিপুরদা লৈবা জেনরেল কলেটতা টেলিগ্রাম লাক্রে, মরোন্দি :—মহারাণীগী মাইয়োক্তা লাল হৌবা অমসুং মী হাৎপদা খৌদোংবগী দমক্তা টেকেন্দ্রজিৎতা পিখিবা দণ্ড অহু চুম্না পিবনি হায়না ভারত সরকারনা লৌরে অমসুং হুকুম অহু মঞ্জুর তৌরে অহুগা হুকুম অহু থুনা পাঙ্‌থোকদবনি।

ভারতকী মমিং চৎলবা ঐতিহাসিক ডাঃ রমেশচন্দ্র মজুমদারনা টেকেন্দ্রজিৎ সিংহবু তৌখিবা বিচার মতৌ অহু বিচারনি হায়না লৌবা য়াদে অহুগা ফাঁসি তৌহনা হাৎখিবগী মহাৎ অহুবু 'judicial murder' নি হায়না মখাগী মত অমুম্না পিরি—"A Quasi-judicial

---

* মুকুন্দলাল চৌধুরী : মণিপুরের ইতিহাস ( কলিকাতা ) পৃঃ ২২১

trial promp'ed by such ideas of vendetta against the individual hardly deserves to be called trial and the punishment inflicted upon Tikendrajit is bound to be regarded by many as judicial murder." *

অধ্যাপক শ্রীদেবব্রত দত্তনা মহাক্কী History of India কৌবা লাইরিক্কী লামায় ৪৩৮ শুবদা ইবি মতুদি বৃটিশনা টেকেন্দ্রজিৎ সিংহবু অপংবা অমস্থং চিংননিংঙাই ওইবা মরম পিশিন্দুনা হাৎখিবনি। †

টেকেন্দ্রজিৎনা আইনগী অযৌবী দণ্ড কংখিবা অসি মরানগী দমক্তা নত্তে, মথৌনা অমস্থং মরিংজেন লৈবগীদমক্তনি হায়না ডাঃ রমেশচন্দ্র মজুমদারনা অস্থমা ইরি—'Tikendrajit paid the supreme penalty of law, not for the crime but for his courage and ability." ‡

---

* R. C. Majumdar: British Paramountcy and Indian Renaissance, P. 730

† "Senapati Tikendrajit, younger brother of the king and commander-in-chief of the Manipur Army was done to death by the British on Silly and questionable pretexts."

Devbrata Dutta: History of India,
Page 438

‡ R. C. Manipur: the British Paramountcy and Indian Renaissance P. 738



# লাইরিক্কী মচাক

কোঙ্‌ক্রিবা রেকোর্ড ( ইংরেজী )—

1. Tekendrajit Vs. Queen Empress.
2. Disturbances in Manipur ( 1891 ).
3. Preliminary enquiry into the Disaster of Manipur 1891.
4. Miscellenous papers relating to Manipur, 1891.

কোঙ্‌লবঃ লাইরিক অমস্থুং পত্রিকাশিং ( ইংরাজী )—

1. Manmohan Ghosh : Did the Manipur Princes obtain a fair trial ? ( London, 1891 ).
2. Monmohon Ghosh : The appeals of the Manipur Princes ( Calcutta, 1891 ).
3. Sir James Johnstone : My experiences in Manipur and Naga Hills ( London ).
4. Mrs. Ethel Grimwood : My three years in Manipur and escape from the recent Mutiny ( London, 1891 ).
5. The Administration report of the Manipur Political Agency for 1891-92
6. Sir William Lee Warner : The Native States in India.
7. Sir Robert Raid : History of Frontier areas boardering on Assam.
8. Correspondences relating to Manipur ( London, 1891 ).

9. Col. L. W. Shakespear : History of Assam Rifles.
10. Surendranath Mitra : Manipur War ( Calcutta, 1891 ).
11. Capt. Hearsay : Manipur ( Mussourie, 1891 ).
12. Manipur compiled from the columns of the Pioneer ( Allahabad ).
13. R. C. Majumdar : British Paramountcy and Indian Renaissance.
14. The Englishman : ( Calcutta ) 1891.
15. The Pioneer : ( Allahabad ) 1891.
16. The Amrita Bazar Patrika ( Calcutta ) 1891.
17. The Hindu : ( Madras ) 1891.
18. The Times : ( London ) 1891.
19. The Bengali : ( Calcutta ) 1891.
20. Indian Historical Commission Proceedings Vol XXXV, Part II, 1960.
21. Gazetter of India, Part I : 1891.
22. History Today : ( London. July 1962 ) Disaster in Manipur-An-Imperial Episode by Antony Brett-James.
23. Review of Reviews : ( London, May, 1891 ; December, 1891 ).
24. The Assam Tribune, Gauhati ( Puja Number 1948 ) Manipur in 1890-91 by Rajkumar Sanahal Singh, B. Com.
25. The Assam Tribune ( June 26. 1959 ) Is Tikendrajit a murderer ? by Krishna Sinha.
26. The Assam Tribune ( August 12, 1962 ) Manipur's last struggle to preserve her Independence by P. C. Sharma, Keeper of Records, Government of Assam.

মৈতৈরোল—

১। শ্রীলাইরেনমযুম ইবুঙোহল সিংহ অমসুং
শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ : চৈথারোল কুম্বাবা

২। পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু শর্ম্মা : অষ্টোত্তরীদশা

৩। ঙসি

৪। জন্মভূমি

৫। প্রজাতন্ত্র

৬। সীমান্ত পত্রিকা

৭। পম্বুং

৮। ঋতু

বাংলা—

১। শ্রীমুকুন্দলাল চৌধুরী : মণিপুরের ইতিহাস ( কলিকাতা )

২। শ্রীজানকীনাথ বসাক : মণিপুর প্রহেলিকা ( কলিকাতা )

৩। শ্রীপ্রিয়নাথ মুখোপাধ্যায় : মণিপুরের সেনাপতি (দারোগার দপ্তর ১৩৬ সংখ্যা দ্বাদশবর্ষ শ্রাবণ, কলিকাতা )

৪। জন্মভূমি ( কলিকাতা ) : ১ম ভাগ, চৈত্র ১২৯৭ ৪র্থ সংখ্যা

৫। মাসিক বসুমতী : ফাল্গুণ, চৈত্র, ১৩৪৩

৬। শারদীয়া বসুমতী : ১৩৫১

আসামীয়া—

১। শ্রীবেণুধর শর্ম্মা : দূরবীন ( গুৱাহাটি )

২। শ্রীগিরীশচন্দ্র চৌধুরী : মণিপুর যুদ্ধ ( বরপেটা )

৩। আৱাহন ( কলিকাতা )

৪। সোনর অসম ( ডিব্রুগড় )

हिन्दी—

१। श्रीकार्त्तिकेय चरण मुखोपाध्याय—सेनापति टिकेन्द्रजित सिंह

२। दैनिक विश्वामित्र ( कलिकाता )

## বীর টেকেন্দ্রজিৎকী মরমদা কোঙ্‌খিবা লেখকী প্রবন্ধশিং—

১। বীর টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ : ঙসি ১৩।৮।৫১ ইং

২। টেকেন্দ্রজিৎ সিংহগী বিচার : জন্মভূমি ১৩।৮।৫১ ইং

৩। বীর টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ অমসুং পাকাম্না মচিন-মনাও য়েংশি-নবগী মরম : ঙসি ১৩।৮।৫২ ইং

৪। বিশেষ আদালত-তা টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ যুবরাজগী জবান : ঙসি ১৩।৮।৫৪ ইং

৫। বীর টেকেন্দ্রজিৎ কানবা খোরাং : ঙসি ১৩।৮।৫৫ ইং

৬। বৃটিশ শানফমদা বীর টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ : ঙসি ১৩।৮।৫৭ ইং

৭। বীর টেকেন্দ্রজিৎ সিংহগা চৎনবা চিঠি : ঙসি ১৩।৮।৫৮ ইং

৮। বীর টেকেন্দ্রজিৎ সিংহগী পুন্সিগী অরোইবা মুমিৎ : ঙসি ১৩।৮।৬০ ইং

৯। বীর টেকেন্দ্রজিৎ অমসুং বৃটিশ পলিসি : ঙসি ১৩।৮।৬৩ ইং

১০। বীর টেকেন্দ্রজিৎকী করি মরাল লৈ ? : ঙসি ১৩।৮।৬৪ ইং

১১। বীর টেকেন্দ্রজিৎ সিংহনা অঙাং ওইরিঙৈ : ঙসি ১৩।৮।৬৫ ইং

১২। বীর টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ অমসুং মহারাণী ভিক্টোরিয়া : ঋতু ( অথয়বা চেকোঙ্‌ ) মার্চ্চ, ১৯৬৫ ইং

১৩। বীর টেকেন্দ্রজিৎ সিংহবু তৌখিবা বিচার মতৌ অমসুং মহাকপু হাৎখিবা মীহাৎ : প্রজাতন্ত্র ১৩।৮।৬৯ ইং

১৪। বীর টেকেন্দ্রজিৎ কাবা অমসুং হাৎপা : পম্বুং ১৩।৮।৭০ ইং

১৫। পাউজেন চেদা বীর টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ : প্রজাতন্ত্র ১৩।৮।৭৩ ইং

১৬। 'শা মমাংদা অঙৌবা মকোক তাগনি'—করম্না ? : প্রজাতন্ত্র ১৩।৮।৭১ ইং

১৭। বীর টেকেন্দ্রজিৎ সিংহ অমসুং থঙ্গাল জেনেরেলগী ফাঁসি : সীমান্ত পত্রিকা ১৩।৮।৭১ ইং

১৮। 'সাহেবলোকী মচিল থুপচিল্লো'—কনানা অমসুং করম্না ? : প্রজাতন্ত্র ১৩।৮।৭২ ইং

---